# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অনীশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড অনীশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

[illegible] মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।


অহানুবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না কোওবা।

ফংফম— (১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৯৪, ফেব্রুয়ারী




মমল লুপা ৪৮·০

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## অনীশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

বিচ্ছেদেঽস্মিন্ প্রভোরন্ত্যলীলা সূত্রানুবর্ণনে।
গৌরস্য কৃষ্ণবিচ্ছেদ-প্রলাপাদ্যনুবর্ণ্যতে ॥ ১ ॥

**শব্দার্থ**

বিচ্ছেদে—পরিচ্ছেদদা ; অস্মিন্—অসিদা ; প্রভোঃ—প্রভুগী ; অন্ত্য-লীলা—অন্ত্যলীলাগী ; সূত্র অনুবর্ণনে—সূত্র মথঙ মথঙ বর্ণন তৌবদা ; গৌরস্য—শ্রীগৌরাঙ্গগী ; কৃষ্ণবিচ্ছেদ—কৃষ্ণগা কায়নবগী ; প্রলাপ—চোই-রোন, তেংথাবা ; আদি—নচিংবা ; অনুবর্ণ্যতে—মথঙ মথঙ লীথরি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অন্ত্যলীলাগী সূত্র মথঙ মথঙ ইথরকপদা অনীশুবা পরিচ্ছেদ অসিদা শ্রীমহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী প্রলাপ-নচিংবা মথঙ মথঙ বর্ণন তৌগদৌরি।

মূল ২

জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী জয়, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী জয়, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী জয় অমসুং গৌরভক্তশিংগী জয়।

মূল ৩

শেষ যে রহিল প্রভুর দ্বাদশ বৎসর।
কৃষ্ণের বিরহ-স্ফূর্তি হয় নিরন্তর ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

শেষ—অরোয়বা ; যে—অসু ; রহিল—লৈরম্মী ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; দ্বাদশ—তরানীথোই ; বৎসর—চহী ; কৃষ্ণের—কৃষ্ণগা ; বিরহ—কায়নবা ; স্ফূর্ত্তি—ফোঙবা ( প্রকাশ ) ; হয়—ওই ; নিরন্তর—তত্তনা।

#### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী অরোয়বা চহী তরানীথোইগু কৃষ্ণগা কায়নবগী স্ফূর্ত্তিদা অতৎ-অথম লৈতনা মতম লেম্লম্মী।

### মূল ৪

শ্রীরাধিকার চেষ্টা যৈছে উদ্ধব দর্শনে।
এইমত দশা প্রভুর হয় রাত্রিদিনে ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরাধিকার—শ্রীরাধিকাগী ; চেষ্টা—হকচাঙগী থইবা থৌদৌ ; যৈছে—অদুগুম্না ; উদ্ধব-দর্শনে—উদ্ধবপু উবদা ; এইমত—অসিগুম্বা ; দশা—ফীভম ; প্রভুর—প্রভুগী ; হয়—ওই ; রাত্রিদিনে—অহিং নুংথিল।

#### মৈতৈলোন্দা চান্দোকপা

উদ্ধব মহাশয়বু উবদা শ্রীরাধিকানা তৌখিবা মতৌ অদুগুম্বা দশা প্রভুগীসু অহিং-নুংথিল অনীমক্তা ওইখি।

### নৈনরোল

শ্রীরাধিকার চেষ্টা ইত্যাদি—২/১/৮৭ পয়ারগী টীকা য়েংবিয়ু। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদগী উদ্ধবপু ব্রজদা থারুই ; মহাকপু উবদা অমস্তুং মঙোন্দগী শ্রীকৃষ্ণগী রা তারগা শ্রীরাধিকাগী কৃষ্ণবিরহ (কৃষ্ণগা কায়নবা) কৌবা সমুদ্র-দুগী ঈথক-ইপোম তৌরম্মী ; শ্রীমতীগী দিব্য-উন্মাদ হায়বা অঙাওবগী দশাদু ওইখি। মহাক্কী উন্মাদ-দশাসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ১০/৪৭ শুবা অধ্যায়দা য়াওরিবনী। প্রভুগী অরোয়বা চহী তরানীথোইদো শ্রীরাধাগুম্না উন্মাদ-অবস্থাদা লেনখি।

## মূল ৫

নিরন্তর হয় প্রভুর বিরহ-উন্মাদ।
ভ্রমময় চেষ্টা সদা-প্রলাপময় বাদ ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

**নিরন্তর**—মতম পুম্বদা ; হয়—ওই ; প্রভুর—প্রভুগী ; বিরহ—(কৃষ্ণগা) কায়নবগী ; উন্মাদ—ভাওবা ; ভ্রমময়—টাইবংলোন কাউবগী ওইবা ; চেষ্টা —থোদৌ ; সদা—মতম পুম্বদা ; প্রলাপময়—চোইরোনভাক্তগী ওইবা ; বাদ—রাঙাঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম পুম্বদা মহাপ্রভুগী কৃষ্ণ কায়নবগী ভাওবা ওইরম্মী। টাইবংলোন কাউবগী থোদৌ মতম পুম্বদা তৌরম্মী অদুগা চোইরোম্নচিংবা তেংথা-নাইওইবগী রাঙাঙ শঙাঙ ভাক্ত তৌরম্মী।

## নৈনরোল

**ভ্রমময় চেষ্টা**—টাইবংলোন কাউবগী মতৌ ; মছাবু অতোপ্পনী অদুগা অতোপ্পবু মছামক্কী হায়না খন্‌বা ; মমাঙদা উদবা পোৎপু মমাঙদা লৈরে হায়বা অদুগা উবিব। পোৎপুনা লৈতে উদে হায়না খন্‌বা—অসি-নচিংবা শেরান্নবা মতৌ।

## মূল ৬

রোমকূপে রক্তোদগম, দন্ত সব হালে।
ক্ষণে অঙ্গ ক্ষীণ হয় ক্ষণে অঙ্গ ফুলে ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

রোমকূপে—ভুখোঙদা ; রক্ত—ঈ ; উদগম—থোরক্‌পা (ওই) ; দন্ত—য়া ; সব—লোইনমক ; হালে—নোম্মী ; ক্ষণে—মীংকুপ্তা ; অঙ্গ —হকচাঙ ; ক্ষীণ—পীক্‌শনবা ; হয়—ওই ; ক্ষণে—মীংকুপ্তা ; অঙ্গ—হক্‌চাঙ ; ফুলে—চাওথোরকয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তুখোঙদগী ঈ থোরকখি, য়া পুম্নমক নোম্মী, হকচাঙত্তু পীক্শল্লী, অমূক চাঙথোরকয়ি।

মৈনমরোল

রোমকূপে রক্তোদ্গম—তুখোঙদা ঈ থোরকয়ি। সাত্ত্বিকবিকার নীপালগী মনুঙদা অমদি হুমাঙনী, য়াম্না কন্না ওইরকপা ফীভমদা হুমাঙগা লোয়ননা ঈ থোরকয়ি।

ক্ষণে অঙ্গ ক্ষীণ ইত্যাদি—হকচাঙ অমূক পীকশল্লী অমূক চাঙথোকয়ি দেহত্তু স্থূম পীক্শনখিত্নুনা অমূক্তি প্রভূনা থেঙ্গগী মওং লৌখি। খোঙ-খূৎ লোইনমক হকচাঙ মনুঙদা চঙখি। (অন্ত্যলীলা, ১৭শুবা পরিচ্ছেদ)। অমূক্তা প্রভুগী দেহ চাঙথোরক্তুনা খুদূপ ৫/৬ শাংদোক্লম্মী; খোঙ-খূৎ অমমম্না খুদূপ অহুম শাংদোক্লম্মী, শরীগী মতাঙশিংত্তু নাম্থোক্তুনা বিঘত অমরোম শাংদোক্লম্মী ( অন্ত্যলীলা, ১৪শুবা পরিচ্ছেদ )। মসি পুম্বসে কৃষ্ণ-প্রেমগী বিকার ওাক্তুনী।

মূল ৭

গম্ভীরা-ভিতরে রাত্রে নাহি নিদ্রালব।
ভিত্তো মুখ-শির ঘষে— ক্ষত হয় সব ॥ ৭ ॥

শব্দার্থ

গম্ভীরা-ভিতরে—গম্ভীরাগী মনুঙদা; রাত্রো—অহিংদা; নাহি—ওইদে; নিদ্রালব—তুম্বা মচেৎ অমা; ভিত্তো—ফক্লাঙদা; মুখ-শির—মায়গা কোক্তা; ঘষে—তকয়ি; ক্ষত—খোয়গায়বা; হয়—ওই; সব—লোইনমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গম্ভীরাগী মনুঙদা অহিংদা মীৎকক্লামফাওবা তুমদে। ফক্লাঙদা মায়গা কোক্তা তক্লম্মী, মত্তুদা উন্সা খোগায়রম্মী।

মূল ৮

তিনদ্বারে কবাট প্রভু যায়েন বাহিরে।
কভু সিংহদ্বারে পড়ে কভু সিন্ধুনীরে ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

তিনদ্বারে—থোঙঅহুমদা ; কবাট—থোঙনা ; প্রভু—প্রভুনা ; যায়েন—চৎলী ; থোকয়ি ; বাহিরে—মপান্দা ; কভু—করিগুম্বা মতমদা ; সিংহ-দ্বারে—শ্রীশ্রীজগন্নাথ-দেবগী মন্দিরগী নোংপোক-থোঙগী মিং ; পড়ে—তাই : কভু—করিগুম্বদা ; সিন্ধু—সমুদ্রগী ; নীরে—ঈশীঙদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গম্ভীরাগী থোঙলোন অহুম্নী ; থোঙ লোল্লবস্থু প্রভুনা গম্ভীরাগী মনূঙ-দগী থোরকয়ি । (থোরকপদা) করিগুম্বা মতমদা সিংহদ্বারদা তাই. করিগুম্বা মতমদা সমুদ্রগী ঈনূঙদা ।

## নৈনরোল

কাশী মিশ্রগী য়ুমদা মহাপ্রভুনা লৈরম্বা গম্ভীরা-কাদগী থোরক্লগা থোঙ অহুম লাম্থোক্লগা মাপানগী লম্বেন্দা লাকপা য়াই । থোঙ অহুমসিগী মনূঙদা অমবু থিংলবদি গম্ভীরাদগী মপান থোকপা য়াদে । থোঙ অহুমমক লোল্লবস্থু করিগুম্বা হুমিত্তা প্রভুনা মাপান থোরকয়ি । করম্না থোরকপগে ? য়ুমথক 'কাননবা মথক্তা থোঙ অমা পাল্লম্মী, গম্ভীরাদগী থোরক্লগা থোঙ অহুদা ফাওহুনা য়ুমথক্তা কাখৎলগা অরাঙবা দেৱাল অহু লাম্থোক্লগা মহাপ্রভুনা চোংবহুনা মাপানগী লম্বীদা তাই ।

রঘুনাথদাসগোস্বামীনা মাগী শ্রীচৈতন্য-স্তবক ব্লক্ষ হায়বা লাই-রীক্তুদা অস্মুন্না ইরম্মী—অনুদ্‌ঘাট্য দ্বারত্রয়মুরুচ ভিত্তিত্রয়মহো বিলঙ্ঘ্যোৎচ্চৈঃ কালিঙ্গিকস্তুরভিমধ্যে নিপতিতঃ । হায়বদি থোঙ অহুম হাংদোক্তবমথৈ অরাংবা দেৱাল অহুম লঙ্খায়রগা কলিঙ্গদেশদা পোকপা শম্মোমশিংগী মরক্তা তাই ।

## মূল ৯

চটক-পর্ব্বত দেখি গোবর্দ্ধনভ্রমে ।

ধাঞা চলে আর্ত্তনাদে করিয়া ক্রন্দনে ।। ৯ ।।

## শব্দার্থ

চটকপর্ব্বত—পুরীগী মনাক্তা লৈবা চীঙ অমগী মিং ; দেখি—উবদা ;

গোবর্দ্ধন-ভ্রমে—শেরান্নবা গোবর্দ্ধন চীঙনী খন্দুনা ; ধাঞা—চেন্দুনা ; চলে—চৎলী ; আর্ত্তনাদে—ৱারবা খোঙ্গাংদা ; করিয়া—তৌদুনা ; ক্রন্দনে—কপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চটক-চীঙ উবদা গোবর্দ্ধন-চীঙনী হায়না খন্দুনা থরাই-ৱাবা খোঙ্গাংদা কপ্প-কপ্পদুনা চেল্লা চেল্লা চৎলী।

মৈনরোল

ধাঞা—চেল্লা চেল্লা। শ্রীকৃষ্ণবু চীঙ মৈলবা মফমদুদা উন্নরগে হায়বগী আশাদা।

শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবা অদুগী ভাব-তা চংদুনা শ্রীমনমহাপ্রভুনা মতমপুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা—মহাক্কী লীলা অমদি লীলাগী মফমগী মরমদা খন্দুনা লৈথি ; অতোপ্পা ৱাখল অমতা খল্লমদে। মতমদুদা মহাক্কা উরম্বা পোৎ পুম্নমক মাগী ৱাখলগী মচুনা চুরবা মিত্তা উরম্মী। পোৎ অমথক্কবু খন্দুনা লৈরদি মতৌ অম্মম তৌগল্লী। অসিগুম্বা ফীভমদা প্রভুনা নোংমদি মাগী অভ্যাস মতুং ইন্না হন্না সমুদ্রস্নানদা লেঙবা মতমদা অম্মম পুক্কুংদা শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন চীঙথোঙদা শন শেনবগী ৱাদু খল্লম্বা মাল্লে। খঙদৌদনা চটক-চীঙদু হেক উরুবদা মহাক্কা গোবর্দ্ধন চীঙ য়েংলবনী হায়না খনখি : খুদক্কা থল্লী—শ্রীকৃষ্ণদি মফমসিদা শান্নরিনা : অদুদগী অম্ম রাধাভাব-পুরিবা মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ উনরুবগে হায়দগী আশাদা চটক-পর্ব্বত-তম্না চেল্লা লেঙবা হৌথি।

মূল ১০

উপবনোদ্যান দেখি বৃন্দাবনজ্ঞান।
তাহাঁ যাই নাচে গায় ক্ষণে মূর্চ্ছা যান॥ ১০॥

শব্দার্থ

উপবন—লৈকোন ; উদ্যান—হৈকোন ; দেখি—উবদা ; বৃন্দাবন-জ্ঞান—বৃন্দাবন ওইরবোয় খনবা ; তাহাঁ—মফমদুদা ; যাই—চৎতুনা ; নাচে—জগোয় শাই ; গায়—ঈশৈ শকয়ি ; ক্ষণে—ক্ষণ অমগী মনুঙদা ; মূর্চ্ছা যান—হাইত্তে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ভাবাবেশ ওইবা মতমদা ) হৈকোন্-লৈকোন উরগা প্রভুনা বৃন্দাবন লৈরে হায়না খল্লী। মফমত্তুদা চৎলগা জগোই শাই, ঈশৈ শক্খি, খুদক্তা রাম্নৈ।

## মূল ১১

কাহাঁ নাহি শুনি যে যে ভাবের বিকার।

সেই ভাব হয় প্রভুর শরীরে প্রচার ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

কাহাঁ—কদায়দসু ; নাহি শুনি—নাকোঙনা তাদে ; যে যে—অদু অদু ; ভাবের—ভাবকী ; বিকার—খূদম ; সেই ভাব—ভাব অদু ; হয়—ওই ; প্রভুর—প্রভুগী ; শরীরে—হকচাঙদা ; প্রচার—ফোঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফম কৈদসু তাখিদ্রিবা ভাব-বিকারশিংদো প্রভুগী হকচাঙদা উংলম্মী।

## নৈনরোল

শাস্ত্রনচিংবদা নত্রগা লোক-পরম্পরাদা চৎনরকপা, লীলানচিংবগী বর্ণনাদা তাখিদ্রিবা প্রেম-বিকারশিংত্থু শ্রভুনা কৃষ্ণগা কায়নবগী ভাবাবেশ ওইবা মতমদা প্রভুগী হকচাঙদা উবা ফংনখি। মখাদা লাক্লিবা পয়ার অনীদা অদুগুম্বা অঙকপা বিকার অনীগী রা হায়রি।

## মূল ১২

হস্তপদের সন্ধি যত বিতস্তি প্রমাণে।

সন্ধি ছাড়ি ভিন্ন হয়ে—চর্ম্মরহে স্থানে ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

হস্তপদের- খুৎকা খোঙগী ; সন্ধি—শম্নফম তাং ; যত—কয়ামুক্তো ; বিতস্তি—হুই ; প্রমাণে—ওইগনী ; সন্ধি—শম্নবত্থু ; ছাড়ি—নাম্থোক্লুনা ; ভিন্ন—তোঙানবা ; হয়ে—ওই ; চর্ম্ম—উন্ ; রহে—লৈ ; স্থানে—মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুৎকা খোঙগনী লন্থি লৈরম্বা কয়াদো চুই অমরোম কানৈ। শম্নবহু মাম্হোতুনা কাখোরক্ষী, কাখোকবা মক্কমত্থদা উনশাদমক লৈ।

মূল ১৩

হস্তপদ শির সব শরীর-ভিতরে।

প্রবিষ্ট হয়—কূর্ম্মরূপ দেখিয়ে প্রভুরে॥ ১৩॥

শব্দার্থ

হস্ত—খুৎ; পদ—খোঙ; শির—কোক; সব—পূম্বা; শরীর-ভিতরে হকচাঙগী মনূঙদা; প্রবিষ্ট—চঙবা; হয়—ওই; কূর্ম্মরূপ—থেঙ্গুগী শক; দেখিয়ে—উই; প্রভুরে—প্রভুবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুৎ-খোঙ-কোক লোইনক হকচাঙ মনূঙদা চঙখি, মতৌহুদা প্রভুবু থেঙ্গু মান্না উরম্মী।

মূল ১৪

এইমত অদ্ভুত ভাব শরীরে প্রকাশ।

মনেতে শূন্যতা বাক্যে হাহা হুতাশ॥ ১৪॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না; অদ্ভুত—অঙকপা; ভাব—কৃষ্ণপ্রেমগী ভাব; শরীরে—হকচাঙদা; প্রকাশ—ফোঙদোকপা; মনেতে—পুক্নিংদা; শূন্যতা—কৈশু লৈজদবগী মতৌ; বাক্য—ৱাঙাঙবদা, চীন্দা; হা হা হুতাশ—নীঙবা কায়বগী নুংঙাইতবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভুগী হকচাঙদা অঙক-অঙকপা ভাব ফোংদোকয়ি। পুক্নিংদনা ইহাঙ হাঙবা ভাব অদুগা ৱাহৈদনা (চীন্দনা) ৱারে খোৎলে হায়বা ৱাঙাঙগী মতৌ ঙাক্লা।

মূল ১৫—১৬

কাহাঁ করোঁ কাহাঁ পাঙ ব্রজেন্দ্রনন্দন।
কাহাঁ কহিল মোর প্রাণনাথ মুরলীবদন ॥ ১৫ ॥
কাহারে কহিব কেবা জানে মোর দুখ।
ব্রজেন্দ্রনন্দন বিনু ফাটে মোর বুক ॥ ১৬ ॥

শব্দার্থ

কাহাঁ করোঁ— করি তৌগনী ; কাহাঁ— কদায়দা ; পাঙ— ফংগনী ; ব্রজেন্দ্রনন্দন— ব্রজনিংথৌ মপারি ; কাহাঁ— কদায়দনো ; কহিব— হায়রগনী ; মোর— ঐগী ; প্রাণনাথ— থরাইগী মপু ; মুরলীবদন— মুরলী—খোঙবদো ; কাহারে— কনাদা ; কহিব— হায়গনী ; কেবা— কনানা ; জানে— খঙঙ্গীবগে ; মোর— ঐগী ; দুখ— অরাবা ; ব্রজেন্দ্রনন্দন— ব্রজ-নিংথৌ-মপারি ; বিনু— নত্তনা ; ফাটে— কায়রে ; মোর— ঐগী ; বুক— পূক, থম্মোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী করি তৌগনি ? কদায়দা ব্রজেন্দ্রনন্দন শ্রীকৃষ্ণবু ফংগদগে ? কদায়দা লৈরিগবা চীনবান্দা মুরলী থোংবা ইথরাইগী মবুঙো মহাকপো ? কনাদা হায়রনী, কনানা খঙবগে ঐগী অরাবসিব ? ব্রজনিংথৌ-মপানি কৃষ্ণ নত্তনা ঐগী থম্মোই কায়রেনে।

মূল ১৭

এইমত বিলাপ করে বিহ্বল অন্তর।
রায়ের নাটক শ্লোক পড়ে নিরন্তর ॥ ১৭ ॥

শব্দার্থ

এইমত— মতৌ অসুম্না ; বিলাপ করে— অরাবা ফোঙদোকপা রাহে ডাক্তো ভাঙৌ ; বিহ্বল— বিভুলা চুই ; অন্তর— পুক্নিঙ ; রায়ের নাটক— শ্রীরামানন্দ রায়না লেংবা জগন্নাথ বল্লভ-নাটক ; শ্লোক— শ্লোক ; পড়ে— পাই ; নিরন্তর— মতমপুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না প্রভুনা বিলাপ তৌরি অদুগা প্রভুগী পুক্নীগুহ্ন বিভুলা চুই। মতমপুম্বদা রায় রামানন্দনা লেংবা জগন্নাথবল্লভ নাটক অদুগী শ্লোক পাঠ তৌরম্মী।

মূল ১৮

প্রেমচ্ছেদরুজোঽবগচ্ছতি হরির্নায়ংনচ প্রেম বা
স্থানাস্থানমবৈতিনাপিমদনোজানাতিনোদুর্ব্বলাঃ
অন্যো বেদ ন চান্যদুঃখমখিলং নো জীবনং বাশ্রবং
দ্বিত্রীণ্যেব দিনানি যৌবনমিদং হাহা বিধে কা গতিঃ ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমচ্ছেদ—প্রেম লৈনরগা কায়নবগী ; রুজঃ—অনাবা (রোগ) ; অবগচ্ছতি—খঙভী ; হরিঃ—শ্রীকৃষ্ণ ; ন—নত্তে ; অয়ম্—অসি ; ন—নত্তে ; চ—অমসুং ; প্রেম বা—প্রেমসু ; স্থান-অস্থানম্—মফম নংপা নত্তবা ; অবৈতি—খঙভী ; ন নত্তে ; অপি সু ; মদনঃ—কামদেবনা ; জানাতি—খঙভী ; নঃ—ঐখোয়বু ; দুর্ব্বলাঃ—পাঙ্গন-শোন্‌বীনী হায়না ; অন্যঃ—অতোপ্পা ; বেদ ন—খঙদে ; চ—সু ; অন্যদুঃখম্—অতোপ্পগী অরাবা ; অখিলম্—লোইনমক ; নঃ—ঐখোয়গী ; জীবনম্—পুন্সী ; বা—নত্রগা ; আশ্রবম্—থাজনঙাই ওইবা ; দ্বিত্রীনি—নীনীত্রুম্নি ; এব—দমক ; দিনানি—সুমীৎ ; যৌবনম্—মথোক-কাবা মতাম ; ইদম—অসি ; হাহা বিধে—হে বিধি-বিধাতা ; কা—করি ; গতিঃ—উপায় (পাম্নৈ)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা প্রেম-কায়নবদগী পোকপা লাইনা (রোগ) অসিবু খঙবিদে ; প্রেম হায়বসিনসু মফম নংপা-নত্তবা খঙবিদে। কামদেবনসু ঐখোয়ব পাঙ্গলশোন্‌বিনী হায়বা খঙবিদে। অতোপ্পা মীনসু অতোপ্পা অমগী অরাবা খঙবিদে। ঐগী জীবনসিসু থাজনঙাই লৈতে (হায়বদি কয়া কুইনা লৈগনি হায়বা খঙদে)। যৌবনসিসু সুমীৎ নীনি তুম্নিদগীনী (হায়বদি মতম খরতগীনী)। হে বিধি মোংদম্বা ! হৌজিক ঐগী করি গতিনো ?

## মৈনক্লোক

শ্লোকসী জগন্নাথবল্লভ নাটক অতুদগী লোথোকপনী ( ৩'৯ )।

শ্লোকসিদা হায়রিবা রাসী শ্রীরাধানা মাগী মদনিকাদা হায়খিবনী।

শ্রীরায়রামানন্দনা লেংবা জগন্নাথবল্লভ–নাটক হায়না কৌবা লাইরীক অতুদা য়াওবা রাবীনী। নোংমা সখীশিংগা লোয়ননা শ্রীরাধা বৃন্দাবন–দা লেঙলুই; শ্রীকৃষ্ণনা মরম্নাই সখাশিংব পূত্না বৃন্দাবনদী অতোপ্পা মফম অমদা লৈরম্মী। লাইগী নোংদমদগী ইবংঙো ইবেম্মা অনীতু অরাপ্পদগী মশেল উনরতুনা শকফম অনীতুনা অমস্তু অমস্তু শুমহৎনখি। অনীমক অমগা অমগা মনাক মনাক্তা য়ৌনীংদনা খোয়রাওলম্মী। কোম্মংদদি শ্রীরাধানা থাওবা চম্লক্তুনা শশীমুখী কৌবী সখী থাতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা প্রেমপত্রী অমা ইত্তনা কৎখিরম্মী; চিঠিতুদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম নিজরম্মী। শ্রীকৃষ্ণস্তু হান্নদগী হৌনা শ্রীরাধাগা মিলন তৌবগীদমক খৌরাংতুনা লৈরম্লবনী। হৌজিক্তি শ্রীরাধাগী মখৎমক্তা ইবা প্রেমপত্রীতু পারগা অমুক হেন্না খৌরাংখৎকি। অতুমকপু মাগী পুক্নংগী রাতু য়াম্না রানা লোৎলগা হাইকেং থোৎইবিদবা উৎলম্মী। পত্রী পুরকপী শশীমুখীগী থোঙদা পতিসেবা অমস্তুং কুলধর্ম্ম ঙাক্নবা তৌ হায়না শ্রীরাধাদা পাউতাক পীখি। য়্রাবিরক্তুনা শশীমুখীনা হল্লক্লগা শ্রীরাধাদা রারোল পৃম্নমক তমখিবদা নীঙবা কায়রবী শ্রীরাধানা 'প্রেমচ্ছেদরুজঃ'– নচিংবা শ্লোকসিদা মরম্নাই থনখিবা রাথল ফোঙদোকখি।

শ্রীরাধাগী প্রেম পরীক্ষা তৌগে হায়তুনা মপান্থোংদা মাবু থৌশাদবতু শ্রীকৃষ্ণনা উৎখিবনী। মতুগী ফল ওইনা মিলনগীদমক উৎকণ্ঠা ( খৌরাংবা ) অয়েবী পোকখি, মতুনা তুংদা উনবদগী ওইবা নুংঙাইবতু মপুঙ ফাখি।

শ্রীরাধাগী মতমসিদা ওইখিবা ভাব অতুদা চঙতুনা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা **'প্রেমচ্ছেদরুজঃ'**– শ্লোকসি থীধরম্বনী; শ্লোকসি পাঠ তৌবা মতমদা প্রভুগী পুক্নীঙদা পোকখিবা ভাব অতু তুংদা লাকপা ত্রিপদী–শিংদা ফোঙদোকয়ি।

শ্রীকৃষ্ণব উবদা শ্রীরাধাগী পুক্নীঙদা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবগী মরোল (প্রেমাঙ্কুর) চোংলম্বদা মঙায়রি। শ্রীকৃষ্ণনা য়ারক্তুবতুদা প্রেমাঙ্কুরদো শ্বায় মাঙখি। মরমতুনা শ্রীরাধানা থরাই রাবগা লোয়নবা **'উপজিল প্রেমাঙ্কুর'** নচিংবা হায়খিবনী।

অসামর্থঃ। যথা বৃন্দাবনে

মূল ১৯

উপজিল প্রেমাঙ্কুর, ভাঙ্গিল যে দুঃখ পুর,
কৃষ্ণ তাহা না করে পান।
বাহিরে নাগররাজ, ভিতরে শঠের কাজ
পরনারী বধে সাবধান ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

উপজিল— চোংলে, পোক্লে ; প্রেমাঙ্কুর—প্রেমগী মরোল ; ভাঙ্গিল যে দুঃখপুর—তেক্লগ। অরাবা পোকপত্ন ; নাহি করে—তৌদে ; পান — থক্পা, ফাঁনবা ; বাহিরে— মপান্থোংদা ; নাগররাজ— রুপী পাম্বা মকোক ; ভিতরে—পুক্নুংদনা ; শঠের— লুংশি-হৈতবগী ; কাজ —থবক ; পরনারী-বধে— অতোপ্পগী নুপী হাংপদা ; সাবধান —হৈশিংবা ( নিপুণ )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

প্রেমগী মরোল চোংবদা জায়রি, অদুগা অঙ্কুরদা তেক্লগা পোক্লকপা অরাবদু কৃষ্ণনা কানবিদবে হায়রদি থংবিদরে। কৃষ্ণদি মপান্থোংদদা রসিকনাগর ( রুপীপাম্বা ) মকোক্নী, অদুগা পুক্নুংদদা লুংশিহৈতবগী (শঠগী) মতৌ তৌরি। অতোপ্পগী নুপী হাংপদা হৈশিংবা মহাক্নী।

কৈননরোল

উপজিল···পান— প্রেমগী মরোল চোংবদা জায়রিদুদনা তেক্লপদি ডমথৈনাইদবমথৈ রায় হায়বদু কৃষ্ণনা থংদে। মরোলচোংবদা জাররিবা প্রেম অদু কায়বগী অরাবদু শ্রীকৃষ্ণনা থংদিদ্রিবা কদিগীনো হায়বগী মরমদি অসিনী—মহাক 'শঠনী'। মাঙদনা লুংশিবগী মতৌ তৌরগা তুংদনা য়াম্না লুংশিদবগী থবক তৌবা অমসুং লোন্না অবানবা থবক তৌবা মীবু শঠ কৌরি। প্রিয়ং বক্তি পুরোহন্যত্র বিপ্রিয়ং কুরুতে ভৃশম্। নিগূঢ়মপরাধঞ্চ শঠোহয়ং কথিতো বুধৈঃ।—উজ্জ্বলনীলমণি। নায়ক। ২৯॥

পরনারীবধে—অতোপ্পগী নুপী হাংপদা। মপান্থোংগী শাজদুদি শ্রীকৃষ্ণসি নাগররাজ ওইরবোই থল্লী ; অদুবু পুক্নুংদদি মহাক্নী শঠ মকোক্নী, পরনারী হাংপদা হৈশিংবা অমনী।

রাধে অসিগী ধ্বনিদি ( খোন্থাংদি ) অসিনী মতুদি—প্রেমিক ওইবা নিপাদি মহাক্না নুংশিজবা মীতুঙ্গী মফমদা শঠ ওইবা চৌনদে ; শঠ ওইবা মীনা তশেংবা প্রেমিক ওইবা ঙমদে অতুগা নুংশিবগী মশীবেঙ ( প্রেমগী মর্ম্ম ) খঙবা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণদি শঠ ওইবনীনা প্রেমগী মর্ম্ম করিনো—অতুগা প্রেমগী কায়নবগী তমথীরবা অরাবা করিনো—হায়বতু খঙবা ঙমদে।

শ্রীকৃষ্ণগী রূপমাধুর্য্যদা শুম্‌হৎশিতুনা শ্রীরাধাবু মাগী মায়কৈদা চিংশিল্লম্মী। অতুনা শ্রীরাধামা খল্লম্বদি শ্রীকৃষ্ণবুস্ত মাগী মায়কৈদা চিংশল্লে হায়নসিনী। মরমতুনা শ্রীরাধাগী থম্মোই তুননবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা মাগী রূপ-মাধুর্য্য অমসুং পুক্লাও তুনভাই হাব-ভাব ফোঙদোক্লিবনী হায়বসিনী। মরমতুনা য়াম্না আশা চাউনা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা প্রেম-পত্রী থাখিবনী। হৌজিক্তি শ্রীকৃষ্ণনা য়াবিদবগী রাঙাও তৌরকপতুদা শ্রীরাধানা গনখি—"শ্রীকৃষ্ণসে লেপ্পমক শঠনী, ঐঙোন্দা শিব-য়াবা অরাবা পীগে হায়না তৌরম্বনী ; নত্রগদি মানা ঐগী মাঙদা মাগী রূপ-মাধুর্য্য ( শক্তী ফজবতু ) উৎপীরম্লিবা করিগীনো? মতুম্‌মা উৎলগা ঐবু শুম্‌হৎলিবা করিগীনো? মাব পাম্‌হল্লগা হৌজিক য়াবিরক্তবা করিগীনো?"

যুগ ২০

সখি হে! না বুঝিয়ে বিধির বিধান।
সুখ লাগি কৈল প্রীত হৈল দুঃখ বিপরীত,
এবে যায় না রহে পরাণ। ধ্রু। ২০॥

শব্দার্থ

সখি হে—হে ইতা ; না বুঝিয়ে—খঙদেদা ; বিধির—নোংদম্বগী ; বিধান—নোংদম ; সুখ লাগি—নুংঙাইনবা হায়তুনা ; কৈল—তৌরুই ; প্রীতি—নুংশিবা ; হৈল—ওইরে ; দুঃখ—অৱাবা ; বিপরীত—ওন্থৈনবা ; এবে—হৌজিক ; যায়—চৎল্লে ; না রহে—লৈত্রে ; পরাণ—থৱাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইতা ; নোংদম্বগী নোংদম খঙদেদা! নুংঙাইনবা হায়তুনা নুংশিক্লবনী, অদুবু ওন্থৈনা অৱাবা ওইরে। হৌজিক থৱাই চৎল্লে, লৈত্রেনে।

## নৈনরোল

কৃষ্ণদি শঠনী, পরনারীবু হাৎপা হৈবনী হায়বা খঙলগদি প্রেম তৌরুরিবা করিগীনো হায়না হংবা য়াই, মতুগী পাউখুমদি শ্লোক্তা য়াওবা **হা হা বিধে কা গতিঃ** অসিগী অর্থ হল্লগা হায়রিবনী--নোংদম্বা বিধিনা কনাগী করি তৌয়ি হায়বসি খঙনদে। মরমদি ঐহাক্তি ( শ্রীরাধা ) মুংঙাইগনী হায়তুনা প্রেম তৌরুবনী ; অতুবু নোংদম্বগী নোংদম্মা লাইবক থীবনা মুংঙাইবগী ওম্ন-তৈনবা অরাবা হায়বদু ফংজরে। রাবসিনা থাঙবা ঙমদ্রতুনা থরাই থাগ-দৌরে। বিধিনা ইরায়বক্তা অসিগুম্বা অরাবা ইরম্বসে হান্না খঙহৌদরে।

### মূল ২১

কুটিল প্রেমা অগেয়ান, নাহি জানে স্থানাস্থান,
ভাল-মন্দ নারে বিচারিতে।
ক্রূর-শঠের গুণ ডোরে, হাথে গলে, বান্ধি মোরে
রাখিয়াছে, নারি উঁকাশিতে ॥ ২১ ॥

#### শব্দার্থ

কুটিল—খোয়দ্রিং-খোয়দ্রাংনবা ( ওই ) ; প্রেমা—মুংশিবা, প্রেম ; অগেয়ান—জ্ঞান-তাদবা ; নাহি-জানে—খঙদে ; স্থানাস্থান স্থান (মফম) অস্থান (মফম নত্তবা), পাত্রাপাত্র ; ভালমন্দ—অফ ফত্ত ; নারে—ঙমদে : বিচারিতে—বিচার তৌবা ; ক্রূর—মুংশি হৈতবা ; শঠের—শঠগী ; গুণ—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ লংতুনা তাবা ; ডোরে—ধৌরীনা ; হাথে—খুত্তা ; গলে—ঙক্তা ; বান্ধি—পুন্দুনা ; মোরে—ঐবু ; রাখিয়াছে—থম্লে ; নারি—ঙমদ্রে ; উকাশিতে—( থৌরি ) থোকপা।

#### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

**মপুক**-খোয়বা প্রেম হায়বা মগাক্তি জ্ঞান তাদবনী, মফম চাবা-চাদবা খঙদে, অতুগা অফ ফত্ত খন্দোকপা হৈতে। মুংশি হৈতবা শঠনা গুংদুনা তাবা পৌরিনা ইখুংতা ইঙক্তা ঐবু পুল্লগা থম্বিরে। পুল্লিবসি থোকপা ঙমদ্রে।

## নৈনরোল

শঠ মকোক কৃষ্ণগা লোয়ননা প্রেম তৌরুবগী মরমদি শ্লোক্তা য়াওরিবা

**নচ প্রেম বা স্থানাস্থানমবৈতি** হায়বা মতাংগসিগী অর্থ হল্লিবনী। **কুটিল প্রেম**— লম্বী চুমত্রিংনা চৎপা নৈতে প্রেমদি। "অহেরিব গতিঃ প্রেম্নঃ স্বভাব কুটিলা ভবেৎ—তাঙজলিল্‌গুম খোয়না চৎলী প্রেম হায়বত্থুদি। উঃ নীঃ শৃঙ্গার-৪২॥" মসিগী ধ্বনিদি অসিনী—অহান্‌বদা মুংশি-লাংদা থুবা মতমদা মুংঙাইবগী মুংঙাইবঙাক উরম্মী, মদুদা খল্লম্বদি মুংঙাইবগী লম্বীদা অস্তুম চৎথগদৌবনী হায়না খল্লম্মী। অদুবু ইরায়বক থীবনা প্রেম (মুংশিবা) হায়বত্থুনা ইখঙ খঙহৌদবমখৈ মাগী লম্বী হোংখি। মুংঙাইবগী চুমত্রিংবা লম্বী থাদোক্তুনা লম্‌থৈত্থুনা অরাবগী মায়কৈ পাংথ্রে। মসিগী ফলিতার্থদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণনা প্রেম্না শুমহৎখিত্থুনা রাধা এসে অফ-ফত্ত করিনো হায়বা রায়েন্‌বা ঙমহৌদ্রে : তুং মাঙগী রাত্থু খল্‌হৌদ্রে ; প্রেম হায়বসিদি অরা-মুংঙাই অনী তিন্‌বনী হায়বা, প্রেমদি কদৌঙৈদস্তু চুমত্রিংবা লম্বীদা চত্তে হায়বা, অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণসে শঠনী হায়বা রারম পুম্নকসি প্রেম্না মিং তাঙহন্দুন ঐ করিমতা খঙহৌদ্রে ; মরমত্থুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না ঐবু পুন্দুনা থম্‌খ্রে।

**গুণ ডোরে** —শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অদুনা থৌরি ওইত্থুনা। **নারি উকাশিতে** —(পুল্লিবত্থু) থোক্‌পা ঙমদ্রে। হংবা য়ায়, হান্নবুদি খঙদত্থুনা শঠ অমগা মুংশিনরুরে ; অত্থুবু হৌজিক্তি রা পুম্বা খঙলে ; হৌজিক মাবু থাদোক্তবদি করিগীনো ? মদুগী পাউখুম ওইনা হায়রকলি—হৌজিক মাবু থাদোকপগী শক্তি ঐগী লৈত্রে। শ্রীকৃষ্ণদি মুংশি-হৈতবনী, শ্রীকৃষ্ণদি শঠনী, হায়বসি খঙলবস্তু হৌজিক ঐহাক মাবু থাদোকপা ঙমদ্রে ; মরমদি, মহাক্কী গুণ্না ওইবা থৌরিত্থুনা ঐবু খৃৎকা ঙক্‌শমগা পাননা পুন্‌খরে, গুণ থৌরীত্থু থদৎপা ঙমদ্রে নত্রগা থোকপা ঙমদ্রে ; করম তৌরগা মহাকপু থাদোক্কনী ?

কনাগুম্বগী খৃৎকা ঙক্কা উখোঙদা পুল্লবদি মীত্থুনা পুল্লিবত্থুস্তু থোকপা ঙম্মরোই অত্থুগা উখোঙত্থুদগী লাপ্না চৎথোকপস্তু ঙম্মরোই ; মতৌ অত্থুম্না শ্রীকৃষ্ণগী গুণগী মশক ওইবা থৌরীনা রাধাগী খৃৎকা ঙক্কা (হকচাঙ পুম্নমক) শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা পুন্‌খরে ; অত্থুনা পুল্লিবসি (বন্ধন অসি) রাধানা থদৎপা ঙমদবনা শ্রীকৃষ্ণদগী লাপ্না চৎপা ঙমজদরে। মসিগী ফলিত অর্থদি অসিনী —শ্রীকৃষ্ণগী গুণ্না শ্রীরাধা কয়ামুক শুমহৎপ্রবগে হায়ববু শ্রীকৃষ্ণনা য়াবিরক্তবসিনা রাধা ঙমখৈ নাইদনা রারবস্তু খঙনা খঙনা মহাক্কা শ্রীকৃষ্ণবু থাদোকপা ঙমদরে। মৈদা লৌবা চু ছায়বগুম্না শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিরদা তরাদা মুংঙাইরা

অনীমক য়াওরি। চাংদমগাই লৈতবা মুংগাইবা য়াওয়ি হায়বা মরম্মা রানা রানা প্রেমদি তোক্পা ঙমদরে। প্রেমগী মতৌদি (স্বভাবতি) ধ্বংসগী (কায়নবগী) মরম লৈনা লৈনা ধ্বংস ওইদে হায়বসিনী।

মূল ২২

যে মদন তনুহীন, পরদ্রোহে পরবীণ,
পাঁচবাণ সন্ধে অনুক্ষণ।
অবলার শরীরে, বিন্ধি করে জরজরে
দুঃখ দেয়, না লয় জীবন॥ ২২ ॥

শব্দার্থ

যে—মহু; মদন—কামদেব; তনুহীন—হকপান্দবা; পরদ্রোহে—অতোপ্পবু রাহনবদা; পরবীণ—প্রবীণ, হৈশিংবা; পাঁচ—মঙা, বাণ—তেজেং; সন্ধে—সন্ধান তৌরী; অনুক্ষণ—মতম পুম্নদা; অবলার—পাঙ্গল-লৈতবীগী; শরীরে—হকচাংদা; বিন্ধি—থিন্দুনা; করে—তৌরি; জরজরে—নৈহৎলী; দুঃখ—অরাবা; দেয়—পী; না লয়—লৌদে; জীবন—থবাক।

মৈতৈলোন্দা চঙোকপা

হকপান্দবা মদন হায়বহু অতোপ্পবু রাহনবদা হৈশিঙবী; মাগী তেজেং মঙানা মতম পুম্নদা সন্ধান তৌরী; অদুনা অবলাগী দেহদা থিন্দুনা নৈহৎলী, অরাবা পীরগা থবাইদি লৌদে।

লৈনরোল

পাঁচবাণ—তেনজৈ মঙা। মদনগী তেনজৈ মঙাগী মিংদি সম্মোহন (ঙমহৎপা), উন্মাদন (ঙাওহনবা), শোষণ (চুপ থোকপা) তাপন (চাকহনবা) অমসুং স্তম্ভন (থামাইবা, উখোংদৌনা লেঙহন্দবা) হায়বসিনী। প্রাকৃত-নত্তবা নবীন-মদন (নৌহনদা লৈবা মদন) শ্রীকৃষ্ণসু তেনজৈ মঙা লৈ, মহুদি মহাক্কী রূপ (শক), রস, গন্ধ (মণম), স্পর্শ (হকচাঙদা শোকপা), শব্দ (খোন) হায়বা পোৎলম মঙাসিগী মাপা-লৈত্রবা অমসুং মঙোন্দগী হেন্না রাংবা অমা লৈতবা (অসমোর্দ্ধ) মাধুর্য্যবু আস্বাদন তৌননবগী পাঙ্গল-কন্নবী অপাঙ্গগী (বামনাগী) মশক ওইবা তেনজৈ মঙাসিনী।

মফমসিদা য়াওবা 'নাপি মদনো জানাতিনো দুর্ব্বলা' হায়বা অংশগী অর্থ শ্রীপদীদা পীরিবনী। "অমরোমদা শ্রীহাক শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী মৈচাক্না চাতুনা শিগদোরে; অমুক মহাক্কী প্রেমগী মশক ওইবা থৌরীনা ইখৃংকা ইওকা পুন্দুনা লেঙ-খোংপা করিমতা ঙমদরে; ঐগী পন্তি-লৈতবা ফীভমসি থওলহুনা তৌরিবরা কৈনো থওদে কামদেব হায়বহুনা অমূক মীৎকূপ খূদিংগী পঞ্চবাণ কাপ্ শল্লক্কুনা ঐগী দেহসিবু নৈহংলম্রি; বাণ কাপ্নুনা থরাইসি শিবা য়াহল্লবস্থু ফগদোবা, অদুগা অরাবা পূম্নমক কোকদোবা; অহুবু থরাইদি লৌবিদে অরাবদমক পীরগা তোকৃয়ি।" অসিদা হায়বা য়াই—কামদেবনা অসূক অরাবা পীরবোইদি করিদোনা কামদেবগী মথক্তা লম্মন-থুম্‌দ্রিরনো? মদুগী পাউখুম ওইনা হায়রি—"ঐদি করম্না লম্মন খুম্‌গনী? ঐদী পোক্‌-পদগী অবলা (পাঙ্গল্লৈতবী) অমদি দুর্ব্বলা (পাঙ্গনশোন্‌বী) ওইতুনা লাক্লবনী: মদুগীস্থু মথক্তা নুংশি-থৌরীনা (প্রেম-ডোরনা) ইখৃংকা ইওকস্থু পুন্‌বিরে; ফীভমসিদস্থু লম্মন খুম্নবা ঙম্বমখৈ হোৎনরম্বা য়াবনী করিগুম্বা কামদেব হায়বা লাইসি হক্‌পানবা ওইরম্লবদি: মদু ওইরবদি মানা ঐঙোন্দা পঞ্চবাণ কাপ্লক্‌পগুম্না ঐস্থু কৈনো উপায় অমা তৌহুনা মাগী দেহদা খূং-লাইনা পাল্‌হনবা য়াবনী; অদুনা করি হায়নী, কামদেবগী দেহ পান্দবনীনা, (অনঙ্গনীনা) করমতৌনা মাগী মথক্তা লম্মন্‌ খুম্‌গনী?"

কামদেবনা ওৎলিবা করিগীনো হংলুবদা রাধানা খুম্লি—মদন হায়বসিদি মীওৎপদা হৈশিংবনী (প্রবীণী); মীওৎপনা মাগী হৌনশানী (স্বভাব-নী) অদুগা মীওৎনবা লৌ (কৌশল) ফজবস্থু মাদি থওউী।"

## মূল ২৩

অন্যের যে দুঃখ মনে, অন্য তাহা নাহি জানে,

সত্য এই শাস্ত্রের বিচারে

অন্যজন কাহাঁ লিখি, নাহি জানে প্রাণসখী

যাতে কহে ধৈর্য্য করিবারে ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

অন্যের—অতোপ্পগী; যে দুঃখ—অরাবা লৈবদো; মনে—পূক্কা; অন্য—অতোপ্পনা; তাহা—মদু; নাহি জানে—থওদে; সত্য—অচুম্বনী;

এই—মসিমক ; শাস্ত্রের—শাস্ত্রগী ; বিচারে—রায়েন্‌বা ; অন্যজন—অতোপ্পা মীদি ; কাহাঁ—কদায়দা ; লিখি—হায়রুনী ; নাহি জানে—খঙদে ; প্রাণসখী—থরাই ওইবী সখীনা (মতানা) ; যাতে—মরমহুনা ; কহে—হায়রি ; ধৈর্য্য—তপ্‌থবা ; করিবারে—তৌনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পগী মবূক্তা লৈবা অরাবদো অতোপ্পা অমনা খঙদে, মসি শাস্ত্রগী বিচায়দা অচুম্বনী। অতৈগী রাদি করি হায়রুগনী, থরাই ওইনা তিন্নরিবী ইতা নঙনা (সখীনা) ফাওবা (ঐগী পূর্ণীঙগী) রাসি খঙদে, মরমহুনা প্রাণসখী নঙনা ঐবু তপ্‌থো হায়রিবনী।

মূল ২৪

কৃষ্ণ কৃপা-পারাবার, কভু করিবেন অঙ্গীকার,
সখি! তোর এ ব্যর্থ বচন।
জীবের জীবন চঞ্চল, যেন পদ্মপত্রের জল
ততদিন জীবে কোন্ জন॥ ২৪॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণ ; কৃপা-পারাবার—থৌজালগী ঈপাক ; কভু—করিগুম্বা মতমদা ; করিবেন—তৌগনী ; অঙ্গীকার—লৌশন্‌বা ; সখি—হে ইতা ; তোর—নহাক্কী ; এ—অসি ; ব্যর্থ—অরেপ্পা ; বচন—বানী ; জীবের জীবন—জীবগী পুন্সিদি ; চঞ্চল—ডাইহাক্তনী ; যেন—গুম্মী ; পদ্মপত্রের—থম্বাগী ; জল—ঈরীক ; ততদিন—মতম অম্বফাওবা (শ্রীকৃষ্ণনা অমুক লৌশন্‌বিবা মতম ফাওবা) ; জীবে—হিংগনী ; কোন জন—করম্বা মীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে সখি (নঙনা—) 'কৃষ্ণদি থৌজান্‌গী ঈপাক্কী, করিগুম্বা মতম অমদা নঙবু (রাধাবু) লৌশন্‌বিগনী— হায়বা রাসি অরেপ্পা বানী। জীবগী পুন্সিদি চেঞ্চী, থম্বাথক্কী ঈরীকূম্বনী। (কৃষ্ণনা কৃপা তৌবিরকদোবা) মতম অদু ফাওবা কনানা হিংগনী (হায়বদি ঐসু হিংখিদ্রবা)?

## মূল ২৫

শতবৎসর-পর্য্যন্ত ;  জীবের জীবন-অন্ত,
এই বাক্য কহ না বিচারি ।
নারীর যৌবন ধন,  যারে কৃষ্ণ করে মন
সে যৌবন দিন-দুই-চারি ॥ ২৫ ॥

## শব্দার্থ

শত—চামা ; বৎসর—চহী ; পর্য্যান্ত—ফাওবা ; জীবের—জীবগী ; জীবন—পুন্সী ; অন্ত—লোম্বা ; এই—অসি ; বাক্য—ৱা ; কহ—হায়রি নঙনা ; না বিচারি—ৱাখল থন্দবমথৈ ; নারীর—নুপী ওইবীগীদি ; যৌবন মথোক-কাবা মতাঙ ; ধন—লন ; যারে—মাবু ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা ; করে মন—পূক্নীঙ ( থৱাই ) ত্তাই ; সে-যৌবন—মথোক কাবা মতাঙদুদি ; দিন-দুই-চারি—নুমীৎ নীনী মরীনীদগীনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জীবগী পুন্সীদি চহী চামা ফাওবনী, জীবগী পুন্সীদি লোম্বা-নাইবনী । করিগুম্বা নুমীৎতা কৃষ্ণনা চান্‌বিরবা য়াই হায়না নঙনা হায়রিবসে ইত্তা বিচার য়াওদবা ৱানী । নুপীগী মরম্দি মথোক-কাবা মতাঙ ( যৌবন ) হায়বদুনী ; যৌবনদুবনী কৃষ্ণনা পুক্নীঙ থিংজল্লিবদি, অদুবু যৌবন অদুদি নুমীৎ নীনী হুম্নীদগী ওইবা পোৎনী ।

## মৈনৱোল

“মীওইবগী আয়ুদি চহী চামনী ; মসিগী মনূঙদা কৃষ্ণনা কৃপা তৌর-ক্লোইদরনে, করিগী নঙনা অস্তুক পাখৎলিবসিবো” হায়না নঙনা হায়রবস্তু মদুগী পাউখুম তাওনে হে সখি —মীওইবগী আয়ু চহী চামা ওইবা ৱাই অদুগা ঐস্তু চহী চামা পুন্সিরনী মহায়রসি ; চহী চামাসিগী মনূঙদা করিগুম্বা মতমদা কৃষ্ণনা ঐবু কৃপা তৌবিরকপা মৱাই হায়রসি ; অদুবু চহী চামা চামা ফানা ঐনা পুন্সিরবস্তু ঐগী যৌবনদি ( মথোক-কাবা মতাঙদি ) চহি ফাঙলা কৈম্নু হায়বা য়াক্লোই । যৌবন-দি মতম থৱদগীনী ; কৃষ্ণনা চান্‌বিদুনা ঐবু লৌশন্‌বিগে হায়রকপা মতমদা যৌবন লৈত্রবদি ঐনা মাগী সেবা

তৌবদি করি পোৎনা তৌগনী ; করম্না মহাকপু নুংঙাইহন্‌গনী। নুপীনা যৌবন ফংজবদি কৃষ্ণগীদমক্নী।"

শ্রীরাধানা কান্তাভাব-তা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌদুনা মহাকপু নুংঙাই-হন্নীঙঙী ; কান্তাগী যৌবন-তনা কান্তদা নুংঙাইবা পীবনী ; মতৌ অসুম থনবনা শ্রীরাধানা "নারীর যৌবন ধন"—নচিংবা হায়রিবনী।

শ্রীরাধাগী স্বরূপকী রা হায়রগদি মহাক শ্রীকৃষ্ণগী নিতাকান্তানী। মহাক শুদ্ধ-সত্ত্ব-বিগ্রহনী ; মহাক তাইবংমী নত্তে ; তাইবংমী ওইনা শাস্নবা লীলা পাঙথোক্নবগীদমক্তা যোগমায়াগী মতেঙনা মহাক মতাকী স্বরূপ অদু খঙদে ; তাইবং মীগী ভাব-না চঙবনা মহাক মছাবু তাইবংমীনী জীবনী —হায়দুনক্না খল্লী। মরমসিনা মহাক্না মছাবু তম্বদুনা "শত বৎসর পর্য্যন্ত নচিংবা" রা হায়রিবনী।

মূল ২৬

অগ্নি যৈছে নিজধাম দেখাইয়া অভিরাম
পতঙ্গেরে আকর্ষিয়া মারে।
কৃষ্ণ ঐছে নিজগুণ দেখাইয়া হরে মন ;
পাছে দুঃখ-সমুদ্রেতে ডারে॥ ২৬॥

শব্দার্থ

অগ্নি— মৈ ; যৈছে—তুম্না ; নিজধাম—মছাগী মঙাল ; দেখাইয়া—উৎতুনা ; অভিরাম—ফজবা (ওই) ; পতঙ্গেরে—তীনবু (মৈরানবীবু), আকর্ষিয়া—চিংশিন্দুনা ; মারে—হাৎলী ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; ঐছে—অদু-ম্না ; নিজগুণ—মছাগী গুণ ; দেখাইয়া—উৎলগা ; হরে—হূই ; মন—পুক্নীঙ ; পাছে—তুংদা ; দুঃখ-সমুদ্রেতে—অৱাবগী ঈপাক্তা ; ডারে—লংঈথ।

মৈতৈলোন্দা ৱাখোকপা

মৈনা মঙাল উৎলগা ফজবা ওইদুনা তীনবু (মৈরানবীবু) চিংশিল্লগা তাকথেদুনা হাৎতোকপগুম্না শ্রীকৃষ্ণনু মগুণ উৎলগা মীগী পুক্নীঙ হূই অদুগা তুংদদা অৱাবগী ঈপাক্তা মীদুবু লংঈ।

মূল ২৭

এতেক বিলাপ করি, বিষাদে শ্রীগৌরহরি
উঘাড়িয়া দুঃখের কপাট।
ভাবের তরঙ্গবলে, নানারূপে মন চলে,
আর এক শ্লোক কৈল পাঠ ॥ ২৭ ॥

## শব্দার্থ

এতেক—মতৌ অসুম্না ; বিলাপ—তেংথাবা ; করি—তৌদুনা ; বিষাদে—সুংঙাইতবনা ; শ্রীগৌরহরি—শ্রীচৈতন্যপ্রভু ; উঘাড়িয়া—হাংদোক্লুনা ; দুঃখের—অরাবগী ; কপাট—থোঙনা ; ভাবের—ভাব ময়ামগী ; তরঙ্গ—ঈথক ; বলে—পাঙ্গম্না ; নানারূপে—মওং মওং ; মন—পুক্নীঙ ; চলে—চংলী ; আর—অতৈ ; এক—অমা ; শ্লোক—শ্লোক ; কৈল—তৌয়ি ; পাঠ—পাবা, থীবা।

মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

মতৌ অসুম্না বিলাপ তৌদুনা সুংঙাইতবনা শ্রীগৌরহরিদু অরাবগী থোঙনা হাংদোক্লগা ভাব ময়ামগী ঈথক্কী শাফুনা পুক্নীঙদু মওন মওন তৌরম্মী অদুদগী অতোপ্পা শ্লোক অমমূক থীরম্মী।

## নৈনরোল

বিষাদ—অপাম্বা পোৎ ফংদবা, হৌগৎখ্রবা থবক পাঙথোক্তবা, খুদোং থীবা, অপরাধ (অরানবা)-নচিংবগীদমক কৈস্নংচিং (অনুতাপ) অদুবু বিষাদ কৌয়ি। "ইষ্টানবাপ্তি-প্রারব্ধকার্য্যাসিদ্ধি-বিপত্তিতঃ। অপরাধিতোঽপি স্যাদনুতাপো বিষণ্ণতা॥ অত্রোপায়সহায়ানুসন্ধিশ্চিন্তা চ রোদনম্। বিলাপশ্বাসবৈবর্ণ্যমুখশোষাদয়োঽপি চ॥ ভ, র, সি, ২/৪/৮॥"

উঘাড়িয়া দুঃখের কপাট—অরাবগী মহুমগী থোঙনা হাংদোক্লুনা। শ্রীকৃষ্ণবু ফংদবদগী ওইবা বিষাদনা মরম ওইদুনা শ্রীরাধাভাব-তা চঙলিবা মহাপ্রভুগী অরাবগী ঈপ্পাক অদুগী ঈথক কারম্মী ; অর,বক্ষ্ম লৈন্না লৈনা মহাক্না কৃষ্ণরূপাদি-নচিংবা শ্লোক পাঠ তৌখি।

ভাবের তরঙ্গবলে-নচিংবা—শোক্নদি সমুক্নগী মতৌনী অদুগা ভাব

ময়াম্না সমুদ্রত্থগী ঈথক ময়াম্নী। সমুদ্রগী ঈথক্লা নাপী অমব তাউইহন্দুনা পুবগুম্না বিষাদ-নচিংবা সঞ্চারিভাবশিংগী ঈথক্তা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী মন অহ্ প্রেমসমুদ্রদা তাউরম্মী।

( সঞ্চারিভাবশিংগী বাদি ১/৮/১৩৫ পয়ারগী টীকাদা য়েংবিয়ু )।

তথাহি গোস্বামী পাদোক্তঃ শ্লোক ঃ—

মূল ২৮

শ্রীকৃষ্ণরূপাদি নিষেবণং বিনা
ব্যর্থানি মেঽহান্যখিলেন্দ্রিয়াণ্যলম্।
পাষাণ শুষ্কেন্ধন-ভারকাণ্যহো
বিভর্ম্মি বা তানি কথং হতত্রপঃ ।। ২৮।

শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণরূপাদি-নিষেবণম্—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ ( শক )-নচিংবগী সেবন; বিনা—নত্তনা; ব্যর্থানি—অরেষ্পনী; মে—ঐগী; অহানি—সুমীৎশিংসে; অখিল-ইন্দ্রিয়াণি—ইন্দ্রিয় পূম্নমকসি; অলম্—মপুঙ ফানা; পাষাণ—নুঙ; শুষ্ক—অকংবা; ইন্ধন—মৈ-থানবা শীঙ; ভারকাণি—পোৎলূমশিং; অহো—ওষ্টোক্পনী; বিভর্ম্মি—পুথাংগনী; বা—হায়বদি; তানি—মখোয়দু; কথম্—করম্না; হতত্রপঃ—ইকাহ্ নাইদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী রূপ ( শক )-নচিংববু সেবন তৌদ্রবদি ঐগী ( মীৎনচিংবা ) ইন্দ্রিয় পূম্নমক্সে অরেম্বা ওইরে। নুঙগা উকংগগী পোৎলুমগা মান্নরবা ইন্দ্রিয়শিংসে করম্না পুগনী অদুগা সুমীৎশিংসে করম্না পুগনী হায়বদি মতম করম লেনগনী।

ঐনদোক

শ্রীকৃষ্ণগীরূপাদিনিষেবণং বিনা—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নচিংবু সেবা তৌবা নত্তনা। রূপ-নচিংবা হায়বগা রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্শ অমসুং শব্দবু [illegible] রূপ—শ্রীঅঙ্গগী রূপ হায়বনী; মীৎনা সেবা তৌপদবনী

হায়বদি য়েংগদবনী ; শ্রীঅঙ্গগী রূপ দর্শন ফংলবদা মীংকী মহৈ য়ানজরি-বনী ; মসি রূপ-নিষেবণ হায়বতুনী। রস—অধরামৃত (চীন্বান্) রস অমসুং কৃষ্ণকথা রস হায়বসিনী ; রস অসিদি লৈয়েংনা সেবা তৌগদবনী ; শ্রীকৃষ্ণনা ছায়রবা তাম্বূল-নচিংবা নত্রগা মহাক্না লুক হাখিবগী অরেম-থাক্ল-চিংববু আস্বাদন তৌবনা অমদি মহাক্কী রূপ-গুণ-চরিত-নচিংবা বর্ণন তৌবনা লৈয়েংগী মহৈ য়ানবনী : মসিনা রসগী নিষেবণ হায়বতুনী। গন্ধ—শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-নচিংবগী হুংশিবা মণম ; গন্ধসি নাতোন্না সেবা তৌগদবনী ; শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ-নচিংবগী মণম লৌবনা নাতোনগী মহৈ য়ানবনী ; মসিনী গন্ধগী নিষেবণ হায়বদি। স্পর্শ—শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ ( হকচাঙ কায়াৎ ) শোক্পা ; মসি উন্সা-ইন্দ্রিয়না সেবা তৌগদবনী ; শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গবু শোকচবা ফংবনা উন্সা-ইন্দ্রিয়গী মহৈ য়ানবনী ; মসিনী স্পর্শগী নিষেবণ হায়বদো। শব্দ—শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীখোন্ অমসুং কণ্ঠগী খোন্ ; মসী নাকোঙনা সেবা তৌগদবনী ; শ্রীকৃষ্ণগী বংশীধ্বনি অমসুং কণ্ঠস্বর তাবদা নাকোঙগী মহৈ য়ান্বা হায়বতুনী ; মসিনী নাকোঙগী নিষেবণ হায়বদো। মীৎ, না, নাতোন, লৈয়েং অমসুং উন্সা—ইন্দ্রিয় মঙাসিনা মথঙ্ শীংনা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-দর্শন, বাঁশীখোন অমসুং কণ্ঠস্বর শ্রবণ, অঙ্গ গন্ধ লৌবা, অধরামৃতনচিংবা মহাও তংবা অমসুং শ্রীঅঙ্গবু শোকপা ফংদ্রেগদি ইন্দ্রিয় পূম্নমক্কী মহৈ করিমতা য়াদ্রে, অদুনা ইন্দ্রিয় পূম্নমক অরেম্বদা লৈবা হায়বত্ত ওইরে।

**হতত্রপঃ**—মহাক্কী ত্রপঃ (ইকাইবা) হত ( হাংপা ) ওইরে, অদুগুম্বা মহাকপু হতত্রপঃ কৌয়ি : ইকাই-নাইদবা হায়বনী। কনাগুম্বনা মখৌ তৌদ্রগদি ইকাইফম থোকয়ি ; ইন্দ্রিয় ময়ামসি ফংলগা মখোয়তুবু চপ-চানা শীজন্নতুনা মহৈ য়ালহন্দ্রবদি মহাক ইকাইগদবনী। মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ-রূপ-নচিংবা সেবা তৌরগা ইন্দ্রিয়শিংবু মহৈ য়ালহনবা ঙমজদরে হায়তুনা মছাবু ইকাই-নাইদবা অমনী হায়জরি।

**পাষাণ-শুষ্কেন্ধনভারকাণি**—নুঙগী অমসুং শীঙগঙগী মপোৎকা মান্নে। করিগুম্বা কান্নবা অমগীদমক শীজন্নদবা নুঙ অমসুং শীঙগঙগী পোৎ-লুম পুবদি অরেম্বদা নামৎ মাঙঙী ; মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈবা থবক্তা শীজন্নদবা ইন্দ্রিয়শিংবু পুবদি অমসুং অদুম্না পুদুনা পুন্সি লেন্বদি কান্নদবা অরেম্বা থবক্কী। মসিনী তাৎপর্য্যদি।

**প্রেমচ্ছেদরুজঃ**—নচিংবা শ্লোক্তা হায়রিবা রাগা 'শ্রীকৃষ্ণরূপাদি

নিষেবণং”-নচিংবা শ্লোকস্তিদা হায়রিবা য়াগা নাত্তৈ অমা চানরি। শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গ পায়রগী—মাগী ইন্দ্রিয়মণ্ডানা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-নচিংবগী সেবা তৌরগা মহৈ য়ানীওজগী ; অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা য়্যা বররক্তবা মরম্না প্রেমচ্ছেদ-রুজঃ—নচিংবা শ্লোকসিদা শ্রীরাধাগী আক্ষেপ উৎলি, অদুনা শ্রীকৃষ্ণসেবাগী লাইবক-ফবা হায়বদু ফংদদুনা মাগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক করি হায়নী মহাক্কী পুন্সী ফাওবা অরেম্বা ওইদৌরে হায়রদু শ্রীকৃষ্ণরূপাদিনিষেবণং হায়বা শ্লোকসিদা ফোঙদোক্লি।

শ্রীকৃষ্ণ ফায়নবগী ভাব অদু থোরকপদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা শ্লোক অসী খীতুনা হায়রম্লিবনী— 'ঐগী হকচাঙ কায়াংশিংনা অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংনা শ্রীকৃষ্ণ-সেবাবু তৌবা ফংদ্রবদি ইন্দ্রিয়শিং করি কান্নগনী। শ্লোকসিগী ভাবার্থ অদু মখাদা লাক্লিবা ত্রিপদী য়রামশিংদা ফোঙদোক্লি। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা বিষাদ-কৌনা ভাব অদুদা চঙলগা শ্লোকসি খীরম্বনী।

অসাাগ্ঃ যথারাগ ॥

মূল ২৯

বংশীগানামৃতধাম, লাবণ্যামৃত জন্মস্থান,
যে না দেখে সে চাঁদবদন।
সে নয়নে কিবা কাজ, পড়ু তার মাথে বাজ,
সে নয়ন রহে কি কারণ ॥ ২৯ ॥

শব্দার্থ

বংশীগান-অমৃত-ধাম— অমৃতগী মশক ওইবা বংশীগী ঈশৈ অদুগী মফম ; লাবণ্য-মৃত-জন্মস্থান —অমৃতগী মশক ওইবা রাশিগী (লাবণ্যগী) পোক্নফম্ ; যে—মহাক ; না দেখে—উদে ; সে— মদু ; চাঁদবদন – মায়থোঙ খা : সে নয়নে—মীৎ অদুনা ; কিবা— করি ; কাজ – কান্ননা ; পড়ু – তাশনু ; তার —মহাক্কী ; মাথে—কোক্তা ; বাজ – বজ্রশীওজঙ ; সে নয়ন – মীৎ অদু ; রহে—লৈরি ; কি কারণ—করি মরমগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বংশীগান হায়বা অমৃত তুংফম ওইব, অমস্তুং রাশি ( লাবণ্য ) কৌবা অমৃতগী পোকফম ওইবা মায়থোং থাজ অদুবু উত্ত্রিবা মীৎতুদি করি কান্ন-গনী ? মীৎতুগী কোকথক্তা নোংমৈ শীওজঙ তারসনু ; অদুগুম্বা মীৎনা [illegible] করিগীনা ?

**বংশীগানামৃতধাম**— বংশীগী ঈশৈগী মশক ওইবা অমৃতগী লৈফম। **শ্রীকৃষ্ণগী** বাঁশীগী মখোনবু অমৃতগী মশক্কী হায়দি। মায়থোঙ-থাজগী বংশীধ্বনি থোরকয়ি; মরমসিন মায়থোঙ-থাজবু বংশীগানগী মশক-ওইবা অমৃতগী লৈফম্মী হায়রি। শ্রীকৃষ্ণগী মুখচন্দ্রদগী অমৃত মতীক মরীক থোরক্লগা বংশীগী মথুন্না লপ্পী ওইরগা মায়কৈ মরিদা চেল্লরম্মী।

**লাবণ্যামৃত জন্মস্থান**— ফজবগী রাশি হায়না অমৃতগী পোক্‌ফম। জগতত্তা লৈরিবা ফজবগী রাশি অদু শ্রীকৃষ্ণগী রাশি মণ্ডলগী ইচম চম্বা মশেক্কী। ভগবংনা ফজবা রাশি চেল্লি হায়বনি শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ-থাজগী রাশিগী মপান তংবনি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ থা নত্তনা মফম অতৈদা মরম্মাই-ওইবা (স্বয়ংসিদ্ধ) ফজবা অমতা লৈতে; মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ-থাবু লাবণ্যামৃতজন্মস্থান হায়রিবনী।

**চাঁদবদন**— মায়থোঙথাজ; থাজ মান্না মায়থোঙ। থাজদা অমৃত পোকয়ি। শ্রীকৃষ্ণগী বংশীধ্বনিনে অদুগা লাবণ্যনে অনীসে অমৃতগা চপ মান্ননা থুম্মী; মরমতুনা বংশীধ্বনি অমস্তুং লাবণ্যবু অমৃতনী হায়রিবনী; শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙদগী বংশীধ্বনিসিগা লাবণ্যসিগা অনীসিগী মশক ওইবা অমৃত পোকয়ি হায়বগীদমক থাজগা মায়থোঙগা চাংদম্নদুনা চাঁদবদন হায়রিবনী।

**সে নয়ন রহে কি কারণ**— মীং অদু লৈরিবা করি মরমগীনো। ফজবা পোৎ য়েংলগদা মীং মহৈ য়ানবনী; ফজবা পূম্নমক্কী তুঙফম অমস্তুং অমৃতগী তুঙফমদি শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙথা অদুনী; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়-থোঙ থাজগী ( শ্রীকৃষ্ণগী রূপ ) দর্শন যংলবদদা মপুঙফানা মহৈ য়ানবা হায়বদু ওইরিবনী। শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ-থাজসিবু উদবা মীং অদুদি পানবগা পান্দবগা অমানী।

ত্রিপদীসিদা শ্রীকৃষ্ণগী রূপদর্শনগী নত্তনা মীংপানবদি অরেম্বনী হায়বদো ফোঙদোক্লি।

মূল ৩০

সখি হে! শুন মোর হতবিধি-বল।<br>
মোর বপুচিত্তমন, সকল ইন্দ্রিয়গণ<br>
কৃষ্ণ বিনু সকল বিফল॥ ধ্রু॥ ৩০॥

## শব্দার্থ

সখি হে—হে ইতা ; শুন—নাকোঙনা তাও ; মোর—ঐগী হতবিধি—লাইবকথীবা ; বল—পাঙ্গল ; বপু—হকচাঙ ; চিত্ত—চিং ; মন—পূক্নীঙ ; সকল—পূম্নমক ; ইন্দ্রিয়গণ—ইন্দ্রিয়শিং ; কৃষ্ণ বিনু—কৃষ্ণ নত্তনা ; সকল—লোইনমক ; বিফল—মহৈ য়ান্দবা ওইরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে ইতারোয় ! ননাকোঙহনা ঐগী লাইবক-থীবগী পাঙ্গল ( শক্তি ) অসি মুন্না তাও। ঐগী হকচাঙ, চিত্ত অমসুং মন ইন্দ্রিয় পূম্নমক কৃষ্ণ নত্তনা মহৈ য়াদ্রে।

## নৈনরোল

সখি হে—শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী মৈচাক্ন রারবী শ্রীরাধানা মাগী অন্তরঙ্গা ওইবী কনাগুম্বী সখীগী মফমদা মাগী ইন্দ্রিয়নচিংবা অরেম্বা তারে হায়দুনা হায়রম্বী ; শ্রীরাধাগী মতম অতুগী ওইখিবা ভাব অদুদা চঙলম্বা মহাপ্রভুসু মাগী সখী ওইবা কনাগুম্বা অমগী মায়কৈ তমদুনা ত্রিপদীসিদা হায়রিবা বাসি হায়রম্বনী।

**হতবিধিবল**—দুর্দ্দৈব ( লাইবক-থীবগী ) পাঙ্গল ( শক্তি ) ; সখি ! ঐগী লাইবক থীবগী শক্তি কয়া লৈবিবনো ! অমুক্তা য়েংঙু নেসে : লাইবক-থীবা হায়বসিগী শক্তিনা ঐগী ইন্দ্রিয় অমতা অনীদগী নত্তে—ইন্দ্রিয় লোইনমক্কে, ঐগী হকচাঙ, মন, চিত্ত—ঐগী পুম্বা—ব্যর্থ (অরেম্বা, কান্নদ্রবা) ওইরে। ঐনা চামরক হোৎনদুনসু ঐগী ইন্দ্রিয় অনী-অহুমদফাওববু—পুন্সীগী মীৎকৃপ অমফাওববু—মহৈ য়ালহনবা ঙমদ্রেনে। থারবা লাইবক্না ঐনা হোৎনবা খুদিংমকপু ব্যর্থ ওইহল্লে ; মাগী শক্তিসে য়েংঙু। নত্রগী হতবিধিবল—মম বিবিধ বলং হতমিতি শৃম্বিত্যর্থঃ। বিধানং বিধিঃ কৃতিরিতি যাবৎ। মৎসম্বন্ধিনী যাবর্তা কৃতির্বপুরাদিকা তস্যা বলং শক্তিরিত্যর্থঃ। বিধিগী অর্থদি তৌবা থবক্ক ( কৃতি, করণ ) ; চেহনচিংবা ; ইন্দ্রিয় পুম্বা। বিধিবল—ইন্দ্রিয়শিংগী বল ( পাঙ্গল ) ; মতু পূম্নমক হত ( ব্যর্থ, অরেম্বা ) ওইরে। সখি ! ঐগী বিধিবল পূম্নমক—ঐগী ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তি হত হায়বদি ব্যর্থ ওইরে হায়বসে নঙোন্দা ঐ লীহুনা তমগে, ননাকোঙনা তাও। মতৌ করম্না লীরি ? ঐগী বপু, চিত্ত, মন-অসিনচিংবা রাহৈ হায়দুনা লীরি। (চক্রবর্ত্তী)।" ইন্দ্রিয়শিংগী মহৈ য়ান্দবসিনা তাকপন্‌ু মখোয়গী শক্তিদো ব্যর্থ ওইরে হায়বনী।

**চিত্ত**—হনজন্না থিবগী ওইবা মন-গী বৃত্তিবু চিত্ত কৌয়ি। থিরিবা পোৎ ফংলগদি হায়বদি মন হায়বসিনা মতম খুদিংদা থিরিবা মহাকপু ফংলগদি থিবহ্ মহৈ-য়ানবা কৌয়ি। শ্রীকৃষ্ণবু ফংননবগীদমক শাযু-কনবা উৎকণ্ঠা (থৌরাংবা) তৌরিবা মীহুনা অতৈ-অতোপ্পা পোৎ অমহ্রা থিরুবা লৈত্রে; মহাক্না থিরিবা অমতা-ঙায়না বিষয়দি শ্রীকৃষ্ণনী; শ্রীকৃষ্ণবু ফংদ্রবদি মহাক্না থিরিবহ্ (অনুসন্ধান-হ্), মরমহুন মাগী চিত্তদে, মপুঙ ফানা ব্যথ ওই।

**মন**— পুক্নীঙ (অন্তঃকরণ); মন-গী বৃত্তি মরিনী: মহুদি মন, বুদ্ধি (লৌশিং), অহঙ্কার (ঐ ঐ হায়বা) অমসুং চিত্ত; বৃত্তি মরিসিগী বিষয়না মথংশীংনা সংশয় (চিংনবা), নিশ্চয় (অরেপ্পা, শোয়দবা), গর্ব্ব (নাপল) স্মরণ (নীঙশীঙবা) হায়বসিনা। অন্তঃকরণগী সংশয়াত্মিকা বৃত্তিগী মিংদি মন হায়বনী, নিশ্চয়াত্মিকা বৃত্তিগী মিংনা বুদ্ধিনী, অভিমানাত্মিকা বৃত্তিগী মিংনা অহঙ্কার অমসুং অনুসন্ধানাত্মিকা বৃত্তিগী মিংনা চিত্ত কৌয়ি। সংশয়, নিশ্চয়, অভিমান অমসুং অনুসন্ধান হায়রিবা মরিসি মন-গী থবক্নী; মন অসিনা অমুক - বুদ্ধীন্দ্রিয়াণাম্ ষণ্ণাং প্রধানম্ (শব্দকল্পদ্রুম)—মন, চক্ষু (মীৎ), কর্ণ (নাকোঙ), নাসিকা (নাতোন), জিহ্বা (লৈয়েঙ) অমসুং ত্বক্ (উন্‌না) — জ্ঞানেন্দ্রিয় (পোৎশক খঙনবা ইন্দ্রিয়) তরুক্কী মনুঙদা পুঙথোই-থোই-বনী, হায়বদি ইন্দ্রিয় পূম্নমক্কী রাজানী (নিংথৌনী)। (মনঃ কর্ণৌ তথা নেত্রে রসনা ত্বক্ চ নাসিকে। বুদ্ধীন্দ্রিয়মিতি প্রাহুঃ শব্দকোষবিচক্ষণাঃ। ইতি শব্দরত্নাবলী॥) ঐনা খিজবিবা (অনুসন্ধান তৌরিব) অমতা ঙায়বা বিষয় শ্রীকৃষ্ণবু ফংদবনা ঐগী অনুসন্ধানাত্মিকা-অন্তঃকরণ-বৃত্তি চিত্ত হায়ব-সিতমক ব্যর্থ ওইবা নত্তে, ঐগী ইন্দ্রিয় পূম্নমক্কী রাজা মন হায়বসিফাওবা ব্যর্থ ওইরে; মরমদি ঐগী মন-গী বৃত্তি পূম্নমক্কী বিষয়দি শ্রীকৃষ্ণনী; শ্রীকৃষ্ণ অহুল্ল ফংদবদা মন-গী বৃত্তি পূম্নমক ব্যর্থ ওইরে; মরমহুনা মন-সু ব্যর্থ ওইরে। ঐগী মন অসিনা ব্যর্থ ওইরবনীনা ইন্দ্রিয়শিংসু ব্যর্থ ওইরে, মরমদি মন অসিনা ইন্দ্রিয়শিংগী রাজানী ইন্দ্রিয়শিংনা মন-গী মনাই তুং-ইন্‌বনী (অনুচরনী); নিংথৌগী অস্তিত্বনা (লৈবনা) মহৈয়ান্দ্রবদি অনুচরশিংগী অস্তিত্বসু মহৈ য়ান্দ্রে। মন অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা ব্যর্থ ওইরবনীনা দেহসু ব্যর্থ ওইরে; মরমদি, দেহ না ইন্দ্রিয়পুম্ববু পুন্থংলিবনী; মরমহুনা ইন্দ্রিয় পূম্নমক্না মহৈ য়াল্লবদদা দেহনা মহৈ য়ানগদবনী, ইন্দ্রিয়শিংনা ব্যর্থ ওইরবদি দেহসু ব্যর্থ ওইরে।

## মূল ৩১

কৃষ্ণের মধুরবাণী, অমৃতের তরঙ্গিনী,
তার প্রবেশ নাহি যে শ্রবণে।
কাণাকড়ি ছিদ্র সম জানহ সেই শ্রবণ,
তার জন্ম হৈল অকারণে ॥ ৩১ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী : মধুর—অথুম্বা : বাণী—ৱা. অমৃতের—অমৃতগী ; তরঙ্গিনী—তুরেল্লী : তার—মহাগী ( কৃষ্ণকথাগী ) : প্রবেশ—চঙবা ; নাহি—লৈতে : যে শ্রবণে—নাকোঙ অমদা ; কাণাকড়ি—অহোবা লিকোন ; ছিদ্র সম—খূদ্গা মান্নে : জানহ খঙবু : সেই শ্রবণ—নাকোঙ অদু ; তার—মহাক্কী ( নাকোঙগী ) ; জন্ম—পোক ; হৈল—ওইরে ; অকারণে—মরম লৈতনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী অথুম্বা ৱাদি ( ৱারীদি ) অমৃতগী তুরেল্লী : ৱা অদুনা চঙদ্রবা নাকোঙদি লিকোন-পৈশা অহোবগা মান্নরবনী, মহাক মরম লৈতনা পোক্লবনী ।

## বৈনমরোল

তরঙ্গিণী—তুরেন । শ্রীকৃষ্ণগী কথাদি অমৃতগী তুরেলগুম্বনী । তুরেন্দা মতমপুম্বা ঈশীঙ চেন্থবগুম্না, তুরেন্দা মতম পুম্বা ঈশীঙ থন্না লৈবগুম্না, ঈশীঙদুগা শম্নবদা মীপুম্বগী হকচাঙ ঈঙবগুম্না, ঈশীঙদু থকপদা ইথোলাংবা কোকপগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী ৱাকাদসু মতমপুম্বদা অমৃতধারা চেন্থরি, ৱাক্যদু নাকোঙনা তাবগা থরাই-পরীঙ পুঙ ঈঙ তেক ঈঙঙী, অদুগা শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌনীঙবা নত্তনা অতৈ অনীঙবা পুম্বা পুম্নমক মাঙঙী ।

কাণাকড়ি—অহোবা লিকোনবু কানাকড়ি কৌই । মমাঙৈঙদা ভারতকী মফম অয়াম্বদা হৌজিক্কী পৈশা, সিকি-নচিংবা শেল ময়েক পোৎ লৈবা য়োনবদা শীজম্নবগুম্না কড়ি ( লিকোন ) শীজম্নরম্মী ; কড়িগী মমল লৈরম্মী. অদুগা লুপা মরেক ফত্তবা চংনদবগুম কানাকড়িদি কনামত্তনা লৌবিরমদে । মতৌ অম্তুম্না কানাকড়ি লৈবগীদি কড়িম্বু কান্নরমদে ।

কাণাকড়িছিদ্র সম— কাণা কড়িগী ছিদ্রগা ( অহোবা মথুলগা ) মান্নে। কাণাকড়ি কান্নদবদি মথুলহুননী। মথুল হোবা মরম্না কড়িনা কাণা ( মাপঙবা ) ওই হায়বদি চৎনদ্রে, অদুনা মহৈ য়ান্দ্রে। মাদু ছিদ্রনা কাণা-কড়িগী মশোক মহৈ য়ান্দবগুম্না কৃষ্ণগী মধুরবাণী চঙজবা নাকোঙ মখন্দুনা নাকোঙবু মহৈ য়ানহন্দে, অদুগুম্বা কৃষ্ণ কথা চঙদবা নাকোঙছুদি পান্নবগা পান্দবগা চপ-মান্নে।

অথম্না খোন তাবনা নাকোঙগী কান্নবা ওইবনী ; শ্রীকৃষ্ণগী কণ্ঠস্বরগা ( খোনজেনগা ) মান্নবা খোন অমতা কদায়দসু লৈতে ; মরমদুনা কৃষ্ণগী কণ্ঠস্বর হেক তাবদা নাকোঙগী মহৈয়ানবদু মপুঙ ফাবনী ; অসিগুম্বসি মরাইবক্তা খোক্তবা নাকোঙ অদুদি লৈবগা লৈতবগা অম্মানী।

## মূল ৩২

মৃগমদ নীলোৎপল, মিলনে যে পরিমল,
যেই হরে তার গর্ব্বমান ।
হেন কৃষ্ণঅঙ্গগন্ধ, যার নাহি সে সম্বন্ধ,
সেই নাসা ভস্ত্রার সমান ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

মৃগমদ—কস্তুরী ; নীল উৎপল—অশংবা থম্বাল ; মিলনে—তিন্নবদা ; যে—অদু ; পরিমল—মণম ( গন্ধ ) ; যেই—মদুমক্তা ; হরে—হূই ; তার—মাগী ; গর্ব্ব—নাপল, চাউথোকচবা ; মান—সম্মান ; হেন—অসিগুম্বা ; কৃষ্ণ-অঙ্গ-গন্ধ—কৃষ্ণগী হকচাঙগী মণম ; যার—মহাক্কী ; নাহি—লৈতে ; সে সম্বন্ধ—মরী অদু ; সেই—মদু ; নাসা—নাতোন ; ভস্ত্রার—থাংজমগী শউন্না শাবা মৈকাম্বীগা ; সমান—মান্নে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কস্তুরীগা থম্বালশংগা তিন্নরগা থোরকপা মণম অদুগী গর্ব্ব ( চাউ-থোকচবা ) অমসুং মান-বু মাঙহনবা ওম্বা কৃষ্ণগী অসিগুম্বা অঙ্গগন্ধগা সম্বন্ধ লৈনদ্রবা নাতোন অদুদি থাংজমগী মৈকাম্বীগা মান্নে।

### লৈনরোল

নাতোনবু ভস্ত্রা ( শউনগী মৈকাম্বী ) হায়বগী মরমদি অসিনী—নাতোনগী মথুল অনী লৈবগুম্না মৈকাম্বীগীসু মথুল অনী লৈ ; নাতোন

মথুন্দা মুংশীং হকং-হন্দা চংপংস্না ভত্রাগী মথুল অনীদস্থু মুংশীব চহথোক-চংশীন তৌয়ি। অদুগা ভত্রাগী মথুলদুনদি মুংশিবা মগম অমত্তা লোৱা ভমদে, উংকা তিন্নবা মুংশীংতমক লৌয়ি অদুগা মৈনা চাক্তুন্না শি। অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধবু লোৱা ফংদবা নাত্তোন্দুদি প্রাকৃত বিষয়গী নম্থীবা মগম লৌরি, অদুগা সংস্কার-মৈচাক অহুম্না চাক্থেত্তুন্না শি, মদুদি তশেংনা হায়রগদি ভদ্রাগা মান্নে।

## মূল ৩৩

কৃষ্ণের অধরামৃত, কৃষ্ণগুণ-চরিত,
সুধাসার-স্বাদ বিনিন্দন।
তার স্বাদু যে না জানে, জন্মিয়া না মৈল কেনে।
সে রসনা ভেকজিহ্বাসম ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; অধরামৃত—চীনবানগী অমৃত, চীন্‌বান্দা থেংলবা অমৃত ( মদুগা অমুক থেংনবদগী অচা-অথক পূম্নমক্কী মহাও হেন্নংপা ) ; ছায়রবা তাম্বুল পানাগুম্বা ; কৃষ্ণগুণ-চরিত—শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ( প্রেমগী মথা পোন্নহনবা য়াবা—প্রেম-বশ্যতা ) অমসুং লীলা ; সুধাসার—অমৃতগী মচি ; স্বাদ-বিনিন্দন—মহাওবু মায়থীহনবা : তার—মাগী ; স্বাদু—মহাও (স্বাদু-তা) ; যে—মহাক : না জানে—খঙদে ; জন্মিয়া—পোক্লগা ; না মৈল—শিন্দ্রিবা ; কেনে—করিগীনো ; সে—মদু ; রসনা—লৈয়েঙ ; ভেকজিহ্বা—হন্ডোইগী লৈয়েঙগা ; সম—মান্নে।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগী চীনবানগী অমৃত, অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ অমসুং লীলাদি অমৃতগী মচিগী মহাওদগী হেল্লী। মদুগী (অধরামৃতকী) মহাওবু খঙদবা মীদুদি পোক্লবা শিন্দ্রিবা করিগীনো ? লৈয়েঙদুদি হন্ডোইগী লৈয়েঙগা মান্নে।

## নৈনরোল

ভেক-জিহ্বা—হন্ডোইগী লৈয়েঙ কৈ হায়বা চুম্মী : অদুবু মরৈদুনা হন্ডোইদি করিগুম্বা রস অমতগী মহাও লোৱা ঙমদে। মরমদুনা মহাক্কী মরৈ

পানবগা পান্দবগা অন্ধানী ; মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত লৌবা ভমদবা লৈয়েত অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ লীলা-কীর্ত্তন তৌবা ভমদবা লৈয়েত-ছুদি পানবগা পান্দবগা অন্ধানী।

হন্ডোইগী লৈয়েন্তগা চাংদম্নবসিগী তাৎপর্য্য অতেন্তু লৈ। জীব্‌না মরৈ অদু শ্রীজম্নদুনা রস আস্বাদন তৌখি, অদুগা শব্দ উচ্চারণ তৌয়ি (ৱা ঙাঙ্‌ঙী)। হন্ডোইনা লৈখোমদা লৈ অদুনা লৈখোম্নচিংবগী মহাও তংঙী; অফবা মহাও অমতা তংবা ভমদে। অদুগা নোংজুখাদা অয়াকপা খোন্দা খোংদুনা মাগীদি যমগুম্বা লিলবু কৌদুনা মথরাই থায়। মতৌগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত লৌবা ভমদবা অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী গুণ-লীলা-কীর্ত্তন তৌবা ভমদবা লৈয়েতদুদি প্রাকৃত ওইবা বিষয়গী চু থাক্লবা রস অদুদমক মহাও তংঙী. অদুগা মদুম্না তংলগা দেহবু সংসার বিষয়গী চুনা চাক্লনা লৈ, অদুগা প্রাকৃত-বিষয়গী রাদমক ঙাংহনা সংসার-মৈচাক অদুম্না চাকথেকুনা শিয়ে।

**মুল ৩৪**

কৃষ্ণকরপদতল,　　　　কোটিচন্দ্র সুশীতল,
তার স্পর্শ যেন স্পর্শমনি।
তার স্পর্শ নাহি যার,　　সে যাউক ছারখারে,
সেই বপু লৌহসম জানি ॥ ৩৪ ॥

**শব্দার্থ**

কৃষ্ণকর-পদতল—কৃষ্ণগী খুবাক অমসুং খুয়া; কোটিচন্দ্র-সুশীতল—থা কোটিগা মান্ননা ইঙবা; তার—মদুগী (কৃষ্ণগী খুবাক অমসুং খুয়াগী); স্পর্শ—শোকপা; যেন—গুম্বী; স্পর্শমনি—স্পর্শমণি; তার—মদুগী; স্পর্শ—শোকপা; নাহি—লৈতে; যার—মহাকী; সে—মহাক; যাউক—ওইসনু; চারখার—ম ঙ-তাকপা; সেই—মদু; বপু—হকচাং; লৌহ-সম—য়োংকা মান্নে; জানি—খঙ্‌ঙী।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীকৃষ্ণগী খুবাক খুয়াগদি থাজকোটিগা মান্ননা কজনা ইঙঙী; খুবাক-খুয়া অনীদুবা শোকপদি স্পর্শমণিনা শোকপগুম্নী! অনীদুনা শোক্রিবা মীদুদি মাও-তাক্লসু; মাগী হকচাঙদু য়োংকা মান্নে হায়না খঙ্‌ঙী।

## মৈনরোল

**স্পর্শমণি**—স্পর্শমণিনা লোক্‌পদা য়োৎসু সনা ওন্ন, মতৌ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী খুবাক অমসুং খুয়ানা লোক্‌পদা প্রাকৃত ওইবা পোৎতু প্রাকৃত ওইদ্রে, জড়বস্তুদু চিন্ময় ওই, শকখীবা পোৎতু কজরকয়ি, মৈচাক অদুম্না চান্নখা থম্মোইদু ফজনা ঈওঙী।

শ্রীরাধানা হায়রিবা ৱাসিগী তাৎপর্যদি অসিনী মগুদি—"শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গস্পর্শনচিংবা ফংলবদি রাধা ঐগী দেহ-ইন্দ্রিয়শিংসে মহৈ য়ানুগদবনি।"

**লোহসম**—য়োংকা মান্নবা অকনবা য়োংতি থাংজমগী মৈনা চান্নগা নুংথংগী চৈথা চাদুনা তোক্‌য়, মতৌ অদুগুম্না কৃষ্ণগী খুবাক অমসুং খুয়ানা লোক্তবা হক্‌চাঙদুদি মতমপুম্নমক্তা সংসার-মৈচাক অদুম্না চাবয়ি অদুগা কাম (অপাম্বা) অমসুং ক্রোধ (অশাউবা)নচিংবনা খোঙগাওনদুনা তোক্‌য়ি।

### মূল ৩৫

**করি এত বিলপন প্রভু শচীনন্দন**
**উঘাড়িয়া হৃদয়ের শোক।**
**দৈন্য-নির্ব্বেদ বিষাদে হৃদয়ের অবসাদে**
**পুনরপি পঢ়ে এক শ্লোক ॥ ৩৫ ॥**

### শব্দার্থ

করি—তৌদুনা ; এত—অসূক , বিলপন—তেংথাবা ; প্রভু—মহাপ্রভু ; শচীনন্দন—শচীদেবীগী মপারি ; উঘাড়িয়া—হাংদোক্লুনা ; হৃদয়ের থম্মোইগী ; শোক—অরাবা ; দৈন্য—অরাবা. অকিবা অমদি মরাল লৈবগীদমক কনাগুম্বনা মছাবু তোন্নী হায়না খন্‌ববু দৈন্য কৌয়ি : তোঙ্বা ; নির্ব্বেদ—অকিবা ফংবা আর্ত্তি (খোয়রাঙবা), ঈর্ষ্যা (কলক্‌-থম্বনবা), বিচ্ছেদ (কায়নবা) অমসুং সদ্বিবেক (অচুম-অরান্ খায়বা) নচিংবা থোকপা মবন্না মীনা মছাবু তূক্কচববু নির্ব্বেদ কৌয়ি ; চিন্তা, পিরাং, কুচু তাইবা, হুংশাসোর শাংনা হোন্‌বনচিংবসি নির্ব্বেদগী লক্ষণ্নী ; বিষাদে—য়াবনা ; হৃদয়ের—থম্মোইগী ; অবসাদে—চোকথবনা ; পুনরপি—অমূক হন্না , পঢ়ে—পাই, হাঁথে ; এক শ্লোক—শ্লোক অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক বিলাপ হৌদুনা শচীদেবীগী মশাক্তি মহাপ্রভুনা থম্মোইগী অপাবগু ইভেম তৌনা কাম্বরম্মী ; দৈপ্প-নির্বেদ-বিষাদ ওইবনা থম্মোই চোকথরবদা অমুক অমা শ্লোক অমা খীথে।

## মূল ৩৬

তথাহি শ্রীজগন্নাথবল্লভনাটকে (৩/২১)

যদা যাতো দৈবান্মধুরিপুরসৌ লোচনপথং
তদাস্মাকং চেতো মদনহতকেনাহৃতমভূৎ ॥
পুনর্যস্মিন্নেষ ক্ষণমপি দৃশোরেতি পদবীং
বিধাস্যামস্তস্মিন্নখিলঘটিকা রত্নখচিতাঃ ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

যদা— মতমদুদা ; যাতঃ—লাক্লম্মী ; দৈবাৎ—থঙহৌদনা ; মধুরিপুঃ—মধুদৈত্যগী মেকপা (শ্রীকৃষ্ণ) ; অসৌ—অদু ; লোচনপথম্—মীৎকী লমদা . তদা—মতমদুদা ; অস্মাকম্— ঐখোয়গী ; চেতঃ—পুক্নীঙ (মন) ; মদনহতকেন—ফত্তবা মদন-না ; আহৃতম্—পুরকপা ; অভূৎ—ওইরম্মী ; পুনঃ অমুক হন্না ; যস্মিন্— মতমদুদা ; এষঃ—মহাক ( শ্রীকৃষ্ণ ) ; ক্ষণমপি—ক্ষণ অমাফাওবা ; দৃশো— মীৎকী ; এতি—লাকয়ি ; পদবীম্—লম্বীদা ; বিধাস্যামঃ—তৌগনী ; তস্মিন্— মতমদুদা ; অখিলঘটিকাঃ—পুঙজা পুম্নমকপু ; রত্নখচিতাঃ—মনিনা লৈতেংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী লাইথককবনা মধুরিপু শ্রীকৃষ্ণবু ইমীৎশিনা উথিরম্বা মতমদুদা ফত্তবা মদনদেবনা ঐগী পুক্নীঙ হুথিরম্মী। অমুকহন্না ক্ষণ অমতগী ওইরবসু মাবু উজরবদি উজবদুগী পুঙজাশিং অদুবু ঐনা রত্ননা লৈতেংজগনী।

## নৈনরোল

অমত্তা পানখিবা "প্রেমচ্ছেদ"-লহরী হায়রবা মতুঙদা শ্রীরাধাগী প্রিয়সখী অদোমকানা রাধাদা হায়রম্মী —"সখি রাধে, নঙনা অদুক প্রাণৎ-লিবা কবিদো ? শাংপদা ঙায়রবা কেতকী কৌবী লৈরাংগী হুংশিবা মনরা চিংদুনা খোই অমোমা লৈরাঙগী মনাক্তা চৎলী ; অদুবু কেতকীগী

মনম লৈরবস্থু লৈহীদি য়াওদে হায়বা উরগা খোই-অমোমত্থনা লৈরাংবু থাদোক্করা ? নত্তসু কৃষ্ণগী শক উরগা শুমহৎলুরে ; হৌজিক্কি খঙলে কৃষ্ণদা প্রেম য়াওদে-প্রেম য়াওরবদি মহাক্না নঙগী প্রেম-পত্রীত্থবু খওইদবা তৌ-রোইদৌবনী—অসিগুম্বা ফীভমদা নঙনা কৃষ্ণবু থাদোকপা শুমদবা ?" মদ-সিকাগী রাসি তারগা শ্রীরাধানা তপ্থরত্থনা হায়রকয়ি "অত্থু ওইরবদি থাদোক্কে।" অসি হায়রগা কিরত্থর্না নীক্কা নীক্কা বদং বদং শ্রীরাধানা 'ষদা যাতো-নচিংবা' য়াহৈশিং হায়রম্মী। মসিগী ভাৎপর্য্যদি—হোইনে, সখি ! নঙগী পাউত্তাক্কা মাবু ঐনা থাদোক্কে ; অত্থুবু সখি ! মাগী স্মৃতিবু থাদো-কপা ঙমদ্রে (হায়বদি মাবু কাউবদি ঙমদ্রে) ; মশক অত্থু নীঙশীঙ্নদা লৈরেনে ; ঐ মাবু উথ্রবনী, অত্থুবু ঐগী নীঙবদি থুংহৌদ্রে, থরাই পেন্না মাবু উহৌদ্রে ; ইন্দ্রিয় মঙানা মহাক্কী রূপচিংবগী সেবা তৌবা ঙমহৌদ্রেনে ; করিগুম্বা ঐগী লাইবক ফত্থনা অমূক হন্না মাবু উরবদি থরাই পেন্না য়েংভোগে', মহাক্কী হকচাঙ কায়াৎ খূদিঙনা অয়েকপা লাইদোনা ইলংলংনা ঐগী থম্মোই লাইথুমদা ঐগী পুক্নি চুপ্পা য়েক্কনা লৈরগুম নীঙশীঙগে ॥"

মখাগী ত্রিপদীশিংদা নৈনরিবা শ্লোকসিগী ভাবার্থ অত্থু ভাকয়ি।

অস্থার্থঃ। যথারাগঃ ॥

## মূল ৩৭

যেকালে বা স্বপনে , দেখিনু বংশীবদনে
সেইকালে আইলা দুই বৈরী।
আনন্দ আর মদন, হরি নিল মোর মন,
দেখিতে না পাইনু নেত্র ভরি ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

যে কালে—মতম অত্থদা ; বা—নত্রগা ; স্বপনে—মঙদা ; দেখিনু—উরুবা ; বংশীবদনে—বাঁশীখোংবা মহাকপু ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ; সেই কালে—মতম অত্থুমক্তদা ; আইলা—লাক্কয়ি ; দুই—অনী ; বৈরী—য়েক্কবা ; আনন্দ—নুঙাইবা ; আর—অত্থুগা ; মদন—প্রাকৃত-নত্তবা কামদেব ; হরি—হুত্থনা ; নিল—পুখি ; মোর—ঐগী ; মন—পুক্নীঙ ; দেখিতে—উবা ; না পাইনু—ফংখিদে ; নেত্র—মীৎ ; ভরি—থন্না, থীক্তনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা মত্তমদা নত্রগা মঙ্গো বংশীধারী শ্রীকৃষ্ণবু উরবা, মতমতুমক্তদা য়েক্লবা অনী লাকয়ি। মথোয়তুদি আনন্দ (নুংঙাইবা) অতুগা মদন (অপ্রাকৃত কাম) হায়বতুনী, অনীসিনা ঐগী পুক্নীংবু হুত্নুনা পুখি। অতুদা ঐনা শ্রীকৃষ্ণবু মীৎ থীংনা উজবা ফংহৌদে।

**নৈনস্নোল**

**কালে বা স্বপনে**—খঙ্ককৌদবমথৈ শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংলবা মতমদুদা নুংঙাইবা হায়বতুগা মদন-গা অনীনা বৈরী ওইতুনা ঐগী চেতনা হুরগা পুখিবনা ঐনা নীংখিনা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংবা ঙমজহৌদে। মংমতুনা মতুম্না ফংবা দর্শন-দি মঙদা উবনী হায়না খল্লী, মতুদা উবা মূর্ত্তিতু পুক্নুংদা লংহ্রিক লংনা নীঙশিঙবা ঙমদে।

**দুই বৈরী**—য়েক্লবা অনী ; য়েক্লবা অমনা আনন্দ অতুগা অমনা মদন। শ্রীকৃষ্ণদর্শন তৌংদা অপনবা থোকহল্লী হায়বগীদমক অনীসিবু য়েক্লবনী হায়রিবনী। কৃষ্ণসেবাদা বাধা পীরবদি প্রেমানন্দবুসু ভক্তনা য়েক্লবনী হায়না খল্লী। "নিজপ্রেমানন্দে কৃষ্ণসেবানন্দ বাধে। সে আনন্দের প্রতি ভক্তের হয় মহা ক্রোধে॥ ( ১।৪। ২০২॥ )

**মদন**—কাম, কন্দর্প ; শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ( উনবা ) ফংনবা শাফূকনবা মপাম ( লালসা ), অতুগুম্বা লালসা-না কন্‌শল্লক্লবদি পুক্নীং ভাওগল্লী। মফমসিদা হায়রিবা মদন অসি প্রাকৃত কাম নত্তে ; ব্রজগোপীগী প্রেমবু কাম কৌয়ি, অতুনা মদন অসি অপ্রাকৃত কামনি হায়রিবনী।

**হরি নিল মোর মন**—আনন্দগা মদনগনা ঐগী মন হুন্নানখ্রে ; ঐগী চেতন মাঙখ্রে ; পুক্নীং থিংজল্লবা ঐগী পাঙ্গল অতু মাঙখ্রে ; মরমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈদা য়েংতুনা লৈরবসু মহাকপ্প উখিদে ; পুক্নীং চঙবা নত্তনা ইন্দ্রিয় অমতনা মথৌ পাঙথোকপা ঙমদে।

**দেখিতে না পাইনু নেত্র ভরি**—মীৎ থল্লা হায়বদি মীৎ থীংনা ( নীংজবা থুনা ) য়েংজবা ফংহৌদে। লাইবক ফবদগী শ্রীকৃষ্ণদর্শন ফংলুবা মতমদা হুংলিবনা থথাংশিনতুনা থম্মোইদা নুংঙাইবা কয়ামুক ওইবগে হায়বর ঐহাক পুঙজুম হেক্তা শুমহৎলম্বনী ; অতুগা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা কোমতুনা

ঐগী অঙ্গনা মহাক্কী সেবা কয়া কল্লা তৌনীঙ্গলম্বগে হায়বদু ঐহাক মাংগে শনাই হঙ্গলমখিদে; ঐনা মম অদু ফাজনবা ঙমখিদ্রে; মরমদুনা ঐনা নীঙবা থুংনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙথাক্ত য়েংজবা ঙমহৌদে।

## মূল ৩৭

পুনঃ যদি কোনক্ষণ করায় কৃষ্ণ-দরশন,
তবে সেই ঘটী ক্ষণ পল
দিয়া মাল্য চন্দন নানা রত্ন-আভরণ
অলঙ্কৃত করিমু সকল ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

পুনঃ—অমুক হন্না; যদি—বদি; কোনক্ষণ—করিগুম্বা ক্ষণ-দা; করায়—তৌহল্লে; কৃষ্ণ-দরশন—শ্রীকৃষ্ণদর্শন; তবে—অদু ওইরবদি; সেই—মদু; ঘটী—দণ্ড; ক্ষণ—ক্ষণ; পল—দণ্ড অমদু শরুক হুমু থোক্লা খাংরগা থোকপা অমা; দিয়া মাল্য-চন্দন—লৈপরেংগা চন্দনগনা; নানা—মখল মখাগী; রত্ন-আভরণ—রত্নগী লৈতেং; অলঙ্কৃত করিমু—লৈতেং তৌগনী, সাজাইগনী; সকল—পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

করিগুম্বা ক্ষণ-দা অমুক হন্না কৃষ্ণদর্শন ফংহনবদি দণ্ড-ক্ষণ পল অদুমক মাল্যচন্দন অমদি রত্ন-আভরণ ক্ষণ পল লোইনমক লৈতেংহনগনী।

## মৈমরোল

ক্ষণ—নিমেষ (মীংকুপ) ১৮—না কাষ্ঠা অমা; কাষ্ঠা ৩০-না কলা অমা; কলা ৩০-না ক্ষণ অমগী মতম্নী।

দিয়া মাল্যচন্দন—নচিংবা—হন্দবুম্মুক্তি শ্রীকৃষ্ণদর্শন ফংবা মতমদুদা মতমদুগী দণ্ড থূদিং, ক্ষণ থূদিং, করি হায়নী পল থূদিংবুসু মাল্যচন্দনগা রত্ন-অলঙ্কারগনা মতমদুগী যামখিদ্রবা মতম-শরুকতুবু লৈতেংবিগনী হায়-বদি শ্রীকৃষ্ণদর্শনগী মশক-ওইবা মাল্য-চন্দনা লৈতেংবিগনী। মসিগী ভাব-পর্য্যাদি অসিনী—মতম অদুগী য়াম্না যামখিদ্রবা শরুক অমকাণ্ডবু অতোপ্পা থবক্তা শ্রীজন্মরোই।

## মূল ৩৯

ক্ষণে বাহ্য হৈল মন,　　আগে দেখে দুইজন,
তারে পুছে—আমি না চৈতন্য ।
স্বপ্নপ্রায় কি দেখিনু　　কিবা আমি প্রলাপিনু
তোমরা কিছু শুনিয়াছ দৈন্য ॥ ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

ক্ষণে— মতম ওাইহাক্কীদমক ; বাহ্য—জ্ঞান তাবা ; হৈল—ওক্লবম্মী ; মন—পুক্কীও ; আগে—মাঙদা ; দেখে—উই ; দুইজন—মী অনী ; তারে —মখোযদা ; পুছে—হংঙী ; আমি—ঐ ; না—নত্রা ; চৈতন্য—চৈতন্য ; স্বপ্ন—মঙ ; প্রায়—গুম্না ; কি—কৈনোমা ; দেখিনু—উরুরে ; কিবা— করিনো ; আমি—ঐনা ; প্রলাপিনু—চোইবে ল লোল্লুরে ; তোমরা— নখোয় ; কিছু—খরা ; শুনিয়াছ—ননানা তাখিবরা ; দৈন্য—তোঙ্গবগী রা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাধা-ভাবাবেশ ওইরুবদগী ওাইহাক বাহ্যদশা প্রভুনা ফংখি । অদুম্না তৌরকপদা মমাঙদা মী অনীথকপু উখি ; মখোয়দা হংখি—"ঐসে চৈতন্য নত্ররানে ? ঐ মঙগুম্না করিনো অমা উরুরে. অদুগা কৈনো চোইবোন অমা লোল্লুরে । ঐগী দৈন্যগী রাশিংদুগী খরা নখোয় তাহৌবরা ?

## নৈনরোল

**দুইজন**—প্রভুনা মাঙদা উরম্বা মী অনীদু অমনা রায় রামানন্দনী অমনা স্বরূপদামোদর গোস্বামীনী ।

**আমি না চৈতন্য**—ঐবু চেতন মাঙলবরা ? নত্রগা, ঐ চৈতন্য নত্রা ? হৌজিকফাওবা রাধা-ভাব-তা চঙদুনা মহাক শ্রীচৈতন্যনী হায়বদু প্রভুনা কাউরম্মী । হৌজিক বাহ্যদশা খজিক্কুং ফংলদুনা মমাঙউগী রাদু খরা খরা নীঙশীঙবগুম তৌবম্মী ; মরমদুনা চিংনরদুনা হংলম্মী—"ঐসে শ্রীচৈতন্য নত্রা ?" উদ্‌ঘূর্ণা কৌবা উন্মাদাবস্থাদা মতৌ অসুম্না মছাবু কাউথোকয়ি ।

**স্বপ্নপ্রায় কি দেখিনু**—ঐ মঙদোনা করিনো অমা উরুরে । জগন্নাথ বল্লভ-নাটক-অদুদা হায়বা শ্রীরাধাগী ভাব-তা চঙদুনা প্রভুনা খনজরম্মী— মহাক শ্রীরাধানী, মহাক শ্রীকৃষ্ণগা মিলন ওইনবগীদমক উৎকণ্ঠা তৌদুনা

শশীমুখীবু থাদুনা প্রেম-পত্রী থারুবনী ; প্রেমপত্রী লৌবিহৌদবগী পাও ফংলগা মতা মদনিকাগা রারী শারিবনী হায়দুনা মপূক্লীডগী কল্লবা চৈনা-খোন্দু ফেংদোক্লম্মী। মতম অসিদা বাহ্যদশা ফংলদুনা য়েংথোক্লকপদা বৃন্দাবনস্তু লৈরমদ্রে, শশীমুখীস্তু লৈরমদ্রে, মদনিকাস্তু লৈরমদ্রে ; মমাডদা উরম্বসি রায় রামানন্দগা স্বরূপ দামোদরগা অনীসিদা ; অদুগা লৈরম্লিবস্তু ক্ষিক্ষেত্রনী। মরমদুনা প্রভুনা মঙ মঙলুরিবোরে হায়না খল্লম্মী। অদুগা, মহাক্লা মদনিকগা লোয়ননা রারী শারুবদু নীঙশীডলগা—মহাক মডদা চোইরোল (প্রলাপ) থরা লোন্‌খিমাল্লে অদুগা চোইরোল লোন্‌খিবদুদা দৈন্য থরা উংখিবমাল্লে—হায়না প্রভুনা খন্‌খি। মরমদুনা মহাক্লা রায়-রামানন্দ অমসুং স্বরূপ দামোদর অনীদা কিবা আমি প্রলাপিনু হায়দুনা হংক্লিবনী।

## মূল ৪০

শুন মোর প্রাণের বান্ধব।
নাহি কৃষ্ণপ্রেমধন, দরিদ্র মোর জীবন,
দেহেন্দ্রিয় বৃথা মোর সব ॥ ৪০ ॥

## শব্দার্থ

শুন— নাকোদুনা তাও ; মোর—ঐগী ; প্রাণের— থরাইগী ; বান্ধব—মরূপ ; নাহি— লৈত্রে ; কৃষ্ণপ্রেমধন—কৃষ্ণবু নুংশিবা (কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন্‌ ; দরিদ্র—লল্লেংবা ; মোর—ঐগী ; জীবন—পুন্সী (ওইরে) ; দেহে-ন্দ্রিয়—হকচাঙ অমসুং ইন্দ্রিয়শিংসে ; বৃথা—অরেম্বা ওইরে ; মোর — ঐগী ; সব—লোইননা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী থরাইগী মরূপশা ! ঐগী কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন্দু লৈত্রে, অদুনা ঐগী পুন্সীসে লল্লেতবা হায়বদু ওইরে। ঐগী দেহে অমসুং ইন্দ্রিয় পুম্বা অরেম্বা ওইরে।

## নৈনরোল

রায়-রামানন্দ অমসুং স্বরূপ দামোদরবু সম্বোধন তৌরগা প্রভুনা হায়রম্মী—"ঐগী থরাইগী মরূপ ! ঐগী থম্মোইগী রা তাও, মথোয়নী।

কৃষ্ণ-প্রেম কৌবা লন্দু ঐগী লৈত্রবে ; মরমদুনা ঐ খমথেংনা লাম্নরবা হায়রবদু ওইরে। লৈল্লেৎবা ( দরিদ্র ) মীনা লল লৈতবদগী ময়ুমগী মীয়াম থাকপা ঙমদে, মখোয়বু থবক কৰিমত্তা ত্তৌহনবা ঙমদে, অদুগুম্না এহাকসু প্রেম লৈতনবগী এগী দেহেগী অমসুং হকচাঙ-কায়াংশিংগী হায়বদি এগী ইন্দ্রিয়শিংবু থাকপা য়োকপা হায়বত্তু ঙমদবে, মখোয়বু শ্রীকৃষ্ণসেবাগী মতাঁক চ হনবা ঙমদরে ( মরমদি প্রেম য়াওদ্রবদি ইন্দ্রিয়শিংতনা শ্রীকৃষ্ণসেবা য়াদে) ; মরমদুনা এগী দেহে-ইন্দ্রিয়নচিংবা পুন্নমক অরেম্ব কান্নদবা ওইরে।

মূল ৪১

পুন কহে হায় হায়    শুন স্বরূপ রামরায়,
ঐ মোর হৃদয়-নিশ্চয়।
শুনি করহ বিচার,    হয় নয় কহ সার,
এত বলি শ্লোক উচ্চারয় ॥ ৪১ ॥

**শব্দার্থ**

পুন—অমুক ; কহে—হায় ; হায় হায়—দুংনাংবগী রাহৈনী ; শুন—তাও ; স্বরূপ রাম রায়—স্বরূপ দামোদর অদুগা রায় রামানন্দ নখোয়না ; এই—মসিনী ; মোর—এগী ; হৃদয়-নিশ্চয়—থম্মোইগী অরেম্বা রাদি ; শুনি—তারগা ; করহ বিচার—বিচার তৌ ; হয়—নংলী ; নয়—নত্তে ; কহ—হায়য়ু ; সার—রাদচং ; এত—অসিথক ; বলি—হায়দুনা ; শ্লোক—উচ্চারয়—থীরকয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা অমুক হন্না হায়রম্মী—“হায়, হায় ! স্বরূপদামোদর অমসুং রায়-রামানন্দ নখোয়নী নাকেংওনা তাও ; এনা হায়রিসি এগী থম্মোইনা চুম্মী হায়না লেপ্পবা রানী ; রাসী তারগা নখোয়নী বিচার তৌ অদুগা নংলী নত্তে হায়বা অওইবা রাদো ওঙোন্দা হায়য়ু।” অসিথক হায়রগা প্রভুনা শ্লোক অমুক শীরম্মী।

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে দশমস্কন্ধস্যৈকত্রিংশাধ্যায়স্য প্রথমাঙ্কধৃত “জয়তি তেঽধিকম্” ইত্যস্য তোষণীধৃতন্যায়ঃ—

## মূল ৪২

**কইঅব রহিঅং পেম্মং ণহি হোই মাণুসে লোএ**
**জই হোই কস্‌স বিরহো বিরহে হোন্তম্মি কো জীঅই ॥ ৪২ ॥**

### শব্দার্থ

কইঅব ( কৈতব )—লৌনম ; রহিঅং (রহিতম্) —য়াওদবা ; পেম্মং ( প্রেম )—নুংশিবা ; ণহি ( ন )—নত্তে ; হোই ( ভবতি )—ওই ; ( ণহি হোই—ওইদে ) ; মাণুসে ( মানুষে )—মীওইবগী ; লোএ ( লোকে )—লমদমদা ; জই ( যদি )—বদি ; হোই ( ভবতি )—ওই , ( জই হোই—ওইরবদি ; কস্‌স ( কস্য )—কনাগী ; বিরহো ( বিরহঃ )—কায়নবা ; বিরহে হোন্তম্মি ( বিরহে ভবতি )—কায়নরবদি ; কো ( কঃ )—কননা ; জীঅই ( জীবতি )—হিংগনী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীওইবগী লোক অদিদা ( মালেমদা ) লৌথুপুবা কৃষ্ণপ্রেম ওইদে, ওইরবদি কনামতগী বিরহ (কায়নবা) হায়বত্তু ওইরোয় ; কায়নবা থোক্লবদি কনামতম্ হিংলরোই ।

### নৈনরোল

শ্রীমদ্ভাগবতম্‌গী ১০/৩ /১ শ্লোকী বৃহদ্বৈষ্ণবতোষণীটীকাদা শ্রীপাদ সনাতন গোস্বামীনা কইঅব রহিঅং হায়বা শ্লোকসি লৌথখলগা ইরম্মী "ইত্যাদিনা যেন দয়িতস্য বিরহে দয়িতা ন জীবেয়ুর্নাম সত্যং স্বত্র এব ন ম্রিয়ন্ত ইত্যাহুঃ— ত্বয়ি নিমিত্তে ধৃতাসবঃ ত্বৎপ্রাপ্ত্যাশয়া, জীবন্তীত্যর্থঃ ॥ যদ্বা ত্বয়ি বিষয়ে ত্বন্ন্যস্তত্বেন প্রাণা ন নশ্যন্তীত্যর্থঃ — হায়রিবা নিয়মসিগী মতুং ইন্না দয়িত ( নুংশিবা মুপা ) কায়নবদা দয়িতা (নুংশিবী মুপী) পুম্নমক হিংজনা লৈবা ঙমদে হায়বসি সত্যনী । অদুবু নঙগীদমক্তা মখোয় শিবা ঙমদ্রে হায়বসি ফোঙদোক্লি—নঙগীদমক—চিংবা" হায়রিবা রাসিদগী থঙবা ঙব্বদি, শ্লোক—তা য়াওরিবা "কস্য বিরহ—কনাগী কায়নবা ? হায়বদি বিরহ ওইদে"—বাক্য অসিনা—"প্রেম-লৈবা দয়িতগা প্রেম-লৈবী দয়িতাগা কায়নবা লৈতে" হায়বসি তাক্লী অমসুং বিরহে ভবতি কঃ জীবতি—বিরহ

ওইরবদা কনাম্মতা হিংদে”—বাক্যসিনা—“মুংশিবা মুপাগা কায়নবদা মুং-শিবী মুপীনা অম্ভুগা মংশিবী (প্রিয়া) মুপীগা কায়নবদা (প্রিয়না) মুংশিবা মুপাম্মনা হিংবা ওমদে”—হায়বসি তাক্লী।

শ্লোকসিগী ব্যাখ্যা মথাগী মূল ৪৩ শুবদা তৌরি।

অস্যার্থঃ। যথারাগঃ॥

## মূল ৪৩

অকৈতব-কৃষ্ণপ্রেম　　যেন জাম্বুনদ হেম
সেই প্রেমা নৃলোকে না হয়।
যদি হয় তার যোগ　　না হয় তার বিয়োগ,
বিয়োগ হৈলে কেহ না জীয়য়॥ ৪৩॥

### শব্দার্থ

অকৈতব—লৌথুপ-লৌকোই-লৈতবা; কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণব মুংশিবা; যেন—গুম্মী; জাম্বুনদ—জাম্বুনুরেনগী; হেম—সনা; সেই প্রেমা—প্রেম অদু; নৃলোকে—মীবম্লেন্দা; না হয়—লৈতে; যদি হয়—ওইরবদি; তার—কৃষ্ণপ্রেমগা; যোগ—থেংনবা; না হয়—ওইদে; তার—মদুগী; বিয়োগ—কায়নবা; বিয়োগ—কায়নবা; হৈলে—ওইরবদি; কেহ—কনা মত্তা; না জীয়য়—হিংলোই।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৌথপ-লৌকোই-লৈতবা কৃষ্ণপ্রেমদি জাম্বুনুরেনগী সনাগুম্মনী হায়রবদি মতংদা। প্রেম মত্তাসিদি মীবম্লেন্দা লৈতে। প্রেমদাসিগা থেংনরবদি কায়নবা অমত্তা লৈত্রে। কায়নরবদি কনামত্তা হিংলরোয়।

### নৈনরোল

অকৈতব—কৈতব হায়বগা লৌথুপ লৌকোইবা থওনৈ। মপাম্মোং-দনা মওও অমা ওইনা তৌবা অদুগা মুংনা তমা ওইবা অদু লৌথুপ-লৌকোইবা হায়বনী। কৈতব (হায়বদি লৌথুপ—লৌকোইবা) লৈতবা অদুবু অকৈতব (লৌথুপ-লৌকোইদবা) কৌয়ি। রাহৈনা অমদি শাজংনা ঐসে শ্রীকৃষ্ণগা প্রেমবা (সুখ বা প্রীতি) মকুন বাম্মিমতা পামদে হায়না

মীত্তোন্দদি মঙুৎপা, অদুগা ঐগী পুক্নুংদনা ঐগী নুংঙাইনীঙবত্থু লোৎতুনা থম্বা, অত্থু ওইরবদি ঐগী কৃষ্ণপ্রীতি ( কৃষ্ণ পেম্নবা ) হায়বত্থু "কৈতবময়" ওইরে, অকৈতব ওইদ্রে। অদুগা ইবুঙ্গোঙনা ঐগী লন্নাইগী নুংঙাই-মীঙকগী রাখলগী মমি ফাওবা তাত্রবা অদুগা পুক্নীং-হকচাঙ-রাইহে পুল্লপ্ য়াঙনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীতা হোৎনরবা, অতোপ্পা অপাম্বা ,অমতা য়াওদ্রবা, অত্থু ওইরবদি ঐগী কৃষ্ণপ্রেম ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) অদো অকৈতব ( লোথুপ - লোকোই-য়াওদবা ) ওইগনী।

**জাম্বুনদ হেম** —অশেঙবা সনা। পৃথিবীদি দ্বীপ তরেৎকীনী। দ্বীপ তরেৎসিগী মনুঙদা দ্বীপ অমদি জম্বুদ্বীপ কৌয়ি, অসিদা তুরেল অমদি জম্বু (গোলাবজাম) কৌবা উহৈগী মহীঙাক্তনা থল্লী ; তুরেল অদুগী মিংদি জম্বুনদ কৌয়ি। তুরেল অসিগী তোর্বান্ অনীমক্তা সনা অশেঙবা থোকয়ি . সনাশিবু জাম্বুনদ হেম ( সনা ) হায়না কৌয়ি ( শ্রীভাঃ ৫/১৬/১৯-২০ )। হায়রিবা সনাসিদা পোৎয়ান্ অমত্তা য়াওদে অদুগা মক-খোৎপা তোদে।

**নৃলোকে**—মীরম্লেন্দা। জগৎসিদা মীগা লৈনরিবা প্রেম ( নুংশিবা ) অসি মছাগী ওইজখিবঙাক্নী (স্বার্থময়নী) ; নুপী-নুপাগী ( মতৈ-মনাওগী ) প্রেমদা ( নুংশিনবদা ) মছাগী নুংঙাইনীঙবগীদমক ওইবা সম্বন্ধ য়াওই, থরাই অমত্তগী ওইরবা মরূপ অনীগী প্রণয়দস্তু (নুংশিনবদস্তু) মছাগী ওইজবা পিনৈ, করি হায়নী মছাবু নুংশিবদস্তু মমা-মপাদুগী মছাগী নুংঙাইবা ফংনবা রা য়াওয়ি. মরমসিনা জগতকী মীগা মীগা লৈনরিবা প্রেমসি স্বার্থময় নত্তনা অমতা য়াওদে। অতবু ত্রিপদীসিদা হায়রিবসি কৃষ্ণপ্রেমগী (কৃষ্ণবু নুংশিবগী) রানী ; শ্রীকৃষ্ণবু মীওইবনা নুংশিসগী রানী। মীওইবা অয়াম্বনা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশি—শ্রীকৃষ্ণবু পূজার্চ্চানচিংবা তৌয়ি—করিগুম্বা পান্দম ( লক্ষ্য ) অমা ফংনীঙবগী দমক : য়োনা খিজহুরবদি মোক্ষ ( অরান্-খুবম ) ফংনীঙবগী পান্দমদনী—মসিশু স্বার্থনী ( মছাগী ওইজবা-থিবনী ) ; মরমদি, মোক্ষ পাম্বসিদা ইছাগী য়েংলিবনী—ইছাগী সংসার কোক্নবগী ( নিবৃত্তিগী ) য়েংলি-বনী ; শ্রীকৃষ্ণপ্রীতি ( শ্রীকৃষ্ণনা পেনবা ) হায়বদি শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌনীঙবা হায়বদুনা মুখ্য (অথোইবা) ওইদে হায়বদি সেবা তৌনীঙবত্তদা ঐকান্তিকতা ( মতুনা মরোইরে হায়বা রা ) য়াওদে। মরমদুনা মীরম্লেন্দা (মনুষ্যলোকদা) চাওরাক্না উরিবা কৃষ্ণপ্রেম অসি কৈতব য়াওদবা নত্তে। মরমদুনা হায়রি-বনী—অকৈতব কৃষ্ণপ্রেম নৃলোকে হয় না। অতুবু মতুঙ তারকপদা "যদি

হয় তার যোগ – কৃষ্ণপ্রেমগা থেংনরবদি” হায়বা রাকমসিনা তাক্পদি মনুষ্যালোক অসিদা অকৈতব কৃষ্ণপ্রেম করিগুম্বা মতমদা শূক্লেমক লৈতে হায়বদি ওইবা য়ারোই, হায়বা য়াদে। মনুষ্যালোকসিদা করিগুম্বা মতমদা অকৈতব-কৃষ্ণপ্রেম ওইবা য়াই; অদুব মহু কদাচিৎনী, য়ামখিদ্রবা মী খজিক্তগী মরক্তা ওইবনী। লৈতে হায়রগদি জাতপ্রেমভক্ত (কৃষ্ণ-প্রেম-পোক্লবা ভক্ত) হায়বা শব্দসি বুদা ওইরমগনী। শ্রবণ-কীর্তন-নচিংবা ভক্তি-অঙ্গ-যাজনগী মাংওনা করিগুম্বা ভগবানগী থৌজাল্না চিত্তগী অমোংপা কোক্লবদি চিত্তদা শুদ্ধসত্ত্ব থোবক্নী; অদুদগী অসুম অসুম চৎথরকপনা অনর্থ (কাল্লদবা) পূম্নমক মপৃঙ ফানা মাংওগদি শুদ্ধসত্ত্ব অদুনা কৃষ্ণ-প্রেমগী রূপ লৌরক্নী। অদুমক্পু কৃষ্ণভক্তিদি য়াম্না রানা ফংনঙাই ওইবা মরম্না অকৈতব-প্রেম ফংবসু য়াম্না রানঙাইনী। কৃষ্ণভক্তিগী পোলোইদি কৃষ্ণ-প্রেম-নী। কৃষ্ণভক্তিদি য়াম্না রানা ফংনঙাই (সুদুর্লভা) ওই হায়রগা কৃষ্ণভক্তি শূকফম ফংঙোই হায়না খঙগদবা নত্তে, খঙগদবদি—কৃষ্ণভক্তিসে ইলায়-লায়না ফংদে, ভুক্তি-মুক্তি পাম্বিবা মথৈ ফংবা য়াদে—হায়নসিনি। মরমসিনা মী খজিক্তগী মরক্তদা কৃষ্ণভক্তি ওই হায়বনা। কৃষ্ণপ্রেমগী মরম-দসু অদু মঙায়—মী খজিক্তগী মরক্তদা অকৈতব প্রেম পোকয়ি।

মসিগী মরমসু লৈ। কৃষ্ণপ্রেম হায়বসিদি স্বরূপশক্তিগী বৃত্তি-বিশেষনা (শক-ওই জাত্তা অমনী)। অদুনা মাগী মায়য়োন্দি (গতিদি) শ্রীকৃষ্ণগী মায়কৈদনী; মরমদি স্বরূপ শক্তিগী অমতা ওাযবা মথৌদি শ্রীকৃষ্ণগী মওংওন। পেল্লহনবা (প্রীতি-বিধান) হায়বনী। তৌইগুম্বসুং জীব স্বরূপ তদি স্বরূপ-শক্তি লৈতে; মরমদুনা স্বরূপশক্তিগী বৃত্তি-বিশেষ ওইবা কৃষ্ণপ্রেমসু জীবগী মনুঙদা হৌনসা ওইনা লৈবা য়াদে, মরমদুনা হায়রিবনী—হেন প্রেমা নৃলোকে না হয় হায়না। মনুষ্য-লোকগী (মীরয়েনগী) জীবদি স্বরূপ-শক্তিগী কৃপা ফংদবনী হায়দুনা মায়া-শক্তিনা খুদুম চল্লিবনী। মায়াশক্তিনা জীববু মতম পুম্বদা বিষয়ভোগ (লম্ মুম চাবা) তৌহনদোগীদা- হায়বদি মছাগী নুংঙাই-বদা ফংনবদা হোৎনহন্নবগীদমক্তা থম্বা--পাম্মী। মরমসিনা মায়ানা খুদুম-চল্লবা জীবনা হোৎনরুবা খুদিংদা মছাগী নুংঙাইবা থিবা ওাক্তা ওই। মায়া-বদ্ধ জীবগী মরক্তা প্রীতি উবা ফংজিনদো মদুসু মায়াশক্তিগী বৃত্তিনী হায়দুনা মদুগী গতিদি (মায়য়োন্দি) জীবগী মছাতগী মায়কৈদনী, হায়বদি মরম্নাই ইন্দ্রিয় পেল্লনবগীদমক্তনী, মরমদুনা মাগী প্রীতিদো অকৈতব নত্তে। অদুম হায়রবসু, জীবগী চিত্তদা মহৌশাগী (স্বাভাবিক) ওইবক্তা কৃষ্ণপ্রেম লৈত্রবসু

কৃষ্ণপ্রেম পোক্নহনবা ঙম্বা অমসুং ত্রাপাদি য়াই মতুদি—য়োক্তা মহৌশানা চাক্নবা শক্তি লৈতে, অদুবু মৈগা শমন্নবা ইন্ধনগদি মৈদগী দাহিকা ( চাক্ননবা ) শক্তি চোংশল্লকয়ি, মদুগুম্বনী। অদুগুম্বা মতৌ করম্না জীবগী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম সঞ্চার (চোংশলহনবা) য়াগদগে ? প্রীতিসন্দর্ভগী ৬৫ শুবা অনুচ্ছেদ দগী খঙবা উম্বদি অসিনী— শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্বদা মায়কৈ পুম্বদা মহাক্কী স্বরূপশক্তিগী বৃত্তিবিশেষ অদুবু কোয়শং লংলি ; শ্রবণ কীর্তন-নচিংবা সাধন-অঙ্গশিংসি হৌরগা জীবগী চিত্তনা শুদ্ধ ওইরবা ( বিষয়ভোগ তৌনীঙবা হায়বা অমেংবা কোকখ্রবা ) মতমদুদা ঙসাই তায়খিবা কৃষ্ণনা লংখাইরকপা স্বরূপ-শক্তিগী বৃত্তিবিশেষ অদু জীবগী বিশুদ্ধ চিত্তবু বৃত্তিবিশেষকা লোয়নমা তাদাত্ম্য ( অমতা ওইবা হায়বদু ) ফংহল্লগা বৃত্তিবিশেষকুনা ভক্তি অমসুং প্রেম ওইবকয়ি। মা অসি-মক শ্রীমন্মহাপ্রভুমকসু হায়রম্মী—"নিত্যসিদ্ধ কৃষ্ণপ্রেম সাধ্য কভু নয়। শ্রবণাদি—শুদ্ধচিত্তে করয়ে উদয়।" মতৌ অসুম্না জীবগী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম পোকপা য়াই।

যদি হয় তাঁর যোগ না হয় তাঁর বিয়োগ— মদুগা (কৃষ্ণপ্রেমগা) চিত্তদা থেংনরবদি হায়রবদি চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্নবদি প্রেমদুগা বিয়োগ (কায়নবা) লৈত্রে হায়রবদি চিত্তদগী কৃষ্ণপ্রেমদু মাংখিবা ওইবলোই। কনা-মনা খনবা য়াই মতুদি, প্রেম হায়বা পোক্তাসিদি জীবগী চিত্তগী মতৌশাগী ওইবা লন নত্তে, কৃষ্ণ কৃপাদগী ফংলকপা পাত্তান না স্থায়ী ( লেঙদবা ) ওইদবা য়াই : মৈগা শমন্নদগী য়োংনা চাকপা উম্বদি মাগী মতমদু লোইরগা দাহিকা শক্তি ( মৈচাক-উম্বদু ) মাঙখিবগুম্না কৃষ্ণপ্রেমদু মাংখিবা য়াই হায়না চিংনবা য়াই : চিংনবিবসি কোক্নবা পাউখুমদি অসিনী মতুদি— চিত্তদা অমাংবু কৃষ্ণপ্রেম পোকখ্রবদি মদু অমুক মাঙবা লৈত্রে। লংত্রিক-লংনা চাক্নিবা মৈগা য়োংকা যোগ ওইরবদি মৈদগী ফংলকপা য়োংকী দাহিকা-শক্তিদু অসুম মাঙথরকয়ি, মতৌ অদুগুম্না চিত্তগা অরাকপা ( আগন্তুক ) স্বরূপশক্তিগা যোগ ওইরবদি প্রেমসু অসুম অসুম মাঙখিবা য়াই অদুবু স্বরূপশক্তিগা ওইবা যোগদি মাঙবা নাইদে : স্বরূপশক্তিনা জীবগী চিত্তবু অমুক্তং কৃপা তৌরবদি কৃপাদু অমুক হন্দোকপা হায়বা লৈতে। মসিগী মরমসু লৈ। স্বরূপশক্তিগী অমতা ওায়বা মথৌদি শ্রীকৃষ্ণগী সেবানী, শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমবা তৌবনী। ভক্তগী প্রেমগী মচি তংবদা শ্রীকৃষ্ণগী থমোংবা প্রীতি ( পেনবা ) ওইরিবনী ; মরমদুনা মহাক তংবসি ওইনবা থৌরাংবনা স্বরূপ-শক্তিগী স্বধর্মনী ( মথৌনী )। প্রেম আস্বাদন ওইননবা থৌরাংবদা

স্বরূপশক্তিনা মতম পুম্বদা মায়ওনশল্লী; মরমতুনা স্বরূপশক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা-ধাম ওইনা, নিত্যসিদ্ধ পরিকর ( লোইন-খম্মিন ) ওইনা, পরিকরগী চিত্তদা প্রেমরূপ ওইনা, নিত্যসিদ্ধগা সাধনসিদ্ধগা অনীগী চিত্তদসু প্রেমরস ওইনা ভাম্ভোইরিবনী। সেবাশাসনাগী ( সেবা তৌনীঙবগী ) তৌনশা ওইবা ধর্মদি ( মথৌদি ) মতমপুম্বদা ভংপা লৈতনা সেবাগী ( সেবা-তৌফম-ওইবা মীতুগী ) পেন্নবা তৌববা ফাওবদা সেবা তৌনীঙবদো মুত্তে, থোইনতুম অসুম অসুম হেঙ্গৎলকয়ি। স্বরূপশক্তিনা কৃষ্ণসেবা তৌনীঙবসু অসুম অসুম হেঙ্গৎলকুনা লৈ, মরমতুনা পরিকরশিংগী মমুংদা চল্লবা ভক্তশিংগী চিত্তগী প্রেমরস না শ্রীকৃষ্ণবু মতমপুম্বদা ভংপা-লৈতনা আস্বাদন তৌহল্লবসু অসুম হেন্না হেন্না আস্বাদন তৌহন্নীঙতুনদা লৈ। ময়াবদ্ধ জীবশিংগী মশীঙ-থীঙমদবা চিত্ত কৌবা মফম অমা প্রাকৃত ব্রহ্মাণ্ডসিদা লৌশীংপাং কুম্না লৈ। মতুগী মায়কৈরোমদা স্বরূপশক্তিনা মাগী লক্ষ্য ওইনা ওনশল্লী। মতমপুম্বদা লক্ষ্যতুগা যোগ তৌবা ফংগদগে হায়তুনা সন্ধান তৌতুনদা ( তমতুনদা ) লৈ। জীবগী চিত্তনা মোৎলিদমখৈ যোগ অহু ওইদে; শ্রীকৃষ্ণনা কোয়লং-লংথোক্লিবা স্বরূপশক্তিগী বৃত্তিদগী লোংলোরকপগী মতাংদুম চিত্তদা চঙদে ( যোগ ওইদে )। চিত্তনা শুদ্ধ ওইরকপা মতমদা স্বরূপশক্তিনা তাঞ্জা ফংঙী, মতমতুদা স্বরূপশক্তিনা চিত্তদসু কৃপা তৌরি, চিত্ততুদা স্বরূপশক্তিনা প্রেম ওইথৎলকুনা চিত্ততুবু প্রেমরসগী পুক্কে ওইহনতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাঙদা পুশল্লী। জীববু মতৌ অসুম্না কৃপা লৌনতনা স্বরূপশক্তিগী মথৌ ওইরনা ঐখোয়না ইলাই-লায়না থঙবদি, স্বরূপশক্তিগী কৃপা অমুক্তং ফংলবা চিত্ততুদি কৃপাতু অতুম হন্দোক্তবমখৈ ফংদনা লৈ; কনাগুম্বগী চিত্তদা প্রেম অমুক্তংবু পোক্ল-বদি চিত্ত দগী প্রেম মাঙথিবা লেত্রে প্রেম মাঙবদো প্রেমরস চুপ্নীঙতুনদা লৈরিব শ্রীকৃষ্ণসু পামদে, অদুগা কৃষ্ণগী মুংঙাইনবগীত-ওইবা সেবাবু খৌরাংজরিবী স্বরূপশক্তিনসু পামদে। কীভমসিনা কনানা প্রেম অদুবু তাম্থোকপা ঙমগদগে? শ্রীকৃষ্ণবু চিংনবা (আকর্ষণ তৌনবা) শক্তি প্রেমগী লৈ; প্রেম-লৈবা-চিত্তদা শ্রীকৃষ্ণসু লৈ—**প্রণয়রশনয়া ধৃতাঙ্ঘ্রি পদ্ম** ওইদুনা অদুগা সাধুভক্তশিংনা যোংলবা থম্মোইদু মাগী ওইরিব মহাক অতু ( গ্রস্তহৃদয় ) ওইদুনা লৈ। প্রেম্না লৈরিবা মতমতুমখৈ চিত্ততুবু শ্রীকৃষ্ণনা থাদোক্তে। ভক্তগী চিত্তদদি প্রেম তত্তনা লৈবনীন প্রেমরস-মিহৌবা শ্রীকৃষ্ণসু চিত্ততুদা মতমপুম্বা লৈ; করিগুম্বা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগা চিত্ততুগা

কায়নবা ( বিয়োগ ) ওইদে। (মমাঙ-ফংবা শ্লোককী টীকা য়েংবিউ)। অতৎ-অথম লৈতবা মিলন ( উনবা ) অসিগী হুংঙাইবহৃ কৃষ্ণগী মফমদা হাওনঙাই ওইবগুম ভক্তগী মফমদসু চপ মান্না হাওনঙাই ওই। অমুক্ষদি ওইরগা, উৎকণ্ঠা ( থৌরাংবা ) হেন্‌কৎহন্নগা রস-আস্বাদন তৌবগী নোংহৌহনদা লৈবা অঙকপহৃ ( চমৎকারিত্ব ) পোকহন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তগী নাক্তগী মতৌ য়েংনীঙহ্নুনা করি করিগুম্বা মতমদা লাপ্না লৈবা য়াওয়ি ; মতমহৃদা শ্রীকৃষ্ণগা ভক্তগা কায়নবা মক্তেক ( বিয়োগ নত্রগা বিরহ ) ওইবা য়াই ; মতমহৃদা ভক্তনা থল্লী—"ঐগী চিত্তদা প্রেম লৈতে, ন প্রেমগন্ধোঽস্তি দরাপি মে হরৌ : প্রেম লৈররোইদি শ্রীকৃষ্ণনা ইনাক্তগী লাপ্না লৈখিদরা ?" মতমহৃদা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগীদমক "বাহ্যে বিষজ্বালা হয়—মপান্থোংদা হূপী মৈচাক ওই" অহৃবু "ভিতরে আনন্দময়—মুংদদি মুংঙাইবগী মশক্কী।" মরমদি প্রেমাসিগী আস্বাদন দি—তপ্ত ইক্ষুচর্ব্বণ, মুখ জ্বলে না যায় ত্যজন। সেই প্রেমা যার মনে, তার বিক্রম সেই জানে, বিষামৃতে একত্রে মিলন ॥ ২/২/৫১॥" অহৃমকপু, শ্রীকৃষ্ণ কায়নবদা **ভিতরে আনন্দময়** ওইরবসু কৃষ্ণসেবা ফংদবগী থাঙঙমদবা মৈচাক্না **বাহ্যবিষজ্বালাবু** কয়ামুক কনশনহনবগে হায়ববু ভক্তনা থরাই ফাওবা থাদোক্লীডলক্‌য়ি। মরমহৃনা হায়রিবনী, **বিয়োগ হৈলে কেহো না জীয়য়**—কায়নরদি কনামত্তা হিংদরে হায়-বদি হিংহৃনা লৈবা য়াদে ( মসি শ্লোক-তা য়াওবা **বিরহে হোস্তম্মি কঃ জীঅই**—শরুক্তুগী অর্থনী )। অহৃবু মসি চাননা শিবা হায়বহৃসু নত্তে।

মমাঙগী ৪০/৪১ ত্রিপদীশগী থঙবা ঙম্মী মহৃদি, প্রভুগী চিত্তদা কৃষ্ণপ্রেম লৈতবগী প্রমাণ ওইনা মহাক্না **কই অব রহিঅং** হায়বা শ্লোকসি হায়খি-বনী। প্রভুগী যুক্তিদি অসিগুম্বা ওইবা য়াই—"মীরম্লেন্দা ময়ামগী ওইনা অকৈতব-কৃষ্ণপ্রেম কনামতগী ওইদে ; মহ ঐগীদি করম্না ওইগদগে ? কদাচিৎ মী অম-অনীগী লাইবক্তা অকৈতব-প্রেম ফংবা থোকয়ি, অহৃবু ঐগীদি মহৃগুম্বা অফবা লাইবক্তো লৈত্তে—করিগুম্বা লাইবক্তো লৈরম্ল-বোইদি কৃষ্ণগা ঐগা মিলন ওইরম্‌গদবনী বিয়োগ ওইরম্লোইদৌবনী। বিয়োগ ওইরম্লবদি ঐ হিংফম থোক্তবনী ; অহৃবু নখোয়না উরিবসিডায়—কৃষ্ণগা ঐগা মিলন ওইদ্রে অহৃবু ঐদি হৌজিকফাওবা হিংলি, মসিনা তাকপব ঐনা কৃষ্ণবু হুংশিদে হায়বনী।"

মফমসিদা হায়রিবা যুক্তিসিগী মতুং ইন্না **ন প্রেম-গন্ধোঽস্তি**—নচিংবা

প্রভুনা প্রমাণ তৌগদবগী হোৎনরি মহুদি—প্রভুদা অকৈতব-প্রেমগী র দি লায়রতুনা কৈতবপ্রেম ফাওবা ( মুংশিত্যাং-ফাওবা ) য়াওদে। অতুবু হায়রুতুনা কান্নদে, রাপুম্বসি প্রভুগী দৈন্য উৎপগী রা ডাক্তনী। তশেংবদি, প্রেম-ধনগী হৌনশাদি প্রেম লৈবা মীতুনা মহাক্তি প্রেম-লৈতবনী—হায়বসিনী

## মূল ৪৪

এত কহি শচীসুত　　শ্লোক পঢ়ে অদ্ভুত
শুনে দোঁহে একমন হৈয়া।
আপন হৃদয়কাজ　　কহিতে বাসিয়ে লাজ
তবু কহি লাজবীজ খাইয়া ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক ; কহি—হায়তুনা ; শচীসুত—শচীদেবীগী মচানা ; শ্লোক পড়ে—শ্লোক বী ; অদ্ভুত—অঙকপা ; শুনে—নাকোঙদা তায় ; দোঁহে—অনীনা ( রায় রামানন্দ অমসুং স্বরূপ দামোদরনা ) ; একমন হইয়া—পূর্নীঙ চঙনা ; আপন—মছাগী ; হৃদয়কাজ—থম্মোইগী থবক (কৃষ্ণ ফংনীঙবা অমসুং ফংত্রগা কল্লা হায়বা থবক ) ; কহিতে—হায়দোকপদা ; বাসিয়ে লাজ—ইকাই ; তবু—অতুবু ; কহি—হায়দোক্লি, লাজবীজ—ইকাইবগী মরূ ; খাইয়া—চাথোক্তুনা ; ( লাজবীজ খাইয়া—ইকাইবা থাদোক্তুনা )।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি হায়রগা শচীদেবীগী মপারি মহাপ্রভুনা অঙকপা শ্লোক অমা খীরম্মী অতুগা ( রায় রামানন্দ অমসুং স্বরূপ দামোদর ) অনীনা পূর্নীঙ চঙনা নাকোঙনা তারম্মী। ইছাগী থম্মোইগী থবক হায়দোকপা ইকাই, অতুমকপু ইকাইবা থাদোক্তুনা হায়রিবসিনী।

## নৈনরোল

এত কহি—মফমসিদা এত শব্দনা তুংদা লাকপা "আপন হৃদয়কাজ কহিতে বাসিয়ে লাজ তবু কহি লাজবীজ খাইয়া ॥" বাক্যসিবু খঙহল্লী। মমাঙগী অকৈতব কৃষ্ণপ্রেম—নচিংবা বাক্যবু খঙহল্লবদি আপন হৃদয়-কাজ—নচিংবা বাক্যগী নাক্তে চারোইদোরি।

তথাহি মহাপ্রভুপাদোক্তোঃ শ্লোকঃ—

মূল ৪৫

ন প্রেমগন্ধোঽস্তি দরাপি মে হরৌ
ক্রন্দামি সৌভাগ্যভরং প্রকাশিতুম্।
বংশীবিলাস্যাননলোকনং বিনা
বিভর্ম্মি যৎ প্রাণ-পতঙ্গকান্ বৃথা ॥ ৯৫ ॥

শব্দার্থ

ন—নত্তে ; প্রেমগন্ধোঃ—প্রেমগী মগন্ন্ ; অস্তি—লৈ ; দরাপি—খজিক্ত ফাওবা ; মে—ঐগী ; হরৌ—হরিদা হায়বদি শ্রীকৃষ্ণদা ; ক্রন্দামি—কপ্পী ; সৌভাগ্যভরং—লাইবক ফবা হায়বা পোৎ মতুম ; প্রকাশিতুম্—ফোঙদোক্লবা ; বংশীবিলাসী-আননম—বাঁশী খোংবা শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোঙ ; লোকনম্—য়েংবা, দর্শন ; বিনা—নত্তনা ; বিভর্ম্মি—পুরি ; যৎ—মহু ; প্রাণ—থরাই ; পতঙ্গকান্—ভীনশিংবু ; বৃথা—অরেম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

শ্রীকৃষ্ণবু তুংশিবগী মগম্ খজিক্তফাওব ঐগী লৈতে। ইচ্ছাগী লাইবক য়াম্না ফবত্ত ( হায়বদি এহাক য়াম্না লাইবক-ফবনী হায়বত্ত ) ফোঙদোক্লবগী-দমক্তা কপ্পী। কপ্পীনো হায়ববু ( ওঙোন্দা প্রেম মক্ষীক অমত্ত গুবা লৈত্তে হায়বগী প্রমাণদি ) বংশীবিলাসী ( বংশী খোঙলগা নুংঙাইজবা ) শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ উবা নত্তনা থরাই-ভীনশিংসে করিস্থু কান্নবা লৈতনা পুরি (হিংলি)।

নৈনরোল

তুংদা লাক্লিবা ত্রিপদীশিংদা শ্লোকসিগী অর্থ শন্দোক্না হায়রি।

অস্যার্থঃ। যথারাগঃ ॥

মূল ৪৬

দূরে শুদ্ধপ্রেম-গন্ধ কপট প্রেমের বন্ধ
সেহ মোর নাহি কৃষ্ণ-পায়।
তবে যে করি ক্রন্দন স্বসৌভাগ্য-প্রখ্যাপন
করি ইহা জানিহ নিশ্চয় ॥ ৪৬ ॥

## শব্দার্থ

দূরে—লাপ্পা লৈখ্রে ; শুদ্ধ—অশেঙবা ; প্রেম-গন্ধ—নুংশবগী মণম্ ; কপট—লৌনম্বা, শেংদবা ; প্রেমের—নুংশিবগী ; বন্ধ—পুন্বা, বন্ধন ; সেহ—মতুংস্থু ; মোরে—ঐগী ; নাহি—লৈতে ; কৃষ্ণ পায়—কৃষ্ণগী খোঙদা ; তবে—অদুগদি ; যে করি ক্রন্দন—কপ্পী ; স্বসৌভাগ্য—ইছাগী লাইবক ফবা ; প্রখ্যাপন—ফোঙদোকপা ; করি—তৌয়ি ; ইহা—মসি ; জানিহ—খঙউ ; নিশ্চয়—লেপ্পমক ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মোত্তবা (হায়বদি ইছাগী নুংঙাইবা থিদবা) প্রেমগী মণমতু ঐঙোন্দগী য়াম্না লাপ্পা লৈখ্রে । তৌশন্নবা প্রেমগী সম্বন্ধস্থু কৃষ্ণ-খুয়াদা ঐগীদি লৈত্রে । অদুগদি ঐনা কপ্পীবসিগী মরমদি ঐগী লাইবকফববু ফোঙদোক্কে হায়বগী কপ্পনী ; রাফমসি লেপ্পমক খঙজল্লু ।

## নৈনরোল

দূরে শুদ্ধ-প্রেমগন্ধ—ইছাগী নুংঙাইনীঙবা য়াওদবা অতুনা শেংলবা প্রেমগী মণম লাপ্পা লৈখ্রে : হায়বদি অকৈতব কৃষ্ণপ্রেমগী মণমফাওবা ঐঙোন্দা লৈতে । অস্নুম্না দৈন্য উৎপসি শুদ্ধপ্রেমগী তৌনশানী ।

কপট-প্রেমের নচিংবা—কপট হায়বদি ইছাগী নুংঙাইনীঙবা য়াওবা । শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াগা লোয়ননা ইচ্ছাগী নুংঙাইনীঙবা-য়াওবা প্রেম্না পুনবা অতুস্থু ঐগী লৈতে ।

তবে যে করি ক্রন্দন-ইত্যাদি—ঐসি অয়োনী প্রেমিক (কৃষ্ণবু নুংশিবা মী) অমনী হায়বা ময়ামদা উৎননবগীদমক কপ্পনী, কৃষ্ণবু নুংশিবগীদমক কপ্পা নত্তে । অস্নুম্না কপ্পবদি মীনা ঐবু প্রেমিক অচোবা অমনী হায়-জুনা থাগৎকনী । ঐনা কপ্পদি ইছাগী ওইজবা থিবগীনী, কৃষ্ণপ্রেমগী নত্তে ।

মসি শ্লোকী অনীশুবা চরণগী অর্থনী ।

### মূল ৪৭

যাতে বংশীধ্বনি-সুখ, না দেখি সে চাঁদমুখ,
যদ্যপি সে নাহি আলম্বন ।
নিজদেহে করি প্রীতি কেবল কামের রীতি
প্রাণকীটের করিয়ে ধারণ ॥ ৪৭ ॥

অন্বয়। যাহাতে বংশীধ্বনিসুখ (জন্মে), সেই চাঁদমুখ দেখি নাই (বলিয়া) যদ্যপি (আমার) সেই (চন্দ্রমুখ শ্রীকৃষ্ণরূপ) আলম্বন নাই, (তথাপি আমি) নিজদেহে প্রীতি করিতেছি; ইহা কেবলই কামের রীতি; (কামের রীতিতেই) প্রাণ কীটের ধারণ করিতেছি।

**শব্দার্থ**

যাতে—মদুনা, মদুদা; বংশী-ধ্বনি সুখ—বাঁশীখোন্না পীবা নুংঙাইবা; না দেখি—উদে; সে—মদু; চাঁদমুখ মায়থোঙ-থা; যদ্যপি—বসু; সে—মদু (মায়থোঙ থাজগী মশক ওইবা); নাহি—লৈতে; আলম্বন—বিষয় ওইবা আলম্বন, প্রেমগী বিষয় (নুংশিফম); নিজদেহে—ইছাগী হকচাঙবু; করি প্রীতি—নুংশি; কেবল—শূপগী; কামের—কাম হায়বা মতুঙশিগী; রীতি—শাজৎ, আচরণ; প্রাণকীটের—থরাই-কৌবা তীনগী; করিয়ে—তৌয়ি; ধারণ—পুবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাঁশীখোন্না পীবা নুংঙাইবগী পোকফম মায়থোঙ-থাজদু উদ্রে হায়দুনা, চন্দ্রমুখ শ্রীকৃষ্ণরূপ ওইবা আলম্বনদু ঐগী লৈত্রবসু ঐহাক ইছাগী দেহবু নুংশিরি; মসিদি শূপগী কামগী শাজৎনী; (কামগী শাজত্তা) থরাই কৌবা তীন্ অসি পুদুনা লৈরি (হিংলি)।

**নৈনরোল**

**আলম্বন**—বিষয়-আলম্বন, প্রেম-তৌফম (প্রেমগী বিষয়)। কনা-গুম্ববু নুংশিরবা, অদুদি মহাকপু প্রেমগী বিষয় কৌয়ি; মফমসিদদি শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ-থাজদু (হায়বদি শ্রীকৃষ্ণমক) প্রেমগী বিষয়নী।

বংশীখোঙবা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ-থাজ উরবদি মাযথোঙগী ফজবনা (মাধুর্যানা) চিংখিদুনা মায়থোঙদুবু (নত্রগা মায়থোঙদুগী মপু শ্রীকৃষ্ণবু) প্রেমগী বিষয় ওইহনবা য়াই। মায়থোঙদু উরবদি শ্রীকৃষ্ণদা অকৈতব প্রেম পোক্রবসু য়ামদ্রবদা ইছাগী নুংঙাইবা খিবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবা য়াবনী; অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোঙ-থাজ উবদু ইরাইবক্তা থোক্রিবসিনা মাগী থুয়াদা কপট-প্রেম (ইছাগী নুংঙাইবা থিবা প্রেম) অদুগী বন্ধন ফাওবা ঐগী লৈতে হায়বসিদা করি চিংনবঙাই লৈবগে? (মসি শ্লোকী অহমগুবা চরণগী অর্থনী)।

**নিজদেহে করি প্রীতি**—ইছাগী দেহবু নুংশিরি, নুংশিবগা (প্রীতিগা) লোয়ননা ঐগী হকচাঙবু য়োকৃয়ি-থাকৃয়ি অতুগা ফিজেৎ-লৈতেঙ্ডী। ঐগী হকচাঙবু নুংশিরগীদমক হকচাঙ য়োক্‌পগা শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈতে : হক-চাঙগী য়াইফনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণদা প্রীতি উৎলবস্তু মতুমক্তা শ্রীকৃষ্ণদা ঐগী কপট-প্রেম হায়বতুতস্তু মগুইগাদোবা ; অতুবু কপট প্রেমতু কাওবা তৌড্রন-নীনা ঐনা হকচাঙবু নুংশিরিবসি শূপ্পগী কামগী শাজৎ (রীতি) হায়বনী।

**কেবল কামের রীতি**— শূপ্পগী কামগী আচরণ "আত্মেন্দ্রিয় প্রীতি ইচ্ছা তারে বলি কাম। ইচ্ছাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগী ইচ্ছাবু কাম কৌয়ি / ১/৪/১৬৬। প্র ভূনা লৈন্দ্রা ভাব উৎতুনা হায়রি—"ঐনা ঐগী হকচাঙবু নুংশিবসিগা শ্রীকৃষ্ণগা কবিহুম্না সম্বন্ধ (মরী) অমত্তা লৈতে ; অতুনা দেহবু নুংশিবসে তশেংবা কাম হায়বতুনী। অসিগুম্না কামগী লীচৎ চৎতুনা ঐ হিংলিবনী।

**প্রাণকীটের করিয়ে ধারণ**—(ইছাগী ইন্দ্রি পেন্নবগীদমক্তা) থরাই-তীন অসি পুরিবনী হায়বদি হিংলিবনী। কৃষ্ণসেবাগীদমক হিংলবদি হিংবগী কান্নে ; শূপ্পগী ইছাগী নুংঙাইনবগীদমক হিংবদি কান্নদে। মসি শ্লোক্কী মরিগুবা চরণগী অর্থনী। শ্লোক্তা **প্রাণপতঙ্গকান্** হায়না য়াওরি—মসিগী অনুবাদ-দা **প্রাণকীট**—থরাইতীন হায়বনী। মীৎইবনচিংবা জীব-শিংগা চাংদম্নবদা তীন হায়বসি য়াম্না তোনবগুম্না কৃষ্ণসেবাগীদমক্তা রক্ষা-তৌবা প্রাণগা (থরাইগা) চাংদন্নবদা আত্মসেবাগীদমক রক্ষা-তৌবা প্রাণস্তু য়াম্না তোল্লি—মসিনী **কীট** শব্দগী বাঙনানী (খোন্থাঙনী)। প্রাণ মথল-মঙানী, মতুদি—প্রাণ, অপান, সমান, উদান অমস্তুং ব্যান ; প্রাণবায়ুনা হৃদয়দা (থম্মোইদা), অপানবায়ুনা গুহ্যদ্বারদা (অমাঙথাঙদা), সমান-বায়ুনা নাভিদেশদা (খোয়দোদা), উদানবায়ুনা কণ্ঠদেশদা (খৌরিদা) অতুগা ব্যানবায়ুনা হকচাঙ পূম্নমক্তা লৈ। প্রাণবায়ুগী থবক্না অচাপোং-চঙহন্না, অপানবায়ুগী থবক্তা ইশাঙ অমদি অমাংবা থোরকহন্না, সমানবায়ুগী থবক্তা অচাপোং পূম্না তুম্না (পরিপাক), উদানবায়ুগী থবক্তা রা ডাওবা অতুগা ব্যান বায়ুগী থবক্তা মীৎকুপ্পনচিংবা (নিমেষাদি) থোকহন্নবনী। প্রাণ মথল মঙানী হায়বগীদমক শ্লোক্তা বহুবচনগী ওইবা **প্রাণপতঙ্গকান্** শব্দ লৈ। প্রাণ খুদিংগী থবক্তা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈরগদি মাগী থবক মহৈ য়ানগদবনী : শ্লোক্কী বহুবচনান্ত **প্রাণপতঙ্গকান্** শব্দ শীজন্নবগী তাৎপর্য্যদি অসিনী—"শ্রীকৃষ্ণগা সম্বন্ধ লৈত্রবনীমা ঐনা হিংবসিদা প্রাণ

মঙামক ব্যর্থ ওইরে। ঐনা চাবা-থকপা সোর হোন্দোক-হোন্জিন্নচিংবা তৌবা পূম্নমকসী অরেম্বা ওইরে—লোইনমক শূন্নগী ইছাগী ইন্দ্রিয় পেন্নবগী মশক ওইবা কাম য়োকখৎপগী থবক্তমক তৌরি। ঐগী মহাউ অসিদি তুকচনঙাইনী॥"

৪৬/৪৭ ত্রিপদীগী যুক্তিদি অসিনী—শ্রীকৃষ্ণগা প্রত্যক্ষ (হকথেংনবা) নত্রগা পরোক্ষ (হকথেংনদবা) সম্বন্ধ অমতা থমদ্রবস্থ ঐহাক হিংলি, ঐগী হকচাঙদা প্রীতি (নুংশিবা) উৎলিবসিনা তাকপদি ঐগোন্দা অকৈতব প্রেম লৈবগী য়াদি লাপ্ত্রুনা কপটপ্রেম ফাওবা লৈতে হায়বসিদা চিংননঙাই করিস্ন লৈতে।

## মূল ৪৮

কৃষ্ণপ্রেম সুনির্ম্মল যেন শুদ্ধ-গঙ্গাজল
সেই প্রেমা অমৃতের সিন্ধু।
নির্ম্মল সে অনুরাগে না লুকায় অন্য দাগে
শুক্লবস্ত্রে যৈছে মসীবিন্দু॥ ৪৮॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণপ্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা; সুনির্ম্মল—অমোৎপা মচেৎ অমফাওবা য়াওদ্রবা, মপূঙফানা লন্থুমগী অপাম্বা য়াওদ্রবা; যেন—গুম্না, শুদ্ধ—মোৎতবা; গঙ্গাজল—গঙ্গাগী লাইজ; সেই প্রেমা—কৃষ্ণপ্রেম অদু; অমৃতের—অমৃতগী; সিন্ধু—সমুদ্র ঈপাক; নির্ম্মল—মোত্তবা; সে—মদু; অনুরাগে—প্রেমদা; না লুকায়—লোত্তে. অন্য—অতোপ্পা. দাগে—মচু, খুদম; শুক্লবস্ত্রে—অঙৌবা ফিদা; যৈছে—মতৌগুম্না; মসীবিন্দু—মূকী মরীক।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমদি অমোৎপা করিমতা য়াওদবনী; পুঙশেঙ-শেঙবা গঙ্গাজলগুম্বনী: কৃষ্ণপ্রেম অদুদি অমৃতগী ঈপাক্লী; মোত্তবা কৃষ্ণপ্রেমদুদা, অঙৌবা ফিমাগদা মূক-মরীক চুবগুম, অতোপ্পা মচু চুদে।

## নৈনরোল

মক্তবা কৃষ্ণপ্রেমগী মহাউ (মহিমা) মূল ৪৮-৪৯ ত্রিপদীদা ফোঙদোক্লী।

**শুদ্ধ গঙ্গাজল**—নৈদবা গঙ্গাগী লাইজ। নাপীশীংনা অমদি লৈথোম লৈনাংনা নৈদবা গঙ্গাজল-না সংসার-কোকুহল্লী অদুগা থকপদসু হাওয়ি; মতৌ অদুগুম্না শুদ্ধ ( ইছাগী নুংঙাইনীংবা য়াওদবা ) কৃষ্ণপ্রেমসু সংসার কোকহল্লী অদুগা য়াম্না মধুরনী। গঙ্গাজলগা কৃষ্ণপ্রেমগা চাংদম্নবগী অতৈ রাক্ষম অমনা অসিনী মদুদি- নাপী শীংনাং অমদি লৈথোম লৈনাংগা তিন্নরবসু তিন্নদ্রবসু ক্ষীভম থুদিংমক্তা গঙ্গাজল না সংসার কোকুহনবা ঙম্মী; নাপী অমদি লৈনাংনা নৈরগা য়াম্না হাওবা হায়বদু ওইদে হায়বদগী কৃষ্ণ-প্রেমসু ইছাগী নুংঙাইনীংবা য়াওরবসু য়াওদ্রবসু ক্ষীভম পুম্নমক্তা জীবগী সংসার-বন্ধন কোকুহল্লী; অদুম্নদি ওইরগা ইছাগী নুংঙাইবা হায়বদুনা মোংলবদি কৃষ্ণপ্রেম অদু মধুর ওইদে, অসিতনী খেন্নরিবা। স্বসুখবাসনা-যুক্ত (ইছাগী নুংঙাইনীংবা-য়াওবা) ওইবা কৃষ্ণপ্রেম্না জীবগী সংসার কোক-হল্লী হায়বগী প্রমাণ করিনো? পাউথুম—"কৃষ্ণ কহে আমায় ভজে মাগে বিষয় সুখ। অমৃত ছাড়ি বিষ মাগে এত বড় মূর্খ॥ আমি বিজ্ঞ সেই মূর্খে বিষয় কেন দিব। স্বচরণামৃত দিয়া বিষয় ভুলাইব॥ ২/২২/৩৮-৩৯॥ —কৃষ্ণনা হায়, ঐবু ভজন তৌরগা ইন্দ্রিয় বিষয়গী নুংঙাইবা পামছুনা নীজে। অমৃত থাদোক্লগা তু নিরি, মহাকসিদি চাওপগনী। ঐদি শিংঙী, মূর্খদুদা বিষয় করিগী পীগনী? ইছাগী চরণামৃত পীদুনা মাবু বিষয় কাউহনগনী।"

**অমৃতের সিন্ধু**—অমৃতগী মহাসমুদ্র। মক্তবা কৃষ্ণপ্রেমদি অমৃতগী সমুদ্রগুম মহাও লৈবনী অমসুং মপাম্নাইদবনী; শুদ্ধপ্রেমদদি অমৃত হাওব-গুম্না মহাওগী অণ্ডকপদু য়াওরিবনী অদুগা মতম শাংনা মহাও তংদুনা লৈরবসু হাওবগী চাংদু হন্তবা লৈতে— মদুদি নুমিংকী মৈশান। সমুদ্রগী ঈশীংগী চাং হন্তহনবা ঙমদবগুম্বনী।

**মসিবিন্দু**— মূক মরীক। লুরবা ফি অভৌবদা চুবা মূক-মরীকপু খঙবা ঙম্বগুম্না ক্ষজনা মক্তবা কৃষ্ণপ্রেমগা লোয়ননা ইচম-চম্বা অপাম্বা অতৈমা লৈরবসু মদু মথন্তমক ক্ষন্ চোংথোরকয়ি।

**মূল ৪৯**

শুদ্ধপ্রেম-সুখসিন্ধু,　　　পাই তার একবিন্দু,
সেই বিন্দু জগৎ ডুবায়।
কহিবার যোগ্য নহে　　　তথাপি বাউলে কহে
কহিলে বা কেবা পাতিয়ায়॥ ৪৯॥

## শব্দার্থ

শুদ্ধপ্রেম—মক্তবা কৃষ্ণপ্রেমদি; সুখসিন্ধু—নুংঙাইবগী ঈপাক্লী; পাই—ফংলবদি; তার—মতুগী (কৃষ্ণপ্রেম-সুখসিন্ধুগী); একবিন্দু—মরীক অমতং; সেই বিন্দু—মরীকুনা; জগৎ—জগৎপু; ডুবায়—থুমুহল্লী; কহিবার—হায়বগী; যোগ্য নহে—ইতীক নত্তে; তথাপি—অতুমকপু; বাউলে—অঙাওবনা; কহে—হায়; কহিলে বা—হায়রগসু; কে—কনানা; পাতিয়ায়—থাজনী।

### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

মক্তবা কৃষ্ণপ্রেমদি নুংঙাইবগী ঈপাক্লুম্বনী; মতুগী বিন্দু অমতং ফংলবদি বিন্দু অতুমনা জগৎপু লুপ্ হনগনী। হায়বগী ইতীক লৈতে (হায়বদি হায়তুনা লোই খম্বানাইদবনী), অতুমকপু (অমৃততুগী বিন্দু অমতং থক্লু বদা ঙাওরতুনা) অঙাওবগী হৌনবা নুংঙাইবতুবু বর্ণনা তৌগে তৌবতনী। হায়জৈ হায়বতুঙাই কনানবু থাজবিগনী?

## মৈনক্লোল

ত্রিপদী অসিগী তাৎপর্যাদি অসিনী—শুদ্ধ প্রেমদা চাংদম্-ঙমদবা নুংঙাইবা লৈ, নুংঙাইবতুগী মরীক অমতং হায়বদি থক্লিকুংদা মহাও তংলুবদা বিষয় বাসনা পূর্ন্নমক মপূড ফানা মাওখি হায়বদি বিষয়সুখগী মহাও-তংবগী মাধুর্য্য পূম্বত্ত করিস্থ লৈতবা পোথী পোৎকুম্নী হায়না লৌনীঙঙী।

**কহিলে বা কেবা পাতিয়ায়**—হায়রগব কনা থাজগনী? প্রেমসুখগী রা হায়রগসু কনাস্থ থাজদে, মরমদি সুখসিবু অনুভব তৌবা মী নত্তনা অতোপ্পনা মসিগী মর্ম্ম খঙবা ঙমদে।

### মূল ৫০

এইমত দিনে দিনে স্বরূপ-রামানন্দ সনে
নিজভাব করেন বিদিত।
বাহ্য বিষজ্বালা হয় ভিতরে অমৃতময়
কৃষ্ণপ্রেমার অদ্ভুতচরিত ॥ ৫০ ॥

## শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অস্মনা; দিনে দিনে—নুমিৎ খুদিংগী; স্বরূপ-রামানন্দ সনে—স্বরূপ দামোদর অমসুং রায়রামানন্দগা লোয়ননা; নিজভাব—

মচাগী ভাব ; করেন—তৌয়ি ; বিদিক্ষু—খঙহনবা ; বাহো—মপাম্তোংদা ; বিষজ্বালা— তুগী মৈচাক ; হয়—ওই ; ভিতরে—মনুংদা ; অমৃতময়—অমৃতগী মশক্তী ; কৃষ্ণপ্রেমার—কৃষ্ণপ্রেমগী ; অদ্ভুত—অঙকপা ; চরিত—মতৌ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মুমীৎ খূদিংগী স্বরূপদামোদর অমসুং রামানন্দরায়দা মহাপ্রভূনা মরম্নাই ভাব-সি খঙহল্লী । কৃষ্ণপ্রেমগী অঙকপা মতৌদি করি হায়গনী—মসিদি পান্দনা তুগী মৈচাক চাকৃয়ি অতুগা মনুংদনা নুংঙাইবগী মশক্তী ।

তাৎপর্য্য

বিষজ্বালা হয়—তুগী মৈচাকুম্না চাক্লম্মী । অমৃতময়—অমৃতগুম্না নুংঙাইহল্লী । কৃষ্ণপ্রেম পান্দা তুগী মৈচাকুম্না রারবসু মনুংদদি য়াম্না নুংঙাইব-নীনা করিমত্তা রাদে, নুংত্তম নুংঙাই । মরমদি অরা নুংঙাইদি পূক্নীঙগী ধর্ম্মনী, হকচাঙগী নত্তে ।

হলাদিনী শক্তিগী বৃত্তি মখল অমনী হায়ত্তুনা প্রেম হায়বসি মচাগী স্বরূপ মত্তুং ইন্না সুখস্বরূপ-নী, বিরহনা ( কায়নবনা ) দুঃস্বরূপ প্রেমগী মখেল (বৈচিত্রীবিশেষ) অমনী, মরমত্তুনা তশেংনমক বিরহসি য়াম্না নুংঙাই-নীঙঙাইনী । মৈদা লৌবনা চুহু শারবস্তু থুম্মী । বিষয়সিদা বৃহদ্ভাগবতা-মৃতনা হায়—"প্রাগ্ যদ্যপি প্রেমকৃতাৎ প্রিয়াণাং বিচ্ছেদদাবানলাবেগতো-ঽন্তঃ । সন্তাপজাতেন তুরন্তশোকাবেশেন গাঢ়ং ভবতীব দুঃখম্ ।। তথাপি সম্ভোগসুখাদপি স্তুতঃ স কোঽপ্যনির্ব্বাচ্যতমো মনোরমঃ প্রমোদরাশিঃ পরিণামতো ধ্রুবং তত্র স্ফুরেত্তদ্রসিকৈকবেদ্যং ।। ১।৭।১২৩-৪ ।।—প্রেম্না তৌবা প্রিয়জন ( নুংশিনবা মী ) কায়নবগী মৈচাক্না কনখিবনা পোক্লকপা মৈচাক ( সন্তাপ ) অত্তুনা থোকহনবা লাক্ল—রাবা শোক ( রাবা ) অত্তুনা চঙলবদি অহানবদা পূক্নীঙদা অরাবা ওই হায়ববু পোলোইদদি ( পরিণাম-দদি ) সম্ভোগসুখ ( উনবগী নুংঙাইবা ) অদুদগী সু হেন্না থাগৎনঙাই ওইবনা হায়কম খঙদবা অত্তুগা রসিক জন-তনা ( নুংশিনরিবা মীতনা ) খঙঙবা, পূক্নীঙ-নুংঙাইনীঙাই ওইবা আনন্দরাশি ( নুংঙাইবা মপৈ ) অমা ফোংফাওরকয়ি হায়বসি শোয়দবনি ।"

মূল ৫১

এই প্রেমার আস্বাদন তপ্ত-ইক্ষু-চর্ব্বণ,
মুখ জ্বলে, না যায় ত্যজন ;
সেই প্রেমা যার মনে তার বিক্রম সেই জানে
বিষামৃতে একত্র মিলন ।। ৫১ ।।

**শব্দার্থ**

এই প্রেমার—প্রেম অসিগী ; আস্বাদন—মহাও তংবা ; তপ্ত—মৈদা লৌরগা শাবা ; ইক্ষু—চু ; চর্ব্বণ—ছায়বা ; মুখ—চীন ; জ্বলে—(মৈশানা) পোকয়ি ; না যায়—য়াদে ; ত্যজন—থাদোকপা ; সেই প্রেমা—প্রেমহু ; যার—কনা গুম্বা অমগী ; মনে—পুক্নীংদা লৈ ; তার—মহাকী ; বিক্রম—মতীঙ ময়াই ; সেই—মহাক্না ; জানে—খঙভী ; বিষ-অমৃত—হূগা অমৃতগা ; একত্র—মক্নম অমতদা ; মিলন—তিন্নবা ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

কৃষ্ণপ্রেমগী মহাওদি মৈদা লৌবা অশাবা চু ছাইবগুম্বনী ; ( চুহু য়াম্নুংদা থম্বদা ) চীন-লৈ পোকয়ি হায়দুনসু থাদোকপা য়াদে । কনাগুম্বগী থম্মোইনুংদা কৃষ্ণপ্রেমহু লৈরবা, অহু ওইরবদি প্রেমগী মতীঙহু মাতনা খঙভী—করি হায়না খঙবগে হাযববু কৃষ্ণপ্রেমদি হূগা অমৃতগা পুল্লপ-পূন্‌বা পোত্তানী হায়না খঙভী ।

## নৈনরোল

**তপ্তইক্ষুচর্ব্বণ**—অয়িংবা চুবুদি মৈদা লৌবা অশাবা চুনা হাওবা হেল্লী । মরমসিনা ছায়বা মতমদা অক্লৌব। চুদি শাবনা য়াম্নুংদা থম্বদা রাববসু য়াম্না হাওবা মরম্না পাদোক্লীংদে । শ্রীকৃষ্ণপ্রেমসু অহুগুম্বনী, পান্দা হুগী মৈচাকুম রানভাই ওইববসু মুংদা হায়ঙমদবা মওংদা থুম্বা মরম্না অহাওবা ওইনা থোকয়ি, মরমহুনা মহুবু ( কৃষ্ণপ্রেমবু ) থাদোক্লীংদে ।

**এই প্রেম ইত্যাদি**—কৃষ্ণপ্রেম-লৈবা মীদি প্রেমহুগী মতীঙ-ময়াই (বিক্রম) খঙভী, পান্দা হুগুম্না চাকথেল্লবসু মুংদা অমৃতগুম থুম্মী ( মরমহুনা হূগা অমৃতগা তিন্নবগুম্মী ) হায়বসি মহাক খঙভী, কৃষ্ণপ্রেম-লৈতবা মীনা খঙদে ।

উক্তিসিগী প্রমাণ ওইনা মখাদা "পীড়াভিঃ"—নচিংবা শ্লোক হাপ্পী ।

তথাহি বিদগ্ধমাধবে ( ২/৩০ )—

## মূল ৫২

পীড়াভির্নবকালকূটকটুতা গর্ব্বস্থ নির্ব্বাসনো
নিঃস্যন্দেন মুদাং সুধামধুরিমাহঙ্কার-সঙ্কোচনঃ
প্রেমা সুন্দরি নন্দনন্দনপরো জাগর্ত্তি যস্যান্তরে
জ্ঞায়ন্তে স্ফুটমস্য বক্রমধুরাস্তেনৈব বিক্রান্তয়ঃ ॥ ৫২ ॥

## শব্দার্থ

পীড়াভিঃ—( প্রেমগী ) চৈন্নাখোনশিংনা ; নবকালকূট—লিল্হাগী ; কটুতা— হূগীদমক ; গর্ব্বস্য—নাপল ; নির্ব্বাসনঃ—তাদ্বোক্লপা ; নিঃস্যন্দেন — মহী চেন্থবনা ; মুদাম্—নুংঙাইবগী ; সুধামধুরিমা-অহঙ্কার—অমৃতনা ধুম্বগী নাপল ; সঙ্কোচনঃ—থকহনবা ; প্রেমা—প্রেম, হুংশিবা ; সুন্দরি—হে ফজবী ; নন্দনন্দনপরঃ—নন্দগী মচা কৃষ্ণগী ওইবা ; জাগর্ত্তি—কাঙলবা ; যস্য—কনাগুম্বা মহাক্কী ; অন্তরে—থম্মোইদুংদা ; জ্ঞায়ন্তে—খঙনৈ ; স্ফুটম্—ইফোঙফোঙনা ; অস্য—মসিগী ( প্রেমসিগী ) ; বক্রমধুরাঃ—অখোয়বা অমসুং অথুম্বা ; তেন-ইব—মহ কুক্না ; বিক্রান্তয়ঃ— বিক্রমশিংহু ( মতীঙ-মযাইশিংহু ) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( দেবী পৌর্ণমাসীনা নান্দীমুখীদা হায়রম্মী )—"হে ফজবী, শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণগী ওইবা প্রেমসিদি ( কৃষ্ণবু হুংশিবা হায়বসিদি ) অমুক্তং কনাগুম্বগী থম্মোইদুংদা কাংথৎলবা অদু ওইরবদি মীহুম্না প্রেমদিগী খোয়চংবা অমসুং অথুম্বা মতীঙহু অসেং অসেংনা খঙবা ঙম্মী । প্রেমসিগী চৈনাদি করম তৌবগে হায়রবু লিল্হাগী কুখাগী নাপনবু তাক্লোকয়ি ; অমূকসু প্রেমসিগী নুংঙাইবা-ইচেল চেন্থবা মতমদা অমৃতগী অথুম্বগী নাপলবুসু হন্জোইহল্লী ।

## নৈনরোল

কৃষ্ণপ্রেমদা সুখ ( নুংঙাইবা ) অমসুং দুঃখ ( অরাবা ) অনীমক লৈ । কৃষ্ণবু হুংশিবা মীনা অরা-নুংঙাই অনীমক মতম অমত্তদা ফংঙী । লিল্হানা মাগী হূ থাবগীদমক তৌজবা নাপন্দু আ লাপ্না তাদ্বোকয়ি কৃষ্ণপ্রেমগী দুঃখনা । শরৈক-ফারবা লিলগী হূকগী লিল্হাগী হূনা থাবা হেল্লী ; মরমহুনা লিলহাহুনা নাপক্সে ; অদুবু কৃষ্ণপ্রেমগীদমক ফংবা অরাবহুগা চাংদম্নবদা

লিল্‌হাগী হূখাতুদি করিস্নু-লৈতবনী, কৃষ্ণপ্রেমদি লিল্‌গী হূদগীস্নু তেন্না চাক্‌যি। কৃষ্ণপ্রেমদা লৈবা মুংঙাইবত্থস্নু অয়োবীনী ; মাগা চাংদম্নবদা অমৃতগী মাধুর্য্য ( অথুম্বা ) অহু কৈছু-লৈতবনী। অমৃতনা তৌবা মাগী মাধুর্য্যগী নাপন্দুবু কৃষ্ণপ্রেমগী মাধুর্য্যনা হঙোইহল্লী।

মতৌ অস্নুম্না পোংং অমতদা মতম অমতদা অন্না-মুংঙাই অনী পুন্না লৈবা অহুগা মখোয়গী মতীঙ অহু কয়ামূক য়োবগে হায়ববু কনামতনা অতোপ্পা কনাদস্নু ৱাহৈনা তাকপা ঙমদে ; পোত্তাসিদি পৃরুংদা খঙগদবা ( অনুভব তৌগদবা ) বিষয়নী ; কৃষ্ণপ্রেম-পোক্লবা থম্মোইগী মপুতনা প্রেম অসিনা বক্র অমস্নু মধুর ওইবগী মতীঙহু (বিক্রম, প্রভাব অহু) খঙবা ঙম্মী ; অতৈনদি খঙলোই।

শ্লোক অসি ৫১ ত্রিপদীগী প্রমাণ-অমনী।

## মূল ৫৩

যে কালে দেখে জগন্নাথ শ্রীরাম সুভদ্রা-সাথ

তবে জানে—আইলাঙ কুরুক্ষেত্র।

সফল হৈল জীবন দেখিলুঁ পদ্মলোচন

জুড়াইল তনু-মন-নেত্র ॥ ৫৩ ॥

### শব্দার্থ

যে কালে—মতমহুদা ; দেখে—দর্শন তৌম্মি ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথ-দেববু ; শ্রীরাম—শ্রীবলরাম ; সুভদ্রা—সুভদ্রা ; সাথ—লোয়ননা ; তবে—অহুদা ; জানে—খঙঙী ; আইলাঙ—লাক্লে ; কুরুক্ষেত্র—কুরুক্ষেত্রদা ; সফল হৈল—মহৈ য়াল্লে ; জীবন—পুন্সী ; দেখিলুঁ—দর্শন তৌরে ; পদ্ম-লোচন—থম্বাল মীত্তা-তাবা শ্রীকৃষ্ণবু ; জুড়াইল—পেল্লে ; তনু—হকচাঙ ; মন—পুক্নীঙ ; নেত্র—মীৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগন্নাথদেববু শ্রীবলরাম অমস্নুং সুভদ্রাগা লোয়ননা প্রভুনা দর্শন তৌবা মতমদা কুরুক্ষেত্রদা লাক্লে হায়বা খঙঙী। ( মহুক্না প্রভুনা হায়খি ) পুন্সী মহৈ য়াল্লে—থম্বালমীত্তা তাবা-শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শন তৌজরে ; পুক্নীঙ হকচাঙ অমস্নুং মীৎ পুঙপেল্‌ পেল্লে।

## নৈন্নরোল

যেকালে দেখে...কুরুক্ষেত্র—মসি গ্রন্থকারগী উক্তিনী।

সফল হৈল জীবন...নেত্র—মসি রাধাভাবতা চংলবা মহাপ্রভুগী উক্তিনী।

## মূল ৫৪

গরুড়ের সন্নিধানে রহি করে দরশনে
সে-আনন্দের কি কহিব বলে।
গরুড়স্তম্ভের তলে আছে এক নিম্নখালে
সে-খাল ভরিল অশ্রুজলে ॥ ৫৪ ॥

## শব্দার্থ

গরুড়ের—গরুড়স্তম্ভগী ; সন্নিধানে—মনাক্তা ; রহি—লৈরগা ; করে দরশনে—দর্শন তৌয়ি ; সে-আনন্দের—নুংঙাইবা অতুগী ; কি—করি ; কহিব—হায়গনী ; বলে—মতীঙ ; গরুড়স্তম্ভের—গরুড়স্তম্ভগী ; তলে—মখাদা ; আছে—লৈ ; এক—অমা ; নিম্নখালে—কোম ; সে খাল—কোম অতু ; ভরিল—থল্লী ; অশ্রুজলে—পিরাংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গরুড়স্তম্ভগী মনাক্তা লৈরগা মহাপ্রভুনা জগন্নাথদেববু দর্শন তৌয়ি। ( দর্শন তৌবদা ) নুংঙাইবতুগী মতীঙদি করি হায়গনী ? গরুড়স্তম্ভগী মখাদা কোম অমা লৈ, কোমতু মহাপ্রভুগী পিরাংনা থল্লী।

## নৈন্নরোল

পুরীদা শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দিরদা রত্নবেদীগী মমাংদা নোংপোকথংবা মায়কৈদা নাটমন্দির অমা লৈ ; নাটমন্দিরসিগী মথুংদা নোংপোকমায়কৈগী নাকল অমদা স্তম্ভ ( য়ুম্থী ) অমগী মতোন্দা গরুড়মূর্ত্তি অমা লৈ, স্তম্ভতুবু ( য়ুম্থীতুবু ) গরুড়স্তম্ভ কৌয়ি। মহাপ্রভুনা গরুড়স্তম্ভসিগী মনাক্তা লেপ্তুনা শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌয়ি।

গরুড়স্তম্ভগী মখোঙদা গর্ত্ত (কোম) অমা লৈ। জগন্নাথ দর্শন তৌবদা মহাপ্রভুগী প্রেমাশ্রুনা ( কৃষ্ণনুংশিবগী পিরাংনা ) কোম অতু থল্লী।

মূল ৫৫-৫৬

তাহাঁ হৈতে ঘরে আসি— মাটীর উপরে বসি,
নখে করে পৃথিবী-লিখন।
হাহা কাহাঁ বৃন্দাবন কাহাঁ গোপেন্দ্র নন্দন,
কাহাঁ সেই বংশীবদন ॥ ৫৫ ॥
কাহাঁ সে ত্রিভঙ্গঠাম কাহাঁ সেই বেণুগান
কাহাঁ সেই যমুনাপুলিন।
কাহাঁ রাসবিলাস কাহাঁ নৃত্য-গীত-হাস
কাহাঁ প্রভু মদনমোহন ॥ ৫৬ ।

শব্দার্থ

তাহাঁ হৈতে—মফুদগী (গরুড়স্তম্ভদগী); ঘরে—য়ুমদা; আসি—লাক্লগা; মাটীর—লৈপাক্কী; উপরে—থক্তা; বসি—ফমদুনা; নখে—খুজিন্না; করে—তৌয়ি; পৃথিবী-লিখন—লৈপাকং ক্লা ইবা; হাহা কাহাঁ—কদায়দনো; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন; কাহাঁ—কদায়দনো; গোপেন্দ্র—গোপ নিংথৌগী; নন্দন—মচা, মপারি; কাহাঁ—কদায়দনো; সেই—মদু; বংশীবদন—বংশী চীনবান্দা থোঙবা কৃষ্ণদো; কাহাঁ—কদায়দনো; সে ত্রিভঙ্গঠাম—শাথোক-অহুম থেকপা মথেক অদু; কাহাঁ—কদায়; সেই—মদু; বেণুগান—বেণুগী ঈশৈ; কাহাঁ—কদায়; সেই—মদু; যমুনা-পুলিন—যমুনা তোর্বান্; কাহাঁ—কদায়; রাসবিলাস—রাসলীলা; কাহাঁ—কদায়; নৃত্য-গীত হাস—জগোই, ঈশৈ অমসুং নোকপা; কাহাঁ—কদায়; প্রভু—প্রভু, ইবুংঙো; মদনমোহন—মদনবু শুম্বা কৃষ্ণ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গরুড়স্তম্ভদগী শঙ্গাইদা হল্লক্লগা লৈপাক্তা ফমদুনা খুজীন্না থোংতুনা শাগ্নি। প্রভুনা শোল্লম্মী—কদায়দনো বৃন্দাবন, কদায় গোপনিংথৌ মপারি কদায় বাঁশী থোঙবা চীনবান্ (নত্রগা বংশী থোঙবা মহাক্তো), কদায় অহুম-থোক্লা থেকপা শাথেক্তো, কদায় বেণুগী ঈশৈদো, কদায় যমুনা তোর্বান্দো, কদায় রাসলীলা, কদায় জগোই, ঈশৈ অমসুং নোকপদো; কদায় ইবুংঙো মদনমোহন-দো?

## নৈনরোল

**তাহাঁ হৈতে**—জগন্নাথদেববু দর্শন তৌরগা গরুড়স্তম্ভগী মনাক্তগী।

**পৃথিবী লিখন**—খুজিন্না লৈপ ক্রা খোংপা। মসিদি, অপাম্বা পোং ফংদ্রবা অতুগা পামদবা পোং ফংবদা পোকপা চিন্তাগী লক্ষণ অমনী। "হাহা কাহাঁ বৃন্দাবন"-দগী "মদনমোহন"-ফাওবসি প্রভুগী খেদোক্তিনী ( থরাই-মুংডাইতবগী রাহৈনী )।

**মদনমোহন**—বৃন্দাবন-দা শ্রীরাধাগী যেত্তা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মতমদা মহাক্কী শক-ফজবা অমস্তুং মাধুর্য্যতু কযামুক তেঙ্গংলকপগে হায়রবু মহাকপু উন্দা বিশ্বজগৎপু শুমহৎ-ওম্বা মদন মচ্চামকপু শুমহৎলে। "রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদনমোহনঃ।" শ্রীগোবিন্দলীলামৃত /৮/৩২ ॥"

কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণবু উয়রপ্পা শ্রীরাধাগী পেনবা যাবমদে ; শ্রীরাধাগী মপুক্কীওদা শৃপ্নগী বৃন্দাবনগী রা, বৃন্দাবনদা-লৈবিডৈগী শ্রীকৃষ্ণ অদুগী রাদা, বৃন্দাবন-দা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরম্বা লীলা ময়ামতগী অমস্তুং লীলা শান্নফমগী রাদমক অদুগা লীলাশিংদু শান্নবদা ফংখিবা ডুংডাইবগী রাশিংদুদা হন্না হন্না নীংদশীওঙ্কনদা শ্রীরাধানা লৈবম্মী। কুরুক্ষেত্রগী ঈশ্বর্য্য-ভাক্তগী থোদো অমদি ঈংওশিংদুদা গোপীশিংগী ভাব বিকাশ ওইবা য়ারমদে। বৃন্দাবনগী ঈরাওদি গোপীভাব থোবকহনবা ঙম্মী হায়বগীদমক শ্রীরাধাগী মন অদুন বৃন্দাবন-দা শ্রীকৃষ্ণগা উনবা ফংনবা হায়দুনা থোয়রবাংলম্মী। শ্রীরাধাগী হায়রিবা ভাব-সিদা আবেশ ওইবনা মহাপ্রভুগী পুক্কীওদা শ্রীজগন্নাথ উবদা রা ময়ামসি থোরকপনী।

## মূল ৫৭

উঠিল নানা ভাবাবেগ মনে হইল উদ্বেগ,
ক্ষণমাত্র নারে গোঙাইতে।
প্রবল বিরহানলে ধৈর্য্য হইল টলমলে
নানা শ্লোক লাগিলা পড়িতে ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

উঠিল—থোরকখি, নানা—মখলমখাগী, ভাব-আবেগ -পুক্কীও ঈবাও, মনে—পুক্কীওদা, হইল—ওইখি; উদ্বেগ—পুক্কীওগী তনীকপা, ক্ষণমাত্র—ক্ষণঅমফাওবা; নারে—ঙমদে, গোঙাইতে—লেনবা; প্রবল—অকনবা;

বিরহ-অনলে—কায়ন-মৈচাক্লা ; ধৈর্য্য—তপ্‌থবা হায়বদো ; হইল—ওইখি ; টলমলে—নীঙখায়বা ; নানা শ্লোকে—শ্লোক মখল মখল ; লাগিলা—হৌখি ; পড়িতে—থীবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখল মখাগী পূক্নীঙ-ঈরাঙ ( ভাবাবেগ ) থোরক্লখি ; ক্ষণ অমক্তা ওবা নীঙথিনা লেল্লমদ্রে । কল্লবা কায়ন-মৈচাক্লা তপ্‌থবা য়ারমদ্রে । মরমদুনা প্রভুনা শ্লোক মখল মখল থীদরক্লখি ।

## টৈনবোল

নানাভাব—মখল মখাগী সাত্ত্বিক অমসুং ব্যভিচারিভাব। উদ্বেগ—পূক্নীঙগী তনীক্পবু উদ্বেগ কৌয়ি ; উদ্বেগ অসি প্রোষিতভর্তৃকা (মপুরোইবা লংথেদা লৈপ্রবা নায়িকাগী ফীভম অমনী । দীর্ঘশ্বাস ( নুংশাঙ্গোর শাংবা ), চপলতা ( তয়াং তয়াংবা ), স্তম্ভ ( পঙথবা ', চিন্তা, অশ্রু (পিরাং), বিবর্ণতা ( কুচু তাইবা ), ঘর্ম্ম ( হুমাং )—অসিনচিংবনা উদ্বেগ ওইবগী লক্ষণ্নী । "উদ্বেগোমনসঃ কম্পস্তত্র নিঃশ্বাসচাপলে । স্তম্ভচিন্তাশ্রুবৈবর্ণ্যস্বেদাদয় উদীরিতাঃ ॥ উজ্জ্বলনীলমণি, পূর্ব্বরাগ /১৩ ।

তথাহি কৃষ্ণকর্ণামৃতে ( ৪১ )

## মূল ৫৮

অমূন্যধন্যানি দিনান্তরাণি
হরে ত্বদালোকনমন্তরেণ ।
অনাথবন্ধো করুণৈকসিন্ধো
হা হন্ত হা হন্ত কথং নয়ামি ॥ ৫৮ ॥

শব্দার্থ

অমূনি—পুন্নমকসি ; অধন্যানি—অরেম্বা, কান্নদবা ; দিনান্তরাণি—নোংমগী মনুঙদা য়াওরিবা ক্ষণ-লব-নচিংবা ( মীৎকুপ-নাহুম্নচিংবা ) মতম্‌ ; হরে—হে হরি ; ত্বৎ-আলোকনম্‌ অন্তরেণ—নঙবু উবা নত্তনা ; অনাথবন্ধো—মপু-লৈত্তদবা মীগী মরূপ ; করুণৈকসিন্ধু—নুংশিহৈবগী অমতা-ঙায়বা ঈপাক ; হা হন্ত—হাই হাই ; হা হন্ত—হাই হাই ; কথং—করম্না ; নয়ামি—লেনগনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হাই হাই ? হাই হাই ? হে মপু-লৈতবগী মপু ! হে নুংশি-হৈবগী ঈপাক ! হে হরে ! নঙগী দর্শন নত্তনা নোংমগী মনুঙদা য়াওরিবা মীৎকূপ-নাহুমচিংবা মতম পুম্নমক অসি করম্না লেন্‌গনী ?

### নৈনরোল

কৃষ্ণ কায়নবগী শাথীরবা মৈচাক্তা শ্রীরাধাগী উদ্বেগ অতু ঈতৌরগুম কাওলম্মী ; ক্ষণ অমগী মতমতু যুগ অমগুম্ন্থে ; মতম লেন্‌বা ঙম্লমদ্রে, মতমপুম্বা নহাক নুংনাঙতুনা লৈরম্মী । শ্রীরাধাগী অসিগুম্বা ভাব অতুদা মহাপ্রভুগী আবেশ ওইখিবনা নৈনরিবা শ্লোকসি প্রভুনা থীদরক্রম্মী । মখাদা লাক্লিবা ত্রিপদীদা শ্লোকসিগী তাৎপর্য্য ফোঙদোক্লি ।

### মূল ৫৯

তোমার দর্শন বিনে    অধন্য এই রাত্রি দিনে
এই কাল না যায় কাটন ।
তুমি অনাথের বন্ধু    অপার করুণাসিন্ধু
কৃপা করি দেহ দরশন ।। ৫৯ ।।

### শব্দার্থ

তোমার—নহাক্কী ( কৃষ্ণ নহাক্কী ) ; দর্শন—উবা ; বিনে—নত্তনা ; অধন্য—কান্নদবা (ওইরে) ; এই—অসি ; রাত্রি—অহিং ; দিনে—অয়ুক-নুংথিল ; এইকাল—মতম অসি ; না যায়—য়াদ্রে ; কাটন—লেন্‌বা ; তুমি—নহাক ; অনাথের—কনা-লৈজদবা মীগী, মপু পান্দবগী ; বন্ধু—মরূপ, সম্বন্ধী ; অপার—ঙমখৈ-নাইদবা ; করুণাসিন্ধু—থৌজালগী ঈপাক ; কৃপা করি—চান্‌বিদুনা ; দেহ—পীউ ; দরশন—উবা, দর্শন ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কৃষ্ণ, নহাক্কপু উদবনা ঐগী অহিং-নুংথিল অনীমক অরেম্বা ওইরে ; মতমসে লেন্‌বা য়াদ্রে । নহাক্কী মপু-পান্দবশিংগী মপুনী, ঙমখৈ-লৈতনা নুংশি-হৈবগী ঈপাক্কী । থৌজাল্‌বিদুনা দর্শন পীনবিয়ো ।

### নৈনরোল

তোমার দর্শন বিনে—মসি শ্লোক-তা য়াওবা 'তদালোকনমন্তরেণ'

বাক্যগী অর্থনী। অধন্য এই রাত্রিদিনে—মসিনা শ্লোক-তা য়াওবা 'অমূন্যধন্যানি দিনান্তরাণি'—বাক্যগী অর্থনী। এই কাল না যায় কাটন —মসি শ্লোকতা য়াওবা 'কথং নয়ামি' অংশগী অর্থনী।

## মূল ৬০

উঠিল ভাব চাপল মন হইল চঞ্চল
ভাবের গতি বুঝন না যায়।
অদর্শনে পোড়ে মন কেমনে পাব দরশন
কৃষ্ণ ঠাঞি পুছেন উপায় ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

উঠিল—হৌরকখি; ভাব চাপল—চাপল কৌবা সঞ্চারী ভাব (তয়াং-তশোইবা মতৌ); মন—পুক্লীঙ; হইল—ওইরে: চঞ্চল—চরাংনবা; ভাবের গতি—ভাবকী খোঙচৎ; বুঝন—খঙবা; না যায়—য়াদে; অদর্শনে —উদবদা; পোড়ে—চাকয়ি; মন—পুক্লীঙ, থরাই; কেমনে—করম্না; পাব—ফংগনী; দরশন—উবা; কৃষ্ণ ঠাঞি—কৃষ্ণগী মফমদা; পুছেন—হংজী; উপায়—পাম্বৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

('চানবিতুনা উহল্লো' হায়না হায়রকপদা) শ্রীরাধাগী 'চাপলভাব' পোক্খি, পুক্লীঙ চরাঙনৈ; ভাব-কী খোঙথাঙ করিনো খঙবা ঙম্লক্তরে। উদবদা থরাই চাকৃয়ি। করম্না দর্শন ফংগদগে হায়না কৃষ্ণগী মফমদা উপায় হংজখি।

## নৈনরোল

ভাব-চাপল—চাপল (তয়াং-তশোইবা) কৌবা সঞ্চারী ভাব। অপাম্বা (রাগ) অমসুং পামদবা (দ্বেষ) অনীসিদগী পোকপা পুক্লীঙ য়াংবা মত্রগা চীঙ-লেম্বা রাংপা অতুবু চাপল কৌয়ি। বিচার-নাইদবা, খোনকন অতুগা অনীঙবদা তৌবসিনা চাপলগী লক্ষণ ওইরে। "রাগ-দ্বেষাদিভিশ্চিত্তলাঘবং চাপলং ভবেৎ। তত্রাবিচারপারুষ্যস্বচ্ছন্দাচরণাদয়ঃ ॥ ভক্তিরসামৃতসিন্ধু /২/৪/৮১।

তথাহি তত্রৈব ( ৩২ )

**মূল ৬১**

ত্বচ্ছৈশবং ত্রিভুবনাদ্ভুতমিত্যবেহি
মচ্চাপলঞ্চ তব বা মম বাধিগম্যম্।
তৎ কিং করোমি বিরলং মুরলীবিলাসি-
মুগ্ধং মুখাম্বুজমুদীক্ষিতুমীক্ষণাভ্যাম্ ॥ ৬১ ॥

## শব্দার্থ

ত্বৎ-শৈশবম্—নঙগী শৈশব (অঙাঙ নাত্রা ওইরিবৈগী মতাঙ) হায়বদি কৈশোর ( কিশোর ওইবগী হায়বদি চহী ১৪/১৫ গী মতাঙ ); ত্রিভুবন-অদ্ভুতম্—ময়োল অহুমগী অঙকপা ; ইতি—অসূম্না ; অবেহি—খঙবিউ ; মৎ-চাপলম্—ঐগী চাপল ভাব ; চ—অমসুং ; তব—নঙগী ; বা—নত্রগা ; অধিগম্যাম—খঙজনফম থোক্পনী ; তৎ—মরমদুনা ; কিম্—করি ; করোমি —তৌগনী ঐ ; বিরলম্—অতাঙবা, মাম্নবা-লৈতবা, নত্রগা অচীকপদা ; মুরলী-বিলাসি-মুগ্ধম্—মুরলীগী শান্নফম ওইবনা শুম্হৎনঙাই ওইরিবা ; মুখ-অম্বুজম—মায়থোঙ-থম্বালবু ; উদীক্ষিতুম্—উননবা ; ঈক্ষণাভ্যাম্—ইমীৎ অনীনা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

হে নাথ ! নহাক্কী শৈশব ( কৈশোর ) অমুগা ঐগী চাপল্য ( পুক্লাঁউ লাঙবা ) হায়বা অনীসে ময়োল অহুমদা অঙকপনী হায়না খঙবিয়ু। অনীসি নঙনা নত্রগা ঐনা খঙগদবা পোত্তানী—অতোপ্পা অমনা খঙফম থোক্তে। হৌজিক নহাক্কী মাম্নবা-লৈতবা অতাঙবা মুরলীগী শান্নফম মায়থোঙ-থম্বাল অদুবু ইমীৎ অনী থীৎনা য়েংননবা উপায় করিনো হায়বিয়ু।

## নৈনরোল

**বিরলম্**—মাম্নবা-লৈতবা অদুগা অহেনবসু লৈত্রবা মাধুর্যনা থল্লবা মসি মুখাম্বুজগী বিশেষণনি। নত্রগা বিরলম্—মীচীকপা মফমদা। ঐথোয়দি কুলবধূনী ( শাগৈ অমমম্গী মৌনী ) ; নঙগী শনজেনবগী অফোঙবা মফম-দুদা চৎতুনা নঙবু দর্শন তৌবদি ঐখোয়গীদমক্তি ওইথোক্তে ; হৌজিক ঐখোয় মীপোং-লৈতবা অচীকপদা লৈরে, মসি ঐখোয়গীদমক্তি মতম য়াম্না

চাবা অমনী ; তানজা অসিদা করম্না ঈমীং অনী-থীংনা নহাক্কী মায়থোঙ-থম্বাল উরগা মহৈ য়ানগদগে হায়বত্থু থম্না তাকৃপীয়ু।

মথাগী ত্রিপদীদা শ্লোকস্রিগী মর্ম্মার্থ তাক্লি।

## মূল ৬২

তোমার মাধুরী বল তাতে মোর চাপল
এই দুই তুমি-আমি জানি।
কাহাঁ করোঁ কাহাঁ যাঙ কাহাঁ গেলে তোমা পাঙ,
তাহা মোরে কহ ত আপনি ॥ ৬২ ॥

## শব্দার্থ

তোমার—নঙগী ; মাধুরী—মাধুর্য্যগী ; বল—পাঙ্গল ; তাতে—মহুগী মথক্তা ; মোর—ঐগী ; চাপল—খোয়রাঙবা ; এই দুই—অনীসি ; তুমি-আমি—নঙ-ঐনা ; জানি—খঙঙী ; কাহাঁ করোঁ—করি তৌনী ; কাহাঁ যাঙ—কদায়দা চৎকনী ; কাহাঁ গেলে—কদায়দা চৎলগা ; তোমা—নঙবু ; পাঙ—ফংগনী ; তাহা—মহু ; মোরে—ঐঙোন্দা ; কহ ত—হায়য়ুদনা ; আপনি—নছামক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে কৃষ্ণ ! নহাক্কী মাধুর্য্যগী পাঙ্গল, অমহুগা ঐগী চাপল-নে অনীসি নঙ-ঐতনা খঙঙী। ঐ করি তৌগদগে, কদায়দা চৎকদগে, কদায়দা চৎলগা নহাকপু ফংগদগে হায়বত্থু নহাক নছামক্না ঐঙোন্দা হায়য়ুনা।

## নেনরোল

মাধুরী বল—মাধুর্য্যগী মতীঙ (প্রভাব)। মাধুর্য্য—হায়ফম খঙদবমখৈ শক ফজবা। কীভম-মতম-পূম্নমক্তা ফজবা হায়বদি রমণীয় ওইবা (মুংঙাইনঙাই ওইবা) ; মসি যৌবনগী মতাঙদা নায়ক নায়িকাগী হৌনশা-ওইবা অলঙ্কার অমনী। (বৈষ্ণব সাহিত্যদা) গোপীশিংগী শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা মধুররসনী।

তুমি—শ্রীকৃষ্ণ। নঙগী মাধুর্য্য অমহুগা ঐগী চাপল্যগা অনীসি জগত্তা অঙকপনী। অনীসিবু নঙগা ঐগতনা খঙবা ওয়ী, অতোপ্পা অমনা খঙবা ঙমদে। মরমদি, ঐ ইচ্ছাগী চাপল্যদি ঐনা খঙঙী, অমহুগা নহাক্কসু খঙঙী,

করিনা হায়ববু ঐগী চাপল্যসি নহাক্না পোকুহন্বনীনা। নঙবু দর্শন তৌনীঙ-বনা ঐহাক হুংনাংবনা লোইরে। কদায়দা চৎলগা, করি তৌরগা নঙবু ফংবা ঙমগদগে হায়বত্নু নছামক্না অমুক্তা হায়রু।

## মূল ৬৩

নানা ভাবের প্রাবল্য　　　হইল সন্ধি শাবল্য
ভাবে ভাবে হৈল মহারণ।
ঔৎসুক্য চাপল্য দৈন্য　　　রোষামর্ষ-আদি সৈন্য
প্রেমোন্মাদ সভার কারণ ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

নানা ভাবের—সঞ্চারীভাব মখল মখাগী ; প্রাবল্য—মতীঙ হেঙ্গৎ-লক্পা ; হইল—ওইরে , সন্ধি—ভাব অনী নত্রগা ময়াম পুল্লপ তিন্না ; শাবল্য—ভাবশিংগী মহৈ মহৈ নৈহৎনবা ; ভাবে ভাবে—ভাবকা ভাবকা ; হৈল—ওই ; মহারণ—লান্জাও ; ঔৎসুক্য—থৌরাংবা ; চাপল্য—তয়াংবা ; দৈন্য—তোন্থবা : রোষ—শাউগৎপা : অমর্ষ—মীচৈ অমদি ইকাইবা ফংবদা থাঙঙ্মদ্বা ; আদি—নচিংবা ; সৈন্য—লাশ্মী : প্রেম উন্মাদ—প্রেমগীদমক ঙাওবা (পূক্নীঙ চোইবা) ; সভার—পুন্নমক্কী ; কারণ—মরম্নী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাব মখল মখানা কন্থৎলক্য়ি ; ভাব ময়াম তিল্লকয়ি, অমসুং মহৈ মহৈ নৈহৎনরক্য়ি। থৌরাংবা, তয়াংবা, তোন্থবা, শাউগৎপা, ইকাইবদগী থাঙঙ্মদবনচিংবা পূন্নমকসি পোক্হন্বদি প্রেমগীদমক পূক্নীঙ চোইবননী।

### নৈনরোল

**নানাভাবের প্রাবল্য**—মখল মখাগী সঞ্চারী ভাবশিংনা কন্থৎ-লকপা ; হায়বদি সঞ্চারীভাব মখল মখাতু কন্থৎলক্লে হায়বনী।

**সন্ধি**—মরম অমতনা ওইরক্নু নত্রগা অমদগী হেন্বা মরম্না থোক-হল্লবস্ত অতুম্না থোরক্পা ভাব ময়ামতুনা পুল্লপ পূন্নবদি মতুম্ব সন্ধি কৌয়ি। স্বরূপয়োর্ভিন্নয়োর্ব্বা সন্ধিঃ স্যাদ্ভাবয়োর্য্যুতিঃ। ভঃ, রঃ, সি, ২/৪/১১০ ॥

**শাবল্য**—ভাব পূন্নমক মহৈ মহৈ নৈহৎনববু ( সম্মর্দ্দন তৌনববু ) শাবল্য কৌয়ি। শবলত্বন্তু ভাবানাং সংমর্দ্দঃ স্যাৎপরস্পরম্। ভ, র, সি,

২/৪/১১৫ ॥ ভাব ময়ুাম শাফু কল্লা থোরক্লগা ভাব থূদিংনা অতৈ ভাবশিংবু মায়থীহল্লগা মকোক ওইনীঙউ, অতুম তৌরবদি ভাবশাবল্য হায়বহ ওই।

ঔৎসুক্য—অপাম্বা পোৎ উননবা অমসুং ফংননবা উৎকণ্ঠাদগী মতম থীস্থববু থাঙবা ডম্‌দববু ঔৎসুক্য কৌয়ি। থোরাংবনা থাঙড্‌মদবা অতুনী। কালাক্ষমত্বমৌৎসুক্যমিষ্টেক্ষাপ্তিস্পৃহাদিভিঃ। ভ, র, সি, ২/৪/৭৯ ॥

চাপল্য—পাম্বা পামদবদগী পোক্লক্পা পুক্নীঙগী তয়াংবা।

দৈন্য—ৱাবা, কিব্বা, অমদি অপরাধনচিংবনা মরম ওইহুনা মছাবু হন্থনা য়েংববু দৈন্য কৌয়ি।

রোষ—শাউগংপা। অপরাধ অমসুং থোনয়াকপনা পোক্‌হনবা অশাউববু রোষ কৌয়ি। হাৎপা, থিংবা ( বন্ধ ), কোক-নীকপা, চৈবা, ফুবনচিংবসি রোষগী থবক্নী। অপরাধদুরুক্ত্যাদিজাতং চণ্ডত্বমুগ্রতা। বধবন্ধ-শিরঃ কম্প ভর্ৎসনোত্তাড়নাদিকৃৎ ॥ ভ, র, সি, ২/৪/৭৯ ॥

অমর্ষ—মীচৈ অমদি ইকাইবা ফংবদগী থাঙড্‌মদববু অমর্ষ কৌয়ি; হুমাং, কোক-নীকপা, কুচু তাইবা, চিন্তা, উপায় থিবা; শাউবা (আক্রোশ), মায়ওস্থোকপা, অমসুং য়ৈবা-ফুবনচিংবসি মাগী থবক্নী। অধিক্ষেপাপমানাদেঃ স্যাদমর্ষোহসহিষ্ণুতা। তত্র স্বেদঃ শিরঃকম্পো বিবর্ণত্বং বিচিন্তনম্। উপায়ান্বেষণাক্রোশবৈমুখ্যোত্তাড়নাদয়ঃ ॥ ভ, র, সি, ২/৪/৮০ ॥

উন্মাদ—ঙাওবা, পুক্নীং চোইবা। য়াম্না নুংঙাইবা, থুদোংথীবা (আপদ) অমদি কায়নবনচিংবদগী পোকপা পুক্নীঙ চোইববু ( চিত্তবিভ্রমবু ) উন্মাদ কৌয়ি। ফাক ফাক নোক্‌পা ( অট্টহাস ), জগোই শাবা, ঈশৈ, অরেম্বদা হোৎনবা, চোইরোল ( প্রলাপ ), চেনবা ( ধাবন ), লাউথোংবা (চীৎকার), ওন্নতৈনবা থবক্চিংবসি মাগী থবক্নী। উন্মাদোহৃদভ্রমঃ প্রৌঢ়ানন্দাপদ-বিরহাদিজঃ। অত্রাট্টহাসো নটনং সঙ্গীতং ব্যর্থচেষ্টিতম্॥ প্রলাপধাবনক্রোশ বিপরীত-ক্রিয়াদয়ঃ ॥ ভ, র, সি, ২/৪/৩৯ ॥

## মূল ৬৪

মত্তগজ ভাবগণ প্রভুর দেহ ইক্ষুবন
গজযুদ্ধে বনের দলন।
প্রভুর হইল দিব্যোন্মাদ তনু মনের অবসাদ
ভাবাবেশে করে সম্বোধন ॥ ৬৪ ॥

## শব্দার্থ

মত্ত—অঙাওবা ; গজ—শামু ; ভাবগণ—ভাবশিং ; প্রভুর—প্রভুগী ; দেহ—হকচাঙ ; ইক্ষুবন—চুকোন, চুগী উমং ; গজ—শামুগী ; যুদ্ধে—লান্দা ; বনের—বন-বু ; দলন—নৈহৎপা ; প্রভুর—প্রভুগী ; হইল—ওইরে ; দিব্য—প্রাকৃত-নত্তবা ; উন্মাদ—ঙাওবা ; তনু—হকচাঙ ; মনের—পুক্নীঙগী ; অবসাদ—চোক্থবা ; ভাবাবেশে—ভাব-শিংদা চঙছুনা ; করে—তৌয়ি ; সম্বোধন—কৌবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাবশিংশু শামু অঙাওবগুম্বা ওাক্নী অছুগা প্রভুগী দেহনা চুগী উমংনী। শামু ময়াম থেঙ্গায়নবনা উমং নৈহৎপনী। প্রভুগী দিব্যউন্মাদ ( প্রাকৃত-নত্তবা মঙাও ) ওইরম্মী, মতুদা মহাক্নী পুক্নীঙ-হকচাঙ চোক্থরম্মী। ভাবাবেশদা প্রভুনা সম্বোধন তৌরকয়ি।

### নৈনরোল

চুগী উমং মনুংদা শামু অঙাওবা ময়াম থেঙ্গাইনবদা চু পাম্বীশিংশু থাঙবা ওম্মদছুনা তেকুনা তাই, অছুগুমছুনা শামুগুম্বা অকনবা ভাব ময়ামছুনা প্রভুগী চিত্তদা চঙলগা মশেল থেঙ্গাইনবশু প্রভুগী পুক্নীঙ-হকচাঙ অনীমক পুঙচোক চোক্থরম্মী। শামু অঙাওবগা য়েংনবদা চু পাম্বীগী উমংদি শোল্লী মতৌ অছুগুম্মা ঔৎসুক্যনচিংবা ভাব ময়ামছুগা য়েংনবদা প্রভুগী দেহসু শোল্লী।

**দিব্য-উন্মাদ**—মহাভাব মথম অনীনী, অছুদি রূঢ় অমসুং অধিরূঢ়। অধিরূঢ় মহাভাব মথম অনীনী—মোদন অমসুং মাদন। মোদন-সি হ্লাদিনী শক্তিগী পরমাবৃত্তিনী হায়বদি পুঙহৈন-হৈনবনী. মসিদি শ্রীরাধাগী যুথ নত্তনা মফম অতৈদা ওইদে। প্রবিশ্লেষ-দশাদা ( কায়নবগী খমথেংবা মতাঙদা ) মোদনসিবু মোহন কৌয়ি ; মোহনসিদা কায়নমৈচাক্পা চাক্থেক্লছুনা চোক্থরবা মতমদা সাত্ত্বিকভাব পুম্নমক মতৌমা ফনা কাঙখৎলকয়ি। মোহন অসিনা রাহৈনা হায়দোকপমদবা বৃত্তিবিশেষ অমা ফংলকপা মতাঙদা ভ্রমগা মান্নবা দশা মৎং অমা ওইরকথি, মদুবু দিব্যোন্মাদ কৌয়ি।
এতস্তমোহনাখ্যস্ত গতিং কামপ্যুপেয়ুষঃ ভ্রমাভা কাপি বৈচিত্রী দিব্যোন্মাদ ইতীর্য্যতে॥ উ, নী, স্থা /১৩৭॥ উদঘূর্ণা অমসুং চিত্রজল্পনচিংবা খেন্নবা

মতুং ইন্না দিব্যোন্মাদগী মখল মুখী। দিব্যোন্মাদদা ভ্রমগী ( শেরান্নবা ) থবুক অহুগা প্রলাপ ( চোইরোন্নচিংবা ) তৌবগী খাঙাঙ উবা ফংঙী।

তথাহি তত্রৈব ( ৪০ )

মূল ৬৫

হে দেব হে দয়িত হে ভুবনৈকবন্ধো
হে কৃষ্ণ হে চপল হে করুনৈকসিন্ধো
হে নাথ হে রমণ হে নয়নাভিরাম
হা হা কদানু ভবিতাসি পদং দৃশোর্মে ॥ ৬৫ ॥

**শব্দার্থ**

হে দেব—হে শান্নহৈবা ; হে দয়িত—হে নুংশিরা ; হে ভুবনৈকবন্ধো—হে জগৎ পুম্বগী অমতা ঙাঁয়বা সম্বন্ধী ; হে কৃষ্ণ—হে শ্যামসুন্দর, থম্মোয়-হুবা ; হে চপল—হে চরাঙবা ; হে করুনৈকসিন্ধো—হে নুংশিহৈবগী ঈপাক ; হে নাথ—ইপুরোইবা ; হে রমণ—হে নুংঙাইহৈবা ; হে নয়নাভিরাম—মীৎ-শুমঙাই-ওইবা ; হা হা—ওস্তোকপনীদা ; কদানু—কদৌঙৈ ; ভবিতাসি—নঙনা ওইগনী ; পদম্—উনতায় ; দৃশোঃ—মীৎ অনীগী ; মে—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে শান্নহৈবা, হে নুংশিবা, হে জগৎপুম্বগী সম্বন্ধী, হে থম্মোই হুনা শংবাননা ফজনবা কৃষ্ণ, হে খোয়রাঙ-চাওবা, হে নুংশিহৈবগী ঈপাক, হে ইপুরোইবা, হে নুংঙাই হৈবা, হে ইমীৎ-শুমঙাই ওইবা, কদৌঙৈলোনো নঙনা ঐগী ইমীৎ অনীগী মাঙদা উনগায় ওইদৌরিবনিবো ?

মূল ৬৬

উন্মাদের লক্ষণ করায় কৃষ্ণ স্ফুরণ,
ভাবাবেশে উঠে প্রণয় মান।
সোল্লুণ্ঠ-বচন-রীতি মান গর্ব্ব ব্যাজস্তুতি
কভু নিন্দা কভু ত সম্মান ॥ ৬৬ ॥

### শব্দার্থ

উন্মাদের— ভাওবগী ; লক্ষণ—খুদম ; কুরায়—ওইহল্লী ; কৃষ্ণ স্ফুরণ—কৃষ্ণ মাঙদা থোরকপা ; ভাবাবেশে—ভাব ময়াম্ন চঙল্লকপনা ; উঠে—থোরকয়ি ; প্রণয়—ভাবকী মতাঙ অমনী ; মান—ভাবকী মতাঙ অমনী অম্রিস্থ ; সোল্লুণ্ঠ—করেম্ননবা ; বচন-রীতি—ৱাড়াঙ মতৌ ; মান—ওই-নবা ; গর্ব্ব—উংপগী নাপল ; ব্যাজস্তুতি—চৈরগী থাগংশন্নবা ; কভু—করিগুম্বদা ; নিন্দা—তাথীরা ; কভুত—করিগুম্বদস্থ ; সম্মান—ইকাইখুম্নবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাওবগী লক্ষণশিংদি অসিনী—কৃষ্ণবু মাঙদা লৈবগুম উহল্লী ; ভাবাবেশগী মতমদা প্রণয়-মান হায়বা প্রেমগী মতাঙশিংদু কাঙ্গলকয়ি ; করেম্নবগী ৱাঙাঙ-শঙাঙ তোরকয়ি মহুদি—মান, গর্ব্ব, ব্যাজস্তুতি ; অমুক থীনা চে অতুগা অমুক ইকাইখুম্নে।

### নৈনরোল

"উন্মাদের লক্ষণ" অসিদগী "কভুত সম্মান"-সি ফাওবা গ্রন্থকারগী উক্তিনী।

**উন্মাদের লক্ষণ**—দিব্য-উন্মাদগী লক্ষণ। কল্লবা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী আবেগ ওইরবদা মহাপ্রভুগী মুংদা শ্রীরাধাগী ওইখিবা দিব্য-উন্মাদগী লক্ষণ-শিংদো থোরকখি। দিব্য-উন্মাদদা ভ্রমদগী মথল মথলগী মওং থোরকয়ি, মহুদি—ইছাবু অতোপ্পা, অতোপ্পবু ঐ ইছানী হায়না থল্লী, মাঙদা লৈতরা পোৎপু মাওদা লৈরে হায়না থল্লী ; অতুগা অমুক লেবা পোৎপু লৈতে হায়না থল্লী।

**কুরায় কৃষ্ণস্ফুরণ**—কৃষ্ণ মাঙদা লৈরে হায়না উহল্লবা ; দিব্য-উন্মাদ ওইবনা শেরান্নবা প্রভুনা থল্লমী—(মহাক্না শ্রীরাধা, অতুগা) মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবগুম্না লৈরে।

**মান**—প্রেম পোক্লকপদা মথঙ মথঙ ওইথংলকপগী অনীশুবা মতাঙ (স্তর) বু স্নেহ, অহুমশুবা স্তরবুনা মান অমসুং মরিশুবা স্তরবু প্রণয় কৌয়ি। প্রেম হায়বসিনা অস্থুম অস্থুম গঙ শল্লকপদা হায়রিবা স্তরশিংবু লাম্থোক্তুনা চংখি। প্রেম-না থম্নথেংবা মতাঙছু য়ৌরগা ক্ষীভম মতা অমদা থুংলে, মহুদা প্রেমগী বিষয় (মুংশিজবা মুহাকপু) উপলব্ধি তৌয়ি অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী

মরমদা চিত্তহ্ পেথরকয়ি, মতমতুদা প্রেমবু স্নেহ কৌযি; স্নেহসি পোক্লবদি কদাচিৎ উবনদ্দি পেনবা ঙমদে। স্নেহসিনা অমূক কাখৎলকপনা অনৌ-অনৌবা মাধুর্য্য উপলব্ধি তৌহল্লবা অতুগা মচামরুস্ম কুটিলতা ( হায়বদি মচাবু লোৎননবা হায়তুনা বামাভাবনচিংবা) উৎলকপা মতমদা প্রেমত্তবু মান কৌয়ি। "স্নেহস্তূৎকৃষ্টতা বাপ্ত্যা মাধুর্য্যং মানয়ন্নবম্। যো ধারয়ত্যদাক্ষিণ্যং স মান ইতি কীর্ত্যতে ॥ উ, নি, স্থা ৭১ ॥"

প্রণয়—কনাগুম্বী অমগী মান অসিনা অমুম হেঙ্গৎলক্তুনা মতাঙ অমা য়োরকয়ি, মতাঙ অহুদা নুংশিজবা মীতুগা মহাক্কা খেন্নবা লৈতে হায়না খল্লকয়ি— হেল্লী হায়বা রাখল রাৎলক্রবনীনা মহাক্কী পুক্নীঙ, হকচাঙ, থরাই অতুগা বুদ্ধি অমম্তুং ফিজেৎনচিংবগা কাস্তুগী ( নুংশিজবা মীতুগী ) থরাই হকচাঙ, পুক্নীঙ, বুদ্ধি অমমুং ফিজেৎনচিংবগা খেন্নদে হায়না খল্লকয়ি, মতুদা মান-গী হেনগৎলকপা মতাঙতু প্রণয় কৌযি। "মানো দধানো বিস্রম্ভং প্রণয়ঃ প্রোচ্যতে বুধৈঃ ॥ উঃ নীঃ ৭৮ ॥"

গর্ব্ব—লাইবকফবা, শক, যৌবন, গুণ, ইথোই থোইবা আশ্রয় অমদি পামজবা পোৎ ফংবনচিংবনা মরম ওইহনা অতোপ্পবু হন্থনা য়েংবা নাপল জাৎতুবু গর্ব্ব কৌয়ি। সৌভাগ্যরূপ তারুণ্যগুণ সর্ব্বোত্তমাশ্রয়ৈঃ। ইষ্টলাভাদিনা চান্য-হেলনং গর্ব্ব ঈর্য্যতে ॥ ভ, র, সি, ২/৭/২০ ॥" করেম-কথায়নবা, লায়না খনবদগী পাউখুম পীদবা, মচাগী হকচাঙ কয়াৎ য়েংবা, মচাগী অনীঙবতু লোৎপা, অতোপ্পগী রা নাকোঙদা হাপ্তবা, অসিনচিংবসি গর্ব্ব নাপল জাৎকী লক্ষণ ময়াম্নী।

ব্যাজস্তুতি—নিন্দানী হায়রগা থাগৎপা অমমুং থাগৎপনী হায়রগা ৩াধবা অসিবু ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার কৌয়ি। গ্রন্থকারনা হায়রি—"শ্লোক অতুদা মহাপ্রভুনা অমূক গর্ব্ব, অমূক মান, অমূক্কা প্রণয়, অমূক ব্যাজস্তুতি ফোঙদোকয়ি, অমূক স্তুতি তৌরি, অমূক নিন্দা তৌরি; ভাব মথেল মথেলগী আবেশনা প্রভুনা অতুম্মা তৌরিবনী।

মূল ৬৭

তুমি দেব ক্রীড়ারত ভুবনের নারী যত
তাহে কর অভীষ্ট ক্রীড়ন।
তুমি মোর দয়িত মোতে বৈসে তোমার চিত
মোর ভাগ্যে কর আগমন ॥ ৬৭ ॥

### শব্দার্থ

তুমি—নঙ ; দেব—শাম্নহৈবনী ; ক্রীড়ারত—শান্নহৈবা, শান্নতুনদা লৈবনী ; ভুবনের—জগৎকী ; নারী—নুপী ; যত—লৈরিবা অতুক ; তাহে—মতুদা ; কর—তৌরি ; অভীষ্ট—পামজবা ; ক্রীড়ন—শান্নবা ; তুমি—নঙ ; মোর—ঐগী ; দয়িত—নুংশিবনী ; মোতে—ঐঙোন্দা ; বৈসে—বাস তৌরি ; তোমার—নঙগী ; চিত্ত—পুক্নীঙ ; মোর—ঐগী ; ভাগ্যে—লাইবক্না ; কর—নঙনা তৌরি ; আগমন—লাক্পা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙদি দেবনী অতুনা শান্নহৈবনী, শান্নতুনদা লৈবনী, জগৎকী লৈবিবা নুপী পুম্নমক্না শান্নবীগবা মতংদা শান্নৌ । নঙসে ঐগী নুংশিবনী ; নঙগী মন অতু ঐঙোন্দা লৈ, ঐগী লাইবক কবনা নঙনা লাক্লিবনী ।

## নৈনরোল

"তুমি দেব"-দগী "দেহ দরশন" ফাওবা মহাপ্রভুনা হায়বা য়াদী ।

দেব—দিব্ ধাতুদগী দেব শব্দ ওইরকপনী । দিব্ ধাতুগী অর্থদি শান্নবা হায়বনী । অতুনাদি দেব শব্দগী অর্থদি ক্রীড়ারত হায়বদি 'মতম পুম্বদা শান্নরিবা' মহাক অতুবু দেব কৌয়ি । অর্থসি লৌতুনা মহাকী শ্লোক অতুনা শ্রীকৃষ্ণবু করেম্নতুনা দেব হায়না সম্বোধন তৌবসিনা তাক্পদি শ্রীকৃষ্ণদি অতোপ্পা নুপীগা শান্নৈ হায়বনী ।

মহাপ্রভুনা রাধাভাব-তা চঙতুনা খল্লী— মহাক কুঞ্জগী মনুঙদা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী মৈচাক্না রাম্বক্তম্ লৈরবদা খঙহৌদবমখৈ মায়কৈ মরিন্দা য়েংলগা নূপুর মখোন মনাকোঙনা তাবগুম্না খল্লম্মী । মতমঃদা সখিশিংদা হংলম্মী— "হে ইতা, কুঞ্জকুংদা নূপুর মখোন তায়, অতুবু মহাক্তি ( শ্রীকৃষ্ণবুদি ) উদে । উম, খঙলে খঙলে, লৌনমচাউবা লম্পট ( নুপীপান্না ) অদো অতোপ্পা নুপী অমগা শান্নরিবনী । রাধকী খল্লুবদা অমুক জাগ্রতুনা খল্লম্মী— শ্রীকৃষ্ণদো মমাঙদা লেপ্লরে হায়না । অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাঙ পুম্বদা অতোপ্পা নুপীগা সম্ভোগ তৌরবগী চিহ্নগী চিহ্ন ঙাক্তা, মতু উবদা অমর্ষ ( খাঙতমদবা ) পোক্লকয়ি ; মতম অতুমক্তদা মহাক্না মমাঙদা লেপ্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু লক্ষ্য ওইহল্লগা বক্রোক্তি ( ঙাঙপগা খন্‌বগা মাক্লবা রাডাঙ ) তৌতুনা হায়রম্মী— "হে কৃষ্ণ, নঙ দেবনী ; অতোপ্পা নুপীগা শান্নবনী, অতোপ্পা নুপীদা নথরাই

লূপ্লনী। অদু ওইববদি অসিদা লাক্লগা করিগীনো? অসিদদি নঙগী কান্নবা করিব্নু লৈতে। মফম অক্তোপদা চৎলগা শান্নবীঙবু মথৌদা শাক্নকচো। 'ভুবনের নারী যত, তাহে কর অভীষ্ট ক্রীড়ন।' চৎলো, জগতকী অতোপ্পা নুপী লৈরিবা পুম্নমক্তো অদুগা শান্নক। (মসি ফাওবা মোজক তাওবা দেব গী অর্থনী।) [ মফমসিদা ধীরাধীরমধ্যা হায়রিবদি ধীরা (পাখং চবী) অধীরা (পাখংগী) অনীগী মরক্তা লৈবী নায়িকাগী ভাব ফোঙদোক্লি। "ধীরাধীরাতু বক্রোক্ত্যা সবাষ্পং বদতি প্রিয়ম্। উক্ত নঃ নায়িকাঃ ॥২২॥" কপ্না কপ্না নুংশিবা নুপা অমগী মফমদা বক্রোক্তি শীজন্নবা নুপীবু ধীরাধীর-মধ্যা নায়িকা কৌই। ]

তুমি মোর দয়িত ইত্যাদি। দয়িত—থরাইদগী হেন্না নুংশিবা (প্রাণ-প্রিয়)। মোতে বৈসে তোমার চিত—ঐঙোন্দা নঙগী চিং অদু লৈ (বাস তৌরি), ঐবু নঙনা নীঙশিঙঙী; ঐগী লাইবক ফবনী। মোর ভাগ্যে কর আগমন—ঐহাক্না লাইবক ফে হায়বসি ফোঙদোক্নবা হায়দুনা নঙনা ইন্নক্তা লাক্লিবনী।

বক্রোক্তি তারদুনা শ্রীকৃষ্ণ চৎখ্রে হাইনা থল্লকপা মতমদা অমুক্ত শ্রীকৃষ্ণবু উনি ঙবনা খৌরাংলদুনা হায়রম্মী—'নঙদি ঐগী দয়িতনী হায়বদি থরাইদগী হেন্না নুংশিবনী, করিগীনো নঙনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎলিবা? থোজান্দুনা অমুক্তা লাকুখো, ঐবু অঙক্লং উহল্লগা লাইবক ফবী ওইহল্লে।' মতাঙসিদা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌনবগী ঔৎসুক্য (খৌরাংবা) ভাব পোকখি। অহানবদা শ্রীকৃষ্ণবু অতৈ নুপীনা ফংখবে হায়রগী অমর্ষ ভাব পোকখিবনী; মরমদুনা মফমসিদনা অমর্ষ অমসুং ঔৎসুক্য হায়বা ভাব অনীগী সন্ধি ওইরে। মসি-ফাওবসি শ্লোক্তা য়াওরিবা দয়িত শব্দগী অর্থনী।

## মূল॥৬৮

ভুবনের নারীগণ সভা কর আকর্ষণ

তাঁহা কর সব সমাধান।

তুমি কৃষ্ণ চিত্তহর ঐছে কোন পামর

তোমার বা কোন করে মান॥ ৬৮॥

## শব্দার্থ

ভুবনের—অসংকী; নারীগণ—নুপীশিং; সভা—লোইননা; কর—

পিহুম্ ।। উঃ নীঃ নায়িকা /২০ ।।" ময়াল-লৈরবা প্রিয়জনবু ( হুংশিজকা মীবু ) করেম্হনা বক্রোক্তি শিজন্নবী নায়িকাবু ধীরমধ্যা নায়িকা কৌরি। অতোপ্পগী লাইবককবা, গুণ লৈবগী মতাঙদা য়েংথীববু অসূয়া ( কলক্-থহনবা ) কৌরি। অসূয়াগা ঈর্ষ্যা ( মপুন্নোইবনা অতোপ্পগী মুগীগা সক তৌবগীদমক তৌবা মান ), লুনা তৌদবা ( অনাদর ), খোনয়াক থাবা (আক্ষেপ), গুণ লৈবদা দোষ হাপ্‌চনবা, অপরাধ ( নিন্দা ), শাউনা য়েংবা ( বক্রদৃষ্টি ), মীশূম শূক্পনচিংবা তৌয়ি। "দ্বেষঃ পরোদয়েঽসূয়া স্যাৎ সৌভাগ্যগুণাদিভিঃ। তত্রের্ষ্যান দারাক্ষেপা দোষারোপো গুণেষ্বপি। ভ, র, সিঃ ২/৪/৮১।" ]

সভা কর আকর্ষণ—বংশী খোংহুনা ভুবনগী মুজা পুম্নমকপু চিংউী। তাঁহা সব সমাধান কর—অত্তাগী কান্নবহ্ পাঙথোকয়ি ; মখোয় পুম্নমকী শুক্নীঙ পেলহল্লী। রাইং পুম্নমকসি পরিহাস ( করেম্নবা ) তৌহনা ভাঙবা বক্রোক্তি হায়বদি সোল্লুণ্ঠবচন-নী।

তুমি কৃষ্ণ চিত্তহর ইত্যাদি। শ্লোক্তা য়াওবা "হে কৃষ্ণ'—শব্দগী মর্থার্থনী। কৃষ্ণ—রূপ-গুণ-মাধুর্য্যনা পুম্নমকী চিত্তবু িংহুনা হূরাল্লী হায়রহনা মাগী মিং কৃষ্ণ কৌবনী। চিত্ত'র—চিত্তবু হূরিবা মহাক। হে কৃষ্ণ, নঙ ঐগী চিত্তবু হূরে, ঐগী চিত্তদি ঐঙোন্দা লৈতরে। তোমারে বা কোন্ করে মান—নঙোন্দা কনানা মান তৌগদগে ? কনামত্তনা মান তৌবা ভমদে। হায়বদি ঐনা মান তৌরহুনা কান্নদে, নঙ অমুক্তা লাকুনা নশক উংলো।

"মফমসিদা করিগীনো জগংকী অতৈ মুজাশিংগী মফমদা চংলো।" হায়বা রাইহেনচিংবা বক্রোক্তি ভাবদগী শ্রীকৃষ্ণ লেঙথরবা মায়ম্রে হায়না খল্লকপা মতমদা কৃষ্ণবু দর্শন য়াম্না কম্না তৌনীঙলকুনা হায়বা হৌখি—"হে কৃষ্ণ, নঙদি নঙগী রূপগুণ মাধুর্যনা ঐগী চিত্তবু হূরাল্লে, ঐগী চিত্তদি ঐমা হায়বা ইম্রে। কীভমমত্তাসিদা ঐ অমূক মান তৌররোয়, মান তৌবগী কান্নবা লৈত্রে ; অমুক্তা লাকুনা দর্শন কংহল্লো।"

[ মফমসিদা হল্লা চৈবগী রা তাহুনা শ্রীকৃষ্ণ লেঙদ্রে হায়না খল্লহুনা দর্শন ফংনীঙবগী খৌরাংবনা লোইবদগী রাংথলে অমূক খন্থরগা ( বিচার তৌরগা ) রারেপ্পমী মহুদি—"কৃষ্ণনা ঐগী চিত্তবু হূঞবা মত্তমসিদা ঐগী মান অসিনা করি কান্নগনী ? মহুগী শন্নকপুদি কৃষ্ণ দর্শন তৌবা য়ানবা

অমুক থল্লম্মী, মহাক্না কোঁজবদা শ্রীকৃষ্ণ অমুক লৈতলক্রে, লৈতলক্লগা হায়জ-থোংচন্নুনা ভাওলম্মী মচুদি—"হে সুংশিবী, ঐদি, ঐদি মফম কৈদম্ব চংলুদেনা। ঐদি কুঞ্জগী মাপান্দা লেপ্তুনা লৈরুবনী; করিগী অরেম্বদা শাউরিবনো? ঐবু শাস্ত্রগুরু বংরাসি তারগা অমুক ঔগ্র্যভাব (অকিফংনা শাউরবা মশাউ) লৌচুনা য়াম্না শাউনা হায়রম্মী—"হে কৃষ্ণ, নপূরুগিওদো মফম অমতদা লৈতেন্নে, মচুদা নঙগী দোষ করিমতা লৈতে, মরমদি নহাক চপল—নী (পরস্ত্রীচৌরনী)। মফম তোঙান্ তোঙানবদা নঙদি শোয়দনা চংকনী; পূরুগী চোইবনীনা লৈবাং তোঙান্-তোঙানবগী অথুম্বা মহাওত্ত ভরবদি চৌরৈ ... নঙগী স্বভাব—নীনা মচু করম্না দোষ ওইগনী? মরমচুনা হে চপল, মফমসিদা লেপ্তুনা লৈথোক্লিবা করি-গীন্নো, চংলো অতোপ্পা মফম অমদা চংলো। অতোপ্পী অমগী নাক্তা চংতুনা ভাইহাক মরৈক, অঙ্গদগী মাবু অমুক থাদোক্তুনা অমগী নাক্তমূক চংলু। অস্নুম্না মুপী অমবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা অমবু অমুক উপভোগ তৌরু, চংগ্রো থুনা: অসিন্নাইদা লৈথরম্ন। অসিদা কুইথরবদি নহাক্কী 'চপল' হায়বা মিংচুদা কালি তৈরনী।"

[ মফমসিদা ঔগ্র্য (উগ্রতা) ভাব পোক্লবনীনা অধীরমধ্যা—নায়িকাগী ভাব ফোঙদোকয়ি।

"অধীরা পরুষৈর্বাক্যৈর্নিরস্যেদ্বল্লভং রুষা॥ উঃ নীঃ নায়িকা॥ ২১॥ অশাউবা টংতুনা মাগী মুংশিজবা মুপাদা থোনকন থাবী নায়িকাবু অধীরা কৌয়ি। অপরাধ (লানবা)—অতুগা তুরুক্তি (খোনথী)-দগী পোক্পা অশাউববু ঔগ্র নত্রগা উগ্রতা কৌয়ি। উগ্রতাদা হাংপা, থিংবা (বন্ধ), কোক্নীক্পা (শিরঃ কম্প), চৈবা (তাড়ন) অতুগা য়ৈবা-ফুবা (তাড়ন)-নচিংবা তৌয়ি।"অপরাধ দুরুক্ত্যাদিজাতং চণ্ডত্বমুগ্রতা। বধবন্ধশিরঃকম্প-ভৎর্সনোত্তাড়নাদিকৃৎ॥ ভঃ রঃ সি। ২। ৪। ৭৯॥"]

তুমিত করুণাসিন্ধু"—নচিংবসি "হে করুণৈকসিন্ধো"—শ্লোকগী অর্থাখনী।

অমুক থল্লম্মী—"হায় হায়, ঐগী থোনয়াক ভাক্তুনা কৃষ্ণ চংখরেদো। হন্দক্তি চংখরগা হল্লক্লরোইদোবা মাল্লী।" মরমসিনা রাম্না লৈত্তগা লোয়্ন-বনা হায়রম্মী—হে কৃষ্ণ, নঙদি করুণাসিন্ধুনী (মুংশিহৈবগী ঈপাক্নী; নঙগী থাওমাইদি রাম্না মেত্তবনী, মুংশিহৈবগী ঈচেক্না লোদোক্তুনা থোংলকনী। ঐহাক নঙগী চরণথাদা অপরাধ তৌরকম্ব ঐবু চানবিচুবা-ঐগী অপরাধ

ডাকপাঁম্বু, দর্শন অমুক্কুং পীবিদুনা ঐবু হিংহল্লু । ঐ নঙবু কারমতা শাউজনে ইথরাইসিন্দি করবিয় ।"

মফমসিদা ঐগী দৈন্যভাবকা অমাগী শাবব্য (নৈহনবা) উইরে ।

**মূল ৭০**

তুমি নাথ ব্রজপ্রাণ　　　ব্রজের কর পরিত্রাণ

বহুকার্য্যে নাহি অবকাশ ।

তুমি আমার রমণ　　　সুখ দিতে আগমন

এ তোমার বৈদগ্ধ্য বিলাস ॥ ৭০ ॥

**শব্দার্থ**

তুমি—নঙদি ; নাথ—ইপুরোইবা ; ব্রজপ্রাণ—ব্রজগী থবাই ; ব্রজের—ব্রজগী ; কর—মঙ তৌরি ; পরিত্রাণ—ঙাকপা ; বহুকার্য্যে—থবক য়াম্বনা ; নাহি—লৈতে ; অবকাশ—হাঙবা, মতম হাঙবা ; তুমি—নঙদি ; আমার—ঐগী ; রমণ—পাতিনী ; সুখ—নুংঙাইবা ; দিতে—পীবা ; আগমন—লাকপা ; এ—মসি ; তোমার—নঙগী ; বৈদগ্ধ্য—রস-কলা খঙবগী ; বিলাস—শান্নবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে নাথ ! নহাক্তি ব্রজগী থবাইনী, ব্রজবু কনবিয় । নঙগী থবক য়াম্বনা অহাঙবা মতম লৈতে । নঙদি ঐগী রমণ-নী ( নুংঙাইহনবা মীনী ), অদুনা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা পীগে হায়না লাকপনী ; মসি নহাক্কী বৈদগ্ধ্য-বিলাস-নী ।

**প্রেমবোধ**

"তুমি নাথ ব্রজপ্রাণ"—লৈরিকসি-শ্লোকতা "হে নাথ" হায়বগী মর্থনী শ্রীরাধানা থমলমী, মহাক্কী দৈন্য-উক্তি তারগা শ্রীকৃষ্ণ অমুক লেঙলগে অদুগা মহাক্না তুমিন্না রা ঙাঙদমথে ফমদুনা লৈরে ; শ্রীকৃষ্ণনা লেঙলক্ল হায়জখোৎচবা মওংদা হায়রম্মি—"সুংশিবী (প্রিয়ে), মা ঙাংজিবা করিগীনে অরেম্বদা মান তৌদুনা ঐঙোন্দা অরাবা পীরিবা করিগীনো ? শাওরম্ল" অসি তারগা অমর্থগী তুংইনবা অবাইথা ( লোৎকদবা ভাব থউদন

মায়থোঙ পুবা ) ভাব পোক্‌খি, অদুদগী শ্রীরাধানা থৌ-রা শারুব-মথৈ হায়রমী—"হে নাথ অদুক্তনা রা হায়রগনু। নঙদি ব্রজগী নাথনী (মপুনী); ব্রজবাসীশিংগী মথরাইনী,—ব্রজবাসীশিংবু রক্ষা তৌবগী থবক্তা মতম পুম্বা চিন্নী—মরমদুনা ঐখোয়সিদা লাক্‌বা মতম নঙগীদি লৈতে। ইনাক্তা লাক্‌বগীদমক মান করিগী তৌরুনী ঐনা ? ঐ মান তৌখিদে। রা ওাঙদে হায়দুনা ঐবু মান তৌরে হায়রিবরা ? মদু নত্তে। নঙদি ঐখোয়বু কন্নবা ( রক্ষা তৌনবা ) লৈরিবনী অদুগবু নঙখাক্তা ওাঙনবা হৌনবরা ? অদুবু রানী হায়বা শারিবরা ? অদুমদি ওইরগা থরবরা ? ঐবু ব্রাহ্মণীনা মৌনব্রত তৌহল্লম্বনী, অদুনা নঙবু কৌদুনা রারী-রাতাই তৌদবনী, মসি ঐগী অপরাধনী (অয়োল-অরানী), ওাকপীমু।"

[মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙলক্তবগী শ্রীরাধানা মপুক্‌ংদা মান তৌরম্বনী; মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা সম্ভোগ বিষয়দা থৌশাদবা উৎলিবনী; অমুক মাগী মপুক্‌ংগী ভাব অদু লোৎলগা রানা রা ওাঙহৌদবগীদমক তরাম-তরাম্না রাহৈনা ওাকপীমু হায়দা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জরিঅদুগা নীঙবনু কায়হল্লী। মরমসিনা মতাঙসিদা অবহিথা হায়বা ভাব অদু পোকপনা ধীরপ্র-গল্‌ভা নায়িকাগী লক্ষণ কোওওোক্লি। উদাসীনাস্তে সুরতে ধীরা স্যাবহিথাচ সাদরা॥ ধীরপ্রগল্‌ভা: অখল অনীনী; অমনা মানিনীগী অবস্থা ফংদুনা সম্ভোগ বিষয়দা থৌশাদবী; অদুগা, অবহিথা হায়বদি শকওং লোৎদুনা মাগী মুংশিবদুবু তরাম তরাম্নদি তৌরগা নীঙবা কায়হনবী॥ উঃ নীঃ নায়িকা। ৩১।"

আকার ( শকওং ) লোৎলগা নত্রগা তৌশল্লবা ভাব পুদুনা লোৎকম থোক্‌পা ভাবকী লক্ষণ পুম্নমক লোৎনবা হোৎনববু অবহিথা কৌয়ি। অস্তুম তৌবদা ভাব-কোঙবা হকচাঙ-কয়াৎশিং লোৎপা, মায়কৈ অমরোমদা য়েংথোকপা, কান্নদবা থবক তৌবা অদুগা র.ওাঙ-কায়দানচিংবা তৌয়ি। অবহিথাকরাগুপ্তির্ভবেদ্ভাবেন কেনচিৎ। অত্রাঙ্গাদেঃ পরাভূহস্থানস্থ পরিগুহনম্। অন্যত্রেক্ষা বৃথাচেষ্টা বাগ্‌ভঙ্গীত্যাদয়ঃ ক্রিয়াঃ॥ ভঃ রঃ সিঃ ২।৪।৫৭।"]

"তুমি আমার রমণ"—মচিংবোক্তা য়াওরিবা "হে রমণ"—শব্দগী মর্ম্মনী।

বিদগ্ধ—কলাবিলাসঃ রচিংবা হৈশিংবা ( নিপুণ )

শ্রীরাধানা অমুক খল্লম্মী—"শ্রীকৃষ্ণদো হনখরমাল্লে।" ঙাইহাক তুম্মিন্ লৈরগা খল্লম্মী—"শ্রীকৃষ্ণদো লাক্লল্লোঙদৌবা মাল্লেদা!" অসি হেক খন্‌বগা চপল ভাব পোল্লক্লুনা খল্লম্মী—"মহাক্না কৃপা তৌজ্বনা অমূক দর্শন পীরবদি ঐনা হাল্লা হোৎচল্লুনা মঙক কোনগনী, অদুগা থাদোক্লোই।" মসী খল্লুনা মহাক্লা মিলন তৌনবগী খৌরাংবনা দৈন্যগা লোয়ননা হায়রি—"হে ঐগী রমণ! নঙদি মতমপুম্বদা ঐঙোল্লা রমণ তৌজুনদা লৈবনী; ঐগী চিত্তসি পেল্‌হনবিরো, হৌজিকস্থু অমুক্তুং লাকুনা ঐগী খৌরাংবসি থুংহল্লো।"

[ মতাঙসিদা চপলভাব পোল্লে অদুগা দৈন্যগা চপলভাবকী সন্ধি ওইরে। "তুমি দেব ক্রীড়ারত"-দগী হৌরগা "এ তোমার 'বৈদগ্ধ্যবিলাস' ফাওবা, পদ্য থুদিংগী অহান্‌-অহান্‌বা তংখাইদা মান অমস্তুং অনীশুবা তংখাইদা কলহান্তরিতাগী ভাব ফোংদোকয়ি। সখীশিংগী মমাঙদা মখোঙদা তুজ্জরবা নুংশিবদুবু থাদোক্লগা মতুংদা নীঙঙমক্লুনা মৈচাক ফংবী নায়িকাবু কলহান্তরিতা কৌয়ি। প্রলাপ ( অঙাওবগী চোইরোন ), সন্তাপ ( থরাই-চাকপা ), গ্লানি ( চোকথবা ), দীর্ঘশ্বাস ( শোরমপী হোনবা ) অসিনচিংবসি কলহান্তরিতা নায়িকাগী লক্ষণ্নী। যা সখীনাংপুরঃ পাদপতিতং বল্লভং রুষা। নিরস্য পশ্চাত্তপতি কলহান্তরিতা হি সা। অস্যাঃ প্রলাপ-সন্তাপ-গ্লানি-নিশ্বসিতাদয়ঃ॥ উঃ নীঃ নায়িকা ৪৮॥" ]

## মূল ৭১

মোর বাক্য নিন্দা মানি　　　কৃষ্ণ ছাড়ি গেল জানি
শুন মোর এ স্তুতি-বচন।
নয়নের অভিরাম　　　তুমি মোর ধন-প্রাণ
হা হা পুন দেহ দরশন॥ ৭১॥

### শব্দার্থ

মোর—ঐগী; বাক্য—ৱাহৈ; নিন্দা—চৈবা; মানি—লৌতুনা; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা; ছাড়ি—থাদোকুনা; গেল—চৎপ্লে; জানি—খঙজী, খল্লী; শুন—তাও; মোর—ঐগী; এ—মসি; স্তুতি—থাগৎপগী; বচন—ৱাহৈ; নয়নের—মীৎকী; অভিরাম—নুংঙাইনাই ওইবা; তুমি—নহাক; মোর—ঐগী; ধন—লন; প্রাণ—থল্লাই; হা হা—হায় হায়; পুন—অমূক হন্না; দেহ—পীয়ু; দর্শন—উবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী মাহৈনা নিন্দা ওইনা থোক্লুদুনা কৃষ্ণনা থাদোক্তুনা চৎখ্রবনী হায়বা খঙ্ডী। ঐগী থাগৎ-রাকৈ ( স্তুতিবাদ ) অসি তারিয়ু। মঙ্গসে, ঐগী মীৎ পেম্লবনী, মহাক ঐগী নম অমসুং থরাইনী। হায় হায়, ঐনা মঙবু কদৌঙৈ অমুক উবা ফংগদগে ?

চৈমলোল

শ্রীরাধানা কৌবদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক লাক্লে হায়না খল্লগা—"ঐনা মাবু কয়া চৈরুরে, মরমদুনা মহাক চৎলুবনী"—অস্লুমা খল্লগা, অমুক মহাক লাক্পা উরদুনা য়াম্না খোরাংনা ( ঔৎসুক্যগা লোয়ননা ) পাম্ঙোম অনী তিংথোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু কোনগে তৌরবা মতমদা কৃষ্ণবু ফংদ্রদুনা খঙহৌদনা শ্রীরাধিকাগী বাহ্যস্ফূর্তি ( মপানগী জ্ঞান ) ওইরে, মতমদুদা মুংঙাইতবগা লোয়ননা হায়রকয়ি— "হে মীৎপেম্ঙাই ( হে নয়নাভিরাম ), হায় হায় ঐনা নঙবু কদৌঙৈ অমুক উবা ফংগদগে ?"

**নয়নের অভিরাম**—মীৎ পেম্ঙাই, মাবু উবগা মীৎকী মুংঙাইবা পোকপা অদুগুম্বা মহাক। মতাঙসিদা ঔৎসুক্য ( পোৎরাংবা ) কনশল্লকপনা ভাব-শাবল্য ওইরে। মসি শ্লোকতা য়াওরিবা "হে নয়নাভিরাম"—শব্দগী মর্থনি।

মূল ৭২

স্তম্ভ কম্প প্রস্বেদ বৈবর্ণ্য অশ্রু স্বরভেদ
দেহ হৈল পুলকে ব্যাপিত।
হাসে কান্দে নাচে গায় উঠি ইতি-উতি ধায়
ক্ষণে ভূমে পড়িয়া মূর্চ্ছিত ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থ

স্তম্ভ—পঙথবা ; কম্প—নীকপা ; প্রস্বেদ—তুমাং ; বৈবর্ণ্য—কুচু তাইবা ; অশ্রু—পিরাং ; স্বরভেদ—স্বর তোঙানবা ; দেহ—হকচাঙ ; হৈল—ওইরে ; পুলকে—তুজুংবনা ; ব্যাপিত—শরা শল্লে ; হাসে—নোকয়ি ; কান্দে—কপী ; নাচে—জাগোই শাই ; গায়—ঈশৈ শকয়ি ; উঠি—হৌগৎলগা ; ইতি-উতি—অমদা অম্দা ; ধায়—চেল্লী ; ক্ষণে—ক্ষণ অমদা ; ধায়—চেল্লী ; ক্ষণে—ক্ষণ অমদা ; ভূমে—লৈবাকথক্তা ; পড়িয়া—তুদুনা ; মূর্চ্ছিত—রান্থবা ওই।

মৈইতেলোন্দা-লন্দোকপা

পণ্ডথবা; নীক্পা, হুমাং, কুচু তাইবা, পিরাং, স্বর-হোন্‌বদা- চাং-মান্নদবা, হকচাঙ পৃণ্ডথুঙ থুংনা তুজংবা ওই। অমুক মোক্নুরি, অমুক কপ্পী, অমুক জগোই শাই, অমুক ঈশৈ শকৃরি, অমুক হৌগৎলগা হনুগৎহন্দা চেল্লী, ডাইক্তদা লৈমায়থক্তা তুনা রান্তে।

## লৈনবোল

স্তম্ভ, কম্প নচিংবসি সাত্ত্বিক ভাবকী লক্ষণশিঙনী। সত্ত্ব—শ্রীকৃষ্ণগা মরী-লৈনবা ভাব পুম্বনা চিত্তদা চঙলবদা মতুবু সত্ত্ব কৌরি। সত্ত্বসিন্দগী মচানা ওইরকপা ভাবকী মিংদি সাত্ত্বিক ভাব কৌরি। চিত্তবু ভগবদ্ভাব না লাক্‌শনখ্রবদা অধীর ( পাথৎপা ) ওইহনা প্রাণবায়ুদা আত্মসমর্পণ তৌবা ( মচাবু কথোক্পা ) মতমদা প্রাণ-গী ( থবাইগী ) ক্ষোভম অমা ওল্লকয়ি অদুগা দেহদা ইরাং অমা থোক্হল্লী; মতমদুমক্তদা সাত্ত্বিকভাব পুম্নমক উবা ফংডী। সাত্ত্বিকভাব মখল নীপাল্লী, মদুদি—স্তম্ভ, স্বেদ ( হুমাং ), রোমাঞ্চ ( তুচুংবা ), স্বরভেদ (স্বর হোনবগী চাং মান্নদবা), কম্প ( নীকপা), বৈবর্ণ্য ( কুচু তাইবা ), অশ্রু ( পিরাং ) অমসুং প্রলয় ( রান্থবা )।

স্তম্ভ—হর্ষ ( হরাওবা ), ভয় ( কিবা ), আশ্চর্য্য ( ঙকপা ), বিষাদ ( থবাই রাবা ), অমসুং অমর্ষদগী ( শাউবনা থাঙউমদবদগী ) স্তম্ভ (পণ্ডথবা) পোকয়ি। স্তম্ভদা রা ডাঙদে, চপ-লেপ্পী, ইহাঙ-হাঙবা মতম ওই। থবক তৌনবা ইন্দ্রিয়শিং ( কর্মেন্দ্রিয়শিং ) অমসুং খঙনবা ইন্দ্রিয়শিং ( জ্ঞানে-ন্দ্রিয়শিং ) ময়ামসিগী থবক মাঙডী।

স্বেদ—হর্ষ, ভয়, ক্রোধ ( অশাউবা )-নচিংবদগী থোরকপা হুমাংবু স্বেদ কৌরি।

রোমাঞ্চ—অডকপা পোৎ উবা, হর্ষ, উৎসাহ ( থৌনাফুদোক্পা ) অমসুং ভয়-নচিংবদগী রোমাঞ্চ ( তুচুংবা ) ওই। মসিদা তু পুম্নমক চুংলকয়ি অদুগা হকচাঙ-কায়াং পুম্নমকী শম্নফম শম্নফমদো চগোম চগোম্নকয়ি।

স্বরভেদ—বিষাদ, বিস্ময় ( ঙকপা ), ক্রোধ, আনন্দ অমসু ভয়-নচিংবদগী স্বরভেদ ওই। মসিদা সোরগী ক্ষোভম কায়, রাঙাওবদা লৎ লৎ লাউরি।

কম্প—ক্রোধ, বিত্রাস (থোইদোকপা অকিবা), হর্ষনচিংবদগী হকচাঙ নীকয়ি, মদুবু কম্প কৌয়ি।

বৈবর্ণ্য--বিষাদ, ক্রোধ অমসুং ভয়না মচিংবদগী কুচু ওল্লকপচুবু ( তাই-রক্পবু ) বৈবর্ণ্য ( কুচু তাইবা ) কৌয়ি। মসিদা হকচাঙ চমোৎ চমোংলী অহুগা য়াং কংশিল্লকয়ি।

অশ্রু—হর্ষ, ক্রোধ অমসুং বিষাদনচিংবদগী হোৎনরুবা য়াওদ্রবসু মিত্তগী ঈশীঙ থোরকপা অদুবু অশ্রু (পিরাং) কৌয়ি। হর্ষদগী (হরাওবদগী) থোকপা পিদি ঈশীঙ, শাউনীঙবদগী থোরকপনা শাই (উষ্ণ ওই)। ফীভম পুম্বদা মিৎ চোংবা, শাক্তবা, নোইবনচিংবা ওই। নাতোন্দগী মহী-লাঙবা নপ থোরকয়ি।

প্রলয়—মুংঙাইবদগী নত্রগা য়াবদগী (সুখ-দুঃখদগী) হকচাঙ লেঙদবা ( চেষ্টাশূন্যতা ) অদুগা জ্ঞান মাঙবগী ( জ্ঞানশূন্যতাগী ) মিংবু প্রলয় নত্রগা মূর্চ্ছা ( রাম্বা ) কৌয়ি।

ক্ষণে ভূমে পড়িয়া মূর্চ্ছিত—প্রলয়গী চিহ্ননী।

ভাবকী প্রভাব-না রাধাভাবাবেশদা লৈবা মহাপ্রভুগী দেহদা সাত্ত্বিক বিকার নীপালসি থোরকয়ি।

হাসে কান্দে-নচিংবা—মখোয়সি উদ্ভাস্বর-কৌবা অনুভাব ময়াম্নী। চিত্তদা লৈবা ভাবকী মাপান্দা ওইবা মওংবু ( বহির্বিকারবু ) হায়রদি মপাম্নোংগী লক্ষণ-শিং উরগা চিত্তদা লৈবা ভাবকী মশক খঙবা ঙম্নবদি লক্ষণশিংডুবু অনুভাব কৌয়ি। বহির্বিকারশিংগী মনুঙদা হৌনশা ওইনা থোরকপা (স্বাভাবিক)— ভক্তনা হোৎনবা নত্তনা মথম্মক থোরকপা অদুগা লোৎকে হায়না হোৎনরগসু লোৎপা য়াদবা—অদুগুম্বা বহির্বিকারশিংডুবু সাত্ত্বিকভাব কৌয়ি। মতুদি পিরাং অদুগা নীক্পনচিংবা। অদুগা ভক্তনা নমশন্দুনা থমগে নীঙলগা নমশন্দুনা থম্বা য়াবা বিকার খরসু লৈ; অসিগুম্বা জাত্রাগী বিকারশিংবু উদ্ভাস্বর অনুভাব কৌয়ি ; নৃত্য ( জগোই ), গীত ( ঈশৈ ), লৈপাক্তা থরো থরো ওনবা. চীৎকার ( লাউখোংবা ), গাত্রমোটন ( হকচাঙ মুক্-খেক্পা ), হুঙ্কার, জৃম্ভা ( হাকাম চনবা ), দীর্ঘশ্বাস ( নুংশা-সোর শাংনা হোনবা, লোকাপেক্ষা ত্যাগ (মীনা সন্মান তৌবা থাদোকপা), লালাস্রাব ( তিন্ চোবা ), অট্টহাস্য (য়াম্না রাংনা নোক্পা), ঘূর্ণা ( কোয়রৈ রৈবা ), হিক্কা ( থগোক্পা ) ময়ামসি উদ্ভাস্বর অনুভাবনী।

চিত্তদা লৈবা ভাবকী প্রভাব-না প্রভুগী দেহদা উক্ত সর-অনুভাবশিংডু থোরকখি।

## মুল ৭৩

মূর্চ্ছায় হৈল সাক্ষাৎকার　　উঠি করে হুহুঙ্কার
কহে—এই আইলা মহাশয়।
কৃষ্ণের মাধুরী গুণে　　নানা ভ্রম হয় মনে
শ্লোক পড়ি করয়ে নিশ্চয় ॥ ৭৩ ॥

## শব্দার্থ

মূর্চ্ছায়—রাম্ভবদা ; হৈল—ওইখি, সাক্ষাৎকার—হক থেংনবা ; উঠি হৌগৎলগা ; করে—তৌয়ি ; হুহুঙ্কার—হুঁ হুঁ হায়বা, সিংহনাদ (নোংশাগী খোল্লাও) ; কহে—হায়রকয়ি ; এই আইলা—আ তো লাক্লে ; মহাশয়—মহাত্মা, শ্রীকৃষ্ণ ; কৃষ্ণের—কৃষ্ণগী ; মাধুরী—মাধুর্য্য ; গুণে—গুণ্না ; নানা—মখল মখলগী ; ভ্রম—শেরান্নবা লৌবা ; হয়—ওই ; মনে—পূক্নীংদা ; শ্লোক পড়ি—শ্লোক পাহুনা নত্রগা থীতুনা ; করয়ে নিশ্চয়—রারেপ্পী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মূর্চ্ছাদা শ্রীকৃষ্ণবু উরে, অদুনা ফুক হৌগৎলগা হুঙ্কার লাওরকয়ি অদুগা হায়রম্মী—মহাশয়দো ( শ্রীকৃষ্ণদো ) লাক্লেনে আ তো। কৃষ্ণগী মাধুর্য্য-গুণ্না পূক্নীংদা ভ্রম কয়া ওইখি, অদুনা শ্লোক থীরগা অওইবদু লেপ্‌খি।

## নৈনরোল

**মূর্চ্ছায়**—নচিংবদা—প্রভুনা রাম্ভদুনা লৈরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংখি।

**মহাশয়**—পূক্চেল-চাউবা, মহাত্মা। শ্রীকৃষ্ণনা থৌজান্‌বিদুনা দর্শন পীবিরে হায়দুনা মহাক মদুবু মহৈ-য়ান্‌বা হায়বদু ওইরে হায়দুনা প্রভু কৃষ্ণবু 'মহাশয়' ( পূকচেল-চাউবা ) হায়না কৌরিবনী।

**মাধুরীগুণে**—মাধুর্য্যগী গুণ্না। শ্রীকৃষ্ণদর্শনগী মতমদা মহাকী মাধুর্য্যগী মীমাম্লদবা মখল মখলদু উরগা প্রভুগী পূক্নীংদা ভ্রম মখল মখল পোক্‌খি। মথং মথং ওইনা ভ্রমশিংদু কোক্‌হল্লগা প্রভুনা করম্না অওইবা

রাক্ম ( তথা ) ফংখিবগে হায়বত্থু "মারঃ স্বয়ং"—নচিংবা শ্লোক্তা য়াওরি। মাধুরী গুণ মখলত্থু উরগা প্রভুসু শ্লোক অদু থীদরক্খি।

তথাহি শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃতে ( ৬৮ )

## মূল ৭৪

মারঃ স্বয়ং নু মধুরদ্যুতিমণ্ডলং নু
মাধুর্যমেব নু মনোনয়নামৃতং নু
বেণীমৃজো নু মম জীবিতবল্লভো নু
কৃষ্ণোঽয়মভ্যুদয়তে মম লোচনায় ॥ ৭৪ ॥

## শব্দার্থ

মারঃ—কামদেব ; স্বয়ং মহাক্নক ; নু—মাল্লা ; মধুরদ্যুতিমণ্ডলম্—নীঙথিবা মঙানগী মতুম ; নু—মাল্লা ; মাধুর্যামূএব নু—মাধুর্যামদ্রা . মনোনয়নামৃতম্ নু—পুক্নীঙ অমসুং মিংবগী অমৃতরা ; বেণীমৃজঃ নু—লঙফৈলগী থুংলরগা শমগী বেণী থোক্পীবা কাম্বুরা ; মম—ঐগী ; জীবিতবল্লভঃ নু—থরাইগী নুংশিবত্তর. ; কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণ ; অয়ম্—অদু ; অভ্যুদয়তে—থোরক্পিরে ; মম—ঐগী ; লোচনায়—মীৎকীদমক, মীৎ নুংঙাইহন্নবগীদমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভাবাবেশদা খঙগৌদনা লাপ্ তক্না শ্রীকৃষ্ণবু উবদা শ্রীরাধানা হায়রম্মী—"হে সখি, মসিব কামদেবনরা ? (অমূক মাধুর্যানী শক্লচুন) হায়রম্মী—ত্ত কন্দর্পগী মূর্তিদি অসুক মধুর ওইদে, অসুক মধুর ওইদে, অদুদি) মহাক্কি মধুর ওইবা মঙাল মতম্রা ? ( নত্তে, মঙালগী অনিশুম্বা অঙকপা লৈত্তে, অদুদি ) মহাক্কি মূর্তি ওইনা চোংথোরকপা মাধুর্য্যরা ? (নত্তে. নত্তে, মাধুর্যাদনা পুক্নীং অমসুং মীৎপু পেলহন্নবা য়ারোই, অদুদি ) মহাক্কি পুক্নীঙগা মীৎকা অনীবু পুক্নপ নুংঙাইহন্নবগীদমক সাক্ষাৎ অমৃত ওইনা লাক্লিবরা ? (নত্তে অদুসু, খোঙ-খুৎ পানবা উই, অমৃতগী খুৎ-খোঙ পান্দে, অদুদি) মহাক্কি শমগী বেণী থোক্পা অদুরা ? প্রবাসতগী ( লংফৈদগী ) লাক্লগা ইশম-বেণী থোক্পিরবা অদুরা ? (অমূক-মুন্না য়েংলগা নুংঙাইবগা লোয়ননা হায়রম্মী), কয়া ঙক্থবনো ! অসে ঐগী থরাইনা নুংশিজবা ( প্রাণবল্লভ ) শ্রীকৃষ্ণদো। ইমীৎ পেলহনগে হায়বগীদমক্ক লেঙলক্লে (সখী পুম্নমক, য়েংঙ্নেসে )।

**দ্যুতিবিম্ব মূর্ত্তিমন্ত**—খরমুক মুন্না য়েংলগা শ্রীরাধানা হায়রম্মী—"নত্তে নত্তে, মসি কামদেব নত্তে। ফজখরবা মঙালগী মূর্ত্তি লৌতুনা লাকপনী।"

**কি মাধুর্য্য স্বয়ং মূর্ত্তিমন্ত**—খরমুক মুন্সন্না য়েংলগা হায়রম্মী—"নত্তে মসি মঙাল মূর্ত্তি নত্তে, মঙান্নবু অমুক চমৎকার ওইবা হৌনদে। মসিদি মাধুর্য্যত্নমক লাক্লমাল্লেদা।"

**কিবা মনোনেত্রোৎসব**—পুক্নীঙ অমসুং মীৎকী উৎসব (নুংঙাইবা পীবা পোৎ)। অমুক খরা নীঙথিনা য়েংশন্লগা হায়রম্মী—"মহাক্সি উরুবদা পুক্নীঙ অমসুং মীৎকি হায়নঙাই-লৈত্তবা অপেন্‌বা অম। ওইরে, মাধুর্য্যতনদি অসুক য়াম্না পেল্লোই। শোয়দে ঐগী পুক্নীঙ অমসুং মীৎকী নুংঙাইননবা হায়তুনা সাক্ষাৎ অমৃতমক লাক্লমাল্লে।"

**কিবা প্রাণবল্লভ** অসিনচিংবা—অমুকা নীঙথিনা য়েংশনবদা খুৎ-খোঙ উরে। মতমতুদা খল্লম্বদি—অমৃতগী খুৎ খোঙ পাল্লে, অতুনা অসি অমৃত নত্তে। অত্নদি মহাক্সি কনানো? মপুঙফানা য়েংলগা উরকপদা মাগী থরাইগী নুংশিবা (প্রাণ বল্লভ) অতুগা মমীৎ নুংঙাইননবা ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণতু হেক্তলকপনী হায়না হায়রম্মী।

"হে দেব"—নচিংবা শ্লোক অতু খীথরগা প্রভুনা রাম্বরম্না মতমতুদা শ্রীকৃষ্ণদর্শন ফংলতুনা হুঙ্কার ভংলগা হৌগৎতুনা ফম্লম্মী অতুগা শ্রীরাধাগী ভাব-তা আবেশ ওইবনা "মারঃ স্বয়ং নু"-নচিংবা শ্লোকসি খীথখিবনী।

## মূল ৭৬

গুরু নানা ভাবগণ, শিষ্য প্রভুর তনু মন
নানা রীতে সতত নাচায়।
নির্ব্বেদ বিষাদ দৈন্য চাপল্য হর্ষ ধৈর্য্য মন্যু
এই নৃত্যে প্রভুর কাল যায়॥ ৭৬॥

## শব্দার্থ

গুরু—গুরু; নানা—মখলমখাগী; ভাবগণ—ভাবশিংনা; শিষ্য—পাঁড়োরান; প্রভুর—মহাপ্রভুগী; তনু—হকচাঙ; মন—পুক্নীঙ; নানা—মখলমখাগী; রীতে—মওংদা; সতত—মতম পুম্বদা; নাচায়—জগোই

শাহল্লী ; নির্ব্বেদ—মছাবু ভূক্কচনা য়েংবা ; বিষাদ—(ফংলীওবা ফংদবদগী) ক্লংঙাইতবা ; দৈন্য—তোঙ্গবা ; চাপল্য—পুক্নীঙ তয়াংবা ; হর্ষ—হরাওবা ; ধৈর্য্য—ফিংদবা, তপ্পা ; মন্যু—নুংশিবদগী য়ারোবা ; এই—মসি ; নৃত্যে—জগোইদা ; প্রভু—প্রভুগী ; কাল—মতম ; যায়—চৎলী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

ভাবময়াম্না শুক্ল ( ওজা ) ওইরগা প্রভুগী হকচাঙগা পুক্নীঙগনা শিন্নু ওইবগা মওং মওংদা মতম পুন্নদা জগোই শাহল্লী ! নির্ব্বেদ, বিষাদ, দৈন্য, চাপল্য, হর্ষ, ধৈর্য্য, মন্যু-নচিংবা ভাবশিংনা শাহন্বা জগোইদা প্রভুগী মতম হৌখি ।

## নৈনরোল

প্রভুগী দেহ-মন অনীবু লাক্লবম্বা ভাবশিংগী মনূঙদা নির্ব্বেদ বিষাদ-নচিংবা পল্লী ।

**নির্ব্বেদ**—য়াম্না রাবা, কায়নবা, কলক্থম্বনবা ( ঈর্ষা ) অমস্যুং সৎ-বিবেক-তগী (অরাল-অচুই খঙনবা শক্তিদগী) পোকপা মছাবু ভূক্কচনা য়েংববু নির্ব্বেদ কৌয়ি । মহার্ত্তিবিপ্রয়োগের্ষ্যাসদ্বিবেকাদিকল্পিতম্ । স্বাবমাননমেবাত্র নির্ব্বেদ ইতি কথ্যতে / ভঃ র, সি ২/৪/৪ ।।

**বিষাদ**—অপাম্বা পোৎ ফংদবা, হৌগৎলুবা থবক পাঙথোক্তবা, খুদোং থীবদগী অমদি অপরাধ ( লাল্লুবা ) তৌরুবদগী ঃদা নীঙঙম্দবা মৈচাক ( অনুতাপ )—মসিবু বিষাদ ( নুংঙাইতবা ) কৌয়ি ।

**হর্ষ**—অপাম্বা পোৎ উবদগী নত্রগা ফংবদগী পোক্লক্পা পুক্নীঙ মকা লাম্ববু হর্ষ ( হরাওবা ) কৌয়ি । তু-চুংবা, হুমাং, পি-তাবা, মায়পোঙ মকা লাম্বা, পাখৎপা, ঙাওবা, হকচাঙ লেঙ-খোত্রবা, বুদ্ধি থোক্তবা ( মোহ ) অসিনচিংবসি হর্ষগী চিহ্ননী ।

**ধৈর্য্য**—তপ্থবা, পাখক্তবা, ফিংদবা । জ্ঞান, অরাবা লৈতবা, অফবা পোৎ ফংবা হায়বদি ভগবানগা মরীলৈনবা প্রেম ( নুংশিবা ) ফংদুনা মন পূঙথন্ থন্বা ( হান্নবদি চোইদবা ) অদুবু ধৈর্য্য বা ধৃতি কৌয়ি । মসিদা ফংদবা পোৎকীদমক নত্রগা মাঙখ্রবা পোৎকীদমক অরাবা লৈতে ।

ধৃতিঃ স্যাৎ পূর্ণতাজ্ঞানদুঃখাভাবোত্তমাপ্তিভিঃ । অপ্রাপ্তাতীতনষ্টার্থানভিসংশোচনাদিকৃৎ ।। ভ, র, সি ২/৪/৭৫ ।।

এই নৃত্যে—জগোই অসিদা। তার স্তম্ভাদিগী মথা পোন্দুনা ভাব-ভাবতুগী হৌনবী বিকার উংনা উংবা স্তম্ভ লেল্লন্মী।

দৈন্য অমস্তুং চাপল্যগী লক্ষণদি ৬৩-শুবা মালা ত্রিপদীগী টীকাদা য়েংবিয়ু।

## মূল ৭৭

চণ্ডীদাস, বিদ্যাপতি রায়ের নাটক-গীতি
কর্ণামৃত শ্রীগীতগোবিন্দ।
স্বরূপ-রামানন্দ সনে মহাপ্রভু রাত্রিদিনে
গায় শুনে পরম আনন্দ ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

চণ্ডীদাস—ভক্তকবি চণ্ডীদাস; বিদ্যাপতি—ভক্তকবি বিদ্যাপতি; রায়ের—রামানন্দ রায়গী; নাটক-গীতি—জগন্নাথবল্লভ-নাটক অদুগী ঈশৈ; কর্ণামৃত—শ্রী বিল্বমঙ্গল ঠাকুরনা লেংবা কৃষ্ণকর্ণামৃত; শ্রীগীতগোবিন্দ—জয়দেবনা লেংবা লাইরীক; স্বরূপ-রামানন্দ সনে—স্বরূপ দামোদর অমস্তুং রায় রামানন্দগা লোয়ননা; মহাপ্রভু—মহাপ্রভু; রাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল-অনীমক্তা; গায়—শকয়ি; শুনে—নাকোংনা তায়; পরম—খমদেম্বা; আনন্দ—নুংঙাইবনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখল মখাগী ভাবাবেশদা শ্রীমনমহাপ্রভুনা—চণ্ডীদাস অমস্তুং বিদ্যাপতিগী পদাবলীদগী, রায়রামানন্দগী জগন্নাথ-বল্লভ নাটক অদুদগী, শ্রীবিল্বমঙ্গলগী শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃত দগী অমস্তুং শ্রীজয়দেবগী শ্রীগীতগোবিন্দ-দগী স্বরূপদামোদর অমস্তুং রামানন্দ রায়গা লোয়ননা অয়ুক-নুংথিল-নুংদাং চুপ্পা য়াম্না নুংঙাইনা ঈশৈ শকয়ি অদুগা (অতৈনা শক্লগন্নু) তায়।

## মূল ৭৮

পুরীর বাৎসল্য মুখ্য রামানন্দের শুদ্ধ সখ্য
গোবিন্দাদ্যের শুদ্ধ দাস্যরস।
গদাধর জগদানন্দ স্বরূপের মুখ্য রসানন্দ
এই চারিভাবে প্রভু বশ ॥ ৭৮ ॥

## শব্দার্থ

পুরীর—শ্রী পরমানন্দ পুরীগী ; বাৎসল্য—মচা ওইবগী ভাব ; মুখ্য—অথোইবনী ; রামানন্দের—রায় রামানন্দগী ; শুদ্ধ সখ্য—ঐশ্বর্য্যজ্ঞান-য়াওদবা সখা ভাবতমক ; গোবিন্দাদ্যের—গোবিন্দনচিংবগী ; শুদ্ধ দাস্যরস—দাস্য ভাবতমক ; গদাধর জগদানন্দ স্বরূপের—গদাধর, জগদানন্দ অমসুং স্বরূপ দামোদরগী ; মুখ্য—অথোইবা ; রসানন্দ—মধুর ভাব নত্রগা কান্তাভাব ; এই চারি ভাবে—ভাব মরিসিনা , প্রভু বশ—প্রভুবু খুত্নম চল্লী ।

### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

শ্রীপরমানন্দ পুরীনা প্রভুবু বাৎসল্য ভাব-তা মক ওইনা যেংই, রায় রামানন্দনা ঐশ্বর্যজ্ঞান য়াওদবা সখাভাবতা প্রভুবু য়েংঙী ; গোবিন্দনচিংবনা অশেংবা দাস্যভাব-না প্রভুবু সেবা তৌয়ি ; গদাধর, জগদানন্দ অমদি স্বরূপ দামোদর খোয়গীদি মধুর ভাব-না মরুনী ।

### নৈনরোল

পুরীর—শ্রীপরমানন্দ পুরীগী । মহাক শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী শিষ্যনী, মহাপ্রভুগী দীক্ষাগুরু—শ্রীঈশ্বরপুরীগী সতীর্থনী ( হায়দি গুরু তিন্নবা গুরুভাইনী ) । সম্বন্ধসি লৈবনা মহাপ্রভুগী মফমদা মহাক্কী বাৎসল্যভাব লৈবনী । বাৎসল্য মুখ্য হায়রুবগী মরমদি পুরীগোস্বামীগী ভাব অতৈ লৈরবসু বাৎসল্য ভাবসিনা মুখ্য ( প্রধান ) ওইনা লৈ হায়বনি ।

শুদ্ধ সখ্য—অশেংবা মমাল্লবা ওইবগী ভাব ; 'অশেংবা' হায়বগী মরমদি মহাপ্রভুবু ঈশ্বরনী হায়বা খন্দবা ( ঐশ্বর্য্য ভাব-য়াওদবা ) সখ্য-ভাবতমক ওইবা ভাব ।

মুখ্য রসানন্দ—মধুর ভাব ।

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী মরীদা ( সম্বন্ধদা ) পরমানন্দগোস্বামীগীনা বাৎসল্য ভাব, রামানন্দ রায়গীনা সখ্যভাব, গোবিন্দনচিংবগীনা দাস্যভাব অমসুং গদাধর, জগদানন্দ অদুগা স্বরূপদামোদরগীনা মধুরভাব-নী । শ্রীগৌরাঙ্গ-লীলাদি ভাবময়ীনী, মরমদুনা ভাবশিংসি মখোয়গী মন-গী ভাবওাক্নী, মাপান্থোংদদি মখোয় অয়াম্বগী দাস্যভাব ওাক্নী ।

এই চারি ভাবে প্রভু বশ—দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য অমসুং মধুর

হায়বা ভাব মরিসিনা মরম ওইতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা ভক্তগী মমতা ( ঐগী হায়বা ভাব ) অমা পোক্‌য়ি। ভাবশিংসি মমতাময় ( ঐগী হায়বা ভাব ওাক্তগীনি ) হায়তুনা মহাপ্রভুসু ভাবশিংসিগী মখা পোল্লী।

## মূল ৭৯

লীলাশুক মর্ত্ত্যজন তার হয় ভাবোদগম,
ঈশ্বরে কি ইহা বিস্ময়।
তাহে মুখ্যরসাশ্রয় হইয়াছেন মহাশয়
তাতে হয় সর্ব্বভাবোদয় ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

লীলাশুক—শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুরবু লীলাশুক কৌয়ি; মর্ত্ত্যজন—মী; তার—মাগী; হয়—ওই; ভাব-উদ্‌গম—ভাব পোক্‌পা; ঈশ্বরে—ঈশ্বরদদি (মহাপ্রভুদদি); সে—মতু; কি—করি; ইহা—মসি; বিস্ময়—অঙকপা; তাহে—অদুগী মথক্তা; মুখ্য—অথোইবা; রসাশ্রয—ভাবরসগী তূংফম; হইয়াছেন—ওইরে; মহাশয়—মহাপ্রভু; তাতে—মদুদা; হয়—ওই; সর্ব্বভাবোদয়—ভাব পূম্নমক থোক্‌য়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীওইবা মপোক্তা পোক্‌পা লীলাশুক শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুর ফাওবদা ভাব মখল মখা পোকখি; অদুনদি ঈশ্বরগী ভাব ময়াম পোক্‌পদা করিসু ঙকতাই লৈতে। অদুগীসু মথক্তা শ্রীমন্মহাপ্রভু মহাশয়না লৌরিবা রসদি মুখ্যরস মধুররস-নী; মধুররসসিদদি ভাব পূম্নমক থোরক্‌য়ি।

## নৈনরোল

নির্ব্বেদনচিংবা ভাব পূম্নমক শ্রীমন্মহাপ্রভুদা থোরক্‌পদি থোরক্‌ফম থোক্‌য়ি হায়বগী মরম ( যুক্তি ) উৎলি মফমসিদা।

মরম অমনা—মর্ত্ত্যলোক অসিদা মীওইবা অমা ওইনা পোক্লবা শ্রীবিল্বমঙ্গল ঠাকুরদফাওবা নির্ব্বেদ-নচিংবা ভাব কয়ামরুম থোক্‌খি, অদুনদি স্বয়ং ভগবান মহাপ্রভুদা ভাব ময়ামসি থোরকপদা করি ঙকপাই লৈ? মরম অমনা—থোইদোক্লা শ্রীমতী রাধিকাগী মধুরভাব (মুখ্য রসাশ্রয়) অদু মহাপ্রভুনা লৌরি; অদুনদি মহাপ্রভুদা ভাব পূম্নমক থোরক্নী হায়বসিদা করি ঙকফম থোক্‌পগে?

## মূল ৮০

পূর্ব্বে ব্রজবিলাসে　　যেই তিন অভিলাষে
যত্নেহ আস্বাদ না হইল
শ্রীরাধার ভাব সার　　আপনে করি অঙ্গীকার
সেই তিন বস্তু আস্বাদিল ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, দ্বাপরদা ; ব্রজবিলাসে—ব্রজলীলাদা ; যেই—মতু , তিন—অহুম ; অভিলাষে—অপাম্বদো ; যত্নেহ—হোৎনে-হোৎননা ; আস্বাদ—মহাও তংবা ; না হইল—ওইখিদে, তৌখিদে ; শ্রীরাধার—শ্রীরাধাগী ; ভাব সার—ভাব মচি ; আপনে—মহাপ্রভু মছামক্না ; করি তৌতুনা ; অঙ্গীকার—লৌবা ; সেই—মতু ; তিন—অহুম ; বস্তু—পোৎ ; আস্বাদিল—আস্বাদন তৌয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙগী ব্রজলীলাদা অপাম্বা অহুমখক তৌনীঙ তৌনীঙনা মহাও তংবা ঙমখিদে ; (হন্দক) শ্রীরাধাগী ভাব-মচিতু (মাদন কৌবা মহাভাবতু) মহাপ্রভু মছামক্না লৌরগা অপাম্বা অহুমতুগী মহাও তংখি ।

## নৈনরোল

সেই তিন অভিলাষে—শ্রীরাধিকাগী প্রেমগী মহিমা, শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী মাধুর্য্যতু, অতুগা মাধুর্য্যস্ত শ্রীরাধিকান আস্বাদন তৌতুনা কয়াদূক নুংঙাইবা—হায়বা পোত্তা অহুমসিগী মহাও তংনীঙবগী অপাম্বা অহুম । শ্রীমতীনা প্রেমগী আশ্রয় (ভুঙকম) ওইনা আস্বাদন তৌখিবনী । শ্রীকৃষ্ণদি প্রেমগী বিষয়নী (নুংশিফম অহুনী), অহুনা শ্রীরাধিকাগুম্বা আশ্রয় নত্তে।

যত্নেহ আস্বাদনা হইল—শ্রীকৃষ্ণদি প্রেম-বিষয়নী ; মচোন্দা আশ্রয়গী ওইবা ভাব লৈতবা মরম্না চামরক হোৎনতুনসু ব্রজলীলাদা অভিলাষ অহুমসি পূরণ ওইখিদে ।

ভাবসার—ভাবকী মচি ; খ্বাইদগী অথোইবা ভাব ; মাদন কৌবা মহাভাব। হন্দক্কী কলিদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী ভাব সার লৌতুনা শ্রীচৈতন্য ওইখি অমসুং মথক্তা পল্লিবা পোত্তা অহুমগী মহাও তংখি ।

## মুল ৮৩

কহিবার কথা নহে, কহিলে কেহ না বুঝয়ে,
ঐছে চিত্র চৈতন্যের রঙ্গ।
সেই সে বুঝিতে পারে, চৈতন্যের কৃপা যারে ;
হয় তাঁর দাসানুদাস-সঙ্গ ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

কহিবার--হায়দোকপা য়াবা ; কথা—ৱা ; নহে— নত্তে ; কহিলে—হায়দোক্লগা ; কেহ—কনামত্তনা ; না বুঝয়ে—খঙবা ঙমদে ; ঐছে—অস্নুন্না ; চিত্র—ঙকুঙাইনী ; চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী ; রঙ্গ—লীলা ; সেই সে—মহাক্তুদনা ; বুঝিতে পারে খঙবা ঙম্মী ; চৈতন্যের—শ্রীচৈতন্যগী ; কৃপা—থৌজান ; যারে—মঙোন্দা ( ওই ) ; হয়—ওই ; তাঁর—মাগী (শ্রীচৈতন্যগী) ; দাসানুদাস-সঙ্গে—মনাইগী ননাইগা লোয়নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যলীলাদি ৱাহৈনা ফোঙদোক্নবা ৱাফম নত্তে ; লীলাসি কয়ামুক ঙকপনো হায়বস্থ ফোঙদোক্লবসু কনামত্তনা খঙবা ঙমদবা জাংনী। শ্রীচৈতন্যগী কৃপা-ফংবা মী অদুত্তনা খঙবা ঙমগনী। অদু মাগী মনাইগী মনাইগা সঙ্গ তৌরগদি ওইগনী।

## নৈনরোল

**হয় তাঁর দাসানুদাসসঙ্গ**--শ্রীচৈতন্যগী কৃপা নত্তনা মাগী লীলাবু খঙনবা শক্তি ওইদ্রবনীনা মহাক্কী মনাইগী মনাইগা সঙ্গ তৌবা তাই, মমনদি, মনাইনা চান্‌কিরবদি মহাক্না কৃপা তৌবিবা য়াই।

## মুল ৮৪

চৈতন্য-লীলা-রত্নসার স্বরূপের ভাণ্ডার,
তেঁহো থুইলা রঘুনাথের কণ্ঠে।
তাহা কিছু যে শুনিল, তাহা ইহা বিবরিল,
ভক্তগণে দিল এই ভেটে ॥ ৮৪ ॥

[illegible]

চৈতন্যলীলা—শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি ; রত্নসার—রত্ন অথোইবনী ; স্বরূপের—স্বরূপ দামোদরগী , ভাণ্ডার—কৈ , হৈহো—মহাক্না , থুইলা—থমলে , রঘুনাথের—শ্রীরঘুনাথ-দাস গোস্বামীগী ; কণ্ঠে—ওক্তা , তাহা—মহু , কিছু—খজিক , যে—মহু , শুনি—তারুবে , তাহা—মহু , ইহা—মফমসিদা ; বিবরিল—লিরিবনী , ভক্তগণে—ভক্তশিংদা ; দিল—পীজবনী ; এই ভেট—খুদোল অসি ।

মৈতৈলোন্দা হান্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি রত্ন অথোইবনী ; স্বরূপদামোদরগী কৈ অদু (হায়বদি মানা থম্বা চৈতন্য লীলাগী রাদো) শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামীগী কণ্ঠদা শিবিরম্লে । মহু খজিক ইনাকোওনা তাক্লবদো । (কৃষ্ণদাস কবিরাজ) না মফমসিদা ইজবনী , ভক্তশিংদা খুদোল-পোৎ অসি পীজবনী ।

## মৈথরোল

রত্নসার—রত্ন অথোইবা । শ্রীচৈতন্যগী শেহলীলাশিংদু মমল যাম্লবা মঙহন্বনী , মহু স্বরূপদামোদরগী কৈদা তুম্ভত্লনা লেপ্লম্মী । স্বরূপ দামোদর গোস্বামীনা মাগী কৈদগী লীলারত্ন কযামুক লৌইনা মালা ওইনা লেংগা রঘুনাথদাস গোস্বামীগী মওক্তা শিবিরম্মী । হায়বদি শ্রীচৈতন্যগী অবোইবা লীলা পুম্নমক স্বরূপদামোদর গোস্বামীনা শংশংনা টিরম্মী , মহাক্না চানবিদুনা রঘুনাথ দাস গোস্বামীদা [illegible]মী । মতুংদা, কৃষ্ণদাস কবিরাজ মহাশয়না মনাকোওনা তাখিবা লীলা খরদু লাইরিকসিদা ইদুনা ভক্তশিংদা খুদোল তৌরম্মী । শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী নীলাচললীলাদু রঘুনাথ দাস গোস্বামীনা শংশংনা উৎহৌবনী । স্বরূপদামোদরনা মাগী কড়চাদা প্রভুগী শেষলীলাদু সূত্রগী মওংদা ইশম্লম্মী । মহাক্না পুম্নমদা ইদা মাগী লুংশিবরা শিষ্য রঘুনাথগী মথুক্তা শিরম্মী অমসুং রঘুনাথনা বৃন্দাবনদা লেংবা মতমদা কড়চাদু পুরক্খি হায়বগী ইঙ্গিত অদু ত্রিপদীসিদা ফংঙী ।

### মূল ৮৫

যদি কেহ হেন কহে,    গ্রন্থ হৈল শ্লোকময়ে,
ইতর জন নারিবে বুঝিতে
প্রভুর যেই আচরণ    সেই করি বর্ণন
সর্ব্বচিত্ত নারি আরাধিতে ।। ৮৫ ।।

### শব্দার্থ

যদি—বদি ; কেহ—কনা অমনা ; হেন—অস্সুম্না ; কহে—হায় ; গ্রন্থ—লাইরীক ; হৈল—ওইরে ; শ্লোকময়ে—সংস্কৃত শ্লোক নম্‌কক্লা হাপ্পবা ; ইতর জন—সংস্কৃত-হৈতবা মীনা ; নারিবে—ঙম্মোই ; বুঝিতে—খঙবা ; প্রভুর—প্রভুগী ; যেই—অদু ; আচরণ—শাক্তং ; সেই—মদু ; করি বর্ণন—লীবনী ; সর্ব্বচিত্ত—পূম্নমক্কী পুক্নীঙ ; নারি—ঙমদে ; আরাধিতে—পেল্‌হনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীকসি সংস্কৃত শ্লোক নম্‌কক্লা হাপ্লে, সংস্কৃত-হৈতবা মীনা খঙবা ঙম্রোই হায়না কনাগুম্বনা হায়রবদি ( মতুগী পাউখুমদি অসিনী )—প্রভুনা তৌরম্বা আচরণশিংমক ঐনা বর্ণন তৌজবদনী, মী পুম্নমক্কী পুক্নীঙদি ঐনা পেল্‌হনবা ঙমদে।

### মূল ৮৬

নাহি কাঁহাসো বিরোধ নাহি কাঁহা অনুরোধ,
সহজ বস্তু করি বিবেচন।
যদি হয় রাগদ্বেষ তাহাঁ হয় আবেশ
সহজ বস্তু না যায় লিখন ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

নাহি—লৈতে ; কাঁহাসো—কনাগম্ব লোয়নবা ; বিরোধ—য়েংথিনবা ; নাহি—লৈত্তে ; কাঁহা—কনাগীসু ; অনুরোধ—হায়নবা ; সহজ—মচাগী ওইনা হৌমিল্লরকপা ; বস্তু—পোৎ ; করি—তৌরি ; বিবেচন—খনবা ; যদি—বদি ; হয়—ওই ; রাগ—পেল্‌হন্নীঙবা ; দ্বেষ—য়েংথীবা ; তাহাঁ—মতুদা ; হয়—ওই ; আবেশ—পুক্নীঙ চঙবা ; সহজ বস্তু—অওইবা য়া ; না যায়—য়াদে ; লিখন—ইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্ববু য়েংথীবসু লৈতে অদুগা কনাগুম্বগী য়া শৌগৎপগী মরমসু লৈত্তে। মচাগী ওইনা হৌমিল্লরকপা ( অওইবা ) য়াতুদা বন্দুনা ইবনী। হুংশিবা নত্রগা য়েংথীবা হায়বদু লৈরবদি অদুগা মতুদা পুক্নীঙদু লূপ্লবদি অওইবা য়া ইবা য়ারোই।

## মৈন্নরোল

সংস্কৃত খঙদবা মীনা খঙদসন্থ হায়রহ্না লাইরীকসিদা সংস্কৃত শ্লোক হেন্ন হেন্না হাপচন্‌বা নত্তে ; মরমদি মখোয়রবু ঐনা য়েংশীরুবগী রাস্থ লৈতে অহুগা কনাগুম্বনা ঐভোন্দা হায়জরকপস্থ লৈতে। ঐদি অওইবা ৱাহুদা ( সহজ বস্তুহুদা ) হাপ্‌চনবনী : হায়বদি থোক্‌খি-থোক্‌শিবহুদা চপচানা ইজবনী, করিমতা হেন্না হায়জন্‌বা নত্রগা ৱাৎনা খৎখহৌবা তোদে।

## মূল ৮৭

যেবা নাহি বুঝে কেহ  শুনিতে শুনিতে সেহো
কি অদ্ভুত চৈতন্য চরিত।
কৃষ্ণে উপজিবে প্রীতি  জানিবে রসের রীতি
শুনিলেই হৈবে বড় হিত ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

যেবা—মহ্ : নাহি বুঝে—খঙদে ; কেহ—কনাগুম্বনা : শুনিতে শুনিতে—নাকোঙনা তার তারগা ; সেহো—মহাকস্থ ; কি—করাদা ; অদ্ভুত—ঙকপ্রবা ; চৈতন্য চরিত—শ্রীচৈতন্যগী চরিত; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; উপজিবে—পোক্কনী : প্রীতি—নুংশিবা, প্রেম ; জানিবে—খঙগনী ; রসের—প্রেমগী ; রীতি—মতৌ : শুনিলেই—নাকোঙনা তাবদা ; হৈবে—ওই-গনী ; বড়—য়াম্না ; হিত—কান্নবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা লাইরীকসিগী করিগুম্বা অমা খঙদ্রবা মহাকস্থ মনাকোঙনা অস্থুম তার তারগা ( করি ওইগদগে হায়বহ্ খঙবিয়ু ), শ্রীচৈতন্য-চরিত্রগী অঙকপা শক্তি অমা লৈ, লাইরীকসি নাকোঙনা অস্থুম অস্থুম তার তারগা ( লাইরীকসিগী মর্ম খঙবদা নত্তনা ) শ্রীকৃষ্ণদা প্রীতি পোকনী অহুগা রসগী রীতিস্থ খঙবা ঙমগনী। লাইরীকসি তারগস্থ য়াম্না কান্নগনী।

### নৈনরোল

শ্রীচৈতন্যচরিত্রামৃত হায়বা লাউরীকসি অহান্‌বা তাবদা নত্রগা পাবদা সংস্কৃত-হৈত্তবা মীনা খঙদবা য়াই। অহুবু মাগী অঙকপা শক্তি অমা লৈ, মহ্না কনাগুম্বনা অস্থুম তোয়না তাশন্নবদি লাইরীকী মর্ম খঙগনী, রসগী

রীতিস্থ খঙগনী অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীচৈতন্যপ্রকনী হায়বদি শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিনী। খঙনুবা শক্তি লৈয়েং লৈবা হোরেরোয় তোকউ, লাইরাকসি নাকোওনা তারবদি তাবিবা মীচুপ্পি য়াম্না কান্নগনী। মসি লাইরাকসিগী বস্তুগত-শক্তি ( পোৎ মচাদা য়াওবা শক্তি ) হায়বদুনী। বস্তু-শক্তিদি বুদ্ধিশক্তিবু ভাইদে।

## মূল ৮৮

ভাগবত শ্লোকময় টীকা তার সংস্কৃত হয়।
তভু কৈছে বুঝে ত্রিভুবন।
ইহাঁ শ্লোক দুই চারি তাঁর ব্যাখ্যা ভাষা করি
কেনে না বুঝিবে সর্ব্বজন ॥ ৮৮ ॥

## শব্দার্থ

ভাগবত—শ্রীমদ্ভাগবতম্ ; শ্লোকময়—সংস্কৃত শ্লোক ভাক্তুনী : টীকা—টীকা ; তার—মাগী ; সংস্কৃত—সংস্কৃত লোন ; হয়—ওই : তভু—অদুবু ; কৈছে—করম্না ; বুঝে—খঙডী ; ত্রিভুবন—মরোল অহুম্না ; ইহা—মসিদা, শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতম্ অসিদা ; শ্লোকে—সংস্কৃত শ্লোক ; দুই—অনী ; চারি—মরি ; (দুই চারি—অনী অহুমত্নী ) ; তার—মতুগী ; ব্যাখ্যা—শন্দোকপা অর্থস্ু ; ভাষা বাংলা ভাষা ; করি—তৌরি ; কেনে—করম্না ; না বুঝিবে—খঙলোই ; সর্ব্বজন—মী পুম্নমা।

### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীমদভাগবতসিদা লোইনমক সংস্কৃতশ্লোক ভাক্তুনী ; মাগী টীকাস্থ সংস্কৃত-লোনদা ইবনী, অদুমক্তুদা জগৎ পুম্নমক্না করম্না ভাগবত খঙলিবনো ? শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতসিদদি সংস্কৃতশ্লোক অনী অহুমথক হাপ্পনী, মদুগী ব্যাখ্যাস্থ বাংলা ভাষাদা হন্দোকুনা তান্নী, অদুনদি মসিবু মীপুম্নমক্না খঙলোইদৌবগী মরম করিনো ?

## নৈনরোল

শ্রীমদভাগবত পুম্নমক সংস্কৃত নত্তবা ময়াম্না খঙগদবা বাংলাভাষা শুকয়াও য়াওদে। টীকাগী মতেঙনা ভাগবতকী অর্থ খঙগনী হায়রবস্থু মদু য়াবাই ; মরমদি মাগী টীকাস্থ সংস্কৃত লোনদা ইবনী। অদুমক্তুদা ময়াম্না ভাগবত খঙদী। অদুগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদি লোইনমক সংস্কৃত লোনদা ইবা নত্তে, বাংলা লোনদা ইবনী ; মসিদা মরক্তা সংস্কৃত শ্লোক অমত্তা অনী অহুম হাপ্পনী। শ্লোক খরা হাপ্লিবসুদা অমুবা বাংলালোনদা হন্দোকুনা তান্নী ; অসিদস্থ ময়াম্না লাইরিক অসি খঙলোইদৌবগী মরম করিনো ?

## মূল ৮৯

শেষলীলার সূত্রগণ  কৈল কিছু বিবরণ
ইহা বিস্তারিতে চিত্ত হয়।
থাকে যদি আয়ুঃশেষ,  বিস্তারিব লীলাশেষ,
যদি মহাপ্রভুর কৃপা হয় ॥ ৮৯ ॥

শেষলীলার—অরোইবা লীলাগী ; সূত্রগণ—সূত্রশিং, লংলাশিং ; কৈল—তৌরে ; কিছু—খরা ; বিবরণ—হায়োল ; ইহা—মসি ; বিস্তারিতে—শন্দোক্লবা ; চিত্ত—পুক্লীঙ ; হয়—ওই ; থাকে—লৈ ; যদি—বদি ; আয়ুঃশেষ—পুন্সিগী মথাক ; বিস্তারিব—শন্দোক্লা ইগে ; লীলাশেষ—লীলাগী অরোইবা মতাঙ ; যদি—বদি ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; কৃপা—থৌজাল ; হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দাকপা

হোজক ঐনা প্রভুগী শেষলীলাগী সূত্রশিং খরা শুনা ইরে ; মসি শন্দোক্লা ইনীঙডী। করিগুম্বা পুন্সিগী মথাক খরা লৈরবদি অদুগা মহাপ্রভুগী কৃপা ফংলরবদি শেষলীলাসি শন্দোক্লা ইগে।

### টৈকনরোল

থাকে যদি আয়ুঃশেষ—করিগুম্বা হিংথররবদি ; করিগুম্বা শিদ্রগদি।

## মূল ৯০

আমি বৃদ্ধ জরাতুর,  লিখিতে কাঁপয়ে কর,
মনে কিছু স্মরণ না হয়।
না দেখিয়ে নয়নে,  না শুনিয়ে শ্রবণে,
তভু লিখি, এ বড় বিস্ময় ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

আমি—ঐ ; বৃদ্ধ—হন্নুবনী ; জরা-আতুর—অহল ওইবনা য়াবা ; লিখিতে—ইবদা ; কাঁপয়ে—নীক্লে ; হাত—খুৎ ; মনে—পুক্লীঙদা ; কিছু—করিমতা ; স্মরণ—নীঙশীঙবা ; না হয়—লৈতে ; না দেখিয়ে—উদ্রে ; নয়নে—মীৎনা ; না শুনিয়ে—তাদ্রে ; শ্রবণে—নাকোঙনা ; তভু—অদুবু ; লিখি—ইরি ; এ—মসি ; বড়—য়াম্মা ; বিস্ময়—অঙকপনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐ হন্নরে, অহন ওইবগী য়ারে ; লাইরীক ইবদা থুং নীরে ; পুক্নীঙ-দম্নু করিমত্তা নীঙশীঙদরে ; মীংশু উদ্রে, নাশ্নু তাদ্রে, অত্নমক্তদা ইরিবসি য়াম্না ঙক্পনী।

## নৈন্নরোল

অহল ওইবগী ফীভম মতাংদা লাইরীক ইরিবসি য়াম্না ঙক্কঙাইনী। মহাপ্রভুগী কৃপানে অত্তগা বৈষ্ণবশিংগী কৃপানে অনীমক্তনা লাইরীক ইবা ঙম্মনী—অসি ত্রিপদীসিগী ধ্বনি—নী।

## মূল ৯১

এই অন্ত্যলীলা সার, সূত্র মধ্যে বিস্তার,

করি কিছু করিল বর্ণন।

ইহা মধ্যে মরি যবে, বর্ণিতে না পারি তবে,

এ লীলা ভক্তগণধন ॥ ৯১ ॥

## শব্দার্থ

এই—মসি ; অন্ত্যলীলা—অরোইবা লীলা, শেষলীলা ; সার—মচি ; সূত্রমধ্যে—সূত্রগী মরক্তা ; বিস্তার—শন্দোকপা ; করি—তৌদুনা ; কিছু—খরা ; করিল—তৌরে ; বর্ণন—লীবা ; ইহা মধ্যে—মরকসিদা ; মরি—শিরে ; যবে—মতমদা ; বর্ণিতে—লীবা ; না পারি—ঙমদ্রবা ; তবে—মতমদুদা, মদু ওইরবদি ; এই লীলা—লীলা অসি ; ভক্তগণধন—ভক্তশিংগী লন্নী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অন্ত্যলীলাগী মচিসি সূত্র মরক্তা শন্দোক্ত-শন্দোক্না বর্ণনা তৌরবনী ; মরমদি মরক্সিদা শিরবদি বর্ণনা তৌবা ঙম্মরোই। লীলা অসিদি ভক্তশিংগী লন্নী।

## মূল ৯২

সংক্ষেপে এই সূত্র কৈল যেই ইহাঁ না লিখিল

আগে তাহা করিব বিস্তার।

যদি যতদিন জীয়ে মহাপ্রভুর কৃপা হয়ে

ইচ্ছা ভরি করিব বিচার ॥ ৯২ ॥

সংক্ষেপে—শম্পাংনা ; গ্রহ—মসি ; সূত্র—সূত্র ; কৈল—ইরে ; যেই—মহু ; ইহাঁ—মক্কমসিদা ; না লিখিল—ইখিদ্রি ; আগে—তুংদা ; তাহা—মহু : করিব—তৌগনী ; বিস্তার—শন্দোকপা ; যদি—বদি ; যতদিন—হুমিংশিংহু ; জীয়ে—হীঙনী ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; কৃপা হয়ে—থৌজাল লৈরবা ; ইচ্ছা ভরি—নীঙবা থুংনা ; করিব বিচার—খন্থগনী ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দাকপা**

ঐনা ( গ্রন্থকারনা ) সূত্রশিংসি ইববনী, মসিদা ইহৌদবা অহুদি তুংদা শন্দোক্লা হাপ্‌কনী । হুমীৎ খরনী হিংদৌরিবসিদা মহাপ্রভুগী কৃপা লৈরগাদি নীঙবা থুংনা খন্থগনী ।

## মূল ৯৩

ছোট বড় ভক্তগণ,　　বন্দো সভার শ্রীচরণ,
সভে মোর করহ সন্তোষ ।
স্বরূপগোসাঞির মত,　　রূপ রঘুনাথ জানে যত,
তাহা লিখি, নাহি মোর দোষ ॥ ৯৩ ॥

## শব্দার্থ

ছোট —অপীকপা, মচা , বড়—অচৌবা ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; বন্দো—খুকম্‌জবি , সভার—লোইনমক্কী ; শ্রীচরণ—শ্রীঙথিজবা খোঙ ; সভে—লোইনমক্লা ; মোর—ঐগী ; করহ—তৌ ; সন্তোষ—পেল্‌হনবা ; স্বরূপ-গোসাঞির—শ্রীস্বরূপ দামোদর গোস্বামীগী ; মত—খঙবা, জ্ঞান , রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী , জানে—খঙঙী ; যত—অহুখক ; তাহা—মহু ; লিখি—ইরি (ঐনা) ; নাহি—লৈতে ; মোব—ঐগী ; দোষ—ইরাল ।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অচৌবা অপীকপা ভক্তশিং, নখোয় লোইনমক্কী শ্রীচরণ খুকম্‌জবি নখোয় পুম্বনা ঐগী পেল্লবা তৌবিউ । স্বরূপদামোদর গোস্বামীগী মত অহুংঙ অমসুং শ্রীরূপ গোস্বামীগা শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামীগা অনীনা খঙব খিবিক্তুনে ইবনী, ( ঐগী লম্লাই রা য়াঙদবনীনা ) ঐগী ইরাল লৈতে ।

## মৈন্নবোল

এহুকারন্না হায়রিবদি অসিন্না—মহাক্লা ইরিবসি স্বরূপদামোদর, শ্রীরূপগোস্বামী অমুদি শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামীশিংদগী তারগা হুবা ভাক্নী, ত্যাগী, শাশ্নবা রা অমত্ত ইদে।

## মূল ৯৪

শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ, অদ্বৈতাদি ভক্তবৃন্দ,
শিরে ধরি সভার চরণ।
স্বরূপ রূপ সনাতন, রঘুনাথের শ্রীচরণ,
ধূলি করি মস্তক-ভূষণ ॥ ৯৪ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ; শ্রীনিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ; অদ্বৈতাদি—শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা ; ভক্তবৃন্দ—ভক্ত পুম্নমক ; শিরে—কোক্তা ; ধরি—পুরি ; সভার—লোইনমক্কী ; চরণ—খোঙ ; স্বরূপ—স্বরূপদামোদর ; রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; সনাতন—শ্রীসনাতন গোস্বামী ; রঘুনাথের—শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামীগী, ধূলি—উকুলবু ; করি—ওইহল্লী ; মস্তক—কোককী ; ভূষণ—লৈতেং।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভু, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা ভক্ত পুম্নমক্কী চরণ অতু কোক্তা হাপ্‌চরি। স্বরূপদামোদর, রূপ গোস্বামী, সনাতন গোস্বামী, রঘুনাথ দাস গোস্বামীগী চরণ ধুলি (খুয়া-উকুল) অতুনা ইকোকী লৈতেং ওইহল্লী।

## মূল ৯৫

পাঞা যার আজ্ঞাধন, ব্রজের বৈষ্ণবগণ,
বন্দো তার মুখ্য হরিদাস।
চৈতন্য বিলাসসিন্ধু- কল্লোলের একবিন্দু,
তার কণা কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৯৫ ॥

## শব্দার্থ

পাঞা—ফংতুনা ; যার—মহাক্কী ( মখোয়গী ) ; আস্বাদন—য়াথং কৌবা লন ; ব্রজের—ব্রজগী ; বৈষ্ণবগণ—বৈষ্ণবশিং ; বন্দো—খুরুমজে , তার—মখোয়গী : মুখ্য—মকোক ; হরিদাস—শ্রীহরিদাস ঠাকুর ; চৈতন্য-বিলাস সিন্ধু—শ্রীচৈতন্যলীলাগী মশক ওইবা ঈপাক্কী ; কল্লোলের—ঈথক্কী ; একবিন্দু—মরীক অমা ; তার—মদুগী ; কণা—মরীক ; কহে—লৌজে ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাসনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজ-বৈষ্ণবশিংগী মকোক হরিদাস ঠাকুরবু খুরুমজে, ব্রজবৈষ্ণবশিংবু খুরুমজে, মখোয়গী য়াথং কৌবা লন অদু ফংজরগা শ্রীচৈতন্যলীলা কৌবা ঈপাকথক্তা হৌবা ঈথক্কী মরীক অমগী মরীক অমতং কৃষ্ণদাসনা বর্ণন তৌজরি ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মধ্যখণ্ডে অন্ত্যলীলাসূত্রবর্ণনে প্রেমোন্মাদ-প্রলাপবর্ণনং নাম দ্বিতীয়পরিচ্ছেদঃ ॥

---

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## অহুমশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

ন্যাসং বিধায়োৎপ্রণয়োহথ গৌরো

বৃন্দাবনং গন্তুমনা ভ্রমাদ্যঃ।

রাঢ়ে ভ্রমন্ শান্তিপুরীময়িত্বা

ললাস ভক্তৈরিহ তং নতোঽস্মি ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

ন্যাসং—সন্ন্যাস; বিধায়—লৌহুনা; উৎপ্রণয়ঃ—প্রেমগী ঈহৌদা তাউরবা; অথ—অহুগী তুংদা; গৌরঃ—গৌরচন্দ্র; বৃন্দাবনম্—বৃন্দাবন-দা; গন্তুমনা -চংনীঙলবা (ওইহুনা); ভ্রমাৎ—শেরান্নবা; যঃ—মহাক অহু; রাঢ়ে—রাঢ়দেশদা; ভ্রমন্—কোয়হুনা; শান্তিপুরীম্—শান্তিপুরদা; অয়িত্বা—চৎহুনা; ললাস—শান্নখি (বিলাস তৌখি); ভক্তৈঃ—ভক্তশিংগা; ইহ—মফমসিদা (শান্তিপুরদা); তম্—মহাকপু; নতঃ অস্মি—খুরুমজে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(চহী কুন্থরি গৃহস্থ-আশ্রমদা লৈরবা মতুংদা) সন্ন্যাস লৌরগা প্রেমগী ঈহৌদা তাউহুনা বৃন্দাবন লেঙনীঙলহুনা (প্রেম ডাওবদগী) লান্না খনখিহুনা রাঢ়দেশদা কোয়না কোয়না চৎপনা শান্তিপুরদা লেঙলগা ভক্তশিংগা লোয়ননা বিলাস তৌখিবা গৌরচন্দ্র অহুবু ঐনা খুরুমজরি।

### নৈনরোল

অহুমশুবা পরিচ্ছেদ অসিদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস লৌবা, বৃন্দাবন চৎপনী হায়বা রাখন্দা প্রেম্না ডাওখিহুনা শেরান্নবা রাঢ়দেশদা হুমীৎ হুম্নী কোয়রগা শান্তিপুরদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী শঙগায়দা বিলাস তৌখিবহু ইরি।

নৈনরিবা শ্লোকসিদা গ্রন্থকার কবিরাজ গোস্বামীনা শম্পংনা অহুম-শুবা পরিচ্ছেদদা বর্ণন তৌগদৌবা বিষয়ছু পল্লী, মহুগীদমক শ্রীমন্মহাপ্রভুগী খুযা খাদা থুরুমহুনা মহাকী কৃপা নিজরি।

## মূল ২

জয় জয় শ্রীচৈতন্য জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যবু থুকমজরি। শ্রীনিত্যানন্দবু থুকমজরি। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু থুকমজরি। গৌরভক্তশিংবু থুরুমজরি।

## মূল ৩

চব্বিশবৎসর-শেষ যেই মাঘ মাস।
তার শুক্লপক্ষে প্রভু করিলা সন্ন্যাস ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

চব্বিশবৎসর-শেষ—চহী কুন্নিগী অরোযবা মতাঙ; যেই—মহ, মাঘ মাস- মাঘ থা, তার—মহুগী, শুক্লপক্ষে –থা নিলখৎলকপা থা-খাযদা; প্রভু—শ্রীচৈতন্য প্রভুনা; করিলা সন্ন্যাস—সন্ন্যাস লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী চহী ২৪ হেক লোইরকপা মতাঙগী মাঘ থাগী শুক্লপক্ষদা প্রভুনা সন্ন্যাস লৌখি।

## মূল ৪

সন্ন্যাস করি প্রেমাবেশে চলিলা বৃন্দাবন।
রাঢ়দেশে তিনদিন করিলা ভ্রমণ ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

সন্ন্যাস করি—লম্বোইরগা; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমদা চঙ্ঙহুনা; চলিলা—চৎখি; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন লোমদা; রাঢ়দেশে—রাঢ়দেশতা, তিন দিন—হুমীৎ গুম্বী; করিলা—তৌখি; ভ্রমণ—কোয়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ন্যাস লৌরগা কৃষ্ণপ্রেমদা বিভুলা চুহুনা বৃন্দাবন লেংলম্মী। প্রেমাবেশদা মায়কৈ শলাক্কি খঙদহুনা রাঢ়দেশদা প্রভুনা মুন্নীং হুম্মী চুপ্পা কোয়চং চংলম্মী।

মূল ৫

এই শ্লোক পঢ়ি প্রভু ভাবের আবেশে।

ভ্রমিতে পবিত্র কৈল সব রাঢ়দেশে ॥ ৫ ॥

শব্দার্থ

এই শ্লোক—শ্লোক অসি; পঢ়ি—খীহুনা; প্রভু—প্রভুনা; ভাবের আবেশে—কৃষ্ণচরণ সেবাগী ভাবতা লুপ্পনা; ভ্রমিতে—কোয়চং চংপদা; পবিত্র—শেংদোকপা; কৈল—তৌখি; সব রাঢ়দেশে—রাঢ়দেশ পুম্নমকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মথাদা লাক্লিবা 'এতাং স আস্থায়'-নচিংবা) শ্লোক অসি খীর খীবহুনা প্রভুনা (শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবাগী) ভাব অদুদা লুপ্পনা কোয়চং চংপহুদা রাঢ়দেশ পুম্নমক শেংদোক্পিখি (পবিত্র ওইহনখি)।

তথাহি (ভাঃ ১১/২৩/৫৭)-

মূল ৬

এতাং স আস্থায় পরাত্মনিষ্ঠা-

মধ্যাসিতাং পূর্ব্বতমৈর্ম্মহদ্ভিঃ।

অহং তরিষ্যামি দুরন্তপারং

তমো মুকুন্দাঙ্ঘ্রি নিষেবয়ৈব ॥ ৬ ॥

শব্দার্থ

এতাং—মসি; সঃ—মহাক; আস্থায়—থাজহুনা, লৌদুনা; পরাত্মনিষ্ঠাম্—জীবাত্মাগী স্বরূপ; অধ্যাসিতাম্—চংলম্বা, তৌরম্বা; পূর্ব্বতমৈঃ—অহল্লমনশিংনা; মহদ্ভিঃ—মহাপুরুষশিংনা; অহং—ঐ; তরিষ্যামি—লাম্বোক্কনী; দুরন্তপারং—লাম্বোকপদা ঋরবা; তমঃ—সংসার; মুকুন্দ-অঙ্ঘ্রি—শ্রীকৃষ্ণগী চরণ; নিষেবয়া—সেবানা; এব—লেপ্পনক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা হৌখিবা মহাপুরুষশিংনা চংখিবা পরাত্মনিষ্ঠা ( জীবাত্মাগী স্বরূপ-তু ) চংতুনা ( লৌতুনা ) শ্রীমুকুন্দগী চরণ-সেবাতনা অতুগুম্বা ঐহাক্না লাম্থোকপদা ৱারবা সংসারসে লাম্থোক্কনী।

## নৈনরোল

অবন্তী নগরদা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী ; মহাক য়াম্না ইনাক খুল্লী ; অদুবু লীক্‌পদি হায়নভাই কৈতনা লীক্লম্মী। লাইগী, অহল-লম্মনপীদমক, ইমুং-মনুং মরীমতাগীদমক, অতিথি সংকারগীদমক, করি হায়নী মছামক্কী ফাওবা শেল তিংনীঙদে। অদুনা মাগী নুপী অমদি মচা মশূশিংনা মাবু য়েংনীঙলম্‌দে। অদুবু মতম খরগী তুংদা মরল পূম্নমক লাইগী নোংদমদগী পূম্মুং মূংখি ; পূম্মুং মূংলবতুদা মথন্নাই কুংঙাইতবনা শিদে হায়বদা থাক্‌খি। অসোমদস্থ মযুমগী মীনা মাবু থৌশানিবমাদ্রে ; ফীভম অদু য়োরবদা নহাল মপোক্কী তৌজমল ওইনা মপুক্কীঙদা বৈরাগ্য (লম্ভ্রু ম্নাচিংববু তনবা পামদবা) পোক্‌খি। অদুদগী তপস্যা তৌররগে হায়দুনা মৌনব্রত (ৱা-ঙাঙদবা ব্রত) তৌরদুনা মহাক্না ভিক্ষুকাশ্রম আশ্রয় তৌখি, অদুগা ভিক্ষাগীদমক সঙ্গ পূম্নমক থাদোক্তুনা খূন খূদিঙ কোয়না চংখি। অদুবু খুঙ্গংগী ফত্তবা মীশিংনা মাবু ওৎ-নৈরম্মী অদুগা ইকায়বস্থু পীরম্মী। মতু পূম্নমক মাগী তৌজমন ফংলিবনী হায়দুনা মপুক্কীঙ লাংতক্করমদে অদুম তুমীন্না থাঙলগা মানা ৱারেপ খি—
"মীফত্তবশিংসে মাগী ব নলবগী মরম (কারণ) নত্তে ; ইন্দ্রিয়শিংগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা, গ্রহ, কর্ম্ম, কাল ( মতম )-সু মাগী অৱাবগী কারণ নত্তে : পূক্নীঙ-তনা মাগী অৱা-নুংঙাইগী কারণনী। পূক্নীঙতনা (মন অসিতনা) সত্ত্বনিংবগুণ বৃত্তি থোক্‌হনবনী, গুণবৃত্তিশিংদগী সাত্ত্বিক কর্ম্মনচিংবা কর্ম্ম ময়াম থোরক্‌পনী. গুণশিংদগী পোক্‌পা কর্ম্ম পূম্নমকগী অৱা-নুংঙাই ওইরক্‌পনী ; অৱা-নুংঙাইশিংসে পূক্নীঙদা চঙ্‌ডী। অদুদগী অমূক দেহগী মনূঙদা মন হায়বসিনা মকোক্নী হায়দুনা পূক্নীঙগী অৱা-নুংঙাই পূম্নমক হকচাঙদস্থু শরা শল্লকয়ি। জীবাত্মাদি প্রাকৃত-নত্তবা পোৎনা, প্রকৃতিগী ৱাংমদা লৈবনী ; মরমদুনা প্রকৃতিগী গুণদগী পোকপা অৱা নুংঙাইবনা আত্মাবু শোক্‌পা ঙমদে ; অদুবু অসিগুম্বা আত্মানা মন অমসুং মন-গী মথাপোনবা দেহগবু আত্মা মচাগা অমতনী হায়না খল্লুনা মনগী গুণশিংগা লোয়নননা আত্মানা প্রকৃতিগী গুণদগী থোরকপা কর্ম্মদা লূপ্পী অমসুং কর্ম্মফল ( তৌজমল ) মতুং ইন্না মপোক ( যোনি ) মথল মখলদা পোকয়ি— মন দা অদুগা মন-দগী

সেবাতনা; শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা নত্তনা জীবাত্মানা মাগী শুদ্ধ-স্বরূপ অতুদা আম্বাদ্ব থম্বা য়াদে, শুদ্ধ-স্বরূপ উপলব্ধিস্ব য়াদে; জীবাত্মাগী শুদ্ধ-স্বরূপকী বিবরণ ( য়ারোল ) অতু থঙজন্দুনা থম্বদি য়াই ; অদুবু অবিদ্যাগী মথুত্তগী মন-বু নাম্বোকহনবা ঙমদ্রবদি জীবাত্মানা মাগী স্বরূপ-তা নিষ্ঠা হায়বদি লেঙবা আস্থা থম্বা য়াদে, মথল মথাগী বিম্বি লাক্কুনা আম্বা হন-গনী ; অদুনা অবিদ্যাগী মথুত্তগী মন-বু নাম্বোক্হনবা হায়বসে অরায়বা থবক নত্তে—জীবনা মরম্মায় হোৎনরগা নাম্বোকপা ঙমদে; অবিদ্যা হায়বসিদি ভগবান্গী শক্তিনী ; ভগবান্না, চান্বিরগা শক্তিসিবু তাম্বোকপিরবদি মাগী থুত্তগী মাম্বোক্পা ঙমগনী ; মরমদুনা ভগবানগী চরণ-থাদা চত্তজবা য়াদে। মরমদুনা শ্রীভগবান্না গীতাদা হায়রম্লে—“দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া। মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে ॥—ঐগী গুণতিনবী দৈবী মায়াসি লাম্বোক্পদা ঙম্মঙাই নত্তে; ঐঙোন্দা চত্তজরবা ( শরণাপন্ন ) মথোয়দুতনা মায়াসিদগী নাম্বোকপা য়াই। গীতা ।৭।১৪।।” মরমসিনা হায়রিবনী—মুকুন্দগী চরণ সেবাতনা জীবাত্মাগী স্বরূপ-তা নিষ্ঠা-লেঙদবা আস্থা থম্বা য়াই। মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণগী অতোপ্পা মিং পন্দদুনা মুকুন্দ হায়বা মিংসি পনবদি—অর্থ চপ চাবনী। মুক্তি (অরানথুভম) পীরিবা মহাক্তি মুকুন্দনী—মসি মুকুন্দ শব্দগী অর্থনী ; মায়াগী খুত্তগী মন-বু নাম্বোকুহল্লগা স্বরূপ-তা নিষ্ঠা লৈবগী মতীক চাহনবীবা অতুগুম্বা ভগবান মুকুন্দতুগী চরণ-সেবা। মহাক্কা সংসারসিদগী মুক্তি পীবা ঙম্মী—মরমদুনা হায়রিবনী, মুকুন্দ-চরণ সেবাতনা দুরন্ত পারং—লানঙমদবা, গীতাগী “দুরত্যয়া”, তমঃ—মায়া হায়বদি সংসার তরিষ্যামি—লানগনী, মুকুন্দগী কৃপানা। মুকুন্দা-ঙ্ঘ্রি নিষেবয়া এব—এব শব্দসিগী তাৎপর্য্যদি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-সেবা নত্তনা, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ-থাদা শরণ ( চত্তজবা ) লৌবা নত্তনা কনামতা সংসারদগী নাম্বোকপা ( মুক্ত ওইবা ) ঙমদে হায়বনী; মসিগী প্রমাণদি—মমাঙদা লৌখৎলিবা “দৈবীহ্যেষা”-নচিংবা শ্লোকসিনী। স অহং—ঐ অদো। ভিক্ষুক ব্রাহ্মণনা হায়রি—“দেহ-দৈহিক-অভিমাননা পওথক্লবদগী মপামাইদ্রবা লন্থ মগী মপু ওইদুনম্ব—দেবতা অমদি পিতৃলোকীদমক্তা, অতিথি লাকপা-শিংগীদমক্তা, গুণী-অঙাঙনচিংবা মরীমতাশিংগীদমক্তা পৈশা অমত্তাওবা থরচা তৌনীতদে—করি হায়নী ঐ ইচ্ছামকী চাবা-শংপগীদমক কাওবা শেল তিংবদা লৌক্চরম্বা—ঐহাক অদুগুম্ব শ্রীকৃষ্ণগী চরণথাদা চত্তজরগা সংসার-ঈপাক-লাম্বোকলা ঙমলনী। লৌকিক পরাত্মনিষ্ঠা—বা হায়রিবসি

মতৌ করম তৌবা জাংনো ? পূর্ব্বতমৈঃ মহদ্ভিঃ অধ্যাসিতাম্—পূর্ব্বতম হায়বসি থায়নগী মহাজন ( হান্নরদি মহদ্ভিশিংনা ) অধ্যাসিত (চংলম্বা নত্রগা তাক্লম্বা )। থায়নগী মহাজনশিংনসু জীবাত্মাগী স্বরূপ-ত্ম নিষ্ঠা থমখি অদুগা মদুগী পাউতাকসু পীবিরম্মী ; মতাঙসিদা শ্রীপাদ বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তীনা হায়—পরমাত্মনিষ্ঠায়ামেতস্যাং মম আ ঈষৎ স্থিতিমাত্রেমেব, তমঃ সংসারস্ত সেবয়ৈব, নতুরজেশিথাই এবকাল্লাললয়ে। নমু তহি পরমাত্মানিষ্ঠায়াং স্থিতিমাত্রমপি কিং করোষি তত্রাহ পূর্ব্বতমৈঃ প্রাচীনৈরধ্যাসিতামিতি। পরমাত্মনিষ্ঠাদা ঐগী স্থিতিসি ( ঐনা লৈবসি ) খজিক্তুংদনী,—অদুবু মসিনা পরমাত্মনিষ্ঠাদা ওইরিবা স্থিতিসিনা—সংসারদগী লাম্থোকপা য়াদে, সংসারদগী লাম্থোক্লবা অমতা তায়বা উপায়দি শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবাতনী ; মসি তাক্লিবদি শ্লোকসিদা য়াওরিবা এব-কারসিননী। হন্নে, পরাত্মানিষ্ঠাদা ওইবা স্থিতিসিনা সংসারদগী নাম্থোকপা য়াত্রবোইদি পরাত্মানিষ্ঠাদা ওইবা স্থিতিসি করিগীদমক্লনো ? পাউখুম—থায়নগী মহাজনশিংনা অসুম্না চংলম্মী অদুগা অসুম্না পাউতাক পীরম্মী হায়দুনা মহাজনশিংদুবু মর্য্যাদা তৌবগীদমক পরাত্মানিষ্ঠাদা স্থিতি ওইবনী, সংসারদগী লাম্থোক্নবগীদমক্তা নত্তে।” অদুবু পরাত্মানিষ্ঠাদা স্থিতি ওইবসি খমুথেংনা ( ঐকান্তিক ওইনা ) নত্রগা মছাগী ভাব য়োক্খৎনবগী ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণসেবাদা তেঙবাঙঙী হায়বদা কান্নিদু টিংনলঙাই ওইদে। জীবনা মছাগী স্বরূপতা লৈরগা ভগবানবু সেবা তৌনবা ক্লোংনবা য়াই ; স্ব-স্বরূপতা লৈত্রিবফাওবা মাগী সাধন ভজনদা বিঘ্নি ( অকায় অতোম্ন ) য়াম্না লাকল্লি, মতম অদু ফাওবা অতৎ-অথম নাইদবমখৈ ভগবানবু নীঙশীঙবা ( স্মরণ ) তৌবা য়াদে ; সাধনগী অঙ্গশিংদু ভাক্লা ভাক্লা লাক্পদুদা ভগবানগী কৃপাদগী বিঘ্নি পূম্নমক কোক্লবদা, চিত্তগী অমকপা পূম্নমক লৈত্রবদদা জীবনা স্বরূপ-তা লৈবা ( স্থিতি )—স্বরূপ উপলব্ধি তৌবা—ওইথোকনী অদুগা মতম অদুমক্তদা জীবদুনা শ্রীভগবৎসেবাগী যোগ্যতা ফংবা ঙমগনী। মতৌ অসুম্না, পরাত্মানিষ্ঠানা সংসার-মুক্তিগী মুখ্য ( মরু ওইবা ) কারণ ওইত্রবসু গৌণ কারণদি ওইবা য়াই। মসিমসু য়াগদবনী মদুদি—জীবাত্মাগী স্বরূপকী মরম অদু খঙলগদা লৈবা শীদুনা স্বরূপ অদুবু উপলব্ধি তৌনবগীদমক সাধনাঙ্গ তৌত্রবদি মহাত্মা সংসার মুক্তি ফংবা শুক্য়া য়াদে।

শ্রীধরস্বামীনা হায়—“অহমপি অনয়ৈব পরমাত্মানিষ্ঠয়া তরিষ্যামীত্যাহ।

নম্ন ইয়ং নিষ্টৈব কথং ভবেৎ তদাহ মুকুন্দেতি। —থায়নগী মহাজনশিংগী মতৌগুম্না ঐস্নু পরাত্মনিষ্ঠানা উপায় ওইদুনা সংসারদগী লাম্থোকনী. অদুম্নু মতৌ করম তৌরগা নিষ্ঠাসি পোকনী ? পাউখুম পীরি—মুকুন্দগী চরণ সেবাতনা।"

## মূল ৭

প্রভু কহে—সাধু এই ভিক্ষুর বচন।

মুকুন্দসেবনব্রত কৈল নির্দ্ধারণ ॥ ৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভু ; কহে—হায ; সাধু—অচুবনী ; এই ভিক্ষুর—ভিক্ষুসিগীদ বচন—ৱা ; মুকুন্দসেবন—শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ; ব্রত—তৌকব-থোকপা থরক ; কৈল—তৌরে ; নির্দ্ধারণ—বারেপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—অবন্তীনগরগী ভিক্ষারি ব্রাহ্মণ অসিগী ৱাফি অচুবনী, য়াম্না চুম্মনী, মরমদি শ্রীকৃষ্ণবু সেবা তৌবতনা জীবগী ব্রতনী (তৌকম থোকপা থরকনী) হায়বদো লেপ্রে।

## নৈনরোল

মুকুন্দসেবাবু ব্রত অমনী হায়বগী তাৎপর্য্যদি—থবকসি লেপ্পমক তৌকম থোকপনী, তৌরগা অমাঙবা ওই—হায়বনী। মূল পয়ার ৭-৯-সি প্রভুগী ৱাহৈনী।

## মূল-৮

পরাত্মনিষ্ঠা মাত্র বেশধারণ।

মুকুন্দসেবায় হয সংসারতারণ ॥ ৮ ॥

পরাত্ম-নিষ্ঠা—ভগবদ্ভজন ; মাত্র—কনী ; বেশ—চৎপা (ভেকবেশ-স্থিতি) ; ধারণ—লৌবা, (বেশ-ধারণ—ফিচিং ধারণ) ; মুকুন্দসেবায়—শ্রীকৃষ্ণগী সেবানা, হয—ওই ; সংসার-তারণ—সংসার লানথোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

দেহনচিংবগী রাংমদা লৈবা আত্মাদা ঐগী (প্রভুগী) আস্থা (থাজবা) থম্বত্তগীনী (সংসারমুক্তিগীদমক্তি) নত্তে), মরমদি সংসারমুক্তি দি ( সংসারদগী লাম্থোপদি শ্রীকৃষ্ণ) সেবাতনা ওই।

## নৈনবোল

**পরাত্মনিষ্ঠা**—প্রকৃতিগী রাংমদা দেহ অমসুং দেহগী ওইবা পোংকী অভিমানগী রাংমদা শেংনা লৈবা (শুদ্ধ) আত্মা অদুগী নিষ্ঠা হায়বদি স্বরূপ। প্রকৃতিগী রাংমদনী, তশেংবা (শুদ্ধ) চিন্ময়বস্তুনী, মাগী স্বরূপকী হায়রগদি আত্মাগী অরা-মুংঙাই হায়বা লৈতে—হায়বনচিংবা লক্ষণগী ওইবা জীবাত্মা। **বেশ**—প্রবেশ (চঙবা) (শব্দকল্পদ্রুম), (প্রবেশ হায়বসিনা স্থিতিসু ওই; মরমঅদুনা মফমসিদা বেশগী অর্থদি স্থিতি-নী। **বেশ-ধারণ**—স্থিতিধারণ। **পরাত্মানিষ্ঠামাত্র-নচিংবা**—দেহনচিংবগী রাংমদা লৈবা আত্মাদি সুখদুঃখ (অরা-মুংঙাইবা হায়বদু) চঙদবা পুঙশেঙ শেঙবা (শুদ্ধ) চিন্ময় (চিং-ঙাক্তগী ওইবা) বস্তুনী, মদুনা ঐগী (মহাপ্রভুগী) স্থিতিতনী হায়বদি আস্থাতনী (থাজবদনী), সংসাবদগী লাম্থোক্লবগীদমক্তি ঐহাক (মহাপ্রভু) আস্থাসিতনা ওইনী হায়না লৈদে; মবমদি **মুকুন্দ-সেবায়**—শ্রীকৃষ্ণসেবাতনা জীবনা সংসার লাম্থোকপা ঙমগনী। (মসি চক্রবর্ত্তিপাদনা লৌবা মতকী ব্যাখ্যানী)। মসিগী তুংইন্না তৌবা অন্বয়—পবাত্মনিষ্ঠায় বেশ (স্থিতি) ধাবণমাত্র, মুকুন্দসেব ই সংসাব তাবণ হয।

**নত্রগা, বেশধারণ** প্রবেশ কবণ (চঙবা), থাযমগী মহাজনশিনা চংলম্বা লম্বীদা চঙবা; পবাত্মনিষ্ঠা অবলম্বন তৌবা (পাযবা)। মরমদি মদুনা সংসার লাম্থোকপা ঙাগনী, পরাত্মনিষ্ঠাসি করম তৌনা ওই-থোকহনগনী? মদুগী পাউথুম ওইনা হাযবি মুকুন্দসেবা-নচিংবা। (মসিনা শ্রীধরস্বামিপ্রাদনা য়াবা ব্যাখ্যানী। ব্যাখ্যা সিগী মতুং-ইনবা অন্বয়:—(পূর্ব্ব মহাজনদের অধ্যসিত) পবাত্মনিষ্ঠামাত্ররূপ (পন্থায়) বেশ (প্রবেশ) —ধারণ (করিয়া) মকুন্দসেবায় সংসাব তারণ হয়।

**নত্রগা বেশধারণ**—সন্ন্যাসবেশ তৌবা; সন্ন্যাস লৌবা। সন্ন্যাস হেক লৌবা মতুংদা "এতাং স আস্থায" ইত্যাদি শ্লোক উচ্চারণ তৌদুনা প্রভুনা "পবাত্মনিষ্ঠা মাত্র বেশ ধারণ নচিংবা বাক্যসি হায়খিবনী, মরমদুনা

প্রভুগী মতমচুগী অবস্থা অমসুং শ্লোকী ধর্মচু যেংলগা ব্যাখ্যা তৌরবদি পযারসিংগী অন্বয়মুখী ব্যাখ্যা অসুম্না ওইগনী:—বেশ ধারণ (সন্ন্যাসবেশ ধারণ, হায়রবদি সন্ন্যাস লৌবা) পরাত্মনিষ্ঠামাত্র (পরাত্মনিষ্ঠা তাকপদনী, মসি সংসারমুক্তি ওই হায়বা নত্তে), সংসার-তারণ (সংসার মুক্তি) হয মুকুন্দসেবায় (মুকুন্দসেবানা)।

## মূল ৯

সেই বেশ কৈল এবে বৃন্দাবন গিয়া।
কৃষ্ণনিষেবন করি নিভৃতে বসিয়া ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

সেই অদু, বেশ—স্থিতি, প্রবেশ (চঙবা), কৈল—তৌরি, এবে—হৌজিক, বৃন্দাবন—বৃন্দাবন-দা, গিয়া—চংদুনা; কৃষ্ণনিষেবন—কৃষ্ণসেবা, করি—তৌয় (তৌরগে), নিভৃতে—অচীকপদা, বসিয়া—ফমদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌজিক বৃন্দাবন্দা চংদুনা বেশ (পরাত্মনিষ্ঠাদা তৌবা প্রবেশ) অদু তৌযি, অচীকপদা ফমদুনা কৃষ্ণসেবা তৌরগে।

## নৈনরোল

**সেই বেশ কৈল**—নচিংবা—পরাত্মনিষ্ঠা অদুদা স্থিতিতমক তৌরে, হৌজিক্তি সংসার-মুক্তিগীদমক শ্রীবৃন্দাবন-দা চংদুনা তুমিন্না শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌরগে। (চক্রবর্ত্তীগী মত মতুংইনবা ব্যাখ্যানী)। নত্রগা, পূর্ব্বমহাজন-শিংনা চংলম্বা পরাত্মনিষ্ঠা হায়বা লম্বীদু ঐস্ন লৌরে, হৌজিক্রমক লম্বীদুদা ইরেনজনা লৈনবগীদমক অমসুং মদুনা সংসার মুক্তি ওইবা য়ানবা শ্রীবৃন্দাবন-দা চংলগা অচীকপদা শ্রীকৃষ্ণসেবা তৌরগে (স্বামিপাদগী মত তুংইনবা ব্যাখ্যানী)।

**বেশ**—অসিগী অর্থ সন্ন্যাস বেশ হায়না হন্নবদি পয়ারসিংগী অন্বয়মুখী ব্যাখ্যা অসুম্না ওইগনী:—(পরাত্মনিষ্ঠার পরিচাযকমাত্র যেই সন্ন্যাস-বেশ, আমি) সেই বেশ (গ্রহণ) করিলাম; এক্ষণে বৃন্দাবনে যাইয়া নিভৃতে (নির্জ্জনে-অচীকপদা) বসিয়া কৃষ্ণনিষেবন (শ্রীকৃষ্ণসেবা) করিব।

## মূল ১০

এত বলি চলে প্রভু প্রেমোন্মাদের চিহ্ন।
দিগ্ বিদিগ্ জ্ঞান নাহি—কিবা রাত্রিদিন ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়দুনা ; চলে—চৎলী ; প্রভু—শ্রীচৈতন্য প্রভু ; প্রেম-উন্মাদের—কৃষ্ণপ্রেমা ভাওবগী ; চিহ্ন—খুদম ; দিগ্ বিদিগ্ জ্ঞান—মায়কৈনৎপ-নত্তবব খঙবা ; নাহি—লৈত্রে ; কিবা—করিনা হায়বা ; রাত্রিদিন—অহিং নুংথিল ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়রগা প্রভুনা চৎলী ; প্রেমা ভাওবগী খুদম উংলম্মী চৎলিবা মায়কৈ কদোমদনো খঙলমদে ; অহিংরা নুংথিল্লা হায়বগী [illegible] খঙলমদে ।

### মৈতৈলোন

**এত বলি** —মমাঙগী ৮/৯ পয়ারদা হায়রিবা রাখিবিক্সি হায়বগা **প্রেমোন্মাদ**—কৃষ্ণপ্রেমা ভাওবা । বৃন্দাবন মায়কৈ পায়লিবনী হায়না চৎলম্বনী । প্রেমা কিক্কুলা চুহনা মায়কৈ শংলাই খঙলমদে । চৎলিবা মায়কৈছু চংকদবা বৃন্দাবনগী লম্বী-নংলী-নত্তে খঙনবা শক্তি প্রভুগী লৈরমদে । করি হায়নী, অযুক নুংথিল্লা অহিংলা হায়রা ফাওবা মফম খঙলমদে ।

## মূল ১১

নিত্যানন্দ আচার্য্যরত্ন মুকুন্দ—তিনজন ।
প্রভু পাছে পাছে তিনে করেন গমন ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ; আচার্য্যরত্ন—শ্রীচন্দ্রশেখর মুকুন্দ—মুকুন্দ ; তিনজন—মীঅহুম ; প্রভু পাছে পাছে—প্রভুগা লোয়ন লোয়ননা ; তিনে—অহুমা ; করেন—তৌরি ; গমন—চৎপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য অমসুং শ্রীমুকুন্দ—অহুম অসিনা প্রভুগা লোয়ন-লোয়ননা চৎলম্মী (হায়রিবা মী অহুমসি প্রভুনা সন্ন্যাস লৌবা মতমদা কাটোয়াদা লৈরম্মী)।

মূল ১২

যেই যেই প্রভু দেখে সেই সেই লোক।
প্রেমাবেশে "হরি" বোলে খণ্ডে দুঃখ শোক ॥ ১২ ॥

শব্দার্থ

যেই যেই—মহাক মহাক্তু ; প্রভু—প্রভুনা ; দেখে—য়েংঙ্গী ; সেই সেই লোক—মীশিং অদো ; প্রেমাবেশে—প্রেমদা লুপ্পনা ; হরি বোলে—হরি শোল্লী ; খণ্ডে—কোকয়ি ; দুঃখ—অৱাবা , শোক—কায়নবগী অরাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা যেংলু য়েংলুবা মী মীশিংদো প্রেমাবেশদা হরি শোল্লী, মখোয়গী অৱা-অনা পুম্নমক কোকয়ি।

মূল ১৩

গোপ বালক সব প্রভুকে দেখিয়া
'হরি হরি' বলি উঠে উচ্চ করিয়া ॥ ১৩ ॥

শব্দার্থ

গোপবালক—শজেন্নহা ; সব—পুম্নমক : প্রভুকে—প্রভুবু ; দেখিয়া-উত্না ; হরি হরি—হরি হরি ; বলি উঠে—হায়রক্খী ; উচ্চ করিয়া—রাংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শজেন্নহা পুম্নমক্না প্রভুবু উরগা খোঁঙ রাংনা হরি হরি হায়না শোল্লম্মী।

মূল ১৪-১৫

শুনি তা সভার নিকট গেলা গৌরহরি।
বোল বোল বোলে সভার শিরে হস্ত ধরি ॥ ১৪ ॥
তা সভারে স্তুতি করে—তোমরা ভাগ্যবান্।
কৃতার্থ করিলে মোরে শুনাঞা হরি নাম ॥ ১৫ ॥

শব্দার্থ

শুনি—মাকোঙনা তারগদুনা ; তা—মখোয ; সভার—লোইনমক্কী , নিকট—নাক্তা ; গেলা—চৎখি ; গৌরহরি—গৌরহরি প্রভু ; বোল বোল—শোল্লু শোল্লু ; বোলে—হায়ি ; সভার—লোইনমক্কী ; শিরে—কোক্তা ;

হস্ত—খুৎ ; ধরি—পায়তুনা ; তাঁ সভারে—মখোয় পুম্নমক ; স্তুতি করে—থাগৎখি ; তোমরা—নখোয় ; ভাগ্যবান—লাইবক্‌ফবনী ; কৃতার্থ—মহৈ য়ানা ; করিলে—ওইহল্লে ; মোরে—ঐহাক্‌পু ; শুনাঞা—নাকোংদা তাহন্দুনা ; হরিনাম—হরি-মিংলোন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শঙ্কেন্নহাশিংনা হরি শোন্‌বা) মনাকোংদা তারগা শ্রীগৌরহরি প্রভুনা মখোয় পুম্নমক্কী নাক্তা চংলম্মী। মকোক মকোক পায়বগা "শোন্নু শোন্নু" হায়রম্মী। মখোয় পুম্নমক থাগৎতুনা হায়রম্মী—নখোয় লাইবক-ফবনী ; ঐবুস্ন হরিনাম তাহন্দুনা মহৈ য়ানহল্লে।

## নৈনরোল

শঙ্কেন্নহাশিংগী কোক প্রভুনা পায়রম্বদি মখোয়দা কৃপা-শক্তি হাপ্‌-চল্লম্বনী।

## মূল ১৬

গুপ্তে তা সভারে আনি ঠাকুর নিত্যানন্দ।
শিখাইল সভাকারে করিয়া প্রবন্ধ ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

গুপ্তে—লোন্না ; তা সভারে—মখোয় পুম্নমক ; আনি—পুরক্লুনা ; ঠাকুর—প্রভু ; নিত্যানন্দ—নিতানন্দ ; শিখাইল—তম্বিখি ; সভাকারে—লোইনমক্তা ; করিয়া প্রবন্ধ—লৌশিং তৌদুনা, তাৎ তৌদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা ( শঙ্কেন্নহা ) পুম্নমক্কুব লোন্না কৌথোক্লুনা পুরক্লগা লৌশিং তৌদুনা মখোয় লোইনমক্তা তম্বিরম্মী।

## মূল ১৭

বৃন্দাবন-পথ প্রভু পুছেন তোমারে।
গঙ্গাতীর পথ তবে দেখাইহ তাঁরে ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

বৃন্দাবন পথ—শ্রীবৃন্দাবনগী লম্বী ; প্রভু—শ্রীমহাপ্রভুনা ; পুছেন—হংলবা , তোমাবে—নঙোন্দা ( নখোয়দা )ঃ গঙ্গাতীর্থ-পথ—গঙ্গা তোর্বানগী লম্বী ; তবে—অদুবু ওইরকপদি ; দেখাইল—উৎলু ; তাঁরে—মঙোন্দা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্নিত্যানন্দনা অঙাঙশিংদুদা হায়রম্বী—নখোয়দা প্রভুনা বৃন্দাবনগী লম্বী হংলবদি মঙোন্দা গঙ্গা তোর্বানগী লম্বীদু উৎলু ।

## মুল ১৮

তবে প্রভু পুছিলেন—শুন শিশুগণ ।

কহ দেখি কোন পথে যাব বৃন্দাবন ॥ ১৮ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুগী তুংদা ; প্রভু—প্রভুনা ; পুছিলেন—হংখি ; শুন—(নাকোঙনু) তাও , শিশুগণ হে অঙাঙশিং ; কহ—হায়য় , দেখি—য়েংগে , কোন—করম্বা ; পথে—লম্বীদা ; যাব—চৎকনী ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা হংলম্মী—হে অঙাঙশা, তাও ; করম্বা লম্বীদা বৃন্দাবন চৎকদগে হায়য় য়েংগেসে ।

## মুল ১৯

শিশুসব গঙ্গাতীর-পথ দেখাইল ।

সেই পথে আবেশে প্রভু গমন করিল ॥ ১৯ ॥

### শব্দার্থ

শিশুসব—অঙাঙ পুম্নমক্না ; গঙ্গাতীর পথ—গঙ্গা-তোর্বানগী লম্বী ; দেখাইল—উৎখি ; সেই-পথে—লম্বী অদুদা ; আবেশে—প্রেমদা লুপ্লনা ; প্রভু—প্রভুনা ; গমন করিল—চৎখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অঙাঙ পুম্নমক্না গঙ্গাতোর্বানগী লম্বী উৎলম্মী । লম্বী অদোমদা প্রেমাবেশদা লৈরম্বা প্রভুনা লেঙখি ।

**টৈনক্লবোল**

আবেশে—প্রেমাবেশদা ; মতুগী প্রভুদো বৃন্দাবন লেঙ্গনী হায়রবগী আবেশদা ( রাখলদা )।

**মুল ২০—২২**

আচার্য্যরত্নেরে কহে নিত্যানন্দগোসাঞি।
শীঘ্র যাহ তুমি অদ্বৈত-আচার্য্যের ঠাঞি ॥ ২০ ॥
প্রভু লৈয়া যাব আমি তাঁহার মন্দিরে।
সাবধানে রহে যেন নৌকা লঞা তীরে ॥ ২১ ॥
তবে নবদ্বীপে তুমি করহ গমন।
শচীসহ লঞা আইস সব ভক্তগণ ॥ ২২ ॥

**শব্দার্থ**

আচার্য্যরত্নেরে—চন্দ্রশেখর আচার্য্যদা ; কহে—হায় ; নিত্যানন্দ-গোসাঞি—শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা ; শীঘ্র—থুনা ; যাহ—চৎল্লো ; তুমি—নঙ ; অদ্বৈত-আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী ; ঠাঞি—মফমদা ; প্রভু—প্রভুবু ; লঞা—পুহনা ; যাব—চৎকে ; আমি—ঐ ; তাঁহার—মহাক্কী ( অদ্বৈতাচার্য্যগী ) ; মন্দিরে—য়ুমদা ; সাবধানে—চেকশন্না ; রহে যেন—লেগদৌবনীকো ; নৌকা—হি ; লঞা—পুরক্তুনা ; তীরে—(গঙ্গাগী) তোর্বান্দা ; তবে—অদুদগী ; নবদ্বীপে—নবদ্বীপলোমদা ; তুমি—নহাক ; করহ গমন—চৎলু ; শচীসহ—শচীমাতাগা লোয়ননা ; লঞা—পুহনা ; আইস—লাকউ ; সব—পুম্নমক ; ভক্তগণ—ভক্তশিং।

**মৌতুলোলা হন্দোকপা**

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্যদা হায়রগী—নহাক থুনা ( শান্তিপুরদা ) শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মফমদা চৎলো। মহাপ্রভুবু পুহনা ঐহাক অদ্বৈতাচার্য্যগী শঙ্গায়দা চৎকে। গঙ্গা-তোর্বান্দা হি পুহনা চেকশন্না লৈরম্মুকো। অদুদগী নবদ্বীপলোমদা নঙ চৎল্লুচো, অদুগা শচীমাতাগা লোয়নন্না ভক্তশিং পুম্নমকপু পুহনা লাকউ।

**মুল ২৩**

তাঁরে পাঠাইয়া নিত্যানন্দ মহাশয়।
মহাপ্রভুর আগে আসি দিলা পরিচয় ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

তাঁরে—মহাকপু ( চন্দ্রশেখর আচার্য্যবু ); পাঠাইয়া—থাগ্রগা ; নিত্যানন্দ মহাশয়—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ; মহাপ্রভুব—মহাপ্রভুগী মাঙদা ; আসি—লাক্লুনা ; দিলা—পীখি ; পরিচয়—শক্তাকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চন্দ্রশেখরবু থাগ্রগা শ্রী নিত্যানন্দনা মহাপ্রভুগী মাঙদা চঙশিল্লগা মহুক তাক্‌খি।

### মূল ২৪

প্রভু কহে—শ্রীপাদ ! তোমার কোথাকে গমন।
শ্রীপাদ কহে—তোমার সঙ্গে যাব বৃন্দাবন॥ ২৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা ; কহে—হায ; শ্রীপাদ—সম্মান উৎপা হাইনী, শ্রীনিত্যানন্দবুনী ; তোমার—নহাক্কী ; কোথাকে—কদায়দা ; গমন—চৎপা ; শ্রীপাদ—শ্রীপাদনা ; কহে—হায় ; তোমার সঙ্গে—নঙগা লোয়ননা ; যাব—চৎকে ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়—শ্রীপাদ, নহাক কদায়দা চৎলিবা ? অদুদা শ্রীপাদ-নিত্যানন্দনা খুম্মী—নঙগা ( মহাপ্রভুগা ) লোয়ননা বৃন্দাবন চৎকনী।

### মৈথমন্নোল

শ্রীপাদ—শ্রীপাদ শব্দগী অর্থদা কবিকর্ণপুরনা মাগী নাটক-তা অস্মুন্না ইখি। "শ্রিয়ং পাতীতি শ্রীপঃ কৃষ্ণস্তম্ আদদাতীতি—শ্রীপ+আদ—শ্রীগী পতি ( মপু ) শ্রীপ, কৃষ্ণ ; আ ( মপুঙকানা ) দান তৌবা মহাকপু আদ কৌযি। শ্রীপতি ওইবা কৃষ্ণবু মপুঙকানা পীনবিবা মহাক্তি শ্রীপাদনী॥ নাটক ৫।২১।"

### মূল ২৫

প্রভু কহে—কতদূরে আছে বৃন্দাবন।
তেঁহো কহেন—কর এই যমুনা দর্শন॥ ২৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা ; কহে—হায় ; কতদূরে—কয়া লাপ্পা ; আছে—লৈ , বৃন্দাবন—বৃন্দাবন ; তেঁহো—মহাক্কা ( নিত্যানন্দনা ) ; কহেন—হায়রম্মী ; কর—তৌ ; এই—অসি ; যমুনা দর্শন—যমুনা য়েংবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হংলম্মী - বৃন্দাবন-দু কয়া লাপ্লিবা ? মহুদা নিত্যানন্দনা খুম্‌খি—অতো লৈরে যমুনা, দর্শন তৌবিরো ।

### মূল ২৬

এত বলি তাঁরে নিল গঙ্গা সন্নিধানে ।

আবেশে প্রভুর হৈল গঙ্গায় যমুনা-জ্ঞানে ॥ ২৬ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; তাঁরে—মহাকপু ( মহাপ্রভুবু ) ; নিল—পুখি ; গঙ্গা—গঙ্গা ; সন্নিধানে—নাক্তা ; আবেশে—বৃন্দাবন চৎলিঙ্গ রবগী আবেশদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; হৈল—ওইখি ; গঙ্গায়—গঙ্গাবু ; যমুনা জ্ঞানে—যমুনানী হায়না খঙবা নত্রগা থন্‌বা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বা অসিথক হায়রগা নিত্যানন্দনা প্রভুবু গঙ্গা-নাক কান্না পুখি । আবেশদা লৈবা মরম্মা প্রভুদি গঙ্গাবু যমুনানী হায়না লৌখি ।

### মূল ২৭

অহো ভাগ্য—যমুনার পাইল দরশন ।

এত বলি যমুনারে করেন স্তবন ॥ ২৭ ॥

### শব্দার্থ

অহো ভাগ্য—লাইবক ফৈদা ; যমুনার—যমুনাগী ; পাইল—ফংলে ; দরশন—দর্শন ( উবা ) ; এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; যমুনারে—যমুনাবু করেন—তৌম্লি ; স্তবন—স্তুতি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়খি—"লাইবক করেদা। যমুনা "দর্শন কংলেক্লো!" হায়রগা যমুনা স্তব তৌবা হৌখি।

তথাহি চৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটকে (৫।১৩)—

**মূল ২৮**

চিদানন্দভানোঃ সদা নন্দসূনোঃ
পরপ্রেমপাত্রী দ্রবব্রহ্মগাত্রী।
অঘানাং লবিত্রী জগৎক্ষেমধাত্রী
পবিত্রীক্রিয়ান্নো বপুর্মিত্রপুত্রী ॥ ২৮ ॥

**শব্দার্থ**

চিদানন্দভানোঃ—নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মনা মাগী হকচাঙগী মঙাল (অঙ্গকান্তি) ওইরিবা অমুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী, সদা—মতম পুম্বদা; নন্দসূনোঃ নন্দগী মপাবিগী, পরপ্রেম-পাত্রী—পরমপ্রেমগী পাত্রী; দ্রবব্রহ্মগাত্রী—শোদোক্লবা ব্রহ্মনা মাগী হকচাঙ ওইবী; অঘানাং—পাপশিংগী; লবিত্রী—মাঙহন্‌বী; জগৎক্ষেমধাত্রী—জগৎকী মঙ্গল ওইহনবী; পবিত্রীক্রিয়াৎ—পবিত্র ওইহল্লু. নঃ—এখোয়গী, বপুঃ—হকচাঙবু. মিত্র—নুমিৎকী (সূর্য্যগী); পুত্রী—মচানুপী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মনা মাগী অঙ্গকান্তি (হকচাঙগী মঙাল) ওইবিবা নন্দগী মচানুপা শ্রীকৃষ্ণগী নিত্যপরমপ্রেমপাত্রী ওইবিবী; ঈশীঙ ওইনা শোদোক্লবা ব্রহ্মনা হকচাঙ ওইবিবী, পাপ পুম্নমক্পু মাঙহন্‌বী. (দর্শন তৌবদদা) পাপ মথং পুম্ববু মাঙহন্‌বী জগৎকী মঙ্গল ওইহন্‌বী. সূর্য্যগী মনোম্নোই ওইবী যমুনানা এখোয়গী হকচাঙসে পবিত্র ওইহনবিয়ু।

## নৈনরোল

**চিদানন্দভানোঃ**—চিৎ (চিৎকী ওইবা.) আনন্দ (নির্ব্বিশেষ আনন্দস্বরূপ ব্রহ্ম) ভানু [জ্যোতিঃ নত্রগা অঙ্গকান্তি (হকচাঙগী মঙাল)

মহাক্কী ওইবা] অতুগুম্বা মহাক্তি চিদানন্দভানিনী ; মহাক্কী চিদানন্দভানোঃ। চিন্ময় নির্ব্বিশেষ আনন্দদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মনী ; মহাক অতু শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গকান্তিনী।

নন্দসূনয়োঃ—নন্দগী মচাগী, শ্রীকৃষ্ণনী। মপাবুংঙোগী মিংদা পবিচয় পীবসিনা তাকৃপদি শ্রীকৃষ্ণগী বাৎসল্য-প্রেম য়ান্না লৈ হায়বা তাক্পনী অতুগা মতুনস্থু মহাক্কী প্রেমপাত্রী ওইবী যমুনাগী বাৎসল্য ভাবস্থু তাক্পনী।

পরপ্রেমপাত্রী—পরমপ্রেমগী ( অথোইবা প্রেমগী ) পাত্রী, যৌনা সুংশিবী (যমুনা)।

সদা- মতম পুম্বদা। শব্দসিনা তাকপদি যমুনাসে নিত্য কৃষ্ণ-প্রেয়সী-নী হায়বা তাক্পনী।

দ্রবব্রহ্মগাত্রী—শোদোক্লবা ব্রহ্মনা মহাক্কী হকচাঙ ওইরিবা অতুগুম্বী রমণীবু হায়বনী। যমুনাগী চিন্ময় ( প্রাকৃত-নত্তবা ) লাইজবু ব্রহ্মগী শোদোকপা ফীভম্নী খনুনা যমুনাবু দ্রবব্রহ্মগাত্রী হায়রিবনী ; ঐসিংনা যমুনাগী গাত্রনী ( হকচাঙনী )

অঘানাং লবিত্র—য়েংবদদা ( য়েংলবা মহাক্কী ) পাপ-পুম্বা ম.ঙহন্‌গী মহাক।

মিত্রপুত্রী—সূর্য্যগী ( নুমীৎকী ) মিং অমা মিত্র কৌয়ি। যমুনাসে সূর্য্যগী মমোয়্নী হায়না খঙনরিবনী ; মরমতুনা মহাকপু মিত্রপুত্রী হায়রিবনী। অসিগুম্বী যমুনানা ঐখোয়গী অনোৎপা দেহবু পবিত্র ওইহন্‌সনু —পবিত্রী-ক্রিয়াৎ।

## মূল ২৯

এত বলি নমস্করি কৈল গঙ্গাস্নান।
এক কৌপীন, নাহি দ্বিতীয় পরিধান ॥ ২৯ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসি ; বলি—হায়রগা : নমস্করি—খুরুমজুনা ; কৈল—তৌখি ; গঙ্গাস্নান—গঙ্গাজলদা ইরুজবা ; এক—অমা ; কৌপীন—লম্বোইবগী থাঙচেৎ ; নাহি—লৈতে ; দ্বিতীয়—অনীশুবা ; পরিধান—শেৎনবা ফি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্তবকী রাইহে খরসি থীরগা ( গঙ্গাবু ) খুরুমজুনা গঙ্গাস্নান তৌখি। প্রভুগী কৌপীন অমতনী, অনী শুরমদে।

## মূল ৩০—৩২

হেনকালে আচার্য্য গোসাঞি নৌকাতে চড়িয়া।
আইলা নূতন কৌপীন-বহির্ব্বাস লঞা ॥ ৩০ ॥
আগে আসি রহিলা আচার্য্য নমস্কার করি।
আচার্য্য দেখি বোলে প্রভু মনে সংশয় করি ॥ ৩১ ।
তুমিত অদ্বৈতগোসাঞি হেথা কেনে আইলা।
আমি বৃন্দাবনে, তুমি কেমতে জানিলা ॥ ৩২ ॥

## শব্দার্থ

হেনকালে—মতমসিরাইদা, আচার্য্য গোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভু; নৌকাতে—হিদা, চড়িয়া—তোংদুনা; আইলা—লাকখি, নূতন অনৌবা; কৌপীন—শেংনবা ফি, বহির্ব্বাস—কৌপীনগী মথক্তা শীজন্নবা ফি, লঞা—পুবক্তুনা; আগে- মাঙদা, আসি—লাক্তুনা; রহিলা—লৈখি; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যনা, নমস্কার করি—খুরুম্নগা; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যবু; দেখি—উবগা; বোলে—হাযখি, প্রভু—মহাপ্রভুনা, মনে—পুক্নীঙদা; সংশয়—চিংনবা; করি—তৌদুনা; তুমি-ত—নঙদি, অদ্বৈত গোসাঞি—অদ্বৈতাচার্য্য প্রভুনী; হেথা—মফমসিদা; কেনে—করিগীনো; আইলা—লাক্রিবা, আমি—ঐ; বৃন্দাবনে—বৃন্দাবন-দা (লৈ-হায়বা); কেমতে—করম্না, জানিলা—খঙলুবি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

মতমসিরাইদা (প্রভুনা স্নান তৌবগা তোর্ব্বান্দা কাখৎলক্পদা ঙ যবিঙৈদা) শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হি তোংলগা অনৌবা কৌপীন বহির্ব্বাস পুবক্লগা থুংলবে। প্রভুগী মাঙদা লাক্তুনা প্রভুবু খুরুম্নগা অদ্বৈতাচার্য্যনা লৈবম্মী। অদ্বৈতাচার্য্যবু উবগা প্রভুগী পুক্নীঙদা চিংনরক্লুনা প্রভুনা হায-রম্মী—নহাক্তি অদ্বৈতগোসাঞিনী, মফমসিদা করিগীনো? ঐহাক বৃন্দাবন-দা লাকুয়ি হায়বসি নঙ করম্না খঙলুরিবা?

## মূল ৩৩

আচার্য্য কহে তুমি যাহাঁ সেই বৃন্দাবন।
মোর ভাগ্যে গঙ্গাতীরে তোমার আগমন ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; তুমি—নঙনা ( প্রভুনা ) ; যাহাঁ—( লৈবা ) মফমদা ; সেই—মতুমক ; বৃন্দাবন—বৃন্দাবন-নী ; মোর—ঐগী ; ভাগ্যে—লাইবক্না ; গঙ্গাতীরে—গঙ্গাতোর্বান্দা ; তোমার—নহাক্কী ; আগমন—লাকপা ( ওই )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা খুম্মী—প্রভু নঙনা লৈবা মফমতুমক্তা বৃন্দাবন লৈবনী। ঐগী লাইবক ফবনা নহাক্না ( প্রভুনা ) গঙ্গাতোর্বান্দা লাক্পনী।

## নৈনরোল

**তুমি যাহাঁ সেই বৃন্দাবন**—শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মফমতুমক্তা শ্রীবৃন্দাবন লৈ হায়বসি শাস্ত্রনা য়াবা য়ানী। শ্রীকৃষ্ণগী আধার-শক্তিগী ( তুংফমগী শক্তিগী ) বিলাস ওইবা মরম্মাই ধাম নত্তনা মহাক্তি মফম অতোপ্পা অমদা লৈবা ঙমদে ; পৃথিবীনচিংবা মফমদি প্রাকৃত-নী হায়তুনা মফমতুদা ভগবান্না সাক্ষাৎ শোক্পদি য়াদে ; পৃথিবীনচিংবনা মহাকপু ধারণ তৌবা ( পুবা ) ঙমদে। প্রকটলীলাগী ( ফোংনা শান্নবগী ) মতমদা মহাক্না আবির্ভাব (ফোঙবা) তৌবা মফম থুদিংদা নত্রগা মহাক্না লেঙলু লেঙলুবা মফম মফম-তুদা তশেংনমক মাগী আধারশক্তিগী মশক ওইবা লম্মাই ধামতুগী আবেশ ওই হায়বনা মানা আবির্ভাব তৌবা নত্রগা চৎপা য়াবনী। হায়বদি মফম মফম অতুদা শ্রীবৃন্দাবনগীসু আবির্ভাব ( থোকপা, ফোঙবা ) ওই।

"তেষাং স্থানানাং নিত্যতল্লীলাস্পদত্বেন শ্রূয়মাণত্বাৎ তদাধারশক্তি-লক্ষণস্বরূপবিভূতিত্বমবগম্যতে। ***। অন্যেষাং প্রাকৃতত্বাৎ ন সাক্ষাত্তৎ-স্পর্শোঽপি সম্ভবতি ধারণশক্তিস্তু ন তরাম্। যত্র কচিদ্বা প্রকটলীলায়াং তদ্গমনাদিকং শ্রূয়তে, তদপি তেষামাধারশক্তিরূপাণাং স্থানানামাবেশাদেব মন্তব্যম্। শ্রীকৃষ্ণসন্দর্ভ ॥ ১৭৪ ॥ শ্রীমন্মহাপ্রভুদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণনী ; মরমতুনা প্রকটলীলাদা মহাক্না খোঙদাক্লবা মফমতুদা খোঙদাদ্রিবগী মমাংদা চিন্ময় বৃন্দাবনগী আবেশ হায়বদি আবির্ভাব ওই।

## মূল ৩৪

প্রভু কহে— নিত্যানন্দ মোরে বঞ্চিলা।
গঙ্গায় আনিয়া মোরে যমুনা কহিলা ॥ ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু— মহাপ্রভুনা ; কহে—হায় ; নিত্যানন্দ—শ্রীপাদনিত্যানন্দনা ; মোরে—এবু ; বঞ্চিলা—লৌনষিরে ; গঙ্গায়—গঙ্গাদা ; আনিয়া—পুরক্লগা ; মোরে— ঐঙোন্দা ; যমুনা— যমুনানী ; কহিলা—হায়জল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়রম্মী শ্রীনিত্যানন্দনা এবু লৌনষীরে। গঙ্গাদা পুরক্লগা ঐঙোন্দা যমুনানী হায়জনবীরে।

### নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী রা তাবদা প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান (মপাঙ্গোংবু খঙব) মপূঙফানা ওইরম্লে ; মহাক্কী আবেশ অদু লৈরম্লে। মতমদুদা মহাক গঙ্গা-তোর্বান্দা থুংলরে যমুনা-তোর্বান্দা নত্তে হায়বদু খঙবা ঙমখি। মরম-দুনা নিত্যানন্দগী মরাল শীদুনা চৈবা হৌগৎলম্মী।

### মূল ৩৫

আচার্য্য কহে মিথ্যা নহে শ্রীপাদবচন।

যমুনাতে স্নান তুমি করিলা এখন ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; মিথ্যা—ওইদবা ; নহে — নত্তে , শ্রীপাদবচন শ্রীনিত্যানন্দগী রা ; যমুনাতে—যমুনাদা ; স্নান-চাইথবা ; তুমি —নহাক ; করিলা—তৌরে ; এখন—হৌজিক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা খুম্লম্মী শ্রীপাদ নিত্যানন্দগী রাদু ওইদবা নত্তে, যমুনাদা নহাক হৌজিক স্নান তৌরম্মী।

### মূল ৩৬-৩৭

গঙ্গায় যমুনা বহে হঞা একধার।

পশ্চিমে যমুনা বহে পূর্ব্বে গঙ্গাধার ॥ ৩৬ ॥

পশ্চিমধারে যমুনা বহে তাহাঁ কৈলা স্নান।

আর্দ্র-কৌপীন ছাড়ি শুষ্ক কর পরিধান ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

গঙ্গায—গঙ্গাদা ; যমুনা—যমুনা ; বহে—চেল্লী ; হঞা—ওইদুনা ; একধাব—ইচেল-অমতা ; পশ্চিমে—নোংচুপ্তা ; যমুনা—যমুনা : বহে—চেল্লী . পূর্ব্বে—নোংপোক্তা ; গঙ্গাধার—গঙ্গাগী ঈচেল ; পশ্চিমধাবে—নোংচূপথংবা ঈচেন্দা ; যমুনা—যমুনা চেল্লী ; তাহাঁ—মফমদুদা ; কৈল—তৌবনী ; স্নান চাইপবা ; আর্দ্র—অচোৎপা ; কৌপীন—কৌপীন , ছাড়ি—থাদোক্তুনা ; শুষ্ক—অকঙবা , কর—তৌ ; পরিধান—শেৎপা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইচেল-অমতা ওইনা গঙ্গাদা যমুনা চেল্লী । নোংচুপথংবা মাইকৈদা যমনানা চেল্লী, নোংপোকথংবা মায়কৈদনা গঙ্গানা চেল্লী । নোংচূপথংবা ঈচেন্দা যমুনা চেল্লী, মতুদা নঙনা স্নান তৌবনী । অচোৎপা কৌপীন থাদোক্তুন অকংবা থোল্লো ।

## নৈনরোল

প্রযাগ-তা গঙ্গাগা যমুনাগা তিনৈ, মফমদুদা নোংচুপথংবা নাক্কন্দা যমনা অমুগা নোংপোকথংবা নাক্কন্দা গঙ্গানী , প্রযাগতগী তৌবগা গঙ্গাধবাগা যমুনাধাবাগা চেন্থবিদনী, মাকমসি খন্দুনা শ্রীঅদ্বৈতন ৩৬-৩৭ পযারদা য়াওবিবা মসি হাযবিবনী ।

### মূল ৩৮

প্রেমাবেশে তিনদিন আছ উপবাস ।

আজি মোব ঘবে ভিক্ষা, চল মোর বাস ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

প্রেম বেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; তিন-দিন—হুমৈং হুম্নী ; আছ—লৈকবে ; উপবাস—চবা হেণ্‌বা ; আজি—ঙসিদি , মোব—ঐগী , ঘবে—যুমদা ; ভিক্ষা—চাবা, সন্ন্যাসীনা চাববু ভিক্ষা কৌয়ি ; চল—চৎসি , মোব—ঐগী , বাস—যুমদা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু, নহাক প্রেমাবেশদা লৈবা মতম্মা হুমৈং হুম্নী চবা হেল্লক্তি । ঙসিদি ঐখোয়গী যুমদা ভিক্ষা ফংবা তারে, লেঙলসি ঐখোয়গী যুমদা ।

## মূল ৩৯

একমুষ্টি অন্ন মুঞি করিয়াছোঁ পাক।
শুকারুখা ব্যঞ্জন এক সূপ আর শাক ॥ ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

একমুষ্টি— খুবাম অমা : অন্ন—চাক ; মুঞি—ঐনা ; করিয়াছোঁ পাক—থোংঙে ; শুকা—অকংবা হাওতবা ; রুখা—ঘী-থাও-য়াওদবা ব্যঞ্জন-এন্‌ছাঙ ; এক—অমা ; সূপ—হরাই থোংবা ; আর—অতুগা ; শাক—শাক, মনামশীঙগী এন্‌ছাঙ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চেঙ খুবাম অমতংগী চাক্ ঐনা থোংলে। এন্‌ছাংনা ঘী-থাও-থাক্তবা হরাই অমগা শাকথোংবা অমগদনী।

## মূল ৪০

এত বলি নৌকায় চঢ়াই নিল নিজঘরে।
পাদ প্রক্ষালন কৈল আনন্দ অন্তর ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

এত বলি—অসিথক হায়ত্না ; নৌকায়—হিদা ; চঢ়াই—তোংহল্লগা ; নিল—পুখি ; নিজঘর—ময়ুমদা ; পাদ—খোঙ ; প্রক্ষালন—চাম্বা ; কৈল—তৌখি ; আনন্দ-অন্তর—পুক্নীঙ নুংঙাইবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মা অসিথক হায়রগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মহাপ্রভুবু হিদা তোংহল্লগা ময়ুমদা পুখি। পুক্নীঙ নুংঙাইনা খোঙ শেংদোকখি।

### নৈনরোল

পাদপ্রক্ষালন কৈল— মতাঙ অসি কনা কনাগুম্বনা হন্‌বদি অসিনী—শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা মহাপ্রভুগী খোঙ চামথোকপী : সন্ন্যাসীগী খোঙ চাম্বদি গৃহস্থগী ধর্ম্মনী ; মরমসিনা অদ্বৈতপ্রভুনা খোঙ চামগে হায়বদা মহাপ্রভুনা চামহন্‌খি।

অতোম্না অর্থ অমসু ওইকে যাইদ শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুদি মহাপ্রভুগী গুরু শ্রীঈশ্বরপুরীগী সতীর্থনী (গুরু ভাইনী), লৌকিক সম্পর্কসিগী মাদদি অদ্বৈতপ্রভুদি মহাপ্রভুগী গুরুগুম্বনী। শ্রীমন্‌মহাপ্রভু মহাক্না আচরণ তৌদুনা (চৎতুনা) জীবদা ধর্ম্মগী আচরণ তম্বিরমী ; মহাপ্রভুনা মাগী গুরুগুম্ব শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা মখোয়দা য়ারমগনী হায়না নীঙদে। পরিচ্ছেদসিগী মতুংদা মখা মরা কথেরগা উবা কংডা অমদি—প্রভুনা লুক হাবা লোইরগা অদ্বৈতাচার্য্যদা প্রভুগী খোঙ লোইদবে (পাদসংবাহন তৌগে) হায়রদা প্রভুনা হঙ্গোইরতুনা য়ারমদে ; য়ারমদবগী মরমদি অদ্বৈতপ্রভুহ মহাপ্রভুগীদি গুরুগুম্বনী। পরমানন্দ-পুরী-গোস্বামীসু ঈশ্বরপুরীগী সতীর্থনী হায়তুনা প্রভুনা (নীলাচলদা লৈবা মতমদা) পুরী গোস্বামীবু গুরুমকুম মাস্থ তৌখি। মহাপ্রভুদি মতম লৈবা বিবিক্তা দৈন্য (তোমবা) উৎতুনদা লৈরম্মী, অতুগুম্বা মহাক্না মখোয়গী অদ্বৈতপ্রভুনা হায়বদা য়ারমগনী হায়বসি থমবা য়াদে। পাদপ্রক্ষালন কৈল শব্দগী অর্থ—"অদ্বৈত প্রভুনা মসা অতোম্না থাজনুনা মহাপ্রভুগী খোঙ হামহল্লী" নত্রগা "প্রভু মহামক্না পূর্ণাঙ মুংডাইনা খোঙ হামজখি" হায়বা অর্থসু ওইবা য়াই।

মূল ৪১

প্রথমেই পাক করিয়াছেন আচার্য্যাণী।
বিষ্ণু সমর্পণ কৈল আচার্য্য আপনি। ৪১॥

শব্দার্থ

প্রথমেই—অহানবমক্তদা ; পাক করিয়াছেন—লুক হৌরি ; আচার্য্যাণী—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী নুপী সীতা ঠাকুরাণী ; বিষ্ণুসমর্পণ—শ্রীবিষ্ণুদা কৎপা ; কৈল—তৌখি ; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্য ; আপনি—মহামক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবমক্তদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী গৃহিণী শ্রীসীতাঠাকুরাণীনা লুক হৌরে। অতুদগী শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য মহামক্না শ্রীবিষ্ণুদা লুক কৎখি ;

মূলশ্লোক—৪৩

তিন ঠাঁই ভোগ বাঢ়াইল সম করি।
কৃষ্ণের ভোগ বাঢ়াইল ধাতুপাত্রোপরি॥ ৪২॥
বত্রিশা-আঠিয়া-কলার আঙ্গটিয়া পাতে।
দুই ঠাঁই ভোগ বাঢ়াইল ভালমতে॥ ৪৩॥

## শব্দার্থ

তিন— অহুম ; ঠাঁই—মফমদা , ভোগ—লূক ; বাঢ়াইল—লাম্বোক্লম্মী ; সম—মান্নবা ; করি—তৌদুনা ; ( সম করি—মান্নর্না ) ; কৃষ্ণের ভোগ— শ্রীকৃষ্ণদা কৎনবা লূক ; বাঢ়াইল—লাম্বোক্লম্মী ; ধাতু-পাত্র-উপরি— কোন্‌গী পাত্রদা ; বত্রিশা— কুম্ব্‌ শীথোই , আঁঠিয়া-কলার—মরু যাওবা লফোইগী ( লফু পাম্বীগী ) ; আঙ্গটিয়া-পাতে—লাতোন্দা ; দুই ঠাঁই— মফম অনীদা , ভোগ— লূক ; বাঢ়াইল—লাম্বোক্লম্মী ; ভালমতে—ফজনা নীঙথিনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মফম অহুমদা ভোগ চপ মান্ননা শেমজুনা পুথোবক্লি। শ্রীকৃষ্ণদা কৎনবা লূক অহুনা কোন্‌গী পাত্রদা হাপ্লম্মী। লফোই লফাং ৩২ পানবা লফু চংবীগী লাতোন্দা ভোগ ফজনা হাপুনা মফম অনীদা থম্মী।

## নেনরোল

বত্রিশা-আঁঠিয়া-কলা—লফাঙ ( কাঁদি ) ৩২-গী লৌউ আঁঠিয়া কলা পাম্বীদ পানবা। লফূসিংগী লা-দি যান্না চাউযি। আঁঠিয়া-কলা— মরূ-পানবা লফোই চংবী লফু), দুই-ঠাঁই—শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী মফম অনীদা। শ্রীকৃষ্ণগী ভোগ (লূক) অহুনা ধাতুগী (কোনগী) পাত্রদা। ( পৃথম তেঙ্গোৎনচিংবদা ) অর্থগী শ্রীমন্মহাপ্রভু অমসুং শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী ভোগ অহুনা লফূগী লাদা শেম্লম্মী ; মখোয়নীদি সন্ন্যাসী ওইবনা ধাতুপাত্র শীজিন্নদে।

## মূল ৪৪

মধ্যে পীতঘৃতসিক্ত শাল্যন্নের স্তূপ।<br>
চারিদিকে ব্যঞ্জন ডোঙ্গা আর মুদগ সূপ ॥ ৪৪ ॥

## শব্দার্থ

মধ্যে ( চালূকী ) মথায়দা ; পীত—নাপু মচুগী , ঘৃতসিক্ত—ঘীনা চোৎলবা ; শাল্যন্নের—শালি চেঙনা থোংবা চাক্কী ; স্তূপ— লূক , চারিদিকে —মায়কৈ মরিদা ; ব্যঞ্জন ডোঙ্গা—এনশাংগী দোনা ; আর—অহুগা ; মুদগ সূপ— হরাই মৃগ থোংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চালূক-লাগী ময়াযদা নাপুমচুগী যীনা চোংলবা শালি-চেঙগী চাক্কী শূরুম্, মাযকৈ মবিদা এনশাংগী ডোনা, অন্থুগা হয়াই মূগ থোংবা ( থম্মী )।

মূল ৪৫-৪৬

বাস্তুক শাক-পাক বিবিধপ্রকার।
পটোল কুষ্মাণ্ডবড়ী মানকচু আর ॥ ৪৫ ॥
চই-মরীচ স্থক্তা দিয়া সব ফলমূলে।
অমৃতনিন্দক পঞ্চবিধ তিক্ত ঝালে ॥ ৪৬ ॥

শব্দার্থ

বাস্তুক-শাক—শাক মথল অমা ( বাথুয়া শাক ) নত্রগা য়ুমদা হৌবা শাক, পাক্—থোংবা ; বিবিধপ্রকার—মথল মথা ; পটোল—পটোল, কুষ্মাণ্ড মাইরেল ( গী ), বড়ী—বোড়া ; মানকচু—হাওপান্ ; আর—অতুগা, চই—উরী ( লতা ) মথল অমা, চাক্কদা মোরোকুম শাবা জাৎ, মরীচ— মরোক (মফমসিদা গোল মরিচ) ; স্থক্তা—অথাক্সা মথেল (স্থক্তানি), দিয়া—হাপ্পুনা ; সব—পুম্নমক ; ফল মূলে—লাফোই অশংবনচিংবা উহৈ অদুগা মূল, আলুনচিংবা লৈমুংগী পোৎ ; অমৃতনিন্দক—অমৃতবু হেনবা, পঞ্চবিধ— মথল মঙাগী ; তিক্ত—অথাবা ; ঝালে—মরোক শাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হাননবা থোংলম্বা ইনশাং মশীঙ পাম্লী, মতুদি—বাস্তুকশাক্কী মথল মথেল মযাম, পটোল, মাইরেলগী বড়া, অতুগা হাওপান্ থোংবা, উহৈ অমস্থুং লৈমূঙগী পোৎ হাপ্পুনা থোংবা চই-লতাগী অমস্থুং গোলমরিচগী স্থক্তানি। অমৃতদগী হেন্না হাওবা অথাবা মথেল মঙা অমস্থুং মোরোক-শাবা মথেল মঙা।

টৈকাচোল

বাস্তুক-শাক—বাথুয়া-শাক। বিবিধপ্রকার—বাথুয়া শাক্কী মথেল কয়ামুক থোক্না থোংবা য়েনশাঙ। নত্রগা, বাস্তুক-শাক—বাস্তুগা (য়ুমগা) মরী লৈনবা শাক হায়বদি য়ুমদা হৌরা শাক। অদ্বৈতপ্রভুগী য়ুমদা হৌবস্বা

শাক মখল ময়ামতুগী ব্যঞ্জন (রেন্‌শাঙ) খোকপী। চইমরিচ—চই হায়বসি মঙা ( উরী ) মখল অমনী, চাবুদা মেহেক্কম শাক। মরিচ-গোলমরিচ ( ঙঙ্কমোরোকসি )। "চই-মরিচ"গী মহুত্তা "রাইমরিচ" হায়বা পাঠান্তর লৈ। রাই—হঙ্গাম মখল অমা। সুক্তা—নালিতা পাতা (অনানবা লীহীং) নত্রগা হেলঞ্চপাতা ( ঈলীঙ-কোন্সোল )-শিচিংবা অথাবগা লোয়নবা ব্যঞ্জন মখল অমনী। দিয়া [illegible] [illegible]—[illegible] [illegible]চিংবা উহৈ, মূলাগা লোয়ননা। কাঁচাকলা ( লফোই অশংবা ), মূলা, আলুনচিংবগা লোয়ননা চই, গোলমরিচনচিংবা থাক্তুনা নালিতা নত্রগা হেলঞ্চশিং মনা নত্রগা অতোপ্পা অথাবা পোৎকা লোয়ননা সুক্তা ব্যঞ্জন থোংঙী। অন্বয়—ফল মূল দিয়া চই-মরিচের সুক্তা। অতৈ লাইরীক থরদা "সুক্তা"গী মহুত্তা "শূক্তা" পাঠ লৈ। শূক্তাগী অর্থদি আচার হায়বনী। "কন্দমূলফলাদীনি সস্নেহলবণানিচ। যদ্দ্দ ব্যেহভস্যুয়স্তে তচ্ছুক্তমভিধীয়তে।। কন্দ, মূল, ফল ( উহৈ )-মথোয়-শিগা লোয়ননা থাও থুম থাক্তুনা থোকপা পোৎ অদুবু শূক্ত হায়বদি আচার কৌয়ি। শব্দকল্পদ্রুম।" চই ( হায়বদি হঙ্গাম মরু ) অমসুং মরিচ ( রেনশাং মোরোক )-কা লোয়নবা মখল মথাগী ফলমূলগী আচারসি চইমরিচ-নচিংবা পয়ারার্দ্ধগী অর্থনী।

মূল ৪৭

কোমল নিম্বপত্র-সহ ভাজা বার্তাকী।

পটোল ফুলবড়ী ভাজা কুষ্মাণ্ড মানচাকী ।। ৪৭ ।।

শব্দার্থ

কোমল—অথোইবা; নিম্বপত্র—নিম মনাশা; সহ—লোয়ননা; ভাজা—থাওদা তাউবা নত্রগা তৌবা; বার্তাকী—খামেন; পটোল—পটোল; ফুলবড়ী—[illegible] শারা বোড়ী; ভাজা—থাওদা তৌবা নত্রগা তাউবা; কুষ্মাণ্ড—মাইরেল; মানচাকী—কোইরেক কোইরোক কেয়না ককপা হাওপান মকক্।

[illegible] হিদোকপা

অথোইবা নিম মনাশা লোয়ননা তাউবা নত্রগা তৌবা খামেন কংডৌ, পটোল ভাজা, শগোল-[illegible] বোড়ী ভাজা, মাইরেল ভাজা অমসুং কোইরোক-[illegible] [illegible] হাওপান-মকক্।

## মূল ৪৮

নারিকেলশস্য ছানা শর্করা মধুর ।

মোচাঘণ্ট দুগ্ধ কুষ্মাণ্ড সকল প্রচুর ॥ ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

নারিকেলশস্য—য়ুবী মতোঙ, য়ুবী ; ছানা—শঙ্গোমদগী তান্‌বা মপণ্ড জাৎ অমা ; শর্করা—চিনি ; মধুর—অথুম্বা, অহাওবা ; মোচাঘণ্ট—লফুথবোনা থোংবা ঘণ্ট ; দুগ্ধকুষ্মাণ্ড—শঙ্গোমগা থোংবা মাইরেল ; সকল—পুম্নমক ; প্রচুর—মরাঙকায়বা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়ুবী, ছানা, চিনি অহাওবা, লফুথবোগী ঘণ্ট, শঙ্গোমগা থোংবা মাই-রেল—লোইনমক মরাং-কায়না হাপ্লম্মী ।

## মূল ৪৯

মধুরাম্ল বড়াম্লাদি অম্ল পাঁচ ছয় ।

সকল ব্যঞ্জন কৈল লোকে যত হয় ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

মধুর-অম্ল ( মধুরাম্ল )—অথুম্বা অম্বল , বড়া-অম্লাদি—বোড়াগী অম্বল-নচিংবা ; অম্ল—অম্বল ; পাঁচ ছয়—মঙাতরুক্কী , সকল—পুম্নমক ; ব্যঞ্জন—য়েনঝাং ; কৈল—তৌরম্মী ; লোকে—মী ময়ামগীদা ; যত হয়—লইবা থিবিক ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অম্বোল অথুম্বা, বোড়াগী অম্বোলনচিংবা অম্বোল মঙা তরুক । মী ময়াম্না তৌনবা মথেল পুম্নমক্কী ব্যঞ্জন তৌরম্মী ।

## মূল ৫০

মুদ্গবড়া কলাবড়া মাষবড়া মিষ্ট ।

ক্ষীরপুলী নারিকেল যত পিঠা ইষ্ট ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

মুদ্গবড়া—হৱাই মুগ-কী বোড়া ; কলাবড়া—লফোইগী বোড়া ;

মাষবড়া—শগোলহরাইগী বোড়া ; মিষ্ট—অথুম্বা ; ক্ষীর—শঙ্গোম, শঙ্গোম অনঙবা (মৈতৈনা ক্ষীরসা হায়বছু) ; পুলী—পিঠা মখল অমা ; ক্ষীরপুলী—ক্ষীর য়োম্বা পিঠা ; নারিকেল—যুবী ; যত পিঠা—পিঠা মখল খিবিক ; ইষ্ট—অপাম্বা, অহাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথেল অতৈ থারম্লি—হরাই মুগ্‌কী বোড়া, লফোইগী বোড়া, শগোল-হরাইগী বোড়া, অথুম্বা, ক্ষীরপুলী, যুবীনচিংবগী অহাওবা পিঠা কয়া।

মূল ৫১

বত্রিশা আঁঠিয়া-কলার ডোঙ্গা বড় বড়।
চলে হালে নাহি ডোঙ্গা-অতি বড় দৃঢ় ॥ ৫১ ॥

শব্দার্থ

বত্রিশা-আঁঠিয়া-কলার—লফুচংবীগী মকানা শাবা ; ডোঙ্গা—ডুংগা ; বড় বড়—অচৌ-অচৌবা ; চলে হালে নাহি—লেঙদে, ডোঙ্গা—ডুংগা ; অতি—য়াম্না য়াম্না ; বড়—চাওবা ; দৃঢ়—কনবা ( এই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লফু চংবীগী মকানা শাবা ডুংগা অচৌ-অচৌবা। য়াম্না কনবনা অমসুং চাওবনা করিমত্তা লেঙদে।

মূল ৫২

পঞ্চাশ পঞ্চাশ ডোঙ্গা ব্যঞ্জনে পুরিয়া।
তিন ভোগের আশে পাশে রাখিল ধরিয়া ॥ ৫২ ॥

শব্দার্থ

পঞ্চাশ পঞ্চাশ—য়াঙখৈ য়াঙখৈ ; ডোঙ্গা—ডুংগা ; ব্যঞ্জনে—য়েনঝাংনা ; পূরিয়া—থলহন্দুনা ; তিন—অহুম ; ভোগের—লুকী ; আশে পাশে—নাকন্দা ; রাখিল—থনম্মী ; ধরিয়া—হাপ্তুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ডুংগা য়াঙখৈ য়াঙখৈ য়েনঝাংনা থল্লা হাপ্লগা লুক অহুমগী নাক্তা থনম্মী।

মূল ৫৩-৫৪

দুই পাশে ধরিল সব মৃৎকুণ্ডিকা ভরি।
চাঁপাকলা দধি সন্দেশ—কহিতে না পারি ॥ ৫৩ ॥
সঘৃত পায়স নব-মৃৎকুণ্ডিকা ভরি।
তিনপাত্রে ঘনাবর্তদুগ্ধ দিলা ধরি ॥ ৫৪ ॥

শব্দার্থ

দুই পাশে—নাক্কল অনীদা; ধরিল—থম্লম্মী; সব—লোইনমক; মৃৎকুণ্ডিকা—লৈপাক্কী পাত্র; ভরি—থন্না; চাঁপাকলা—লফোই মখল অমা; দধি—শঙ্গোম অফম্বা; সন্দেশ—সন্দেশ; কহিতে—হায়বা; না পারি—ঙমদ্রে; সঘৃত—ঘী-থাক্পা; পায়স—শঙ্গোম ক্ষীর; নব—অহনবা; মৃৎকুণ্ডিকা—লৈপাক্কী ফু; ভরি—থন্না; তিন—অহুম; পাত্রে—পোৎহাপ্ ফমদা; ঘনাবর্ত—নঙনা ঙৌবা; দুগ্ধ—শঙ্গোম; দিলা ধরি—থিল্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাক্কল অনীদা লৈপাক্কী ফু পুঙথন্ থন্না চাঁপাকলা, দধি অমসুং সন্দেশ হাপ্লম্মী; হাপ্লিবা পোৎশিংদু লোইনমক হায়বা ঙমদ্রে। চফু অহনবদা ঘী-থাক্পা শঙ্গোম ক্ষীর থন্না হাপ্পী, পাত্র অহুমদা নঙনা কৃঙনা ঙৌরবা শঙ্গোমসু থিল্লম্মী।

মূল ৫৫

দুগ্ধচিড়া কলা আর দুগ্ধলকলকি।
যতেক করিল তাহা কহিতে না শকি ॥ ৫৫ ॥

শব্দার্থ

দুগ্ধ—শঙ্গোম; চিড়া—চেঙপাক; কলা—লফোই; আর অদুগা; দুগ্ধ লকলকি—শঙ্গোম্না শাবা পিঠা জাৎ অমা; যতেক—কয়াক; করিল—তৌরম্মী; তাহা—মদু; কহিতে—হায়বা; না শকি—ঙমদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শঙ্গোম চেঙপাক্, লফোই অদুগা শঙ্গোমগী পিঠানচিংবা তৌরম্বা কয়াদো ঐ হায়বা ঙমদে।

মূল ৫৬

অম্লব্যঞ্জন উপরে দিল তুলসী মঞ্জরী।
তিন জলপাত্রে সুবাসিত জল ভরি ॥ ৫৬ ॥

### শব্দার্থ

অন্ন—চাক ; ব্যঞ্জন—য়েনশাঙ ; উপরে—মথক্তা ; দিল—হাপ্লে ; তুলসী মঞ্জরী—তুলসীমঞ্জরী ; তিন—অহুম ; জলপাত্রে—ফান-খুজাইদা ; সুবাসিত—মনম মুংশিবা ; জল—লাইজ ; ভরি—থল্লা হাপ্লগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাক্-য়েনশাং মথক্তা তুলসী-মঞ্জরী হাপ্লম্মী। ফান-খুজাই অহুমদা লাইজ থল্লা হাপ্লম্মী।

### মূল ৫৭

তিন শুভ্র পীঠ—তার উপরে বসন।

এইরূপে সাক্ষাৎ কৃষ্ণে করাইলা ভোজন ॥ ৫৭ ॥

### শব্দার্থ

তিন—অহুম ; শুভ্র—অঙৌবা মচুগী ; পীঠ—ফান্ ; তার—মতুগী ; উপরে—মথক্তা ; বসন—ফি ; এইরূপে—মতৌ অসুম্না ; সাক্ষাৎ—শংশংনা ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; করাইলা—তৌহন্খি ; ভোজন—চাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফান্ অঙৌবা মচুগী অহুম্মী, অতুগী মথক্তা ফি কৃপ্লম্মী। মতৌ অসুম্না সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণদা হাহন্খি ( চানহনবা কংখি )।

### মূল ৫৮

আরতি-কালে দুই প্রভু বোলাইল।

প্রভু সঙ্গে সভে আসি আরতি দেখিল ॥ ৫৮ ॥

### শব্দার্থ

আরতি কালে—আরতিগী মতমদা ; দুই—অনী ; প্রভু—মহাপ্রভু ; অমসুং নিত্যানন্দ ; বোলাইল—কৌশল্লম্মী ; প্রভু সঙ্গে—প্রভুগা লোয়ননা ; সভে—লোইনমক ; আসি—লাকুনা ; আরতি—আরতি ; দেখিল—য়েংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আরতিগী মতমদা প্রভু অনীবু কৌশল্লম্মী। প্রভুগা লোয়ননা পুম্নমক চংলকুনা আরতি দর্শন তৌখি।

## মূল ৫৯

আরতি করিয়া কৃষ্ণে করাইলা শয়ন ।
আচার্য্য গোসাঞি আসি প্রভুরে কৈল নিবেদন ॥ ৫৯ ॥

### শব্দার্থ

আরতি করিয়া—আরতি তৌরগা ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণবু ; করাইলা—তৌহল্লে ; শয়ন—চেপ্পা ; আচার্য্যগোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য আসি—লাকুনা ; প্রভুরে—মহাপ্রভুদা ; কৈল—তৌখি ; নিবেদন—বা হঙ্গৎপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আরতি তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু শয়ন তৌহল্লে । অদুদগী শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা লেংলকুনা মহাপ্রভুদা হঙ্গৎখি ।

## মূল ৬০

গৃহের ভিতরে প্রভু করুন গমন ।
দুই ভাই আইলা তবে করিতে ভোজন ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

গৃহের—য়ুমগী ; ভিতরে—মনুংদা ; প্রভু—হে প্রভু ; করুন গমন—লেংশল্লু ; দুই ভাই—মচীন্মনাও অনী (শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ) ; আইলা—লেংশল্লকখি ; তবে—অদুদগী ; করিতে ভোজন—চানবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"হে প্রভু ! ইমুংদা লেংশিন্বিরো ।" অদুদগী শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ মচিন্মনাও অনীনা প্রসাদ ফংনবা লেংশন্খি ।

## মূল ৬১

মুকুন্দ-হরিদাস দুই প্রভু বোলাইলা ।
জোড় হাতে দুইজন কহিতে লাগিলা ॥ ৬১ ॥

### শব্দার্থ

মুকুন্দ-হরিদাস—মুকুন্দ অমসুং হরিদাস ; দুই—অনীবু ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; বোলাইলা—কৌশল্লম্মী ; জোড়হাতে—খুৎ লোম্নদুনা ; দুই-জন—মী অনীদুনা ; কহিতে—হায়জবা ; লাগিলা—হৌখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মুকুন্দ অমসুং হরিদাস অনীবু কৌশল্লম্মী। মখোয়নীনা থুং লোন্নরগা হঙ্গৎলম্মী।

## মূল ৬২

মুকুন্দ কহে মোর কিছু কৃত্য নাহি সরে।
পাছে মুঞি প্রসাদ পামু তুমি যাহ ঘরে ॥ ৬২ ॥

## শব্দার্থ

মুকুন্দ—মুকুন্দনা ; কহে—হায় : মোর—ঐগী : কিছু—করিমতা : কৃত্য—নিত্যকৃত্য ( নিত্তি তৌফম থোকপা পূজা ) ; নাহি সরে—তৌদ্রি : পাছে—তুংদা : মঞি—ঐতাক ; প্রসাদ—প্রসাদ ( লাইদা কৎপা লূক ) . পামু—ফংগে ; তুমি—নহাক ( প্রভু ) : যাহ—চৎলো ; ঘরে—ইমুংদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুকুন্দনা হায়রম্মী—ঐ নিত্তিগী তৌবা পূজা তৌফদ্রি। ঐ তুংদা প্রসাদ ফংজগে। প্রভু ইমুংদা ( প্রসাদ ফংননবা ) লেঙশল্লো।

## মূল ৬৩

হরিদাস কহে—মুঞি পাপিষ্ঠ অধম।
বাহিরে একমুষ্টি পাছে করিমু ভোজন ॥ ৬৩ ॥

## শব্দার্থ

হরিদাস—বড় হরিদাস ঠাকুর ; কহে—হায় ; মঞি—ঐদি ; পাপিষ্ঠ—পাপীনা ; অধম—অতোনবা ; বাহিরে—মপান্দা : একমুষ্টি—মুট অমা, খুবাম অমা : পাছে—কোন্না ; করিমু—তৌগে : ভোজন—চাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীল হরিদাস ঠাকুরনা হায়রম্মী—ঐদি অতোনবা পাপীনী ; মাপান্দা কোন্না খুবাম অমত্তং চাজগে।

## তৈনরোল

মুসলমানগী ইমুংদা পোকপনী হায়তুনা দৈন্য তৌতুনা শ্রীমন্ হরিদাসনা মছাবু 'অধম পাপিষ্ঠ'-নী হায়না পরিচয় পীরগা ইমুংদা চঙতুনা চাবা য়াওরোই হায়রম্লিবনী।

## মূল ৬৪

দুই প্রভু লঞা আচার্য্য গেলা ভিতর ঘর।
প্রসাদ দেখিয়া প্রভুর আনন্দ অন্তর ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

দুই—অনী ; প্রভু—প্রভু ; (দুই-প্রভু—শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ) ; লঞা—পুশন্দুনা ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ; গেলা—চঙখি ; ভিতর—মনুংগী ; ঘর—য়ুমদা, কাদা ; প্রসাদ দেখিয়া—প্রসাদ উরগা ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; আনন্দ অন্তর—পুক্নীঙ নুংঙাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু অনীবু অদ্বৈতাচার্য্যনা ইমুংদা পুশন্দুনা চঙখি ; প্রসাদ উবদা প্রভুগী পুক্নীঙ হরাওরম্মী।

### তাৎপর্য্য

**আনন্দ অন্তর**—প্রভুগী পুক্নীঙ নুংঙাইরম্বগী মরমদি শ্রীকৃষ্ণগী ভোগ অদু মথেন মকোয় য়াম্না ফজনা কৎপা অদুনী, অহাওবা চাবু ফংগদৌরে হায়বগী নত্তে।

## মূল ৬৫

ঐছে অন্ন যে কৃষ্ণেরে করায় ভোজন।
জন্মে জন্মে ধরোঁ তাহার চরণ ॥ ৬৫ ॥

### শব্দার্থ

ঐছে—অসিগুম্বা ; অন্ন—চাক্কি ; যে—মহাক্না ; কৃষ্ণেরে—কৃষ্ণদা ; করায় ভোজন—পীজে ; জন্মে জন্মে—মপোক থুদিংদা ; শিরে—কোক্তা ; ধরোঁ—থম্গে ; তাহার—মহাক্কী ; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—অসিগুম্বা অন্নবু শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা মী মাগী খোঙ অদু মপোক থুদিংদা ইকোক্তা থম্গে।

## মূল ৬৬

প্রভু জানে তিন ভোগ কৃষ্ণের নৈবেদ্য।
আচার্য্যের মনঃকথা নহে প্রভুর বেদ্য ॥ ৬৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভু ; জানে—খঙই ; তিন ভোগ—লূক অহুম ; কৃষ্ণের নৈবেদ্য—কৃষ্ণদা কৎনবনী ; আচার্য্যের—অদ্বৈতাচার্য্যগী ; মনঃকথা —পুক্নীংগী ৱা ; নহে—নত্তে ; প্রভু—প্রভুগী ; বেদ্য—খঙননবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা খঙবনা লূক অহুমসি কৃষ্ণদা কৎপনী হায়রবসিনী। অদ্বৈতাচার্য্যগী মপুক্নীংগী ৱাদি প্রভুনা খঙলম্লদে।

## নৈনরোল

**আচার্য্যের মনঃকথা**-নচিংবা—আচার্য্যনা মবুক্তা লোংলম্বা ৱাত্তুদি প্রভুনা খঙলমদে। আচার্য্যনা ধাতুপাত্রদা হাপ্পা নৈবেদ্যহূভা শ্রীকৃষ্ণদা নিবেদন (কৎপা) তৌরম্বনী। লাদা হাপ্পা চারুক অনীত্তুদি কৃষ্ণদা কৎত্রিবনী। মহাপ্রভুদি শ্রীকৃষ্ণনী অতুগা শ্রীনিত্যানন্দনা ময়াম্বুং শ্রীবলদেবনী। শ্রীকৃষ্ণদা কৎপা ভোগ অতু মহাপ্রভুদা কৎলগদি প্রভুদা প্রভুগী লূক্থাক্ পীজবনী, মত্তুদি চুমদে। অদুগা শ্রীনিত্যানন্দদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদ পীজরবস্তু মনাংগী লূক্থাক্ ময়াম্বদা পীজবা কৌয়ি। মতুস্তু চুমদে। মসুন্না খন্দুনা শ্রীঅদ্বৈতনা ভোগ অনীত্তুদি কত্তবমখৈ থনম্বনী। ৱাখল ময়ামসি আচার্য্যগী মনঃকথানী।

## মূল ৬৭

প্রভু কহে বৈস তিনে করিয়ে ভোজন।
আচার্য্য কহে আমি করিব পরিবেশন ॥ ৬৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা ; কহে—হায় ; বৈস—ফম্মু ; তিনে—অহুম ; করিয়ে—তৌসি ; ভোজন—চাবা ; আচার্য্য কহে—আচার্য্যনা হায় ; আমি—ঐ ; করিব—তৌগে ; পরিবেশন—য়েন্বা, হাপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ফম্লো ঐখোয় অহুম চারসি। মত্তুদা আচার্য্যনা খুম্লম্মী—ঐদি অরাং-অপা হাপ্লোক হাপ্চিন্ তৌগে।

### মূল ৬৮

কোন স্থানে বসিব—আর আন দুই পাত।

অল্প করি আনি, তাহে দেহ ব্যঞ্জন ভাত ॥ ৬৮ ॥

#### শব্দার্থ

কোন—করম্বা ; স্থানে—মফমদা ; বসিব—ফমগনী ; আর—অতুগা ; আন—পুরকউ ; দুই—অনী ; পাত—লা ; অল্প—খজিক . করি—তৌদুনা ; আনি—পুবরুগা ; তাহে—মতুদা ; দেহ—পীয়ু ; ব্যঞ্জন—য়েন্‌শাঙ ; ভাত —চাক্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—কদায়দা ফম্‌গনী ? লা অনীমগা পুরকউ। মতুদা চাক্ য়েন্‌শাঙচু খজিক খজিক পুরকুনা হায়ু।

### মূল ৬৯

আচার্য্য কহে—বৈস দোঁহে পীড়ির উপরে।

এত বলি হাতে ধরি বসাইল দোঁহারে ॥ ৬৯ ॥

#### শব্দার্থ

আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যনা ; কহে—হায় : বৈস—ফম্মো : দোঁহে—অনীনা ; পীড়ির—ফানগী : উপরে—মথক্তা ; এত—অসিখক ; বলি—হায়দুনা ; হাতে—খুত্তা ; ধরি—পায়দুনা ; বসাইল—ফম্‌হল্লে ; দোঁহারে —অনীবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হায়—"অনীনা ফান্দা ফম্বিরো"! অসি হায়দুনা খুৎ পায়দুনা ( চিংশিল্লগা ) ( প্রভু ) অনীবু ফম্‌হল্লম্মী।

### মূল ৭০

প্রভু কহে সন্ন্যাসীর ভক্ষ্য নহে উপকরণ।

ইহা খাইলে কৈছে হয় ইন্দ্রিয় বারণ ॥ ৭০ ॥

#### শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা ; কহে—হায় : সন্ন্যাসীর—সন্ন্যাসীগী ; ভক্ষ্য— চাননবা ; নহে—নত্তে ; উপকরণ—য়েন্‌খাং মথেল ; ইহা—অসি ; খাইলে —চারগা ; কৈছে—করম্না ; হয়—ওইগনী ; ইন্দ্রিয়—ইন্দ্রি ; বারণ— খুদুম চন্‌বা, থিংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুন হায়রম্মী—য়েনছাঙ্ক মথেল ময়াম্মসি সন্ন্যাসীনা চাগদবা নত্তে। মসি চাববদি কবম্না ইন্দ্রিয় খুদুম চনগনী।

## মূল ৭১

আচার্য্য কহেন ছাড তুমি আপনার চুরি।
আমি সব জানি তোমার সন্ন্যাসের ভারিভুরি॥ ৭১ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য অদ্বৈতাচার্য্যন, কহেন—হায, ছাড—থাদোকউ, তুমি—নহ, আপনার—নহাগী, চুরি—অরোংপা, আমি—ঐ, সব লোযনা, জানি—খঙই, তোমার—নঙগী, সন্ন্যাসের—সন্ন্যাসগী, ভারিভুরি চালাকী, মনুংগী বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐ অদ্বৈতাচার্য্যনা খুম্নম্মী—নহাক্কী য়ারোংপত্থু তৌবগন্থু। নঙগী সন্ন্যাসগী চালাকী দু এ লোইনা খঙই।

### নৈনরোল

সংসারদগী মক্তি ফংনবা হায়দুনা অকায-অতোয হাংদেকমথৈ সাধন-ভজন তৌনা যাম্নবা মাহিক জীবনা সন্ন্যাস লৌনরনী, মাযাগী মবুংগো স্বয় ভগবানগীদি সংসার-বন্ধন লেপতে, সংসারদগী মক্তি ফংনবগীদমকসু সাধন ভজন তৌনবগী তৌদে, সন্ন্যাস লৌবগী কান্ন সু লৈতে। মহাপ্রভুদি স্বযং ভগবান নী সন্ন্যাস লৌবগী কন্নবসু লৈতে, ইন্দ্রিয় খুদুম চনবগী বাসু মাগীদি লৈতে, মবমদি, মহাক্তি মাযাগী মবুংগো আত্মারাম-নী। মাবু নিন্দা তৌবা মী শবরু লানবিগে হায়বগীদমক মহাক্না সন্ন্যাসগী বেশ থোননি, মসি মানী নীল হাযদুনী মী খ্বাইনা সন্ন্যাস লৌবিবা তত্ত্বশ্বা সন্ন্যাসতু মাগী সন্ন্যাস অসি নত্তে, মাদি সন্ন্যাসগী বেশভুদা লৌবনী। মবম-সিনা মহ বপু কপট (তৌশন্নবা) সন্ন্যাসীনীসু হায়, মবমদি মহাক্কী সন্ন্যাসদি তৌশন্নবনী মহাবু লোৎনবগী তাংনবনী—মাযাধীশ (মাযাগী মবুংগো) ভগবান ওইদুনা সাধন-ভজন তৌনবিবসি মহাকপু ত্তম্নবিবনী হায়দুনীনা, ময়ামগী মমাঙদা সাধন-ভজন-পাম্বা সন্ন্যাসীনী হাযনা তাংতৌ তৌবতনী। শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা মহু পুম্নমক খঙবনীনা হাযরম্লিবনী—"আমি জানি সব"—নচিংবা রাইহেনিংসে।

## মূল ৭২

ভোজন করহ ছাড় বচন চাতুরী ;
প্রভু কহে—এত অন্ন খাইতে না পারি ॥ ৭২ ॥

### শব্দার্থ

ভোজন করহ—লূক হারো ; ছাড়—থাদ্দোক্লো, তোক্লো ; বচন-চাতুরী—রাঙাঙ-তাং ; প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এত—অসূক ; অন্ন—চাক ; খাইতে—চাবা ; না পারি—ঙমদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লূক হাবো ; রাঙাঙ-তাংতো তোক্লো । প্রভুনা হায়—অসূক যম্মা চাক ঐদি চাবা ঙম্মোই ।

## মূল ৭৩

আচার্য্য বোলে অকপটে করহ আহার
যদি খাইতে নার পাতে রহিবেক আর । ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য- অদ্বৈতাচার্যনা ; বোলে—হায় ; অকপটে – তাং তোক্নুনা, পূক শেংনা ; করহ –তৌ ; আহার—চাবা ; যদি—বদি , খাইতে—চাবা , নার –ঙম্মনু ; পাতে—লাদা ; রহিবেক—লেম্জহৌগনী ; আর—অতৈদে

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্যানা হায়বম্মী—তাং তোক্নুনা হাবো । হাবা ঙমদ্রগা অবেমদে। লাদা লৈজহৌগনী ।

## মূল ৭৪

প্রভু কহে এত অন্ন নারিব খাইতে ।
সন্ন্যাসীর ধর্ম্ম নহে উচ্ছিষ্ট রাখিতে ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; এত অন্ন—চাক অসূক য়াম্মা ; নারিব—ঙম্মোই ; খাইতে—চাবা ; সন্ন্যাসীর ধর্ম্ম—সন্ন্যাসীগী ধর্ম্ম ; নহে—নত্তে , উচ্ছিষ্ট—অরেম অখাক ; রাখিতে—থম্বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়রম্বী—অসুক য়াম্বা চাক ঐখি চাবা ওম্মোই। চাক লেমহনবস্থ সন্ন্যাসীগী ধর্ম্ম নত্তে।

## মূল ৭৫

**আচার্য্য কহে নীলাচলে খাও চৌয়ান্নবার।**
**এক একবারে অন্ন খাও শত শত ভার ॥ ৭৫ ॥**

### শব্দার্থ

আচার্য্য কহে—অদ্বৈতাচার্য্যনা হায়; নীলাচলে—নীলাচলদা, শ্রীক্ষেত্রদা (শ্রীজগন্নাথ ওইনা); খাও—চায়; চৌয়ান্নবার—য়াঙ্খেমরিরক; এক একবারে—অমুক-মুক্তা; অন্ন—চাক; খাও—চায়; শত শত—চামা চামা; ভার—তুলা কুন নত্রগা পল ২০০০।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হায়রম্মী—নীলাচলদদি য়াঙ্খেমরিরক হন্না হাবহুদি। অমুক-মুক হাবদা চাক ভার চামা চামা হাবদায়।

### মৈনরোল

**নীলাচলে**—শ্রীক্ষেত্রদা। অয়ুক-সুংদাংগী মনুঙদা শ্রীজগন্নাথদেবদা ভোগ য়াঙ্খেমরিরক কংলী। ভোগ অমুক কৎপদা ভার চাম চামগী চাক কংলী; মরমঙ্কুনা শ্রীমন মহাপ্রভুদি শ্রীজগন্নাথগা অমত্তনী হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মূল পয়ার ৭৫/৭৬-কী য়াসি হায়রিবনী।

## মূল ৭৬

**তিনজনের ভক্ষ্যপিণ্ড তোমার একগ্রাস।**
**ইহার লেখায় এই অন্ন নহে পঞ্চগ্রাস ॥ ৭৬ ॥**

### শব্দার্থ

তিনজনের—মী অহুমগী; ভক্ষ্যপিণ্ড—চানবা মপৈ; তোমার—নঙগী; এক—অমা; গ্রাস—চথোম; তার—মহুগী; লেখায়—হিসাবতা; এই অন্ন—(লৈরিবা) চাকসিদি; নহে—ওইদে; পঞ্চগ্রাস—চথোম মঙা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী অহুমগী চানবা মপৈন্না নঙগীদি চখোম অমতনী। মতুগী চাংদা পাম্বগদি লৈরিবা চাকসিদি চখোম মঙা ওইরোই।

তৈসমবোল

পাঞ্চগ্রাস—চাবা হেক হৌগৎপদা ব্রাহ্মণগী পীকৃতক পীকৃতকপা চখোম মঙা চাবা অতুনী।

## মূল ৭৭

মোর ভাগ্যে মোর ঘরে তোমার আগমন।
ছাড় চাতুরী প্রভু করহ ভোজন ॥ ৭৭ ॥

## শব্দার্থ

মোর ভাগ্যে—ঐগী লাইবক্ক; মোর ঐগী; ঘরে—য়ুমদা; তোমার নঙগী; আগমন—লাকপা; ছাড—থাদোক্লু. চাতুরী—তাং, প্রভু হে প্রভু; করহ—তৌরো; ভোজন—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐগী লাইবক্কা ঐগী যুমদা প্রভুনা লেংঙা কৃপনী। তাং-নুং থাদোক্তুনা হে প্রভু লুক হারো।

## মূল ৭৮

এত বলি জল দিল দুই গোসাঞির হাথে।
হাসিয়া লাগিলা দোঁহে ভোজন করিতে ॥ ৭৮ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিখক; বলি—হায়দুনা; জল—ঈশিঙ; দিল—থারম্মী; দুই গোসাঞির প্রভু অনীগী; হাথে—খুৎতা; হাসিয়া—নোক্তুনা; লাগিলা—হৌখি; দোঁহে—অনীনা; ভোজন করিতে—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্যনা মা অসিখক হায়রগা প্রভু অনীগী খুত্তা ঈশিঙ থারম্মী। প্রভু অনীনা নোক্তুনা লুক হাবা হৌগৎখি।

## মূল ৭৯

নিত্যানন্দ কহে কৈল তিন উপবাস।
আজি পারণা করিতে ছিল বড় আশ ॥ ৭৯ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দ– শ্রীনিত্যানন্দনা ; কহে—হায় ; কৈল—তৌরে ; তিন —অহুম ; উপবাস—চারা হেন্‌বা ; আজি—ঙসি ; পারণা—ব্রত লোই-রগা চাবা ; করিতে—তৌগে হায়না ; ছিল—লৈরম্মী ; বড়—অচৌবা ; আশ - আশা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা ( পরিহাস তৌগে হায়দুনা ) হায়রম্মী—চরা অহুম হেল্লক্ল্লবনী ; ঙসিদি পারণা তৌগে হায়না আশা চাউনা তৌরিবনী।

## মূল ৮০

আজি উপবাস হৈল আচার্য্য-নিমন্ত্রণে।
অর্দ্ধপেট না ভরিবে এই গ্রাসেক অন্নে ॥ ৮০ ॥

## শব্দার্থ

আজি—ঙসি ; উপবাস—চরা হেন্‌বা ; হৈল—ওইরে ; আচার্য্য-নিমন্ত্রণে—অদ্বৈতাচার্য্যনা বার্ক্তোন তৌবনা ; অর্দ্ধ—তংখাই ; পেট—পুক ; না ভরিবে—থল্লরোই ; এই—অসি ; গ্রাসেক—চখোম অমথক্কী ; অন্নে - চাক্না।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঙসিদি আচার্য্যগী বার্ক্তোন্না উপবাস ওইবা ওরে, মরম্মদি চাক চখোম্মক অসিনা পুক তংখাই অমা ফাওবা থল্লরোই।

## নৈনরোল

মসিদা হায়রিবা রাসিস্তু শ্রীনিত্যানন্দগী পরিহাস ( নোক্মি হায়বা ) তৌবগী রাহৈনী।

## মূল ৮১-৮২

আচার্য্য কহে তুমি হও তৈর্থিক সন্ন্যাসী ।
কভু ফলমূল খাও কভু উপবাসী ॥ ৮১ ॥
দরিদ্র-ব্রাহ্মণ-ঘরে যে পাইলে মুষ্ট্যেক অন্ন ।
ইহাতে সন্তোষ হও ছাড় লোভমন ॥ ৮২ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যনা ; কহে—হায় ; তুমি—নঙদি (নিত্যানন্দদি) , হও—ওই , তৈর্থিক—তীর্থ-কোয়চৎ-চৎপা ; সন্ন্যাসী—লম্বোইবা ; কভু—করিগুম্বদা ; ফলমূল—উহৈ অমসুং মরু ; খাও—চায় ; কভু—করিগুম্বদা , উপবাসী চরা হেল্লী ; দরিদ্র—লাইরবা ; ব্রাহ্মণ-ঘরে—ব্রাহ্মণগী যুমদা ; যে—মতু ; পাইলে—ফংলে ; মুষ্টি-এক—খুবাম অং , অন্ন—চাক , ইহাতে—মসিনা ; সন্তোষ হও—পেন্‌বা ওইবো ; ছাড়—থাদোক্লো ; লোভমন—করাম চাউবগী পূকচেন্দো ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যম্ভু (নোক্কনবা হায়রুনা ) খুল্লম্বী নঙদি (নিত্যানন্দদি) তীর্থ-কোযচৎ-চৎপা লম্বোইবনী , করিগুম্বদা ফল-মূল চায, করিগুম্বদা উপবাসী ওইবনী । লাইরবা ব্রহ্মাণ ঐগী যুমদা চাক খুবাম অমা ফংলিবসিনা পেনবিযু, করামচাউবা পূকচেন্দু থাদোক্লো ।

## মূল ৮৩

নিত্যানন্দ কহে যবে কৈলা নিমন্ত্রণ ।
তত দিতে চাহ যত করিয়ে ভোজন ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা ; কহে—হায় ; যবে—মতমতুদা ; কৈলা—তৌরে ;নিমন্ত্রণ—বার্তোন ; তত—অতুকথক ; দিতে—পীবা , চাহ—পাম্মী ; যত—অতুক ; করিয়ে ভোজন—চাগে (চাগদৌবদে।) ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা খুল্লম্বী—বার্তোন তৌরবোইদি চাগে হায়বামথৈ পীজনীঙগদবনী ।

### মূল ৮৪:

শুনি নিত্যানন্দ-কথা ঠাকুর অদ্বৈত।
কহিলেন তারে কিছু পাইয়া পিরীত ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোওনা তাড়ুনা; নিত্যানন্দ-কথা—নিত্যানন্দনা হায়রম্বা রা; ঠাকুর—প্রভু, অদ্বৈত—অদ্বৈতনা; কহিলেন—হায়রম্মী; তারে—মহাক্কোন্দা (নিত্যানন্দদা); কিছু—খরদং; পাইয়া—পোক্লুনা; পিরীত—নুংশিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী ঋাহ্ন শ্রীঅদ্বৈতঠাকুরনা তারগা খিত্তং নুংশিরক্লুনা হায়রম্মী।

### মূল ৮৫-৮৭

ভ্রষ্ট অবধূত তুমি উদর ভরিতে।
সন্ন্যাস করিয়াছ বুঝি ব্রাহ্মণ দণ্ডিতে ॥ ৮৫ ॥
তুমি খাইতে পার দশ-বিশ চাউলের অন্ন।
আমি তাহা কাহাঁ পাব দরিদ্র-ব্রাহ্মণ ॥ ৮৬ ॥
যে পাঞাছ মুষ্ট্যেক অন্ন তাহা খাঞা উঠ।
পাগলাই না করহ না ছড়াইহ ঝুট ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

ভ্রষ্ট—লৈখাতৈরবা, শাক্তং চুমদবা, অবধূত—মকোক ওইবা মথলগী ল্হোইবা; তুমি—নঙ; উদর—পূক; ভরিতে—থন্নবা; সন্ন্যাস করিয়াছ—সন্ন্যোইরিবরা; বুঝি—খঙডৌ; ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণবু; দণ্ডিতে—দণ্ডি পীনে হায়তুনা; তুমি—নঙদি; খাইতে পার—চাবা ঙম্মী; দশ—তরা; বিশ—পোং ওনবগী চাং মখল (মণ মন্তা); চাউলের—চেংগী; অন্ন—চাক; আমি—ঐদি; তাহা—মহু; কাহাঁ—কদায়দা, ফংগনী; দরিদ্র ব্রাহ্মণ—লাইরবা ব্রাহ্মণ, যে পাঞাছ—অফঙবহু; মুষ্ট্যেক—খুবাম অমা; অন্ন—চাক; তাহা—মহু; খাঞা—চারগা; উঠ—হৌগৎলো; পাগলাই—ঙাওশন্নবা; না করহ—তৌগনু; না ছড়াইহ—লংখাইগনু; ঝুট—লুথাক।

মৈত্রেয়ন্দা হুন্দোকপা

নভ নপূক থম্লবগীদমক লৈখা-তাবা অবধূত-সন্ন্যাসী ওইবনী। ব্রাহ্মণবু দণ্ডি তৌগে হায়দুনা লম্বোইরিরোয়ে। বিশ্ব-তরাগী চেংনা থোংবা চাক্ চাবা ভস্মী নভদি, মুচুক যাম্বদি লাইরবা ব্রাহ্মণ ঐনা বদংহদগী ফংগদগে? চাক থুবাম অমথক ফংলিবসে অতু চারগা হৌগংলো। হান্নবগনু, লূকথাক লংহুনা চাইবাইরকনু।

## নৈন্নরোল

**অবধূত**—সন্ন্যাস-আশ্রমগী (শব্দকল্পদ্রুম)। অবধূত মথল মরিনী; মথল মরিগী মকোক ওইরিবা অবধূতবু পরমহংস কৌয়ি, পরমহংস-অবধূতদি স্ত্রীগা সঙ্গ তৌদে; পরিগ্রহ (লৌবা, লুহোংবা) তৌদে, বিধি (তৌহৈবা) নিষেধ (তৌহৈদবা) নাইদে, মখাগী জাতিগী চিহ্ন থাদে, মহাভক্তি মতম পুম্বদা সঙ্কল্প (তৌগে হায়রুবা লেপ্পা) লৈতবনী, কবিমত্তা তৌদবনী, আত্মাগী ভাবতা পেন্থোকপনী, শোক-মোহ লৈতবনী, ময়ুম লিংদে, অখাড-কল্প। সঙ্গ তৌদে, মীওইবদে। "হংসে না কুর্য্যাৎ স্ত্রীসঙ্গং ন বিধত্তে পরিগ্রহম। প্রারব্ধকর্মন বিহরেৎ নিষেধবিধিবর্জ্জিতঃ। ত্যজেৎ স্বজাতিচিহ্নানি কর্ম্মাণি গৃহমেধিনাম্। তুরীয়ো বিচরেৎ ক্ষৌণীং নিঃসঙ্কল্পো নিরুত্তমঃ। সদাত্মভাবসন্তুষ্টঃ শোকমোহবিবর্জ্জিতঃ নিরুপদ্রবঃ॥ নাপেক্ষং ভক্ষ্যপেয়ানাং ন তস্য ধ্যানধারণা। মুক্তো বিমুক্তো নির্দ্বন্দ্বো হংসাচারপরো যতিঃ॥ ইতি শব্দকল্পদ্রুমধৃত মহানির্ব্বাণতন্ত্রবচনম্॥" অবধূত পরমহংস শ্রীনিত্যানন্দ বিধিনিষেধ, ধ্যান ধারণা স্বজাতিচিহ্ন-নচিংবা থাংদবনী ত।যহুনা শ্রীঅদ্বৈতনা পরিহাস (নোকবা) তৌহুনা মহাপ্রভু ভ্রষ্ট অবধূত হায়রম্লিননী।

**দশবিশ**—সের কুন্না শলী অম্মা, শলী তরানা বিশ অমা ওই। মরম-দুনা সের চনীনা হায়বদি মণ মঙানা বিশ অমা ওই, অসিহম্বা বিশ তরাগী চেঙনা হায়বদি মণ যাম্থোগী চেঙগী চাক নভদি চাবা ভস্মী। শ্রীনিত্যানন্দবু হলদেবনী হায়হুনা শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা রা আঁসি হায়বিননী।

**ঝুট**—লূকথাক। "না ছুডাইহ ঝুট—লূকথাক্ লংহুনা চাইথোকন্ন" হায়রবা বাক্যসিনা শ্রীঅদ্বৈতনা লূকথাক চাইরকবা শ্রীনিত্যানন্দদা ইঙ্গিত তৌরম্বনী হায়না কনাগুম্বনা হায়।

## মূল ৮৮-৯১

এইমত হাস্য রসে করেন ভোজন।
অর্দ্ধ অর্দ্ধ খাঞা প্রভু ছাড়েন ব্যঞ্জন ॥ ৮৮ ॥
সেই ব্যঞ্জনে আচার্য্য পুন করেন পূরণ।
এইমত পুনঃ পুনঃ পরিবেশে ব্যঞ্জন ॥ ৮৯ ॥
দোনা ব্যঞ্জনে ভরি করেন প্রার্থন।
প্রভু কহেন আর কত করিব ভোজন ॥ ৯০ ॥
আচার্য্য কহে যা দিয়াছি তাহা না ছাড়িবা।
এখন যে দিয়ে তার অর্দ্ধেক খাইবা ॥ ৯১ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; হাস্যরসে—নোকমিন্নহুনা ; করেন—তৌরি ; ভোজন—চাবা ; অর্দ্ধ অর্দ্ধ—তংখাই তংখাই ; খাঞা—চারগা ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; ছাড়েন—থাদোকয়ি ; ব্যঞ্জন—এনশাঙ ; সেই ব্যঞ্জনে—এনশাঙ অদুদা ; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্য ; পুন—হন্না ; করেন-পূরণ—থলহল্লী ; এইমত—মতৌ অসুম্না ; পুনঃপুন—হন্না হন্না ; পরিবেশে—হাপ্পী ; ব্যঞ্জন—এনশাঙ ; দোনা—দোনা, ব্যঞ্জনে—এনশাঙনা ; ভরি—থলহল্লগা ; করেন-প্রার্থন (অমূক হন্না হাননবা) হঙলী ; প্রভু কহেন—প্রভুনা হায় ; আর কত—অমূক কয়া ; করিব ভোজন—চাগনী ; যে দিয়াছি—হাপ্লিবহু, তাহা—অদু ; না ছাড়িবা—থাদোকপা য়াদে ; এখন—হৌজিক ; যে দিয়া—পীবিবসি, তার—অদুগী ; অর্দ্ধেক—তংখাই ; খাইবা—চাবিয়ু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না নোক্‌মিন্নহুনা প্রভুনা হায়রম্মী, এনশাঙ হাপ্লম্বহু প্রভুনা তংখাই তংখাই হারগা থনম্মী, মন্না (লৈহৌরিবা এনশাঙ তংখাইহুদা) অদ্বৈতাচার্য্যনা অমূক হাপ্লম্মী। মতৌ অসুম্না হনজন হনজন এনশাঙ হাপ্লম্মী। দোনাহু এনশাঙ থন্না হাপ্লগা হাবিয়ু হায়না হঙলম্মী। (অদুদা) প্রভুনা হায়রম্মী, অমূক কয়া চাগনী ? আচার্য্যনা হায়রম্মী—হাপ্লিবহুদি হন্দোক পীবা য়াদে। হৌজিক হাপ্লিবহুগী তংখাইদি চাগদবনী।

## মূল ৯২

নানা যত্ন-দৈন্যে প্রভুরে করাইলা ভোজন।

আচার্য্যের ইচ্ছা প্রভু করিল পূরণ ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

নানা—মথল মথাগী ; যত্ন দৈন্যে—যোত্নোনগা দৈন্যগা লোয়ননা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; করাইলা ভোজন—হাহল্লী ; আচার্য্যের—অদ্বৈতা-চার্য্যগী ; ইচ্ছা—নীঙবত্থ ; প্রভু—প্রভুনা ; করিল পূরণ—থুংহনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াম্না যোত্নোন তৌহুনা অমসুং য়াম্না নোম্না প্রভুবু লুক হাহনখি। অদ্বৈতাচার্য্যনা নীঙবত্থ প্রভুনা থুংহনখি ( হায়বদি আচার্য্যগী নীঙবা থুংনা প্রভুসু হাখি )।

## মূল ৯৩

নিত্যানন্দ কহে—মোর পেট না ভরিল।

লঞা যাহ তোর অন্ন কিছু না খাইল ॥ ৯৩ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা ; কহে—হায় ; মোর—ঐগী ; পেট—পুক ; না ভরিল—থল্লে ; লঞা—পুহুনা ; যাহ—পুখ্রো ; তোর—নঙগী ; অন্ন—চাবা ; কিছু—করিমত্তা ; না খাইল—চাব্রবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী—ঐগী পুক থল্লে। পুহুনা চংখ্রো নঙগী চাক্সি, ঐ করিমত্তা চাব্রবনী।

### টীকা

মসিদা হায়রিবা ঋাসি শ্রীনিত্যানন্দগী পরিহাস-উক্তিনি।

## মূল ৯৪

এত বলি একগ্রাস ভাত হাতে লঞা।

উঝালি ফেলিল আগে যেন ক্রুদ্ধ হঞা ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক্কু ; বলি—হায়দুনা ; একগ্রাস—চখোম অমা ; ভাত—চাক ; হাতে—খুৎনা ; লঞা—লৌরগা ; উঝালি—চৈখায়দুনা ; ফেলিল—লংথোকয়ি ; আগে—মাঙদা ; যেন—গুম্না ; ক্রুদ্ধ—শাউবা ; হঞা—ওইদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমি হায়রগা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা চাক চখোম অমা খুৎনা প্যায়রগা শাউবগী মতৌগুম্না মাঙদা চৈখায়দুনা লংলম্মি

## মূল ৯৫

ভাত দুই চারি লাগিল আচার্য্যের অঙ্গে।
ভাত অঙ্গে লঞা আচার্য্য নাচে বড় রঙ্গে ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

ভাত—চাক ; দুই-চারি—( মরা ) অনী-অহুম ; লাগিল—পক্লম্মী ; আচার্য্যের—অদ্বৈতাচার্য্যগী ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; ভাত—চাক ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; লঞা—লৌরগা ; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যনা ; নাচে—জগোই শাই ; বড়—য়াম্না ; রঙ্গে—হরাওনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী হকচাঙদা চাক মরা অনী-অহুম চোকত্তুনা পক্লম্মী। হকচাঙদা চাক পক্লা পক্লা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা য়াম্না হরাওনা জগোই শারম্মী।

## মূল ৯৬

অবধূতের ঝুটা মোর লাগিল অঙ্গে।
পরম পবিত্র মোরে কৈল এই ঢঙ্গে ॥ ৯৬ ॥

### শব্দার্থ

অবধূতের—অবধূতগী ; ঝুটা—লৃকথাক ; মোর—ঐগী ; লাগিল—চোংলে ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; পরম পবিত্র—পূত্তশেঙ শেঙবা ; মোরে—ঐবু ; কৈল—ওইহল্লে ; এই ঢঙ্গে—অসুম্না তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হায়রম্মী—অবধূতগী লূকখাক্ ঐগী হকচাঙদা চোংলে। অমুম্না তৌশন্নহুনা ঐবু পরম পবিত্র ওইহন্বিরে।

## মূল ৯৭-৯৮

তোরে নিমন্ত্রণ করি পাইনু তার ফল।
তোর জাতি কুল নাহি সহজে পাগল।। ৯৭ ।।
আপন-সমান মোরে করিবার তরে
ঝুটা দিলে বিপ্র বলি ভয় না করিলে।। ৯৮ ।।

### শব্দার্থ

তোরে—নঙবু; নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন; করি—তৌবগা; পাইনু—ফংলে; তার—মহুগী; ফল—মহৈ; তোর—নঙগী; জাতি—জাতি; কুল—শাগৈ; নাহি—লৈতে; সহজে—মহৌশানা, পাগল—ডাওবনী; আপন-সমান—নছাগা মান্নবা; মোরে—ঐবু; করিবার—ওইহন্নবগী; তরে—দমক; ঝুটা—লূকখাক্; দিলে—পীরে; বিপ্র—ব্রাহ্মণ্নী; বলি হায়হুনা; ভয়—কিবা; না করিলে—তৌদ্রে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রম্মী)—নঙবু বার্ত্তোন তৌহুনা মহুগী মহৈ ফংলে। নঙগীদি শাগৈ-জাং লৈতে, মহৌশানা ডাওবনী ঐবু নঙগা মান্নহল্লগে হায়হুনা ঐঙোন্দা লূকখাক্ চোংহল্লিবনী। ঐসি ব্রাহ্মণ্নী হায়হুনা কিদ্রেনে?

### লৈনক্রোল

**তোর জাতিকুল নাহি**—পরমহংসাশ্রমী অবধূতনী হায়হুনা শ্রীনিত্যানন্দদি বিধিনিষেধ অমদি সম্প্রদায়গী চিহ্নচিংবগী বাংমদা লৈরম্মী। মরমহুনা শ্রীঅদ্বৈতনা পরিহাস তৌহুনা "তোর জাতিকুল নাই" হায়রম্মিবনী। নত্রগা শ্রীনিতাইগী ঈশ্বর ওইবা ভাব অহুব্ রাহৈসিনা হায়রম্বা যাই—মরমদি ঈশ্বরগীদি জাতি কুল-নচিংবা লৈতে। **সহজে পাগল**—মহৌশানা কৃষ্ণপ্রেমদা ডাওবনী। **আপন-সমান**—মছামক্তা মান্ননা প্রেম-উন্মাদ (কৃষ্ণপ্রেমদা ডাওবা) ওইহন্বা। বিপ্র বলি ইত্যাদি—ব্রাহ্মণ-শিংগীদি মাপান্থোংগী আচারসিবুনা হেন্না লূনা তৌয়ি হায়বা ইঙ্গিতসি

শ্রীঅদ্বৈতনা তৌবমাল্লে। নত্রগা, পরিহাস তৌদুনা শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রম্বস্ব য়াই—"ঐদি বর্ণ অথোইবা ব্রাহ্মণী, ঐগী মর্য্যাদা ঙাক্পীদরেদনা; ঐগী চকচাঙদা ঙকখাক্ চোংহল্লে; ব্রাহ্মণগী মর্য্যাদা ঙাক্তবগীদমক পাপ ওই হায়বসি কিদ্রবা ওইরে।"

## মূল ৯৯

নিত্যানন্দ কহে এই কৃষ্ণের প্রসাদ।

ইহাকে ঝুটা কহিলে তুমি—কৈলে অপরাধ॥ ৯৯॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ শ্রীনিত্যানন্দনা; কহে—হায়; এই—অসিদি; কৃষ্ণের প্রসাদ—শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদনী; ইহাকে—অসিবু; ঝুটা—লূকখারী; কহিলে—হায়রবদি, তুমি—নঙনা; কৈলে—তৌরে; অপরাধ—দোষ, অরানবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী—অসিদি শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদ (লাইদা কৎপা পোৎ)-নী। অসিবু নঙনা লূকখারী হায়রবা, অদুদি নহাক অপরাধ তৌরবনী (লাইদা লঙজরবনী)।

## মূল ১০০

শতেক সন্ন্যাসী যদি কবাহ ভোজন।

তবে এই অপরাধ হইবে খণ্ডন॥ ১০০॥

### শব্দার্থ

শতেক (শত এক)—চামা; সন্ন্যাসী—লম্বোইবা; যদি—বদি; করাহ ভোজন—চাক পীজো; তবে—অদু ওইরবদি; এই অপরাধ—অপরাধসি; হইবে—ওইগনী, য়াগনী; খণ্ডন—ককপা, কোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীনিত্যানন্দনা মখা তাথরম্মী)—লম্বোইবা চামবু চাক পীথক তৌরবদি অপরাধসি কোক্কনী।

## মূল ১০১

আচার্য্য কহে না করিব সন্ন্যাসি-নিমন্ত্রণ।
সন্ন্যাসী নাশিলে মোর সব স্মৃতিধর্ম্ম ॥ ১০১ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্য— শ্রীঅদ্বৈতাচার্যনা ; কহে—হায় ; না করিব—তৌররোয় ; সন্ন্যাসি নিমন্ত্রণ সন্ন্যাসীবু বাক্তোন ; সন্ন্যাসী—সন্ন্যাসীনা ; নাশিলে —মাঙহল্লে ; মোর—ঐগী ; সব—পূম্বা ; স্মৃতিধর্ম্ম—স্মৃতিশাস্ত্রনা তাক্পা ধর্ম্ম।

### মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্যনা ( পরিহাস তৌডুনা ) খুম্নমী—সন্ন্যাসীগী বাক্তোন শক্তৌ তৌরোই। সন্ন্যাসীনা ঐগী স্মৃতিশাস্ত্রনা তাক্পা পুম্নমক মাঙহল্লে।

## নৈনবোল

**স্মৃতিধর্ম্ম**—মনুনচিংবা ঋষিশিংনা লেংলম্বা স্মৃতিশাস্ত্রদা যাওবা আচারগী মরম ওইবা ধর্ম্ম ; স্মৃতিশাস্ত্রনা তাক্পা আচার ; শ্রীনিত্যানন্দনা প্রসাদ-অন্ন চাইথোক্লম্বনী ; খ্বাইনদি লূকখাক্ অরেম্বত্তু চাইথোক্লম্বনী হায়না লৌয়ি ; লূকখাক্ চায়বা হায়বসিদি স্মৃতিশাস্ত্রনা যাদবা আচারনী। ময়াম খ্বাইনা পুরিবা ভাব অসি উৎতুনা শ্রীঅদ্বৈতনা পরিহাস তৌডুনা মফমসিদা হায়রিবনী সন্ন্যাসী নাশিলে-নচিংবসি।

## মূল ১০২

এত বলি দুইজনে করাইল আচমন।
উত্তম শয্যাতে লঞা করাইল শয়ন ॥ ১০২ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; দুই জনে—মী অনীদো (শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ) করাইল আচমন—আচমন তৌহল্লে (চাবা লোইবগী চীন তেংহল্লে) ; উত্তম—অথোইবা ; শয্যাতে—ফমুংদা ; লঞা—পুডুনা ; করাইল—তৌহল্লে ; শয়ন—চেপ্পা, তুম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসি হায়রগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা অনীদুবু ( শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু ) আচমন তৌহল্লে। মুংঙাইগদবা শয্যাদা পুহুনা চেপ্ হল্লে।

## মুল ১০৩

লবঙ্গ এলাচী আর উত্তম রসবাস।

তুলসী -মঞ্জরী দিল মুখবাস ॥ ১০৩ ॥

## শব্দার্থ

লবঙ্গ লোংপাল ; এলাইচী—এলাইচী ; আর—অদুগা ; উত্তম—অফবা ; রসবাস—কবাব চিনি ; তুলসী-মঞ্জরী—তুলসীমঞ্জরী ; সহ—লোয়ননা ; দিল—কৎলম্মী ; মুখবাস—চীনশেংবা, নত্রগা চীনগী মনম মুংশিনবা পোৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লোংপাল, এলাইচী, অদুগা অফবা কবাব চিনি, তুলসীমঞ্জরীগা লোয়ননা মুখবাস ( চীনগী মনম মুংশিনবা পোৎ ) পীরম্মী।

## মুল ১০৪

সুগন্ধিচন্দনে লিপ্ত কৈল কলেবরে।

সুগন্ধি পুষ্পের মালা দিল হৃদয় উপরে ॥ ১০৪ ॥

## শব্দার্থ

সুগন্ধি—মনম মুংশিবা ; চন্দনে—চন্দনা ; লিপ্ত-কৈল—তৈরম্মী ; কলেবরে—হকচাঙদা ; সুগন্ধি-পুষ্পের মনম-মুংশিবা লৈগী ; মালা—পারেং ; দিল—থোল্হল্লী ; হৃদয়—থবাক ; উপরে—মথক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মনম মুংশিবা চন্দনা হকচাঙদু তৈরম্মী ; মনম-মুংশিবা লৈপারেংনা থবাক-থক্তা থোল্হল্লী।

## মুল ১০৫

আচার্য্য করিতে চাহে পাদ সংবাহন।

সঙ্কোচিত হঞা প্রভু কহেন বচন ॥ ১০৫ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ; করিতে—তৌবা ; চাহে—পাম্মী ; পাদ-সংবাহন—খোঙনোইবা ; সঙ্কোচিত—ক্যঙোইবা ; হঞা—ওইদুনা ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; কহেন—হায় ; বচন—ৱা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা প্রভুগী খোঙ নোইবা পাম্লম্মী । অদুবু প্রভুনা ক্যঙাইরদুনা ৱা হায়রম্মী— ।

### দৈনন্দবোল

অদ্বৈতপ্রভুদি মহাপ্রভুগী গুরু ঈশ্বরপুরীগী সতীর্থনি ( গুরু ভাইনি ), মরমদুনা অদ্বৈতনা পাদ-সংবাহন তৌগে হায়রদা প্রভুনা ক্যঙাইরম্লনি ।

## মূল ১০৬

বহু নাচাইলে আমায় ছাড় নাচায়ন ।

মুকুন্দ হরিদাস লঞা করহ ভোজন ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

বহু—য়াম্না ; নাচাইলে—জগোই শাহল্লে ; আমায়—ঐবু ; ছাড় থাদোক্লো ; নাচায়ন—জগোই শাহনবা ; মুকুন্দ হরিদাস লঞা—মুকুন্দগা হরিদাসগা পুদুনা ; করহ ভোজন—প্রসাদ ফংলুবো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—ঐবু জগোই য়াম্না শাহল্লে ; শাহল্লু । মুকুন্দগা হরিদাসগা লোয়ননা প্রসাদ ফংলুবো ।

## মূল ১০৭

তবে ত আচার্য্য সঙ্গে লঞা দুইজনে ।

করিল ইচ্ছায় ভোজন, যে আছিল মনে ॥ ১০৭ ॥

### শব্দার্থ

তবে ত—অদুদগী ; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যনা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; লঞা—পুদুনা ; দুইজনে—অনীদুবু ; করিল—তৌবম্মী ; ইচ্ছায়—নীঙবা থুংনা ; ভোজন—চাবা ; যে আছিল মনে—পুক্নীঙদা নীঙলম্বদো ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী অদ্বৈতাচার্য্যনা অনীহুবু লোয়ননা পুশন্দুনা প্রসাদ চানীঙনা ফংখি, মপুক্রুংদা লৈরম্বা অহুমক ফংখি হায়বদি শ্রীচৈতন্য অমস্তুং শ্রীনিত্যানন্দগী প্রসাদ ফংখি।

## মূল ১০৮

শান্তিপুরের লোক শুনি প্রভুর আগমন।
দেখিতে আইলা লোক প্রভুর চরণ ॥ ১০৮।

### শব্দার্থ

শান্তিপুরের—শান্তিপুরগী; লোক—মীনা; শুনি—মনাকোঙদা তাবদুনা; প্রভুর আগমন—প্রভুনা লেঙলকপা; দেখিতে—য়েংবা, দর্শন তৌবা; আইলা—লাক্‌খি; লোক—মীয়াম; প্রভুর—প্রভুগী; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শান্তিপুরগী মীশিংনা প্রভু লেঙলকপগী য়া তারবদুনা প্রভুগী চরণ দর্শন তৌবা লাক্‌খি।

## মূল ১০৯

হরি হরি বোলে লোক আনন্দিত হঞা।
চমৎকার হৈল প্রভুর সৌন্দর্য্য দেখিয়া ॥ ১০৯ ॥

### শব্দার্থ

হরি হরি বোলে—হরি হরি শোল্লী; লোক—মীয়াম্না; আনন্দিত—হঞা—নুংঙাইরদুনা; চমৎকার—ঙকপা; হৈল—ওইখি; প্রভুর—প্রভুগী; সৌন্দর্য্য—ফজবা (শক); দেখিয়া—উরগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীয়ামদুনা থরাই নুংঙাইরদুনা হরি হরি শোল্লী। প্রভুগী ফজবা শক উরগা পুংঙক চরুম্মী।

## মূল ১১০

গৌর দেহকান্তি সূর্য্য জিনিয়া উজ্জ্বল।
অরুণ বস্ত্র-কান্তি তাতে করে ঝলমল ॥ ১১০ ॥

### শব্দার্থ

গৌর—অঙৌবা ; দেহকান্তি—হকচাঙগী কুচু ; সূর্য্য—নুমীৎপু ; জিনিয়া—ঙমজনা ; উজ্জ্বল—লংবা ( ওই ) ; অরুণ—নুমীৎ হুন্দোরকপগী ওইবা থভিক্তুং ঙাংবা মচুগী ; বস্ত্রকান্তি—ফিগী মচু ; তাতে—মহুদা হায়বদি অঙৌবা কুচুগী দেহদা ; করে—তৌয়ি ; ঝলমল—লংবা, ঙানবা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী দেহগী কুচুদি ঙৌয়ি, নুমীৎপু ঙমজনা লংঙী । হুন্দোরকপদা ঙায়রিবা নুমীৎকী থজিক্তুং ঙাঙবা মঙানগী মচুগী থোল্লিবা থাঙচেৎকী মচুনা অঙৌবা-কুচুগী দেহদা লংনা ঙাল্লী ।

### মূল ১১১

আইসে যায় লোক হর্ষে নাহি সমাধান ।
লোকের সঙ্ঘট্টে দিন হৈল অবসান ॥ ১১১ ॥

### শব্দার্থ

আইসে—লাকয়ি ; যায়—চৎলী ; লোক—মী ; হর্ষে—হরাওনা ; নাহি সমাধান—লোইখস্বা নাইদে ; লোকের—মীয়ামগী ; সংঘট্টে—ত্তিনবদা ; দিন—নুমীৎ ; হৈল—ওইখি ; অবসান—থস্বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরাও হরাওনা মী ময়াম লাকয়ি চৎখী, মী লাকপগী লোইখস্বা নাইদে । মী ময়াম ত্তিনবদা নুমীৎ থমখি ।

### মূল ১১২

সন্ধ্যাতে আচার্য্য আরম্ভিল সঙ্কীর্ত্তন ।
আচার্য্য নাচেন প্রভু করেন দর্শন ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

সন্ধ্যাতে—সন্ধ্যাদা, য়াচঙবদা ; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যনা ; আরম্ভিল সঙ্কীর্ত্তন—সঙ্কীর্ত্তন হৌরম্মী ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; নাচেন—জগোই শাই ; প্রভু—প্রভুনা ; করেন—তৌয়ি ; দর্শন—য়েংবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুমীৎনা য়ামচঙলবদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা সঙ্কীর্তন হৌরম্মী। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা জগোই শাই; প্রভুনা জগোই য়েংলম্মী।

মূল ১১৩

নিত্যানন্দগোসাঞি বুলেন আচার্য্য ধরিয়া।
হরিদাস পাছে নাচে হরষিত হৈয়া ॥ ১১৩ ॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দগোসাঞি—নিত্যানন্দ প্রভুনা; বুলেন—কোয়না চৎলী; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্যবু; ধরিয়া—পায়দুনা; হরিদাস—হরিদাস ঠাকুরনা, পাছে—তুংদা; নাচে—জগোই শাই; হরষিত—হরাওবা; হৈয়া—ওইদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু পায়দুনা কোয়রৈ লৈরম্মী। হরিদাস ঠাকুরনা তুংদা হরাওনা জগোই শারম্মী।

মূল ১১৪

ধানশী রাগ

"কি কহব রে সখি (আজুক) আনন্দ-ওর।
চিরদিনে মাধব মন্দিরে মোর ॥" ১১৪ ॥

শব্দার্থ

কি—করি; কহব—হায়গনী; রে সখি—হে সখি; আজুক—ঙসিগী; আনন্দ-ওর—নুংঙাইবগী অমথৈ; চিরদিনে—মতম কুইরবগী তুংদা; মাধব—মাধবনা (শ্রীকৃষ্ণনা); মন্দিরে—মন্দিরদা; মোর—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীরাধাগী উক্তিনী)—হে সখি, করি হায়গনী ঙসিগী ঐগী নুংঙাইবগী অমথৈদি। মতম কুইরবগী মতুংদা মাধবনা ঐগী য়ুমদা লেংলক্রে।

## মৈননোল

চিরদিনে—মতম কুইরবগী তুংদা। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদগী শ্রীবৃন্দাবন-দা লেঙলক্রম্বদা য়েৌনা মুংঙাইমনখিবনা শ্রীরাধানা হায়খিবনী—"যাম্না কুইরবা মতুঙদা ঐগী থরাইগী মুংশিজবা মাধব ঐগী যুমদা লেঙলক্লে। হে সখি, ঙসিদি ঐগী মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈতরে।" শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা মহাপ্রভুবু ফংলহুনা পদসি শক্লম্লিবনী। দন্তবক্র হাৎলবা তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদগী অমুকথক ব্রজদা লেঙলক্খি।

### মূল ১১৫

এই পদ গাই হর্ষে করেন নর্ত্তন।
স্বেদ কম্প অশ্রু পুলক হুঙ্কার গর্জ্জন॥ ১১৫॥

### শব্দার্থ

এই—অসি ; পদ—শৈরেং ; গাই—শক্লগা ; হর্ষে হরাওনা ; করেন—তৌয়ি ; নর্ত্তন—জগোই শাবা ; স্বেদ—হুমাঙ ; কম্প—নীকপা ; অশ্রু—পিরাং ; পুলক—তুজুংবা ; হুঙ্কার—হুড়হুড় ঙংবা ; গর্জ্জন—নোংশাগী লাল্লাও ( সিংহনাদ )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পদ অসি শক্লুনা হরাওনা জগোই শাই। হুমাং, নীকপা, পিরাংশিন্থবা, তুজুংবা, হুঙ্কার অমসুং সিংহনাদ-নচিংবা সাত্ত্বিক বিকার থোক্খি।

### মূল ১১৬

ফিরি ফিরি কভু প্রভুর ধরেন চরণ।
চরণে ধরিয়া প্রভুরে বোলেন বচন॥ ১১৬॥

### শব্দার্থ

ফিরি ফিরি—হন্না হন্না ; কভু—করিগুম্বদা ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; ধরেন—পায় ; চরণ—খোঙ ; চরণে—খোঙ ; ধরিয়া—পায়হুনা ; প্রভুরে—মহাপ্রভুদা ; বোলেন—হায় ; বচন—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হনজন্ হনজন্ মহাপ্রভুগী খোঙহু করিগুম্বদা পায়। খোঙ পায়রগা মহাপ্রভুদা ৱা হঙ্খি।

## মূল ১১৭

অনেকদিন তুমি মোরে বেড়াইলে ভাণ্ডিয়া।
ঘরে পাইয়াছোঁ এবে রাখিব বান্ধিয়া ॥ ১১৭ ॥

### শব্দার্থ

অনেকদিন— নুমীৎ য়াম্না ; তুমি—নঙ ; মোরে—ঐবু ; বেড়াইলে—কোয়হল্লুরে ; ভাণ্ডিয়া— লৌনমতুনা ; ঘরে—য়ুমদা ; পাইয়াছোঁ—ফংলে ; এবে তৌজিক ; রাখিব—থমগনী ; বান্ধিয়া—পুন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াম্না কুইনা ঐবু লৌনমতুনা (ঐঙোন্দগী নশাবু থুপ চন্দুনা) কোয়রম্লে। হৌজিক্তি ( নঙবু ) য়ুমদা ফংজরে, পুন্দুনা থম্লগনী।

### নৈনরোল

পয়ারসিদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হায়বা রাফম্নী। উক্তিসিগী মর্ম্মদি অসিনিঃ— "ঙসি চহী ২৪ শুরে নহাক্না নোঙ্গম্লকপা ; অদুবু অসূক কুইনসি নঙনা আত্মগোপন (নশক লোৎপা) তৌদুনা এখোয়দা ফাগি-তাং তৌরক্রি. নঙবু ফাননবা সুযোগ পীবক্তে। ঙসিদি য়ুমদা ফংলে, নঙবু থাদোক্করোই।" রাসি নুংশিজবগী ( প্রীতিগী ) রা-ঙাক্নী।

## মূল ১১৮

এত বলি আচার্য্য আনন্দে করেন নর্ত্তন।
প্রহরেক রাত্রি আচার্য্য কৈল সঙ্কীর্ত্তন ॥ ১১৮ ॥

### শব্দার্থ

এত— অসিখক ; বলি—হায়রগা ; আচার্য্য —শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; আনন্দে—নুংঙাইনা ; করেন—তৌয়ি . নর্ত্তন— জগোই শাবা ; প্রহরেক— প্রহর অমা ( পুঙ–অহুম ) ; রাত্রি—নুংদাং ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; কৈল—তৌখি ; সঙ্কীর্ত্তন—সঙ্কীর্ত্তন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসি হায়রগা অদ্বৈতাচার্য্যনা নুংঙাইনা জগোই শাই। আচার্য্যনা নুংদাংদা প্রহর অমা সঙ্কীর্ত্তন তৌয়ি।

মূল ১১৯

প্রেমের ঔৎকণ্ঠ্য প্রভুর—নাহি কৃষ্ণসঙ্গ।
বিরহে বাঢ়িল প্রেমজ্বালার তরঙ্গ ॥ ১১৯ ॥

শব্দার্থ

প্রেমের—কৃষ্ণবু নুংশিবগী ; ঔৎকণ্ঠ্য—খৌরাংবা ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; নাহি—লৈতে ; কৃষ্ণসঙ্গ—কৃষ্ণগী সঙ্গ ; বিরহে—কায়নবনা ; বাঢ়িল—হেঙ্গৎলম্মী ; প্রেমজ্বালার—নুংশি-মৈচাক্কী ; তরঙ্গ—ঈথক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণবু নুংশিননা প্রভুগী খৌরাংবা হান্নদগী লৈবনী ; কৃষ্ণগী সঙ্গ ফংলমদ্রে হায়দুনা কায়নবদগী নুংশিমৈচাক্কী ঈথক হেঙ্গৎলম্মী।

তৈন্নবখোল

শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদগী মহাপ্রভুগী মন অদু হান্নদগী লাঙতক্লরম্বনী, শ্রীকৃষ্ণগা মিলন তৌবগী অায়োবী উৎকণ্ঠা অমা প্রভুগী লৈরম্বনী ; অদুবু মিলনদি ওইবমদ্রে ; মরমদুনা উৎকণ্ঠাদু নোংমা নোংমাগী হেল্লম্মী ; অদুক খাঙদবা য়াদদুনা ধৈর্য্য ( ভপ্ থবা ) তোরম্বনী। গৌড়িক শ্রীঅদ্বৈতগী চিন্দা কি কহব—নচিংবা পদ অদু নাকোঙনা তারগা প্রভুগী ধৈমদু মাঙখ্রে। অদুনা কৃষ্ণ-কায়নবনা খোয়রাংলম্লে, কায়ন-মৈচাক্কু য়াম্না য়াম্না হেঙ্গৎলম্লে।

মূল ১২০

ব্যাকুল হইয়া প্রভু ভূমিতে পড়িলা।
গোসাঞি দেখিয়া আচার্য্য নৃত্য সংবরিলা ॥ ১২০ ॥

শব্দার্থ

ব্যাকুল—বিভুলা ; হইয়া—ওইরদুনা ; প্রভু—মহাপ্রভু ; ভূমিতে—লৈপাক্তা ; পড়িলা—তুরম্মী ; গোসাঞি—প্রভুবু ; দেখিয়া—উরদুনা। আচার্য্য—আচার্য্যনা ; নৃত্য—জগোই ; সংবরিলা—লেপ্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ কায়নবগী থরাই চাদুনা প্রভু লৈপাক্তা তুরম্মী। প্রভুবু উরগা আচার্য্যনা জগোই শাবা তোকখি।

## মূল ১২১

প্রভুর অন্তর মুকুন্দ জানে ভালমতে।

ভাবের সদৃশ পদ লাগিলা গাইতে ॥ ১২১ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; অন্তর—পুক্নীঙ ; মুকুন্দ—মুকুন্দনা ; জানে—খঙডী ; ভালমতে—ফজনা ; ভাবের—প্রভুগী থম্মোইদা লৈরব্বা ভাব ( রাখল )-গা ; সদৃশ—মান্নবা ; পদ—পদ ( ঈশৈ ) ; লাগিলা—হৌখি ; গাইতে—শকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী পুক্নীঙঙ্গু মুকুন্দদি ফজনা খঙডী। প্রভুগী থম্মোইগী ভাব অদুগা চানবা পদ ( ঈশৈ ) মুকুন্দনা শকপা হৌখি।

## মূল ১২২

আচার্য্য উঠাইল প্রভুকে করিতে নর্ত্তন।

পদ শুনি প্রভুর অঙ্গ না যায় ধারণ ॥ ১২২ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত ; উঠাইল—হৌগৎহল্লম্মে ; প্রভুকে—প্রভুবু ; করিতে—তৌননবা , নর্ত্তন—জগোই শাবা ; পদ—মুকুন্দনা শকপা পদ ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; অঙ্গ—হকচাঙ ; না যায়—য়ারমদে ; ধারণ—ফাবা, পায়বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু জগোই শাবগী হৌগৎহন্নবা আচার্য্যনা তৌরম্মী। অদুবু মুকুন্দনা শকপা পদ অদু নাকোঙনা তারগা প্রভুগী হকচাঙঙ্গু আচার্য্যনা পায়বা ( চিংখৎপা ) ঙম্মদে।

## মূল ১২৩

অশ্রু কম্প পুলক স্বেদ গদগদবচন।

ক্ষণে উঠে ক্ষণে পড়ে ক্ষণেকে রোদন ॥ ১২৩ ॥

## শব্দার্থ

অশ্রু—পিরাং ; কম্প—নীকৃপা ; পুলক—তুচুংবা ; স্বেদ—হুমাং ; গদগদবচন—লকক্-লকক্ তৌবা রাডাং ; ক্ষণে—ক্ষনদা ; উঠৈ—হৌগংলী ; ক্ষণে—ক্ষণদা ; পড়ে—তুই ; ক্ষণেকে—ক্ষণ অমদা ; রোদন—কপ্পা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী সাত্বিক-বিকার ওইদুনা) পিরাং শিন্থবা, হক্চাঙ নীকৃপা, তুচুংবা, হুমাং থোক্পা; লকক্-লকক্ তৌবা রাডাঙনচি ব। তৌরম্মী। ক্ষণ অমদা হৌগংলী, অমুক ক্ষণ অমগী মমুংদা তুই, অতুদগী ক্ষণ অমরোম কপ্পী।

## মূল ১২৪-১২৫

তথাহি পদম্ ।।

"হাহা প্রাণ প্রিয়সখি কি না হৈল মোরে।
কানু প্রেমবিষে মোর তনু-মন জরে। ধ্রু ।। ১২৪ ।।
রাত্রিদি নে পোড়ে মন সোয়াস্তি না পাঙ্।
যাহাঁ গেলে কানু পাঙ্ তাহাঁ উড়ি যাঙ্" ।। ১২৫ ।।

## শব্দার্থ

হাহা—হায় হায় ; প্রাণ প্রিয়সখি—থরাইগা মান্নবা মুংশিরবী সখি ; কি—করি ; না হৈল—ওইদবগে ; মোরে—ঐডোন্দা ; কানু-প্রেমবিষে—কানুবু মুংশিবগী হুনা ; মোর—ঐগী, তনু—হকচাঙ; মন পুক্নীঙ ; জরে—চাক্লে ; রাত্রিদিনে—অহিং-নুংথিল চুপ্পা পোড়ে—চাকয়ি ; মন—পুক্নীঙ ; সোয়াস্তি—নেমথবা ; না পাঙ—ফংদরে ; যাহাঁ—মফমহুদা, গেলে—চংলগা ; কানু—কৃষ্ণ, পাঙ—ফংগনী ; তাহাঁ—মফমহুদা ; উড়ি—পাইদুনা ; যাঙ—চংকনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওহে, থরাইগা মান্নবা মুংশিরবী সখি, ঐগী করি ওইরবনো অসিবো ! কানুগী মুংশিবা কৌবা হুদুনা ঐগী পুক্নীঙ-হকচাঙ অনীমক চাক্লে। অহিং মুংথিল অনীমক্তা পুক্নীঙ চাকয়ি, নেমথবা লৈতেনে। কানু ফংগদবা মফমদা পাইদুনা চংলগে।

## মূল ১২৬

এই পদ গায় মুকুন্দ সুমধুর-স্বরে।
শুনিঞা প্রভুর চিত্ত অন্তর বিদরে ॥ ১২৬ ॥

## শব্দার্থ

এই পদ—ঈশৈগী-পদ্র অসি ; গায়—শকয়ি ; মুকুন্দ—মুকুন্দনা ; সুমধুর—য়াম্না থুম্নবা ; স্বরে—সুরদা খোন্দাদা ; শুনিয়া—নাকোঙনা তারগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; চিত্ত—পুক্নীঙ ; অন্তর—নুং ; বিদরে—কায় ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পদ অসি মুকুন্দনা য়াম্না থুম্নবা স্বরদা শক্লম্মী । তারপা প্রভুগী থন্নুং ছেৎ কায়রম্মী ।

## মূল ১২৭

নির্ব্বেদ বিষাদামর্ষ চাপল্য গর্ব্ব দৈন্য ।
প্রভুর সহিত যুদ্ধ করে ভাবসৈন্য ॥ ১২৭ ॥

## শব্দার্থ

নির্ব্বেদ—২/২/৭৬ ত্রিপদীদা টীকা য়েংবিয়ু ; বিষাদ—২/২/৭৬ ত্রিপদীগী টীকা য়েংবিয়ু ; অমর্ষ—মীচৈ অমদি ইকাইবা ফংবদগী খাঙজমদবা ; চাপল্য—পুক্নীঙগী তয়াংবা ; গর্ব্ব—লনগী থুমগী নাপল ; দৈন্য—তোন্নবা ; প্রভুর সহিত—প্রভুগা লোয়ননা ; যুদ্ধ করে—লান্থেংনৈ ; ভাবসৈন্য—ভাবশিংগী লান্মীনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নির্ব্বেদ, বিষাদ, অমর্ষ, চাপল্য, গর্ব্ব, দৈন্যনচিংবা ভাবময়াম্না লান্মী ওইরদুনা প্রভুগা লোয়ননা লাল তৌরম্মী ।

## মূল ১২৮

জর্জ্জর হইলা প্রভু ভাবের প্রহারে।
ভূমিতে পড়িলা শ্বাস নাহিক শরীরে ॥ ১২৮ ॥

## শব্দার্থ

জর্জ্জর হইলা—য়ারম্লে ; প্রভু—প্রভু ; ভাবের—ভাব-কী ; প্রহারে—চৈফুনা ; ভূমিতে—লৈশাক্তা ; পড়িলা—তুরে ; শ্বাস—নুংশাসোর ; নাহিক—লৈতে ; শরীরে—হক্‌চাঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু ভাব ময়াম্না ফুজল্লকপহ্নদা য়ারম্মী, অদুনা লৈপাক্তা তুথরম্লে, নুংশাসোর হক্‌চাঙদা লৈরমদ্রে।

## নৈনরোল

প্রলয়-কৌবা সাত্ত্বিকভাবকী লক্ষণ ওইনা নুংশাসোর লেপ্পদ্রবনী।

## মূল ১২৯

দেখিয়া চিন্তিত হৈল সব ভক্তগণ।

আচম্বিতে উঠে প্রভু করিয়া গর্জ্জন ॥ ১২৯ ॥

## শব্দার্থ

দেখিয়া—উরগা ; চিন্তিত—চিন্তাপুবা ; হৈল—ওইরম্লে ; সব—পূম্নমক ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; আচম্বিতে—খঙহৌদবমখৈ ; উঠে—হৌগৎলী ; প্রভু—প্রভুনা ; করিয়া তৌদুনা ; গর্জ্জন—লাউ খোংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী প্রলয়-ভাব অদু) উরগা ভক্তশিং পূম্নমক্তা চিন্তা পুরম্লে। অদুদগী খঙহৌদবমখৈ প্রভুনা লাউ-খোংদুনা হৌগৎলকখি।

## মূল ১৩০

বোল বোল বলি নাচে আনন্দে বিহ্বল।

বুঝন না যায় ভাব তরঙ্গ প্রবল ॥ ১৩০ ॥

## শব্দার্থ

বোল বোল—হায়য়ু হায়য়ু ; বলি—হায়দুনা ; নাচে—জগোই শাই ; আনন্দে—নুংঙাইবনা ; বিহ্বল পাথৎপা ; বুঝন—খঙবা ; না-যায়—য়ারমদে ; ভাব-তরঙ্গ—ভাবশিংগী ইথক-ইপোম ; প্রবল—অকনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"হায়রু হায়রু (শকউ শকউ)" হায়রুনা প্রভু জগোই শায়, অদুগা মুংঙাইবনা পাথংলম্মী। অকনবা ভাবশিংনা ঈথকশিংদো করম্না কালদা করম্না থোরকদগে হায়বদু খঙবা য়াই।

## নৈনরোল

বোল বোল—"হাহা প্রাণপ্রিয় সখি-নচিংবা" পদ অদু শকখো শকখো।

## মূল ১৩১

নিত্যানন্দ সঙ্গে বুলে প্রভুরে ধরিয়া।

আচার্য্য হরিদাস বুলে পাছেতে নাচিয়া ॥ ১৩১ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু; সঙ্গে—লোয়নননা; বুলে—কোয়রৈ লৈ; প্রভুরে—মহাপ্রভুবু; ধরিয়া—পায়রুনা; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য; হরিদাস—হরিদাস ঠাকুর; বুলে—কোয়না চৎলী; পাছেতে—তুংদা; নাচিয়া—জগোই শারুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা মহাপ্রভুবু তুদনবা পায়রগা লোইনা কোয়রম্মী; শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য অমসুং শ্রীহরিদাসনা জগোই শানা শানা তুং ইন্দুনা কোয়রৈ লৈরম্মী।

## মূল ১৩২

এই মত প্রহরেক নাচে প্রভু রঙ্গে।

কভু হর্ষ কভু বিষাদ ভাবের তরঙ্গে ॥ ১৩২ ॥

## শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না; প্রহরেক—প্রহর অমা; নাচে জগোই শাই; প্রভু—মহাপ্রভুনা; রঙ্গে—মুংঙাইনা; কভু—করিগুম্বদা; হর্ষ—হরাওবা; কভু—করিগুম্বদা; বিষাদ—য়াবা; ভাবের—সাত্বিক ভাবশিংগী; তরঙ্গ—ঈথক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অম্সুম তৌনা প্রহর অমা ( পুঙ অষ্টমলোম্ ) মহাপ্রভুনা হরাওনা জগোই শাই। অমুক হরাওয়ি অমুক রানথৈ ভাবশিংগী ঈথক ঈপোমদা।

মূল ১৩৩

তিনদিন উপবাসে করিয়া ভোজন।

উদ্দণ্ড নৃত্যে প্রভুর হৈল পরিশ্রম ॥ ১৩৩ ॥

শব্দার্থ

তিনদিন—মুমীং হুম্নী ; উপবাসে—চরা হেল্লগা ; করিয়া ভোজন—চাহুনা ; উদ্দণ্ড নৃত্যে—রাংনা চোংখৎলগা শাবা জগোইদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; হৈল—ওইখি ; পরিশ্রম—চোক্‌থবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুমীং হুম্নী চুপ্পা চবা হেল্লবা মতুংদা প্রসাদ ফংলগা মতম শাংনা উদ্দণ্ড নৃত্য তৌবদা প্রভু য়াম্না চোক্‌থরম্মী।

মূল ১৩৪

তবু ত না জানে প্রেমে ভাবাবিষ্ট হইয়া।

নিত্যানন্দ মহাপ্রভুকে রাখিলা ধরিয়া ॥ ১৩৪ ॥

শব্দার্থ

তবু ত—অদুফাওবদা ; না জানে—খঙদে ; প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা ; ভাবাবিষ্ট—ভাবতা চঙবা ; হইয়া—ওইদুনা ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা ; মহাপ্রভুকে—মহাপ্রভুবু ; রাখিলা—থনম্মী ; ধরিয়া—ফাদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদু ফাওবদা ( হায়বদি হকচাঙ য়াম্না চোকথববফাওবদা ) প্রভুদি ভাবাবেশতা লৈরম্বনা ( চোকথরম্বদু ) খঙলমদে। অদুনা শ্রীনিত্যানন্দনা মহাপ্রভুবু ফাজন্দুনা থনম্মী ( হায়বদি জগোই শাহল্লমদ্রে )।

মূল ১৩৫

আচার্য্যগোসাঞি তবে রাখিল কীর্ত্তন।

নানা সেবা করি প্রভুকে করাইল শয়ন ॥ ১৩৫ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্যগোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা ; তবে—অদুদগী ; রাখিল—লেপ্লম্মী ; কীর্ত্তন—সঙ্কীর্ত্তন ; নানা—মখল মখাগী ; সেবা করি—সেবা তৌদুনা ; প্রভুকে—প্রভুবু, করাইল—তৌহল্লম্মী ; শয়ন—তুম্বা, চেপ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা কীর্ত্তন লেপ্ হল্লম্মে অদুগা সেবা মখল মখাগী তৌদুনা মহাপ্রভুবু চেপ হল্লম্মী।

## মূল ১৩৬

এই মত দশদিন ভোজন কীর্ত্তন।

একরূপ করি কৈল প্রভুর সেবন ॥ ১৩৬ ॥

## শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; দশদিন—নুমিৎ তরানী ; ভোজন—চাবা ; কীর্ত্তন—নাম শোন্বা ; একরূপ—মওং অমতদা ; করি—তৌদুনা ; কৈল—তৌখি ; প্রভুর—প্রভুগী ; সেবন—সেবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না নুমীৎ তরাণী মওং অমতদা চাবা অমসুং নাম শোন্বা তৌদুনা প্রভুগী সেবা তৌখি।

## নৈনরোল

**একরূপ করি**—অহানবা নুমীত্তা তৌবগুম্না নুমীৎ তরানীদু নুমীৎ খুদিংগী প্রভুবু ভোজন তৌহল্লম্মী অদুগা কীর্ত্তনগী নুংঙাইবদু ফংহল্লম্মী।

## মূল ১৩৭

প্রভাতে আচার্য্যরত্ন দোলায় চড়াইয়া।

ভক্তগণ সঙ্গে আইলা শচীমাতা লৈয়া ॥ ১৩৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রভাতে—নোংঙাল্লগা ; আচার্য্যরত্ন—চন্দ্রশেখর আচার্য্য ; দোলায়—দোলাইদা ; চড়াইয়া—তোংহন্দুনা ; ভক্তগণ-সঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়নন ; আইলা—লাক্লম্মী ; শচীমাতা—শ্রীশচীমাতাবু ; লৈয়া—পুদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংঙাল্লগা শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্যনা দোলাইদা তোংহন্দুনা শচীমাতাবু ভক্তশিংগা লোয়ননা পুরক্লম্মী ।

## নৈনরোল

প্রভাতে—মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতগী শঙগায়দা লেঙলকপা মুমীৎ মঙ্গুড নোংঙানবদা ।

## মূল ১৩৮

নদীয়া নগরের লোক স্ত্রী বালক বৃদ্ধ ।

সব লোক আইলা—হৈল সঙ্ঘট্ট সমৃদ্ধ ॥ ১৩৮ ॥

শব্দার্থ

নদীয়া-নগরের—নদীয়া নগরগী ; লোক—মীয়াম ; স্ত্রী—নুপী ; বালক—নুপামচা ; বৃদ্ধ—অহল ; সব লোক—মী পূম্নমক ; আইলা—লাক্লখি ; হৈল—ওইরম্মী ; সঙ্ঘট্ট—মীতিন ; সমৃদ্ধ—হেঙ্গৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নদীয়া নগরগী নুপী-অঙাঙ-অহল-লমন মী পূম্নমক লাক্লখিরম্মী ; মীতিন্দু অম্মুম অম্মুম হেঙ্গৎলক্লখি ।

## মূল ১৩৯

নৃত্য করি করে প্রভু নাম সঙ্কীর্তন ।

শচী লঞা আইলা আচার্য্য অদ্বৈতভবন ॥ ১৩৯ ॥

শব্দার্থ

নৃত্য করি—জগোই শাদুনা ; করে—তৌয়ি ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; নাম সঙ্কীর্তন—নাম শোন্নবা ; শচী—শ্রীশচীমাতাবু ; লঞা—পুরক্লুনা ; আইলা—লাক্লখি ; আচার্য্য—চন্দ্রশেখর আচার্য্যরত্ননা ; অদ্বৈতভবন—শ্রীঅদ্বৈতগী শঙ্গায়দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা জগোই শাদুনা নাম সঙ্কীর্তন তৌরম্মী । শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্যরত্ননা শ্রীশচীদেবীবু পুরক্লুনা শ্রীঅদ্বৈতগী শঙগায়দা য়োরক্লখি ।

মূল ১৪০

শচী আগে পড়িলা প্রভু দণ্ডবৎ হৈয়া।

কান্দিতে লাগিলা শচী কোলে উঠাইয়া ॥ ১৪০ ।

শব্দার্থ

শচী আগে—শচীদেবীগী মাঙদা, পড়িলা—তুবন্মী, প্রভু—মহাপ্রভুনা, দণ্ডবৎ—চৈ তাবগুম; হৈয়া—ওইদুনা, কান্দিতে—কপ্পা, লাগিলা—হৌখি; শচী—শচীদেবীনা, কোলে—তম্পাক্তা, উঠাইয়া লৌখৎলগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীমাতাগী মমাঙদা মহাপ্রভু দণ্ডবৎ শাংনা তৌদুনা থুকল্লমী। শচীদেবীনা প্রভুবু মতম্বাক্তা কেন্নখৎলম্মী

মূল ১৪১

দোঁহার দর্শনে দোঁহে হইলা বিহ্বল।

কেশ না দেখিয়া শচী হইল বিকল ॥ ১৪১ ॥

শব্দার্থ

দোঁহার—অনীগী (শচী অমসুং মহাপ্রভুগী), দর্শনে—উবদা; দোঁহে—অনীমক, হইলা—ওইখি, বিহ্বল—বিভুল। কেশ—শম্নাঙ, না দেখিয়া—উদদুনা, শচী—শচীদেবী, হইলা—ওইখি; বিকল—কীম্ববা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীগা মহাপ্রভুগা অনী উনবদা অনীমক বিভুলা চুবন্মী। প্রভুগী কোক্তা শম্নাঙ উদদুনা শচীদেবী য়ুংভাইতবনা কীম্ববন্মী।

মূল ১৪২

অঙ্গ মোছে মুখ চুম্বে—করে নিরীক্ষণ।

দেখিতে না পায় অশ্রু ভরিল নয়ন ॥ ১৪২ ॥

শব্দার্থ

অঙ্গ—হকচাঙ; মোছে—নাম্লী, মুখ—মায়থোঙ, চুম্বে—চুপ্পী, করে—তৌয়ি, নিরীক্ষণ—মুন্না য়েংবা, দেখিতে—উবা; না পায়—ফংদে; অশ্রু—পিরাংনা, ভরিল—থল্লম্মী; নয়ন—মীৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শচীদেবীনা প্রভুগী) হকুচাও নাল্লম্মী, মমায়দা চুল্লম্মী, মুন্না য়েংলম্মী অচুবু উবদি ফংলমদে, মরমদি পিরাংনা মীৎ থল্লম্মী।

## মূল ১৪৩

কান্দিয়া কহেন শচী বাছারে নিমাই।
বিশ্বরূপ সম না করিহ নিঠুরাই ॥ ১৪৩ ॥

### শব্দার্থ

কান্দিয়া—কপ্লগা; কহেন—হায়; শচী—শচীদেবী, বাছারে—ইচাম্নুপা, ইমাগী ইবুংঙো; নিমাই—নিমাই; বিশ্বরূপ সম—বিশ্বরূপকা মান্ননা; না করিহ—তৌগনু; নিঠুরাই—নুংশিহৈতবা, তম্থিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীনা কপ্লগা হায়রকয়ি—ইমাগী ইবুংঙো নিমাই, বিশ্বরূপকুম্না নুংশিহৈতবা তৌগনু।

### তৈনবরোল

বিশ্বরূপ—শ্রীচৈতন্যগী ময়াম্বু; মহাক্না হান্ননা সন্ন্যাস লৌখিবনি।

## মূল ১৪৪

সন্ন্যাসী হইয়া মোরে না দিল দর্শন।
তুমি তৈছে কৈলে মোর হইবে মরণ ॥ ১৪৪ ॥

### শব্দার্থ

সন্ন্যাসী হইয়া—লম্বোইহনা; মোরে—ঐঙোন্দা; না দিল—পীদ্রে; দর্শন—উবা; তুমি—নঙনা; তৈছে—মতৌ অদুম্না; কৈলে—তৌববদি; মোর—ঐগী; হইবে—ওইগনি; মরণ—শিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিশ্বরূপনা সন্ন্যাসী ওইরগা উইংদ্রে। নঙসু অদুম্না তৌববদি ঐ শিবা শোয়দ্রবনি।

## মূল ১৪৫-৪৭

প্রভুও কান্দিয়া বোলে—শুন মোর আই।
তোমার শরীর এই, মোর কিছু নাই॥ ১৪৫
তোমার পালিত দেহ, জন্ম তোমা হৈতে।
কোটিজন্মে তোমার ঋণ নারিব শোধিতে॥ ১৪৬॥
জানি বা না জানি কৈল যদ্যপি সন্ন্যাস।
তথাপি তোমারে কভু নহিব উদাস॥ ১৪৭॥

## শব্দার্থ

প্রভুও—প্রভুসু; কান্দিয়া—কপ্লগা; বোলে—হায়; শুন—নাকোঙনা তাও; মোর—ঐগী; আই—মা; তোমার—নঙগী; শরীর—হকচাঙনী, এই—অসি; মোর—ঐগী; কিছু—করিসু; নাই—লৈতে; তোমার—নঙনা; পালিত—য়োকপা, দেহ—হকচাঙনী; জন্ম-পোকপা, তোমা হৈতে—নঙোন্দগী; কোটি জন্মে—মপোক কোটিবক্তা, তোমার—নঙগী, ঋণ—লমন, নারিব—ঙম্লোই, শোধিতে—শিংবা, জানি—খঙনা, বা—নত্রগা, না জানি—খঙদনা; কৈল—তৌরে; যদ্যপি—বসু, সন্ন্যাস—লম্বোইবা, তথাপি—অদুম ওইনমক, তোমারে-নঙোন্দা; কভু—কদোইঙেদসু; নহিব—ওইরোয়; উদাস—থোৗশাদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দাকপা

মহাপ্রভুসু কপ্লা কপ্লা হায়রম্মী ইমা জাক্সু, হকচাঙসি নঙগীনি, ঐগী করিসু লৈতে। নঙনা য়োকপা দেহনী, নঙোন্দগী পোকপনী (হায়রদি নঙনা পোকপনী)। মপোক কোটিরক্তা নঙগী লমন শিংবা ঙম্লোই। খঙনবা খঙদনবা ঐনা সন্ন্যাস লৌরবসু নঙবু থওইদবদি কদোইঙেদসু তৌরোই।

## মূল ১৪৮

তুমি যাহাঁ কহ আমি তাহাঁই রহিব।
তুমি যেই আজ্ঞা দেহ সেইত করিব॥ ১৪৮॥

## শব্দার্থ

তুমি নঙনা, যাহাঁ—মফমদুদা, কহ—হায়বদা; আমি—ঐনা;

তাহাই—মকমত্থমক্তদা ; বহিব—লৈগনী ; তুমি—নঙনা ; যেই—মত্থ ; আজ্ঞা—য়াথং , দেহ—পীবদো ; সেইত—অত্থমক ; করিব তৌগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা শচীমাতাদা হায়রম্মী )—নঙনা লৈযু হায়বা মকম অত্থমক্তদা ঐহাক লৈগনী । নঙনা পীবা য়াথং অত্থমক ঐনা তৌগনী ।

## মূল ১৪৯

এত বলি পুনঃ পুনঃ করে নমস্কার ।

তুষ্ট হঞা আই কোলে করে বারবার ॥ ১৪৯ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিমক ; বলি—হায়রগা , পুনঃ পুনঃ—হন্না হন্না , করে—তৌযি , নমস্কার খুরুম্বা ; তুষ্ট- পেন্‌বা ; হঞা—ওইবত্থন , আই—মমানা , কোলে করে—তম্পাক্তা কোল্লী ; বারবার—হন্না- হন্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিখক হায়রগা প্রভুনা হন্না হন্না মমাবেম্মাদা খুরুম্মী মমাবেম্মানা পেল্লত্থনা হন্না হন্না মতম্বাক্তা কোল্লম্মী ।

## মূল ১৫০

তবে আই লঞা আচার্য্য গেলা অভ্যন্তর

ভক্তগণ মিলিতে প্রভু হইলা সত্বর ॥ ১৫০ ॥

## শব্দার্থ

তবে—অত্তদগী ; আই—মমাবু ; লঞা—পুত্থনা ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা , গেলা—চঙথি ; অভ্যন্তর—মনুংদা , ভক্তগণ—ভক্ত-শিংবু ; মিলিতে—উননবগীদমক ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; হইলা—ওইখি , সত্বর—অথুবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অত্তদগী শচীমাতাবু পুশন্দুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ইমুংদা চঙখি । প্রভুনা ভক্তশিংগা উননবা হায়দুনা থুনা থোরক্লি ।

## মুল ১৫১

একে একে মিলিলা প্রভু সব ভক্তগণ।
সভার মুখ দেখি করে দৃঢ় আলিঙ্গন ॥ ১৫১ ॥

## শব্দার্থ

একে একে—অমমম ওইনা; মিলিলা—উনরম্মী; প্রভু—প্রভুনা; সব—পুম্নমক; ভক্তগণ—ভক্তশিং; সভার—পুম্নমক্কী; মুখ—মায়থোঙ, দেখি—য়েংলগা; করে—তৌয়ি; দৃঢ়—অচেৎপা, চেৎনা, আলিঙ্গন—কোনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা—ভক্তশিংবু অমমম ওইনা উনখি। মখোয় পুম্নগী মায়থোঙ য়েংলগা চেৎনা কোন্‌শিন্নম্মী।

## মুল ১৫২

কেশ না দেখিয়া ভক্ত যদ্যপি পায় দুখ।
সৌন্দর্য্য দেখিতে তবু পায় মহাসুখ ॥ ১৫২ ॥

## শব্দার্থ

কেশ—শম্মাং; না দেখিয়া—উদজ্না, ভক্ত—ভক্তশিংনা; যদ্যপি—বস্ত, পায—ফংঙী; দুখ—অবাবা; সৌন্দর্য্য—শক ফজবা; দেখিতে—উদবা, তবু—অদুবু; পায়—ফংজী, মহাসুখ—য়াম্মা নুংঙাইবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(সু কোকপগী কোক্তা) শম্নাঙ উদবদা ভক্তশিংনা থৱাই নুংঙাইরমদে, অদু ওইবসু প্রভুগী ফজবা শক উবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

## মুল ১৫৩ ১৫৪

শ্রীবাস রামাই বিদ্যানিধি গদাধর।
গঙ্গাদাস বক্রেশ্বর মুরারি শুক্লাম্বর ॥ ১৫৩ ॥
বুদ্ধিমন্তখান নন্দন শ্রীধর বিজয়।
বাসুদেব দামোদর মুকুন্দ সঞ্জয় ॥ ১৫৪ ॥

### মৈতৈলোন্দা

ভক্তশিং থরগী মিং পয়ার অসীসিদা পাখিবসি প্রভু উনবা লাক্লম্মী।

মুল ১৫৫

কত নাম লৈব যত নবদ্বীপবাসী।

সভারে মিলিলা প্রভু কৃপাদৃষ্ট্যে হাসি ॥ ১৫৫ ॥

শব্দার্থ

কত—কয়া ; নাম—মিং ; লৈব—লৌগনী ; যত - অদুক যাম্বা, নবদ্বীপবাসী—নবদ্বীপবাসী মী ; সভারে—লোইনমকপ্ ; মিলিলা - উনখি, প্রভু—প্রভুনা ; কৃপাদৃষ্ট্যে—থৌজালনা মিৎয়েং য়েংদুনা, হাসি—নোক্লগা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

লাক্লম্বা নবদ্বীপবাসী ময়ামদুগী মিং কয়া যান্না পনবা ঙমগনি ? মখোয় লোইনমক্তো প্রভুনা নোক্লা নোক্লা কৃপাগী মিৎযেং য়েংদুনা উনখি।

মুল ১৫৬

আনন্দে নাচযে সভে বোলে 'হরি হরি'।

আচার্য্য-মন্দির হৈল শ্রীবৈকুণ্ঠপুরী ॥ ১৫৬ ॥

শব্দার্থ

আনন্দে—নুংঙাইনা ; নাচয়ে- জগোই শাই, সভে—মী পুম্বনা, বোলে—শোল্লী ; হরি হরি—হরি হরি : আচার্যমন্দির—শ্রীঅদ্বৈতা-চার্যগী শঙগাই, হৈল—ওইরম্মী। শ্রীবৈকুণ্ঠপুরী —শ্রীবৈকুণ্ঠপুরী।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

ভক্ত পুম্নমক অদুনা নুংঙাইনা জগোই শারম্মী অদুগা হরি হরি শাল্লম্মি। অদুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্যগী শঙগাইদু শ্রীবৈকুণ্ঠপুরীগুম্না নুংঙাইরম্লে।

মুল ১৫৭-১৫৮

যত লোক আইল মহাপ্রভুরে দেখিতে।

নানা গ্রাম হৈতে আর নবদ্বীপ হৈতে ॥ ১৫৭ ॥

সভাকারে বাসা দিল, ভক্ষ্য অন্ন পান।

বহুদিন আচার্য্যগোসাঞি কৈল সমাধান ॥ ১৫৮ ॥

শব্দার্থ

যত লোক— মী ময়ামদো ; আইল—লাক্লম্মী ; (যত লোক আইল —লাক্লম্বা মী ময়ামদো) ; মহাপ্রভুরে—মহাপ্রভুবু ; দেখিতে—যেনবা .

নানা—মখল মখা; গ্রাম—খুল; হৈতে—দগী; আর—অতুগা; নবদ্বীপ হৈতে—নবদ্বীপতগী; সভাকারে—লোইনমক্তা; বাসা—লৈকম য়ুম; দিল—পীরম্মী; ভক্ষ্য—চাননবা; অন্ন—চাক; পান—থক্সনবা পোং; বহুদিন—নুমীৎ য়াম্না; আচার্য্যগোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য; কৈল—তৌরম্মী; সাবধান—পোংচৈ লাগুতুনা থবক পাঙথোক্লম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুল অমদগী অমদগী অমস্থং নবদ্বীপ-তগী মহাপ্রভুবু য়েংননবা লাক্লম্বা মী ময়ামদো মখোয় পুন্নমক্কী লৈকম অমস্থং চাননবা চাক, থক্সবা পোং পুম্বা পীতুনা শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুনা নুমিৎ য়াম্না চাবা থকপা ওক্সবা লাগুলম্মী।

## মূল ১৫৯

আচার্য্যগোসাঞির ভাণ্ডার অক্ষয়-অব্যয়।
যত দ্রব্য ব্যয় করে পুন তৈছে হয়॥ ১৫৯॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যগোসাঞির—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যপ্রভুগী; ভাণ্ডার—পূকৈ; অক্ষয়—মাও-তাকপা লৈতবা; অব্যয়—চাদিং তৌখিবগা অমুক হেক্লা থনবা; যত দ্রব্য—পোং ময়ামদো; ব্যয় করে—শীজন্নখোক্নিয়; পুন—অমুক হেক্তা; তৈছে—হান্নগীগুম্না; হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী পূকৈদি মাঙবা-তাকপা-লোইবা-য়াম্না-নাইদবনী অতুগা লোথোক্লিবমখৈ অতুম অমুক থনবনী।

## মূল ১৬০

সেই দিন হৈতে শচী করেন রন্ধন।
ভক্তগণ লঞা প্রভু করেন ভোজন॥ ১৬০

### শব্দার্থ

সেই—মহু; দিন—নুমীৎ; হৈতে—তগী; শচী—শ্রীশচীমাতানা; করেন—তৌয়ি; রন্ধন—(চাক) থোংবা; ভক্তগণ—ভক্তশিংবু; লঞা—লোয়ননা; প্রভু—মহাপ্রভুনা; করেন—তৌয়ি; ভোজন—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীমাতা লেন্ডলকপা স্নুমীৎতুদগী শচীমাতানা লুক হৌরম্মী। প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা প্রসাদী ৎকলম্মী।

## মূল ১৬১

দিনে আচার্য্যের প্রীতি প্রভুর দর্শন।
রাত্রো লোক দেখে প্রভুর নর্ত্তন কীর্ত্তন ॥ ১৬১ ॥

### শব্দার্থ

দিনে—অয়ুক স্নুংথিন্দা ; আচার্য্যের প্রীতি—আচার্য্যনা প্রীতিগা লোয়ননা প্রভুগী সেবা তৌবা ; প্রভুর দর্শন—প্রভুবু য়েংবা নত্রগা প্রভুগা উনবা ; রাত্রো—স্নুংদাংদা ; লোক—মীয়াম্না ; দেখে—য়েংঙী ; প্রভুর—মহাপ্রভুগী ; নর্ত্তন—জগোই ; কীর্ত্তন—নামশোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক-স্নুংথিন্দা অদ্বৈতাচার্য্যনা স্নুংশিনা তৌবা সেবা অমস্যুং প্রভুগা উননীঙবা মীশিংনা প্রভুগা উনবা, অহিংদনা মীয়ামমক্না প্রভুগী জগোই অমস্যুং কীর্ত্তন য়েংঙী।

## মূল ১৬২

কীর্ত্তন করিতে প্রভুর হয় ভাবোদয়।
স্তম্ভ কম্প পুলকাশ্রু গদ গদ প্রলয় ॥ ১৬২ ॥

### শব্দার্থ

কীর্ত্তন করিতে—কীর্ত্তন তৌবদা ; প্রভুর—প্রভুগী ; হয়—ওই ; ভাবোদয়—ভাব পোক্‌পা ; স্তম্ভ—সোর থিবা ; কম্প—নীক্‌পা ; পুলক—তুজুংবা ; অশ্রু—পি শিন্থবা ; গদগদ—রা লক্কক্ লকক্‌পা ; প্রলয়—রাম্থবা ;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কীর্ত্তন তৌরবদা প্রভুগী সাত্বিক ভাব মথাম পোক্‌খি; মফুদি—সোর থিংবা ; নীক্‌পা, তুজুংবা, পিরাং শিন্থবা, রা লক্কক্ লকক্‌পা অমসু রাম্থবা ( প্রলয় )।

## মূল ১৬৩

ঘন ঘন পড়ে প্রভু আছাড় খাইয়া।
দেখি শচীমাতা কহে রোদন করিয়া ॥ ১৬৩ ॥

### শব্দার্থ

ঘন ঘন—হন্না হন্না ; পড়ে—তুই ; প্রভু—প্রভুনা ; আছাড় খাইয়া—লোংখাক লোংনা ; দেখি—উবগা ; শচীমাতা শচীমাতানা , কহে—হায় , রোদন—কপ্পা , করিয়া—তৌদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা ভাবাবেশদা লোঙথকি লোড়ুনা হন্না হন্না তুরম্মী , মসু উবগা শচীমাতানা কপ্পা কপ্পা হায়রম্মী—

## মূল ১৬৪

চূর্ণ হৈল হেন বাসোঁ নিমাই-কলেবর।
হাহা করি বিষ্ণুপাশ মাগে এই বর ॥ ১৬৪ ॥

### শব্দার্থ

চূর্ণ—তোইবা ; হৈল—ওইরে ; হেন—অসুম্না , বাসোঁ—পুক্নীঙদা খল্লী , নিমাই-কলেবর—নিমাইগী হকচাঙ , হাহা—হাই হাই , করি তৌদুনা , বিষ্ণুপাশ—শ্রীবিষ্ণুগী মফমদা , মাগে নিরম্মী , এই বর—বর অসি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শচীনা হায়রম্মী )—"নিমাইগী হকচাঙ তোইরমাল্লে হায়না খল্লী।" মসি হাই হাই হায়দুনা শচীনা বিষ্ণুগী মফমদা বর অসি নিরম্মী—।

## মূল ১৬৫-১৬৬

বাল্যকাল হৈতে তোমার যে কৈনু সেবন।
তার এই ফল মোরে দেহ নারায়ণ ॥ ১৬৫ ॥
যে কালে নিমাই পড়ে ধরণী-উপরে।
ব্যথা যেন নাহি লাগে নিমাই-শরীরে ॥ ১৬৬ ॥

**শব্দার্থ**

বাল্যকাল—অঙাঙ ওইরিবগী মতম ; হৈতে—দগী ; তোমার—নহাক্কী ; যে—মহু ; কৈনু—তৌরকয়ি ; সেবন—সেবা ; তার—মহুগী ; এই ফল—ফল অসি ; মোরে—ঐঙোন্দা ; দেহ—পীরো ; নারায়ণ—হে নারায়ণ ; যে-কালে—মতমদুদা ; নিমাই—নিমাইনা ; পড়ে—তুই ; ধরণী উপরে—পৃথ্বী লৈমাইথক্তা ; ব্যথা চৈনা ; যেন নাহি লাগে—শোক্তসনুকো ; নিমাই শরীরে—নিমাইগী দেহদা !

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

অঙাঙ ওইরিবদগী নুঙগী সেবা তৌরকপবু, হে নারায়ণ, অদুগী ফল অসি ঐঙোন্দা পীবিবা। নিমাইনা লৈমাই-থক্তা হেক হেক তুবা মতমদা নিমাইগী মছাদা অনাবা ফাওদবা ওইসনুকো।

**মূল ১৬৭**

এই মত শচীদেবী বাৎসল্যে বিহ্বল।
হর্ষ ভয় দৈন্য ভাবে হইলা বিকল ॥ ১৬৭ ॥

**শব্দার্থ**

এই মত—মতৌ অসুম্না ; শচীদেবী—শ্রীশচীদেবীনা ; বাৎসল্যে—মচা নুংশিবগী ময়াইনা ; বিহ্বল—তৌকম খঙলমদে ; হর্ষ—হরাওবা ; ভয়—কিবা ; দৈন্য—তোম্বা ; ভাবে—ভাবশিংদা ; হইলা—ওইখি ; বিকল—হিক্থবা।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মতৌ অসুম্না শচীদেবীদো মচানুংশিবগী ময়াইনা ( বাৎসল্যনা ) তৌকম খঙলমুদে। হরাওবা কিবা-তোম্বা ভাবশিংনা মছাদু হিক্থরম্লে।

**মূল ১৬৮**

শ্রীনিবাস-আদি যত বিপ্র ভক্তগণ।
প্রভুকে ভিক্ষা দিতে হৈল সভা কার মন ॥ ১৬৮ ॥

**শব্দার্থ**

শ্রীনিবাস-আদি—শ্রীনিবাসনচিংবা ; যত—কয়াদো ; বিপ্র ব্রাহ্মণ ;

ভক্তগণ—ভক্তশিংহুনা ; প্রভুকে—প্রভুদা ; ভিক্ষা দিতে—লূক হাহন্নবা ; হৈল—ওইখি ; সভাকার—লোইনমক্কী ; মন—পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিবাসনচিংবা লৈরম্বা ব্রাহ্মণভক্তশিংহু পুম্নমক্কা প্রভুদা ভিক্ষা পীনীঙলম্মী ( লূক হাহন্নীঙলম্মী )।

## মূল ১৬৯-১৭০

শুনি শচী সভাকারে করিল মিনতি।

মুঞি নিমাইর দর্শন আর পাইমু কতি ॥ ১৬৯ ॥

তোমা-সভা-মনে অন্যত্র মিলন।

মুঞি অভাগিনীর এইমাত্র দরশন ॥ ১৭০ ॥

## শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তারগা ; শচী—শচীদেবীনা ; সভাকারে—পুম্নমক্তা করিল মিনতি—হায়জরম্মী , মুঞি—ঐ ; নিমাইর দর্শন—নিমাইবু উবা ; আর—অমূক ; পাইমু—ফংগনী ; কতি—কদায়দা ; তোমা-সভা-সনে—নখোই লোইনমক্কা লোম্ননা ; হবে—ওইগনী ; অন্যত্র—অতোপ্পা মফমদা ; মিলন—উনবা ; মুঞি—ঐ ; অভাগিনীর—লাইবকথীবীগী ; এইমাত্র—হন্দক্কীসিদা ; দরশন—উবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু ভিক্ষা তৌহনগে হায়রকপহু শচীমাতাগী নাকোঙনা তারদুনা ময়াম পুম্নমক্তুদা শচীদেবীনা হায়জরম্মী—ঐদি নিমাইবু মফম কদায়দমূক উবা ফংগনী ? নখোয় লোইনমক্কদি মফম অতৈদসু উনগনী। লাইবক-থীবী ঐগীদি হৌজিকথক উনরিবাসনী।

## মূল ১৭১

যাবৎ আচার্য্যগৃহে নিমাইর অবস্থান।

মুঞি ভিক্ষা দিমু—সভারে এই মাগোঁ দান ॥ ১৭১ ॥

### শব্দার্থ

যাবৎ—মতম অচুক্কী মখৈ ; আচার্য্যগৃহে—অদ্বৈতাচার্য্যগী য়ুমদা ; নিমাইর—নিমাইনা ; অবস্থান—লৈবা ; মুঞি—ঐনা ; ভিক্ষা—ভিক্ষা ; দিমু—পীগনী ; সভারে—ময়াম পুম্নমক্তা ; এই—মসি ; মাগোঁ—নিজরি ; দান—দান।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী শংগাইদা নিমাইনা লৈরিবা মতম অচুক্কী মখৈ ঐনা মঙোন্দা ভিক্ষা পীগে, ময়ামগী মফমদা অসিমতং দান ওইনা নিজগে।

### মুল ১৭২

শুনি ভক্তগণ কহে করি নমস্কার।

মাতার যে ইচ্ছা সেই সম্মত সভার ।। ১৭২ ।।

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তাদুনা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; কহে—হায় ; করি—তৌদুনা ; নমস্কার—খুরুম্বা ; মাতার—ইমাগী ; যে ইচ্ছা—ইচ্ছাদু, অনীঙবদু ; সেই—অদুমক ; সম্মত—য়াবনী ; সভার—লোইনমক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীদেবীগী বা তারগা ভক্তশিংনা খুরুমদুনা হায়রম্মী—ইমারেম্মগী ইচ্ছাদু ঐখোয়-লোইনমক্না য়াজরে।

### মুল ১৭৩

মাতার বৈয়গ্র্য দেখি প্রভুর ব্যগ্র মন।

ভক্তগণে একত্র করি বলিল বচন ।। ১৭৩ ।।

### শব্দার্থ

মাতার—শচীমতাগী ; বৈয়গ্র্য—খৌরাঙবদু ; দেখি—উবগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; ব্যগ্র—খোয়রাঙবা (ওই) ; মন—পুক্নীঙ ; ভক্তগণ—ভক্তশিংবু ; একত্র করি—পুল্লপ তিন্‌হল্লগা ; বলিল—হায়রম্মী ; বচন—বা ;

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাবৈষ্ণবগী খোয়বাউবকুহ্ উবগা প্রভুগী মন-অত্থুহ্ খোইবাওলম্মী। অত্থুনা ভক্তশিংবু পুন্নপ তিংহল্লগা ৱা হায়রম্মী।

## মূল ১৭৪

তোমা সভার আজ্ঞা বিনে চলিলাঙ বৃন্দাবন।
যাইতে নারিল বিঘ্ন কৈল নিবর্ত্তন ॥ ১৭৪ ॥

### শব্দার্থ

তোমা সভার—নখোয পুম্বগী, আজ্ঞা—যাথং, বিনে- নতনা, চলিলাঙ—চৎলম্বনী, বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন; যাইতে চৎপা, নারিল ঙমদ্রে, বিঘ্ন—অকায়বন্দা; কৈল—তৌরে; নিবর্ত্তন—থিংবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয় খ্বাইগী যাথং নত্তনা বৃন্দাবন চৎলম্বনী, চৎপা ঙমদবে. অকায়-বন্দা থিংখরে।

## মূল ১৭৫

যদ্যপি সহসা আমি করিয়াছি সন্ন্যাস।
তথাপি তোমা সভা হৈতে নহিব উদাস ॥ ১৭৫ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্থু, সহসা—খঙহৌদবমখৈ; আমি—ঐ, করিযাছি সন্ন্যাস—লম্বোইরুই; তথাপি অদু ওইববস্থু, তোমা সভা হৈতে—নখোয খ্বাইদগী, নহিব—ওইরোই, উদাস—থৌশাদবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা খঙহৌদবমখৈ লম্বোইথোক্রবস্থু নখোয় খ্বাইব থৌশাদবদি তৌরোই।

## মূল ১৭৬

তোমা সভা না ছাড়িব যাবৎ আমি জীব।
মাতারে তাবৎ আমি ছাড়িতে নারিব ॥ ১৭৬ ॥

শব্দার্থ

তোমা সভা—নখোই খ্বাইবু ; না ছাড়িব—থাদোক্লোই ; যাবৎ—মতম অত্তুগী মথৈ ; আমি—ঐ ; জীব—হিংগনী ; মাতারে—ইমাবুস্থ ; তাবৎ—মতম অতুফাওবা ; আমি—ঐনা ; ছাড়িতে—থাদোকপা ; নারিব—ঙম্মোই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা হিংলিবমথৈদি নখোয়-খ্বাইবু থাদোক্লোই, মতম অতু ফাওবদি ঐস্থু ইমাবু থাদোকপা ঙম্মোই।

## মূল ১৭৭

সন্ন্যাসীর ধর্ম্ম নহে সন্ন্যাস করিয়া।
নিজজন্মস্থানে রহে কুটুম্ব লইয়া॥ ১৭৭॥

শব্দার্থ

সন্ন্যাসীর—লম্বোইবা মীগী ; ধর্ম্ম—নিয়ম, চৎনবী ; নহে—নত্তে ; সন্ন্যাস করিয়া—লম্বোইরগা ; নিজ—মচাগী ; জন্মস্থানে—পোক্‌ফমদা ; রহে—লৈবা ; কুটুম্ব—মুপী-অঙাঙনচিংবা ইমুংগী মী ; লইয়া—লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মথা তারম্মী—"লম্বোইরগা কনাগুম্বনা মাগী পোক্রফমদা মচামশূনচিংবা ইমুংমনুংগা লোয়ননা লৈবদি লম্বোইবগী হৌনবা লীচৎ নত্তে।

## মূল ১৭৮

কেহো যেন এক বোলে না করে নিন্দন।
সেই যুক্তি কর যাতে রহে দুই ধর্ম্ম॥ ১৭৮॥

শব্দার্থ

কেহো—কনামতনা ; যেন—অতুমা ; এক বোলে—অসি হায়দুনা ; না করে—তৌদবা ; নিন্দন—নোক্করা, থীনা ভাঙনবা ; সেই—মদু ; যুক্তি—নাইত ; কর—হায়যু ; যাতে—মদুনা ; রহে—হিংবা ; দুই ধর্ম্ম—ধর্ম্ম অনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরগী মধুরদা থুগী-অঙাওশিংগী লৈ হায়না ফন্দা তোদনবা, হায়বদি মতুনা ধর্ম্ম অনী কায়দনবা নাতৈ অতু পুথোরকউ।

নৈনরোল

দুই ধর্ম্ম—পোক্লফম লমদমদস্ত লৈতবা য়াবা অতুগা নখোয়বুস্ত থাদোক্ত-নবা, অসিগুম্বা যুক্তি অমতং পুথোরকউ।

মূল ১৭৯

শুনিয়া প্রভুর এই মধুর বচন।

শচীপাশে আচার্য্যাদি করিলা গমন॥ ১৭৯॥

শব্দার্থ

শুনিয়া—নাকোঙনা তাহনা; প্রভুর—প্রভুগী; এই—মসি; মধুর—অথুম্বা; বচন—রা; শচীপাশে—শচীদেবীগী নাক্তা; আচার্য্যাদি—অদ্বৈতাচার্য্যনচিংবা; করিলা—তৌয়ি; গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী থুম্লবা রাতৈ অসি তারগা শ্রীঅদ্বৈতনচিংবনা শ্রীশচীগী নাক তান্না চৎলম্মী।

মূল ১৮০

প্রভুর নিবেদন তাঁরে সকল কহিল।

শুনি শচী জগন্মাতা কহিতে লাগিলা॥ ১৮০॥

শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী; নিবেদন—হঙ্গৎলকপা রা; তাঁরে—মহোন্দা (শচীদা); সকল—লোইনমক; কহিলা—হায়রম্মী; শুনি—নাকোঙনা তারগা; শচী—শচীদেবী; জগন্মাতা—জগৎকী মমা ওইবীনা; কহিতে—হায়বা; লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হঙ্গৎলকপা রা পুম্নমক শচীদেবীদা তম্লম্মী। মাদু তারগা জগৎকী মমা ওইবী শচীদেবীনা হায়বা হৌরম্মী।

## মূল ১৮১

তেহোঁ যদি ইহাঁ রহে তবে মোর সুখ ।
তাঁর নিন্দা হয় যদি সেহো মোর দুখ ॥ ১৮১ ॥

### শব্দার্থ

তেহোঁ—মহাক ; যদি—বদি ; ইহাঁ—মফমসিদা ; রহে—লৈরে ; তবে—অদু ওইরবদি ; মোর—ঐগী ; সুখ—নুংঙাইবনী ; তাঁর—মহাক্কী । নিন্দা—থীনা ঙাঙনবা ; হয়—ওই ; যদি—বদি ; সেহো—মদুসু ; মোর—ঐগী ; দুখ—অরাবনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শচীদেবীনা হায়রম্মী )—"মহাক্না মফমসিদা লৈরপদি ঐগীদি নুংঙাইবনী । মদুদা মাগী নিন্দা মীনা তৌরবদি মদুসু ঐগী নুংঙাইতবনী ।

## মূল ১৮২

তাতে এই যুক্তি ভাল মোর মনে লয়— ।
নীলাচলে রহে যদি দুই কার্য্য হয় ॥ ১৮২ ॥

### শব্দার্থ

তাতে—মদুনা ; এই—অসি ; যুক্তি—বিচার ; নাইংচাবা রা ; ভাল—ফৈ ; মোর—ঐগী ; মনে—পূক্নীঙদা ; লয়—লৌয়ি ; নীলাচল—নীলাচল-দা ; রহে যদি—লৈরবদি ; দুই—অনী ; কার্য্য—থবক ; হয়—ওই ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা ঐগী পূক্নীঙদা রাথল অসিনা ফগনী হায়না লৌয়ি, মদুদি মহাক্না নীলাচলদা লৈরবদি থবক অনী পাঙথোক্নী ।

### নৈনরোল

দুই কার্য্য—পোক্লফমদা নিমাইনা লৈবসু পোক্তরে অদুগা মাগী পাও ফংদে হায়বসু লৈররোইদোবনা ঐগী রাবসু লৈররোই ।

পাও ফংদবা লৈররোই হায়বগী মরম মথাগী পয়ার অনীদা হায়রি ।

## মূল ১৮৩

নীলাচলে নবদ্বীপে যেন দুই ঘর।

লোক-গতাগতি বার্ত্তা পাব নিরন্তর ॥ ১৮৩ ॥

### শব্দার্থ

নীলাচলে—নীলাচলদা; নবদ্বীপে—নবদ্বীপতা; যেন—গুম্বনী; দুই—অনী; ঘর—য়ুম; লোক—মী; গতাগতি—চৎথোক-চৎশিন; বার্ত্তা—পাও; পাব—ফংগনী; নিরন্তর—ইতৎ-তত্তনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচলদা অমসুং নবদ্বীপতা য়ুম অনী লৈবগুম্বনী। মী চৎথোক-চৎশিন্ তৌয়ি, অদুনা ইতৎ-তত্তনা পাও ফাওনগনী।

## মূল ১৮৪

তুমি সব করিতে পার গমনাগমন।

গঙ্গাস্নানে কভু হবে তাঁর আগমন ॥ ১৮৪ ।

### শব্দার্থ

তুমি-সব—নখোই লোইনমক; করিতে—তৌবা; পার—ঙম্মী; গমনাগমন (গমন-আগমন)—চৎথোক-চৎশিন; গঙ্গাস্নানে—গঙ্গাস্নানগীদমক; কভু—করিগুম্বদা; হবে—ওইগনী; তাঁর—মহাক্কী; আগমন—লাক্পা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয় লোইনমক হঙৎ-হন্দা চৎথোক্-চৎশিন্ তৌবা ঙম্মী। মহাক্সু করিগুম্বদা গঙ্গাস্নান তৌরবা য়াই।

## মূল ১৮৫

আপনার দুঃখ সুখ তাহা নাহি গণি।

তাঁর যেই সুখ সেই নিজসুখ মানি ॥ ১৮৫ ॥

### শব্দার্থ

আপনার—ইছাগী; দুঃখ—অৱাবা; সুখ—নুংঙাইবা; তাহা—মদু;

নাহি গনি—শীঙথাদে ; তাঁর—মাগী ( প্রভুগী ) ; যেই—অচু ; সুখ—নুংঙাইবা ; সেই—মচু ; নিজ—ইছাগী ; সুখ—নুংঙাইনী ; মানি—লৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শচীনা হায়রম্মী )—ঐ ইছাগী অরা-নুংঙাইগী ব। খল্লুবা লৈতে। মঙাক্কী নুংঙাইবা অচুনা ঐগীসু নুংঙাইবনী হায়না লৌযি।

## মূল ১৮৬

শুনি ভক্তগণ তাঁরে করেন স্তবন।

বেদ আজ্ঞা যৈছে মাতা তোমার বচন ॥ ১৮৬ ॥

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তারগা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; তাঁরে—মহাকপু ( শচীদেবীবু ) ; করেন—লৌযি ; স্তবন—থাগৎপা ; বেদ-আজ্ঞা—বেদগী যাথং ; যৈছে—অদুগুম্বা ; মাতা—ইমাইলেম্মা তোমার—নঙগী ; বচন—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শচীমাতাগী ৱাচু ) ভক্তশিংনা তারগা শচীদেবীব থাগৎলম্মী—হে ইমাবেম্মা ! নঙগী নরাহৈদি বেদগী য়াথংগুম্বনী ( হায়বদি বেদগী ৱাগুম্বা হনজ্জগনী )।

## মূল ১৮৭

ভক্তগণ প্রভু-আগে আসিয়া কহিল।

শুনিঞা প্রভুর মনে আনন্দ হইল ॥ ১৮৭ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; প্রভু-আগে—প্রভুগী মাঙদা ; আসিয়া—লাক্লগা ; কহিল—( ৱা ) তমখি ; শুনিঞা—তারগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; মনে—পুক্নীঙদা ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; হইল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা প্রভুগী মাঙদা লাক্লগা ( মমাবেম্মগী ৱাচু ) তম্লম্মী ; (ৱাচু) তারগা প্রভুগী পুক্নীঙদা নুংঙাইবা পোক্খি

## মূল ১৮৮

নবদ্বীপবাসী-আদি যত লোকগণ।
সভারে সম্মান করি বলিল বচন ॥ ১৮৮ ॥

### শব্দার্থ

নবদ্বীপবাসী—নবদ্বীপতা-লৈবা মী ; আদি—নচিংবা ; যত—কয়া-মুক্তো ; লোকগণ—মীশিং ; সভারে—পুম্নমকপু ; সম্মান—ইকাই-খুম্নবা ; করি—তৌড়ুনা ; বলিল—হায়খি ; বচন—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নবদ্বীপবাসীনচিংবা মী লাক্লম্বা ময়াম পুম্নমক্তা সম্মান তৌড়ুনা প্রভুনা ৱা হায়রম্মী—।

## মূল ১৮৯-১৯১

তুমি-সব লোক মোর পরম-বান্ধব।
এই ভিক্ষা মাগোঁ—মোরে দেহ তুমি সব ॥ ১৮৯ ॥
ঘর যাঞা কর সদা কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন।
কৃষ্ণনাম কৃষ্ণকথা কৃষ্ণ-আরাধন ॥ ১৯০ ॥
আজ্ঞা দেহ নীলাচলে করিয়ে গমন।
মধ্যে মধ্যে আসি তোমায় দিব দরশন ॥ ১৯১ ॥

### শব্দার্থ

তুমি-সব—নখোয় পুম্বা ; লোক—মী ; মোর—ঐগী ; পরম-বান্ধব অখোইবা মরূপ ভারী ; এই—অসি ; ভিক্ষা—ভিক্ষা ; মাগোঁ—নিগে ; মোরে—ঐঙোন্দা ; দেহ—পীয়ু ; তুমি সব—নখোয় পুম্বনা ; ঘর—য়ুমদা ; যাঞা—চৎতুনা ; কর—তৌ ; সদা—মতম পুম্বদা ; কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন—কৃষ্ণ শোনবা ; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী কোলোই ; কৃষ্ণকথা—কৃষ্ণগী ৱারী ; কৃষ্ণ-আরাধন—কৃষ্ণ লাৎপা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দেহ—পীয়ু ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; করিয়ে—তৌগে ; গমন—চৎপা ; মধ্যে মধ্যে—মরক্তমরক্তা ; আসি—লাক্লুনা ; তোমায়—নখোয়দা ; দিব—পীরগী ; দরশন—দর্শন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নখোয় মী অপুম্বা ঐগী অরোইবা মরূপ ভারী ; ভিক্ষাসিদং নিগে ;

ভিক্ষাসি নখোয় লোইনমক্না ঐগোন্দা পীয়ু। মুমদা হল্লগা মতম্ পূম্বদা কৃষ্ণ-সঙ্কীর্তন, কৃষ্ণনাম শোন্‌বা, কৃষ্ণগী ৱারীশাবা অমদি কৃষ্ণ-লাৎপনচিংবা তৌ। যাথং পীরো, ঐহাক নীলাচলদা চৎলগে ; মরক মরক্তা লাক্নুনা নখোয় উনরগনী।

### মূল ১৯২

এত বলি সভাকারে ঈষৎ হাসিয়া।

বিদায় করিল প্রভু সম্মান করিয়া॥ ১৯২ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিখক; বলি—হায়দুনা ; সভাকারে—লোইনমক্তা ; ঈষৎ—হাইফেৎ ; হাসিয়া—নোকনুনা ; বিদায় করিল—বিদায় তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; সম্মান করিয়া—সম্মান তৌদুনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ৱা খিবিক্নি মীয়ামদুদা হায়রগা নোকফেৎ তৌনা প্রভুনা সম্মানগা লোয়ননা বিদায় তৌরম্মী।

### মূল ১৯৩

সভা বিদায় দিয়া প্রভু চলিতে কৈল মন।

হরিদাস কান্দি কহে করুণ বচন॥ ১৯৩ ॥

### শব্দার্থ

সভা—লোয়নমকপু ; বিদায় দিয়া—বিদায় পীরগা ; প্রভু—প্রভুনা, চলিতে—চৎনবা ; কৈল মন—নিংখি ; হরিদাস—হরিদাসনা ; কান্দি—কপ্লুনা ; কহে—হায় ; করুণ—অৱাবগী ওইবা ; বচন—ৱা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়াম পূম্ববু বিদায় পীরগা প্রভুনা চৎলগে হায়না নীংখি। হরিদাসনা কপ্পা কপ্পা অৱাবগী ৱাহৈনা হায়রম্মী—।

### মূল ১৯৪

নীলাচল চলিলে তুমি মোর কোন্ গতি।

নীলাচলে যাইতে মোর নাহিক শকতি॥ ১৯৪ ॥

### শব্দার্থ

নীলাচল—নীলাচলদা ; চলিলে—চৎলবদি ; তুমি—নহাক্না ; মোর—ঐগী ; কোন্—করম্বা ; গতি—পাম্বৈ (লৈগনী) ; নীলাচলে—নীলাচলদা ; যাইতে—চৎনবা ; মোর—ঐগী ; নাহিক—লৈতে ; শকতি—পাঙ্গল ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙনা নীলাচলদা চৎখ্রদি ঐগী করি গতি ওইগনী ? ঐগীদি নীলাচলদা চৎননবা পাঙ্গল লৈতরে ।

### ট্রমনজেন্সাল

যবনগী কুলদা পোকপনী হায়দুনা শ্রীলহরিদাস ঠাকুরনা মছাবু শোক-পন্নম্নদবা ( অস্পৃশ্য ) অমাংবা ( অপবিত্র ) হায়না থল্লী ; পরমপবিত্র তীর্থ ওইরিবা নীলাচলদা চৎনবগী অধিকার মহাক্কী লৈতে হায়না মছা মথন্তনা থনজরম্মী ।

### মূল ১৯৫

মুঞি অধম তোমার না পাব দরশন ।
কেমনে ধরিমু এই পাপিষ্ঠ জীবন ॥ ১৯৫ ॥

### শব্দার্থ

মুঞি—ঐদি ; অধম—অতোনবা ; তোমার—নঙগী ( নঙবু ) ; না পার—ফংলরোই ; দরশন—উবা ; কেমনে—করম্না ; ধরিমু—পুগনী ; এই—অসি ; পাপিষ্ঠ—পাপ-কী ; জীবন—পুন্সি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐদি অতোনবনী ; নঙবু উবা ফংলরোই ; করম্না পাপ চেনবা পুন্সিসে লেনগনী ।

### মূল ১৯৬

প্রভু কহে কর তুমি দৈন্যসংবরণ ।
তোমার দৈন্যেতে মোর ব্যাকুল হয় মন ॥ ১৯৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু—প্রভুনা ; কহে—হায়রম্মী ; কর—তৌও ; তুমি—নঙ ; দৈন্য—তোম্ববা ; সংবরণ—তোকপা ; তোমার—নঙগী ; দৈন্যেতে—তোম্ববদা ; মোর—ঐগী ; ব্যাকুল—লাংতক্নবা ; হয়—ওই ; মন—পুক্নীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নঙগী দৈন্য অহু তোক্লো। নঙগী দৈন্যদুদা ঐগী পুক্নীঙ লাঙতক্লে।

## মুল ১৯৭

তোমা লাগি জগন্নাথে করিব নিবেদন।
তোমা লৈয়া যাব আমি শ্রীপুরুষোত্তম ।। ১৯৭ ।।

## শব্দার্থ

তোমা লাগি—নঙগীদমক্; জগন্নাথে—শ্রীজগন্নাথদা; করিব—তৌগনী; নিবেদন—হক্ষংপা; তোমা—নঙবু; লৈয়া—পুত্থনা; যাব—চৎকনী; আমি—ঐ; শ্রীপুরুষোত্তম—শ্রীক্ষেত্র।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা মখা তাথরম্মী) নঙগীদমক ঐনা শ্রীজগন্নাথদেবদা হায়জগনী। ( মাগী কৃপানা ) ঐনা নঙবু শ্রীক্ষেত্রদা পুগনী।

## মুল ১৯৮

তবে ত আচার্য্য কহে বিনতি করিয়া।
দিন-দুই-চারি রহ কৃপা ত করিয়া ।। ১৯৮ ।।

## শব্দার্থ

তবে ত—অতুদগী; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য; কহে—হায়; বিনতি—নোল্লকপা; করিয়া—তৌদুনা; দিন—নুমীৎ; দুই—অনী; চারি—মরি; রহ—লৈয়ু; কৃপা ত—থৌজাল; করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগীদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা নোল্লজনা হায়রম্মী—চনবিদুনা নুমীৎ নীমী হুম্মীদং লৈবিযো।

## মূল ১৯৯

আচার্য্যবচন প্রভু না করে লঙ্ঘন।
রহিলা অদ্বৈতগৃহে- না কৈল গমন ।। ১৯৯ ।।

### শব্দার্থ

আচার্য্যবচন—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী বা ; প্রভু—প্রভুনা ; না করে—তৌদে ; লঙ্ঘন —লঙ্খায়বা ; রহিলা—লৈখি ; অদ্বৈতগৃহে—শ্রীঅদ্বৈতগী শঙগাইদা ; না কৈল —তৌদ্রে ; গমন —চৎপ।।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী বাদি প্রভুনা হিক্তোক্তে। শ্রীঅদ্বৈতগী শঙগাইদা লৈথরম্মী ; লেঙগদোবতু তোক্লম্মে।

### মুল ২০০

আনন্দিত হৈলা আচার্য্য শচী ভক্তসব।

প্রতিদিন করে আচার্য্য মহামহোৎসব ॥ ২০০ ॥

### শব্দার্থ

আনন্দিত—নুংঙাইবা ; হৈলা—ওইখি ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত ; শচী—শচী মাতা ; ভক্তসব—ভক্তপুম্বা ; প্রতিদিন—নুমীৎ খুদিংগী ; করে—তৌয়ি ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; মহামহোৎসব—উৎসব অচৌবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা লেঙদবত্তদা) শ্রীঅদ্বৈত, শচীমাতাসু অদুগা ভক্ত-খিবিকসু লোইনা হরাওরম্মে। নুমীৎ খুদিংগী শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মহোৎসব অচৌবা অমম্মম্ তৌরম্মী।

### মূল ২০১

দিনে কৃষ্ণকথা-রস ভক্তগণ সঙ্গে।

রাত্রো মহামহোৎসব সঙ্কীর্ত্তন রঙ্গে ॥ ২০১ ॥

### শব্দার্থ

দিনে—অয়ুক-নুংথিন্দা ; কৃষ্ণকথা—কৃষ্ণগী বাগী ; রস—নুংঙাইবা ; ভক্তগণ সঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়নবা ; রাত্র্যা—নুংদাংদনা ; মহামহোৎসব মহোৎসব অচৌবা ; সঙ্কীর্ত্তন—নাম সঙ্কীর্ত্তন ; রঙ্গে—নুংঙাইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

অয়ুক নুংথিন্দা ভক্তশিংগা লোয়ননা কৃষ্ণকথাদা নুংঙাইরম্মী ; নুং-
দাংদনা মহোৎসব অমসুং সঙ্কীর্তন নুংঙাইনা তৌরম্মী।

মূল ২০২

আনন্দিত হৈয়া শচী করেন রন্ধন।
সুখে ভোজন করে প্রভু লঞা ভক্তগণ ॥ ২০২ ॥

শব্দার্থ

আনন্দিত—নুংঙাইনা ; হৈয়া—ওইদুনা ; শচী—শচীদেবীনা ;
করেন—তৌরি ; রন্ধন—চাকথোংবা ; সুখে—নুংঙাইনা ; ভোজন—চাবা,
করে—তৌরি ; প্রভু—প্রভুনা ; লঞা—লোয়ননা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শচীদেবীনা নুংঙাইরদুনা লুক হোৌয়ি ; প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা
নুংঙাইনা প্রসাদ ফংঈ।

মূল ২০৩

আচার্যের শ্রদ্ধাভক্তি গৃহ সম্পদ্ধনে।
সকল সফল হৈল প্রভু-আরাধনে ॥ ২০৩ ॥

শব্দার্থ

আচার্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্যগী ; শ্রদ্ধাভক্তি—থাজবা লোয়নবা
ভক্তি ( সেবা ) ; গৃহ—য়ুম ; সম্পদ্ধনে—লনপুং ; সফল—মহৈ য়াম্লবা ;
হৈল—ওইরে ; প্রভু—আরাধনে—প্রভুবু লাৎপদা ।

অন্বয়—প্রভুর আরাধনায় (প্রয়োজিত হইয়াছে বলিয়া) শ্রীঅদ্বৈতা-
চার্যের শ্রদ্ধাভক্তি, গৃহ—সম্পদ, ধন—সমস্তই সফল হইল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুবু লাৎপদা শীজিন্নবা মরম্না শ্রীঅদ্বৈতাচার্যগী শ্রদ্ধাভক্তি, গৃহসম্পদ
অমসুং ধন (লন) পুম্নমক মহৈ য়াম্লে।

মূল ২০৪

শচীর আনন্দ বাড়ে দেখি পুত্রমুখ।
ভোজন করাঞা পূর্ণ কৈল নিজসুখ ।। ২০৪ ।।

শব্দার্থ

শচীর—শচীদেবীগী ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; বাড়ে—হেঙ্গৎলী ; দেখি—য়েংদুনা ; পুত্রমুখ—মচানুপাগী মায়থোঙ ; ভোজন করাঞা—চাকপীজদুনা ; পূর্ণ কৈল—মপুঙ ফাহনখি ; নিজসুখ—মছাগী নুংঙাইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচাবুংঙোগী মায়থোঙ য়েংলগা শচীগী নুংঙাইবা হেঙ্গৎলী। অদুদগী প্রভুবু প্রসাদী ফংহল্লগা শচীগী নুংঙাইবা মপুঙ ফাখি।

মূল ২০৫

এই মত অদ্বৈত গৃহে ভক্তগণ মেলে।
বঞ্চিল কথোকদিন নানা কুতূহলে ।। ২০৫ ।।

শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; অদ্বৈতগৃহে—শ্রীঅদ্বৈতগী শঙগাইদা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; মেলে—সভাদা ; বঞ্চিল—লেল্লী ; কথোকদিন—নুমিৎ কয়ানী ; নানা—মখল মখাগী ; কুতূহলে—নুংঙাইবনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শ্রীঅদ্বৈতগী শঙগাইদা ভক্তশিংগা তিল্লনা মখল-মখাগী নুংঙাইবগা লোয়ননা নুমীৎ কয়ানীরোম লেনখি।

মূল ২০৬

আরদিন প্রভু কহে সবভক্তগণে।
নিজ নিজ গৃহে সভে করহ গমনে ।। ২০৬ ।।

শব্দার্থ

আরদিন—অতোপ্পা নুমীৎতা ; প্রভু—প্রভু ; কহে—হায় ; সবভক্তগণে—ভক্তশিং পুম্বদা ; নিজ নিজ—নছা নছাগী ; গৃহে—য়ুমদা ; সভে—পুম্নমক ; করহ—তৌরো ; গমনে—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোম্মা সুমীং অমা প্রভুনা ভক্তশিং পুন্নমক্তা হায়রম্মী— নছা নছাগী য়ুমদা হল্লো।

## মূল ২০৭

ঘরে গিয়া কর সবে কৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন।

পুনরপি আমা সঙ্গে হইবে মিলন ॥ ২০৭ ॥

### শব্দার্থ

ঘরে— য়ুমদা ; গিয়া —চৎলগা ; কর—তৌ ; সবে—লোইনমক্না ; কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন—কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন ; পুনরপি—অমূক হন্না ; আমা সঙ্গে—ঐগা লোয়নদা ; হইবে মিলন—উনগনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়ুমদা চৎলগা নখোয় পুন্নমক কৃষ্ণসঙ্কীর্ত্তন তৌ। অমূক হন্না ঐগা লোয়ননা উনগনী।

## মূল ২০৮

কভু বা করিবে তোমরা নীলাদ্রিগমন।

কভু বা আসিব আমি করিতে গঙ্গাস্নান ॥ ২০৮ ॥

### শব্দার্থ

কভু বা— করিগুম্বদা ; করিবে—তৌগনী ; তোমরা—নখোয়না ; নীলাদ্রিগমন— নীলাচলদা ( শ্রীক্ষেত্রদা ) চৎপা ; কভু বা—করিগুম্বদা ; আসিব—লাক্কনী ; আমি—ঐ ; করিতে—তৌবা ; গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা ইরুজবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মথা তাথরম্মী )—করিগুম্বা মতমদা নখোয়না নীলাচলদা চৎকনী অদুগা করিগুম্বদা ঐনা গঙ্গাস্নান তৌবা লাক্কনী।

## মূল ২০৯

নিত্যানন্দ গোসাঞি পণ্ডিত জগদানন্দ।

দামোদর পণ্ডিত আর দত্ত মুকুন্দ ॥ ২০৯ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দগোসাঞি—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু; পণ্ডিত জগদানন্দ—শ্রীজগদানন্দ পণ্ডিত; দামোদর পণ্ডিত—শ্রীদামোদর পণ্ডিত; আর—অমসুং; দত্ত মুকুন্দ—শ্রীমুকুন্দ দত্ত।

### মূল ২১০

এই চারিজনে আচার্য্য দিল প্রভুসনে।
জননী-প্রবোধ করি বন্দিল চরণে ॥ ২১০ ॥

### শব্দার্থ

এই চারিজনে—মী মরিসিবু; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতনা; দিল—পীরম্মী; প্রভুসনে—প্রভুগা লোয়নননা; জননী—অপোকপী মমাবু; প্রবোধ—থেম্জনবা; করি—তৌরগা; বন্দিল—খুরুম্মী; চরণে—খুয়াদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী মরিসি ( নিত্যানন্দ, জগদানন্দ, দামোদর অমসুং মুকুন্দ দত্ত ) প্রভুগা লোয়নননবা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা পীরে। মমাবেম্মাবু থেম্জল্লগা মখোঙদা খুরুম্লম্মী ( প্রভুনা )।

### মূল ২১১

তাঁরে প্রদক্ষিণ করি করিল গমন।
এথা আচার্য্যের ঘরে উঠিল ক্রন্দন ॥ ২১১ ॥

### শব্দার্থ

তাঁরে—মহাকপু (মমাবু); প্রদক্ষিণ—কোয়বা ( পরিক্রমা ); করি—তৌদুনা; করিল গমন—চৎলম্মা; এথা—অসোমদনা; আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতগী; ঘরে—য়ুমদা; উঠিল—হৌখি; ক্রন্দন—কপ্পা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাবেম্মবু কোয়রগা লেঙখিরম্মী। অসোমদনা শ্রীঅদ্বৈতগী শঙ-গাইদনা কপ্পখৎলম্মী;

### মূল ২১২

নিরপেক্ষ হৈয়া প্রভু শীঘ্র চলিলা।
কান্দিতে কান্দিতে আচার্য্য পাছে ত লাগিলা ॥ ২১২ ॥

### শব্দার্থ

নিরপেক্ষ—ঙাইদবা নত্রগা খোঁশাদবা ; হৈয়া—ওইদুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; শীঘ্র—থুনা ; চলিলা—চৎখি ; কান্দিতে কান্দিতে—কপ্পা কপ্পা ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতনা ; পাছেত—তুংদা ; লাগিলা—নকশল্লম্মী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাবুস্ু ঙাইদবমখৈ নত্রগা কপ্পরম্বদু খোঁশাদবমখৈ প্রভুনা থুনা খোঙশাল্লম্মী । শ্রীঅদ্বৈতনা কপ্পা কপ্পা তুং ইল্লকখি ।

### মূল ২১৩—২১৫

কথোদূর যাই প্রভু করি যোড়হাত ।
আচার্য্যে প্রবোধি কহে কিছু মিষ্ট বাত ॥ ২১৩ ॥
জননী প্রবোধি কর ভক্তসমাধান ।
তুমি ব্যগ্র হৈলে কারো না রহিবে প্রাণ ॥ ২১৪ ॥
এত বলি প্রভু তাঁরে করি আলিঙ্গন ।
নিবৃত্তি করিয়া কৈল স্বচ্ছন্দগমন ॥ ২১৫ ॥

### শব্দার্থ

কথোদূর—থরদং ; যাই—চৎলগা ; প্রভু—প্রভুনা ; করি—তৌদুনা ; যোড়হাত—খুৎলোন্নবা ; আচার্য্যে—শ্রীঅদ্বৈতবু ; প্রবোধি—থেমজন্দুনা ; কহে—হায় ; কিছু—খরা ; মিষ্ট—অথুম্বা ; বাত—ৱা ; জননী—ইমাবু ; প্রবোধি—থেমজন্দুনা ; কর—তৌ ; ভক্তসমাধান—ভক্তশিংবু থামজনবা ; তুমি—নঙনা ; ব্যগ্র—লাঙতক্কবা ; হৈলে—ওইরবদি ; কারো কনাগীসু ; না রহিবে—লৈররোই ; প্রাণ—থৱাই ; এত—অসিথক ; বলি—হায়দুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁরে—মহাকপু (অদ্বৈতাচার্য্যবু) ; করি—তৌদুনা ; আলিঙ্গন—কোন্শনবা ; নিবৃত্তি—(তুংইল্লম্বদু) খাম্বা ; করিয়া—তৌদুনা ; কৈল—তৌখি ; স্বচ্ছন্দগমন—নীঙতম্না চৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম খরা লেঙলগা প্রভুনা খুৎ অনী লোন্নরগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু থেমজল্লগা অথুম্বা ৱাহৈ খরা হায়রম্মী—"ইমাবু থেমজন্দুনা ভক্তশিংবু থামজনবিয়ু । নহাক্না লাঙতক্করবদি কনামত্তগী মথরাই লৈররোই ।" অসি হায়রগা প্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতবু কোন্শল্লম্মী । তুংইল্লম্বদু তোকহল্লগা প্রভুনা নীঙতম্না লেঙখি ।

## মূল ২১৬

গঙ্গাতীরে তীরে প্রভু চারিজনসাথে।
নীলাদ্রি চলিলা প্রভু ছত্রভোগ পথে॥ ২১৬॥

### শব্দার্থ

গঙ্গাতীরে-তীরে—গঙ্গাগী তোর্বান-তোর্বান্দদা, প্রভু—প্রভুনা, চারিজন—মী মরিগা (নিত্যানন্দমচিংবা); সাথে—লোয়ননা, নীলাদ্রি নীলাচল; চলিলা—লেপ্তলম্মী; প্রভু—প্রভুনা, ছত্রভোগপথে—ছত্রভোগগী লম্বীদা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গঙ্গাগী তোর্বান তোর্বান্দা তৌদুনা প্রভুনা মী মরিগা লোয়ননা চৎলগা ছত্রভোগ-গী লম্বীদা নীলাচল মায়কৈ পাংলম্মী।

### মৈনমরোল

ছত্রভোগ—সাগরসঙ্গমগী মনাক্তা লৈবা লম অমনী। হৌজিক্কী চব্বিশ পরগণা জেলাগী জয়নগর মজিলপুরদগী মাইল মঙা তরুক খাবো-মদা চৎলগা লৈবনী।

## মূল ২১৭

চৈতন্যমঙ্গলে প্রভুর নীলাদ্রিগমন॥
বিস্তারি বর্ণিয়াছেন দাস বৃন্দাবন॥ ২১৭॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যমঙ্গলে—চৈতন্য ভাগবতদা; প্রভুর—প্রভুগী; নীলাদ্রিগমন—নীলাচল চৎপা, বিস্তারি—শন্দোক্না; বর্ণিয়াছেন—বর্ণনা তৌরে; দাস বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন দাসনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৃন্দাবন দাসনা মহাক্কী চৈতন্যমঙ্গলদা প্রভুনা নীলাচল চৎবগী ওয়াহি শন্দোক্না ইরি।

## মূল ২১৮

অদ্বৈতগৃহে প্রভুর বিলাস শুনে যেই জন।
অচিরাতে মিলয়ে তারে কৃষ্ণপ্রেমধন॥ ২১৮॥

অন্ধাগী

অদ্বৈতগৃহে—শ্রীঅদ্বৈতগী শঙগাইদা ; প্রভুর — মহাপ্রভুগী ; বিলাস— লীলা ; শুনে—নাকোঙনা তায় ; য়েই জন—মী অদু ; অচিরাতে— থুন্দনমক ; মিলয়ে—ফংগনী ; ত্যারে—মাগী ; কৃষ্ণপ্রেমধন—কৃষ্ণবু নুং- শিবা হায়বা লন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্যাগী শঙগাইদা তৌখিবা প্রভুগী লীলাগী বা শ্রবণ তৌবা মীহুদি থুনমক্ কৃষ্ণপ্রেম কৌবা লন অদু ফংডী নত্রগা ফংগনী।

মুল ২১৯

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ।২১৯॥

অন্ধাগী

শ্রীরূপ—শ্রীরূপ গোস্বামীগী ; রঘুনাথ—শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী ; পদে —খুযাদা ; যার— মহাকী ; আশ—আশা ; চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যগী চরিতামৃত ; কহে—লীজে , কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাসনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামী চরণবু আশা তৌজরিবা কৃষ্ণদাসনা শ্রীচৈতন্যগী চরিত কৌবা অমৃতসি লীজরি।

## নৈনরোল

সন্ন্যাসগী মতুঙদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা কাটোয়া থাদোক্পগী তুংদা থোক্- খিবা থোদোকশিংগী মরমদা শ্রীচৈতন্যভাগবতদা শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা পীরিবা য়াৱোলদুগী মওং খরা তোপ্পী মহুদি শমুশৎনা অসিনী। সন্ন্যাস লৌবা চুমীংকী অহিংদা প্রভুদি কাটোয়াদা ভারতী গোস্বামীগী আশ্রমদা লেরম্মী। মুংদাংদা প্রেমাবেশদা জগোই শাদুনা কীর্ত্তন তৌরদা প্রভুনা কেশব-ভারতীবু কোনশিল্লম্মী ; মহাগী ফল ওইনা ভারতীসু 'হরি হরি' শান্দুনা প্রেমাবিষ্ট ওইদুনা জগোই শাদুনা কীর্ত্তন তৌখি। নোংঙাল্লগা

প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান হনজল্লকপা মতমদা "অরণ্যে প্রবিষ্ট মুই হইমু সর্ব্বথা। প্রাণনাথ মোর কৃষ্ণচন্দ্র পাঙ যথা।।—লেপ্পমক ঐ করিনো অমা তৌগনা ঐগী প্রাণনাথ কৃষ্ণচন্দ্রবু ফংগদবা মফমদা চঙলগনী।"— অসি হায়রুনা সন্ন্যাসগী গুরু কেশবভারতীগী মফমদগী বিদায় লৌরুনা লম অতু থাদোকুনা লেঙগদবগী থৌরাঙখি। কেশবভারতীসু নৃত্যকীর্তন তৌরুনা মহাপ্রভুগা লোয়ননা লেমিন্নবা পামখি; অদুনা প্রভুনা ভারতীবু লোয়ননা পুরম্মী। ভারতীনা মাঙ থাই প্রভুনা তুং ইল্লি। প্রভুনা বনগী মায়কৈরোমদা লেঙখি। মতমতুদা চন্দ্রশেখর আচার্য্যবু কোল্লগা কপ্পা কপ্পা প্রভুনা হায়খি—"য়ুমদা চৎলো নঙ, বৈষ্ণব পুম্নমক্কী মফমদা ঐহাক বন-দা চৎখ্রে হায়বনা পাউদম্মু।" হাসি হায়রল্লগা প্রভু লেঙখি, আচার্য্যরত্বনা হান্থহৌরি। হান্থবা ফরগা মহাক্না নবদ্বীপতা প্রভুগী পাউ তম্মুই; পাউ তাবদা নবদ্বীপবাসী ভক্তশিংগী হাবদি অথৈ লৈরম্দে। অমোমক্তনা প্রভুনা কাটোয়াদগী নোংচুপ মায়কৈ পাংলম্মী, লোয়নরম্বনা শ্রীপাদ নিত্যানন্দ, গদাধর, মুকুন্দ, গোবিন্দ অমসুং কেশব-ভারতী। লমথাঙদা শীঙনাইদবা মীময়াম্বু কৃষ্ণপ্রেমনা ভাওহল্লগা ময়াই-কাবা নোংশাগুম চেন্না চেন্না 'হরে কৃষ্ণ হরে হরে' হায়বসি শঙ্কা শঙ্কা লেঙলম্মী অদুগা শ্রীমন্নিত্যানন্দনচিংরক্না তুংদা চেল্লম্মী। অদুগোম্বই শানা শানা প্রভুনা বক্রেশ্বর-শিবগী মফমদা অচৌকপা বনগী মনুঙদা লৈরুপনী হায়রম্মী। সন্ধ্যাগী মতমদা খুল অমদা ব্রাহ্মণ অমগীদা ভিক্ষা লৌরগা পোথাখি। অহিং লোইগদবা প্রহর অমরোম হাংলিঙৈদা প্রভুতমক হৌগৎলগা লেঙখি। কোম্থংদা লোয়নরকপা মীশিংনা হৌগৎলগা প্রভুনা কপ্পগী মাগোন লাকপা মায়কৈ তম্না লাক্লগা লমহাঙ অমদা চৎলগা প্রভুগা উনখি। পুম্নমক নোংচুপ মায়কৈ চৎলী; বক্রেশ্বর-শিবগী মন্দিরদু ক্রোশ মরি হাংলম্মী; মতম অসিরাইদা প্রভুনা নোংপোক মায়কৈদা যাত্রা তৌরগা হায়রম্মী—"ঐহাক নীলাচলদা চৎলে। জগন্নাথ-প্রভুনা ঐঙোন্দা হাথং তাউজরক্লে। নীলাচলদা নখোয় পুম্নমক লাক্লো।" মতৌ অসুম্না রাঢ়দেশদা কোয়থগা অসুম লাকপনা প্রভুনা গঙ্গাগী মায়কৈ পাংখি। মফম অমতদা কনাগীসু মচীন্দা কৃষ্ণনাম শোনবা মনাকোঙমা তাখিদে। খঙহৌদনা শনজেঙ্কহা অমনা হরিধ্বনি তৌরকপদা প্রভুনা ইঙক ঙক্না হংলম্মী—গঙ্গা কয়া লাপ্পী? পাউথুম ফংলম্মী— "প্রহুর অমগী লম্বী চৎলগা ফংগনী।" মতমদুদা প্রভুনা হায়রম্মী—"মহিমাসি গঙ্গাতগীনী।

মরমদুনা মফমসিদা হরিনামগী প্রচার লৈরিবনী ।” গঙ্গাগী মহিমা শ্রীকৃষ্ণ-শীঙথানা প্রভুনা হায়রম্মী—“ঙসিদি ঐহাক ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা গঙ্গাদা লূপ্‌কনী ।” সন্ধ্যাগী মতমদা গঙ্গাতোর্ব্বান্দা লৈঙলক্কুনা গঙ্গাস্নান তৌরম্মী । অহিং অদুমা প্রভুনা মাগী লোইনবশিংগা অনকপা খূল অমদা পোথাখি ।

অয়ুক্তা লেংখৎলগা শ্রীনিত্যানন্দদা হায়রম্মী—“নঙ নবদ্বীপতা চৎলগা ভক্তশিংদা ঐ নীলাচলদা চৎকনী হায়রু, শান্তিপুরদা অদ্বৈতাচার্য্যগী শঙগাইদা মখোয় পুম্বগা উননবা ঙাইদুন লৈগে । নঙনা ময়ামপুম্বা পুরক্কুনা শান্তিপুরদা লাকউ । ঐ হৌজিক ফুলিয়াদা চৎতুনা হরিদাসগা উনরুগে, অদুদগী শান্তিপুরদা চৎকনী ।” মতমদুদা শ্রীমন্নিত্যানন্দ নবদ্বীপ তা লেংখি অদুগা প্রভুনা ফুলিয়াদা লেংখি । ফুলিয়াদা মী ময়াম লাক্কুনা প্রভুবু দর্শন তৌখি । প্রভু ফুলিয়াদগী শান্তিপুরদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী শঙগাইদা লেংলম্মী । প্রভুবু উবদা আচার্য্যনা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুম্লম্মী অদুগা প্রেমগা লোয়ননা কপ্লম্মী । মতম অসিরাইদা শ্রীবাসনচিংবা নবদ্বীপবাসী ভক্তশিংগা লোয়ননা শ্রীমন্নিত্যানন্দসু আচার্য্যগী শঙগাইদা থুংলৈ । ( শ্রীচৈতন্যভাগবত । অন্ত্য । অহানবা অধ্যায় ) । শচীমাতানা শান্তিপুরদা লেঙংকপগী রা শ্রীচৈতন্য-ভাগবতদগী করিমত্তা খঙবা ঙমদে । কাটোয়াদগী কেশবভারতীনা প্রভুগা লোয়নরকখি, অদুবু মতুঙদদি মাগী রা শ্রীচৈতন্য ভাগবতদা করিমত্তা পন্দে ।

শ্রীল বৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী মত তুংইন্না, কাটোয়াদগী থোক্লগা হুমী-শুবা নুমীত্তা প্রভুনা ফুলিয়াদা লেঙলকখি ; নোংঙাল্লগা শান্তিপুরদা লেঙঙী । প্রভু মতম পুম্বদা বাহ্যজ্ঞান-য়াওদবা ওইনা লৈখিদে । মহাক কদায়দা লেঙগনী করি তৌগনী—পূম্নমক হান্নগী ভাব-তা ডাওলম্মী । নুমীৎ খুদিংগী নুমীৎতাবগা খূল অমদা পোথায় অদুগা ভিক্ষা ফংঙী । মতৌশাগী ভাব-তা গঙ্গাবু গঙ্গানী হায়না থঙদুনা গঙ্গাদা স্নানসু তৌরম্মী ।

অদুবু কবিরাজ গোস্বামীনা হায়—শ্রীবৃন্দাবন্দা লেঙগে হায়না তৌবা সঙ্কল্পগী ওইফম থোকপা ভাব কী আবেশদা প্রেম্না ডাওরবা ফীভমদা প্রভুনা নিত্যানন্দ, মুকুন্দ অমসুং চন্দ্রশেখর আচার্য্য মখোয় অহুমদগা লোয়ননা কাটোয়া থাদোকয়ি অদুগা বৃন্দাবন চৎপগী ভাবাবেশদা পোথাবা লৈতবমখৈ নুমীৎ হুয়্যী চুপ্পা কোয়না চৎলগা গঙ্গা-তোর্ব্বান্দা য়োৗরকখি অদুগা যমুনা ওইরবোই নীঙদুনা গঙ্গাদা স্নান তৌখি । শ্রীমন্নিত্যা-নন্দনা হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতসু হি পুরক্কুনা মফমদুদা থুংলখি অমসুং শ্রীঅদ্বৈতগা

রাবী শাবদা ভাবাবেশ অদু তোকখিদুনা হান্নগী ফীভমদা হন্দ্ররক্মী। শ্রীঅদ্বৈতনা মযুমদা প্রভুবু পুখি

কবিরাজ-গোস্বামীগী রাগা বৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী রাগা অনীমি তিন্নদ্রে। অদুবু কবিরাজগী রাগা কর্ণপুরগী নাটক তা হায়বগা পূণ্ডমাল মান্নে, মছাবু কাউথোকপা ফীভমদা বাচদেশদা প্রভুনা মুমিৎ ছুমী কোয়বগী মতাঙদসু কবিরাজ গোস্বামীগা মুরারিগুপ্তগী কড়চাদা (৩/৩/১৮) হায়বগা চপ মান্নে। কাটোয়াদগী শান্তিপুরবোমদা চঙবা মতমদা করম করম্বা মফমদা প্রভুনা লেঙখি হায়বসি বৃন্দাবনদাস ঠাকুরতনা পল্লী, কবিরাজ গোস্বামী, কর্ণপুর অমদি মুরারিগুপ্তদি পন্দে। বৃন্দাবন-দাস ঠাকুরনা পল্লিবা মফম-শিংদু ফাওদুনা প্রভু লেঙখিরম্বসু যাই। অদুমতুদা ফুলিযাগী মতাঙদুদদি চিংননঙাই খরমুক লৈ। ফুলিযাগী রাসি মুরারিগুপ্ত, কর্ণপুর অমদি কবিরাজ মখোয কনামতনা পল্লমদে। প্রভুগা লয়ননা কেশব-ভারতীনা লাক্লম্বগী রাসিসু মুরারিগুপ্তগা কর্ণপুরগনসু পল্লমদে। বৃন্দাবনদাস ঠাকুরনা হায়রম্বা কাটোযাদগী থোরক্লগা প্রভুনা চন্দ্রশেখর আচার্যাবু নবদ্বীপ-তা থায হায়বসিনী, কবিরাজ গোস্বামী অমসুং কর্ণপুরনসু হায়—শান্তিপুরগী মনাক্তা গঙ্গাগী তোর্ব্বান বামগী মনাক্তা লাকপগা শ্রীমন্নিত্যানন্দনা চন্দ্রশেখর আচার্য্যবু শান্তিপুর চংবা অদুদগী নবদ্বীপ তা চংননা যাথং তাউথরম্মী। অদুবু মুরারিগুপ্তন হায়বদি কাটোযাদগী চংপদা ছুমীগুবা মুমীৎ ফাওবা প্রভুনা মছাব কাউথোরম্মী (কড়চা ৫/৩/ ৮) অদুগা মরীনী গুবা মুমীত্তা (অদুগী মতু দগীদি) প্রভুগী আত্মস্মৃতি (মছাবু নীংশীঙবা) হনজল্লক্খি। মতমদুদা প্রভুনা মুরারিগুপ্তবু নবদ্বীপতা চংলো হায়রদগী মুরারি মযুমদা হল্লকখিরম্মী (কড়চা ৩ ৩/৮ )। কড়চানা হাযরিবা রাকমসিনা তাকপদি কাটোযা থাদোকপ মতমদা মুরারিগুপ্তসু প্রভুগা লোয়নরম্মী হায়বসিনী। রাকমসিদি অতৈ কং মতনদি হায়দে। কর্ণপুরগী নাটকী রা মতুং ইন্নদি (৪/৪১) মতমদুদা মুরারিগুপ্তদি নবদ্বীপতা লৈরম্মী।

বৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী রা মতুং ইন্না শান্তিপুরদা প্রভুনা লৈরম্বসি নোংম-তনী, অদুগা কবিরাজ গোস্বামীনা হায়বনা খোঙফমসিদা প্রভুদি শান্তি-পুরদা মুমীৎ তরানী লৈরম্মী। বৃন্দাবন-দাস ঠাকুরনা হায় - শ্রীজগন্নাথগী য়াথং মতুং ইন্না প্রভু নীলাচলদ লৈরিবনী, অদুগা কবিরাজগা কর্ণপুরগুন্না হায়বদি শ্রীশচীমাতাগী ইছা মতুং ইন্না প্রভুনা নীলাচলদা লৈখিবনী।

শান্তিপুরদগী প্রভুনা নীলাচল লেঙবগী মরমদা বৃন্দাবনদাসনা হায়—প্রভুনা শান্তিপুরদগী আটিসারা গ্রামদা, আটিসারাদগী গঙ্গা-তোর্ব্বানগী লম্বীদা ছত্রভোগ তা, ছত্রভোগতগী মফমদুগী জমিদার রামচন্দ্রখানগী হি তোংদুনা উড়িষ্যা দেশদা থুংখি। অদুদগী চথরগা সুবর্ণরেখা-তোর্ব্বান্দা লেপ্তকখি। মফমসিমক্তদা শ্রীমন্নিত্যানন্দনা মহাপ্রভুগী চৈশু (দণ্ড) থুদেক্‌খি। মদুদা প্রভুনা শাউরদুনা প্রভু মথন্তমক লেঙলম্মী, লোয়নরম্বা মীশিং হায়রবদি—নিত্যানন্দ, গদাধর, মুকুন্দ, গোবিন্দ, জগদানন্দ অমসুং ব্রহ্মানন্দ—মখোয় লোইনমক তোঙাম্না প্রভুগী তুংদা চৎলম্মী। প্রভুনা জলেশ্বর-গ্রামদা য়ৌরগা জলেশ্বর-শিবগী মন্দিরগী মমাঙদা জগোই শাদুনা কীর্ত্তন তৌরম্মী, মদুম তৌরিঙৈদা শ্রীমন্নিত্যানন্দখোয়সু মফমদুদা থুংলখি। প্রভুনা শাউরম্বদো লেপখরে, লোইনমক্না তিন্নদুনা জলেশ্বরদগী যাত্রা তৌদুনা অহানবদা বাঁশদা কৌবা মফমদা, মতুংদা মথংশীংনা রেমুণা, যাজপুর, কটক (কটক-তা সাক্ষিগোপাল দর্শন), ভুবনেশ্বর (একাম্রবন), কমলপুর অদুদগী ইরোই-রোইবদা পুরীগী মনাক্তা লৈবা আঠারনালাদা থুংখি। মফম অসি য়ৌবদা প্রভু মথন্তমক জগন্নাথ-দর্শন তৌগে হায়দুনা ময়াম্নসু প্রভুবু মাঙ থানা লেঙহন্‌খি; প্রভুনা অদুম্না লেঙলগা শ্রীজগন্নাথগী মমাঙদা প্রেমাবেশদা রাম্থরম্মী। খোঙচাকপশিংনা প্রভুবু য়ৈগে তৌরম্মী, মদুদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা খাম্লম্মী। তুংদা সার্ব্বভৌমনা শ্রীজগন্নাথগী প্রহরীশিংবু পুহন্দুনা রাম্থরম্বা প্রভুবু সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা থম্গদবগী চৎলি-ঙৈদা শ্রীমন্নিত্যানন্দনচিংবনা সিংহদ্বারদা য়ৌরগা প্রভুবু ময়াম চঙদুনা থাংলম্বদু উখি। অদুদগী মখোয়সু তুংইন্দুনা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা লাকুনা থুংখি।

কবিরাজ গোস্বামীনা হায়—শ্রীমন্নিত্যানন্দ, জগদানন্দ, দামোদর-পণ্ডিত অমসুং মুকুন্দ দত্ত মী মরিসিগা লোয়ননা প্রভুনা শান্তিপুরদগী নীলাচল যাত্রা তৌয়ি; গঙ্গা-তোর্বানগী লম্বীদা চৎন চৎনা প্রভুনা মথং শীংনা ছত্রভোগ. রেমুণা, যাজপুর, কটক (কটকতা সাক্ষিগোপাল-দর্শন) ভুবনেশ্বর লাকুনা কমলপুরদা থুংখি। কমলপুরদা ভাগী-নদী তোর্বান্দা শ্রীমন্নিত্যানন্দনা প্রভুগী চৈশু (দণ্ড) থুদেকয়ি। প্রেমাবেশদা লৈবনা প্রভুনা মদু খঙখিদে। জগোই শানা অমসুং কীর্ত্তন তৌনা তৌনা কমলপুরদগী আঠারনালা য়ৌরবদা প্রভুগী বাহ্যজ্ঞান ওইখি অদুগা দণ্ডভঙ্গগী (চৈশু থুদেক্‌পগী) রা অদু খঙখি। হাইফেং শাউদুনা প্রভু মথন্তমক লেঙ্গে

হায়রবদা লোয়নরম্বা মীয়ামনা প্রভুনা মাঙ থাবিরো হায়না হঙংলম্মী। প্রভুনা মাঙ থাহুনা মথন্তমক লেঙখ্রগা শ্রীজগন্নাথগী মাঙদা রাম্ফত্নুনা তুরুরে। থোড়ত্তাকপশিংনা য়েগে তৌবদগী সার্ব্বভৌমনা খামত্নুনা মী নেক্লগা রাম্হরিবা প্রভুবু থাংত্নুনা ময়ুম তাম্না থিল্হনখি। মতম থরগী তুংদা প্রভুগী সঙ্গীশিংনা সিংহদ্বারদা য়োরবদা সন্ন্যাসী নহা অমনা শ্রীমন্দিরদা তৌরম্বা অঙকপা থৌদোগী রা অত্নুগা সার্ব্বভৌমনা মী নেক্তুনা সন্ন্যাসীবু ময়ুমদা পুহনখিবগী রা তারবদা মখোয়না খন্খি—সন্ন্যাসীত্নু প্রভু ওইরমগনী। অত্নুবু সার্ব্বভৌমগী য়ুম কদায়দা লৈ হায়বত্নুদি মখোয় খঙলমদে। খঙদৌদনা সার্ব্বভৌমগী মচন-লোবা মশেন্ নবদ্বীপবাসী গোপীনাথ আচার্য্যত্নু মফমত্নুদা লাকখি। মহাক মুকুন্দদত্তগা হান্নদগী খঙনরম্মী। মহাক্না মখোয় ময়াম্বু সার্ব্বভৌমগী ময়ুমদা পুখিরম্মী।

প্রভুনা শান্তিপুরদগী য়ৌখি-য়োখিবা মফমশিংগী রারোলত্নু বৃন্দাবন-দাসগা কবিরাজ গোস্বামীগা চাঙরাক্না মান্নে। খেন্নবা হায়ববু চৈশু থুদেকফম অত্নুদনী। বৃন্দাবনদাসনা হায়—রেমুণা য়ৌগদোবা য়াম্না রাং-লিঙৈদা সুবর্ণরেখাগী তোর্বান্দা চৈশু থুদেকপনী। অত্নুগা কবিরাজনা হায়—আঠার-নালা য়ৌত্রিঙৈদা কমলপুরদা ভার্গীতুরেলগী তোর্বান্দা চৈশু থুদেক-পনী ; কমলপুরদা চৈশু থুদেকপগী রাসি কর্ণপুরস্থ মাগী নাটক্কী তরুকশুবা অঙ্কদা হায়রী। অমবু ওইরবস্নু অমবু ওইরবস্নু প্রভুনা খঙবদি আঠার-নালাদা থুংলবা মতুংদনী। গোপীনাথ আচার্য্যগী রাস্নু বৃন্দাবন দাসনা করিমতা হায়রমদে ; কবিরাজনা হায়বনা গোপীনাথগা লোয়ননা শ্রীমন্নিত্যা-নচিংবা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা চৎপনী।

শান্তিপুরদগী নীলাচল চৎপগী বিবরণদি চাউরাক্না বৃন্দাবনদাসগা কবি-রাজগা মান্নরি। মরমসিনা কবিরাজ গোস্বামীনা হায়রিবনী—"চৈতন্য-মঙ্গলে প্রভুর নীলাদ্রিগমন। বিস্তারি বর্ণিয়াছেন দাস বৃন্দাবন।" মরমসিনা মতুঙ থংনবা পরিচ্ছেদ হৌরকপদা মহাক্না হায়রম্মী—"চৈতন্যমঙ্গলে যাহা করিলা বর্ণন। সূত্ররূপে সেই লীলা করিয়ে সূচন। তাঁর সূত্রে আছে, তেঁহো না কৈল বর্ণন যথা-কথঞ্চিৎ করি সে লীলা কথন ॥ ২/৪/৬৭ ॥ সাক্ষি-গোপালগী রারী, ক্ষীরচোরা গোপীনাথগী রারীনচিংবসি বৃন্দাবন দাসনা বর্ণনা তৌরমদবা অত্নুগা কবিরাজনা বর্ণনা তৌবা থৌদোক ওইরম্বা খাই।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে সন্ন্যাসকরণাদ্বৈতগৃহবিলাসো নাম তৃতীয়পরিচ্ছেদঃ ॥

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## মরিশুবা পরিচ্ছেদ

### মূল ১

যস্মৈ দাতুম্ চোরয়ন্ ক্ষীরভাণ্ডং
গোপীনাথঃ ক্ষীরচোরাভিধোঽভূৎ।
শ্রীগোপালঃ প্রাদুরাসীদ্ বশঃ সন্
যৎপ্রেম্না তং মাধবেন্দ্রং নতোঽস্মি ॥ ১ ॥

**শব্দার্থ**

যস্মৈ—মখোন্দা ; দাতুম্—পীননবা ; চোরয়ন্—হুবান্দুনা ; ক্ষীর-ভাণ্ডম্—ক্ষীরচফু ; গোপীনাথঃ—গোপীনাথ ; ক্ষীরচোরাভিধঃ—ক্ষীরচোরা (ক্ষীরহুরানবা) হায়না খঙনখিবা ; অভূৎ—ওইগি ; শ্রীগোপালঃ—শ্রীগোপাল ; প্রাদুরাসীৎ—থোরকখি ; বশঃ—মথা-পোননবা ; সন্—ওইদুনা ; যৎপ্রেম্না—মহাকপু লুংশিবিবনা ; তম্—মহাকপু ; মাধবেন্দ্রম্—মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীবু ; নতঃ—খুরুমজবা ; অস্মি—ওইরি।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

মখোন্দা পীননবা হায়দুনা ক্ষীরনা থল্লবা চফু হুরান্দুনা রেমুণাদা লৈবা শ্রীগোপীনাথ কৌবা শ্রীকৃষ্ণবিগ্রহনা ক্ষীরচোরা হায়না খঙনখিবা, মাগী প্রেম্না থুমখিদুনা শ্রীগোপাল-না (মাগী মাওদা গোপালক ওইনা) থোরক-খিবা, অদুগুম্বা মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীবু ঐনা খুরুমজরি।

### মূল ২

জয় জয় গৌরচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্তবৃন্দ ॥ ২ ॥

**শব্দার্থ**

জয় জয় গৌরচন্দ্র—শ্রীগৌরচন্দ্রনা জয় ওইরি ; জয় নিত্যানন্দ—

শ্রীমন্নিত্যানন্দনা জয় ওইরি ; জয়াদ্বৈতচন্দ্র — শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রনা জয় ওইরি ; জয় গৌরভক্তবৃন্দ — গৌরভক্তশিংনা জয় ওইরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা, শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা, শ্রীঅদ্বৈত প্রভুনা অমদি গৌরভক্তশিংনা জয় ওইরি।

## মুল ৩ ৪

নীলাদ্রিগমন জগন্নাথ দরশন।
সার্ব্বভৌমভট্টাচার্য্য প্রভুর মিলন ॥ ৩ ॥
এই সব লীলা প্রভুর দাস বৃন্দাবন।
বিস্তারি করিয়াছেন উত্তম বর্ণন ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

নীলাদ্রিগমন—নীলাচলদা চৎপা ; জগন্নাথ দরশন —শ্রীজগন্নাথদেববু দর্শন তৌবা ; সার্ব্বভৌমভট্টাচার্য্য-প্রভুর— সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা প্রভুগা , মিলন—উনবা ; এই সব লীলা—লীলা পুম্মমকসি , প্রভুর —শ্রীমমহাপ্রভুগী ; দাস বৃন্দাবন— শ্রীবৃন্দাবন দাসনা ; বিস্তারি—শন্দোক্লা ; করিয়াছেন—তৌরম্লে ; উত্তম—নীঙথিজবা ; বর্ণন—বর্ণনা ( লীবা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নীলাচল লেঙবা, শ্রীজগন্নাথ দেববু দর্শন তৌবা, শ্রীসার্ব্বভৌমভট্টাচার্য্যগা প্রভুগা উনথিবা—প্রভুগী লীলা পুম্মমক অসি শ্রীলবৃন্দাবন দাসনা য়াম্না শন্দোক্লা নীঙথিনা বর্ণন তৌরম্লে।

### তৈনবোল

এই সবলীলা-নচিংবা—শ্রীলবৃন্দাবনদাস ঠাকুরগী শ্রীচৈতন্যভাগবতগী অন্ত্যখণ্ডদা অনীশুবা অধ্যায়দা লীলা পুম্নসি য়াওরি।

## মূল ৫

সহজে বিচিত্র মধুর চৈতন্যবিহার।
বৃন্দাবনদাসমুখে অমৃতের ধার ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

সহজে—মচানা অতুম লোয়নরকপা ওইনা ; বিচিত্র—ঙক্লবা ; মধুর—থুম্নবা , চৈতন্যবিহার—চৈতন্যলীলা ; বৃন্দাবনদাসমুখে—শ্রীবৃন্দাবনদাসগী চীন্দা ; অমৃতের—অমৃতগী ; ধার—ঈচেম্নী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হৌনশা ওইনা ঙক্লবা অমদি থুম্নবা শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী লীলানী । অদুদা শ্রীবৃন্দাবনদাসগী চীন্দদি অমৃতগী ঈচেন্গুম্মী ।

## মূল ৬

অতএব তাহা বর্ণিলে হয় পুনরুক্তি ।

দম্ভ করি বর্ণি যদি তৈছে নাহি শক্তি ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা ; তাহা—মদু ; বর্ণিলে—বর্ণন তৌরগদি ; হয়—ওই ; পুনরুক্তি—হন্না হায়বা ; দম্ভ করি—নাপল তৌদুনা ; বর্ণি যদি—বর্ণন তৌরবদি ; তৈছে—অদুগুম্বগী ; নাহি—লৈতে ; শক্তি—মঙম ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা (শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা ফজনা ইরম্লবা মরম্না) মদুবু বর্ণন তৌরগসু অমুক হন্না হায়বা অদু থোক্কনি । অদুদগী নাপল তৌদুনা এনা তৌরগা ফজগনী হায়দুনা ) তৌগে হায়রবসু মদুম তৌননবা ঐগী শক্তি লৈতে ।

## মূল ৭

চৈতন্যমঙ্গলে যাহা করিলা বর্ণন ।

সূত্ররূপে সেই লীলা করিয়ে সূচন ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যমঙ্গলে—শ্রীচৈতন্যভাগবতদা ; যাহা—মদু ; করিলা বর্ণন—বর্ণন তৌরম্মে ; সূত্ররূপে—সূত্র ওইনা ; সেই লীলা—লীলাদু ; করিয়ে—তৌগে ; সূচন—তাকপা, উৎপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা চৈতন্যমঙ্গলদা (চৈতন্য ভাগবতদা) বর্ণন তৌরম্লবা লীলাশিংদি সূত্র ওইনদমক তাকৃচরগে।

## নৈনরোল

শ্রীলবৃন্দাবনদাসনা শ্রীচৈতন্য ভাগবতদা বর্ণনা তৌরম্বা লীলাশিংচু সূত্র ওইনদমক ইরগে, অদুগা মহাক্না বর্ণনা তৌবমদবা অদুগা সূত্র ওইনদা থনম্বা লীলাশিংচু বর্ণনা তৌগে হায়না কবিরাজগোস্বামীনা হায়রিবনি।

## মূল ৮

তাঁর সূত্রে আছে তেঁহো না কৈল বর্ণন।
যথা কথঞ্চিৎ করি সে লীলা কথন ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীলবৃন্দাবনদাসগী ); সূত্রে— সূত্রশিংদা ; আছে — লৈ, য়াওয়ি ; তেঁহো – মহাক্না ; না কৈল – তৌরমদে ; বর্ণন লীবা, বর্ণনা ; যথা কথঞ্চিৎ থবদং ডমগদবা ; করি – তৌগে ; সে– মদু , লীলা— লীলা ; কথন—হায়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( শ্রীলবৃন্দাবনদাসগী ) সূত্রদদি য়াওবা অদুগা মহাক্নদি বর্ণন তৌরমদবা লীলা অদু থবদং ডমগদবা য়েংদুনা বর্ণন তৌগে।

## মূল ৯

অতএব তাঁর পায়ে করি নমস্কার।
তাঁর পায়ে অপরাধ নহুক আমার ॥ ৯ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা ; তাঁর—মহাক্কী ( বৃন্দাবন দাসগী ); পায়ে— খোঙদা ; করি—তৌরগা ; নমস্কার – খুরুম্বা ; তাঁর – মহাক্কী ; পায়ে – খোঙদা ; অপরাধ—অয়োল্-অরান্ ; নহুক—ওইদসনু ; আমার—ঐগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমদুনা শ্রীলবৃন্দাবনদাসগী চরণ খাদা খুরুমজরি। মাগী খুয়াখাদা ঐগী ইরাল লৈতবা ওইসনু।

মূল ১০

এইমত মহাপ্রভু চলিলা নীলাচলে।
চারিভক্ত সঙ্গে কৃষ্ণকীর্ত্তন কুতূহলে ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌঅসুম্না, মহাপ্রভু—শ্রীমন্মহাপ্রভুনা, চলিলা—চৎখি; নীলাচলে—নীলাচলদা, চারিভক্ত; সঙ্গে—লোয়ননা, কৃষ্ণকীর্ত্তন কুতূহলে— শ্রীকৃষ্ণকীর্ত্তনগী নুংঙাইবগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না (শ্রীমন্নিত্যানন্দনচিংবা) ভক্ত মরিগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ-কীর্ত্তনগী নুংঙাইবদা তাউদুনা নীলাচলদা লেঙখি।

নৈনরোল

কৃষ্ণ- কীর্ত্তন-কুতুহল—ভক্তশিংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী-নাম রূপ-নচিংবগী কীর্ত্তন তৌনা তৌনা চৎলম্মী।

মূল ১১

ভিক্ষা লাগি একগ্রামে গিয়া।
আপনে বহুত অন্ন আনিল মাগিয়া ॥ ১১ ॥

শব্দার্থ

ভিক্ষা লাগি ভিক্ষাগীদমক, একদিন—নোংমা, একগ্রামে - খুল অমদা; গিয়া - চৎদুনা, আপনে—( প্রভু ) মশামক্না, বহুত—যাম্না; অন্ন অচাপোৎ, আনিল পুরকখি, মাগিয়া- নিদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভিক্ষাগীদমক নোংমা খুল অমদা চৎলুই। মহাপ্রভু মশামক্না অচাপোৎ যাম্না নিদুনা পুরকখি।

নৈনরোল

শ্রীচৈতন্যভাগবত-দা হায়— নীলাচলযাত্রাবৈ তমুকপদা উৎকলগী চৎলগা রেমুনা অমদা লোইবকপা মীশিংবু মহাপ্রভুনা মশামক্না

ভিক্ষা নিবা থোক্‌খি। প্রভুনা চণ্ডলুবা ইমুংতুনা অহাউ-অহাউবা পোৎ অমসুং চেঙ প্রভুদা হাপ্লকয়ি। প্রভুনা হল্লক্লগা সঙ্গীশিংনা "ভিক্ষাদ্রব্য দেখি সবে লাগিলা কহিতে; সবেই বলেন প্রভু পারিবা পোষিতে। সন্তোষে জগদানন্দ করিয়া রন্ধন। সবার সংহতি প্রভু করিলা ভোজন॥" ( অন্ত্য দ্বিতীয় অধ্যায় )।

## মূল ১২

পথে বড় বড় দানী বিঘ্ন নাহি করে।
তা-সভারে কৃপা করি আইলা রেমুণারে॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

পথে—লম্বীদা; বড় বড়—অচৌ-অচৌবা; দানী—লম্বীগী কাঙ্গৎ লৌবা মী; বিঘ্ন—য়েথায় থিঙ্গায়বা; নাহি করে—তৌদে; তা-সভার—মখোয়-পুম্বনুবু, ( দানীশিংবু ); কৃপা করি চানবিদুনা; আইলা—লাকখি; রেমুণারে রেমুণাদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লম্বীদা দানী ( লম্বীগী কাঙ্গৎ লৌবা মী ) অচৌ-অচৌবা লৈরম্মী, মখোয়না প্রভুখোয়গী থিঙ্কি তৌরমদে। দানীশিং পুম্ববু কৃপা তৌবিরম্লগা প্রভুনা রেমুণাদা লেঙখি।

### নৈনরোল

**বিঘ্ন নাহি করে** দানীশিংনা লম্বী-চৎপা ( পথিক ) পুম্নমক্কী কাঙ্গৎ লৌয়ি; কাঙ্গৎ পীদ্রবদি লম্বী চৎহন্দে। শ্রীমন্ মহাপ্রভুদি কাঙ্গৎ দানীশিংদা পীরমদে, অদুনা এইনমক প্রভুবু অমসুং প্রভুগী মীশিংবু লম্বী চৎহল্লম্মী, করিমত্তা থিংবা তৌরমদে।

**রেমুণা**—বালেশ্বরগী মনাক্তা লৈবা লমদম অমনী; মফমসিদা ক্ষীরচোরা গোপীনাথ লৈ।

প্রভু মহামকা ভিক্ষা তৌরবা মফমদুদগী অয়ুকতা যাত্রা তৌরগা প্রভুনা দানঘাটী অমদা থুংলুই। দানীনা প্রভুবু অমসুং মাগী সঙ্গীশিংবু চৎহল্লমল্রে, দান (লম্বীগী কাঙ্গৎ) পীব্রবদি য়াদে হায়না থিংলম্মী। অদুবু প্রভুগী মীয়াম্নদবা তেজ উবদা দানী ঙকখি; অদুনা দানীনা হংলম্মী—নঙগী মী কয়ানো? প্রভুনা খুমখি—জগতা কনামত্তা ঐগী নত্তে, ঐনু

কনামেতগী নত্তে, হায়রিবসিনী লেপ্পা ; ঐ অমতনী, অনী নহে, লোইনমক ঐগীনী। মসি হায়না হায়না লেপ্তুবমথৈ পিরাং শিষ্টরম্মী। অদুদগী দানীনা হক্সংলম্মী—প্রভু, নহাক চংপ্রো। মখোয়শিং অসিবুনা দান কংলবা মতুঙদা থাদোরক্কে। প্রভুনা 'গোবিন্দ' হায়না শোল্লগা লেঙংখ্রে ; অদুবু খব চংলগা প্রভু কম্থখ্রে অদুগা লূকুথরগা কপ্লম্মী। মতু উবদা ঙক্লগা দানীনা প্রভুগী সঙ্গীশিংদা খুরুম্লগা হংলম্মী—নখোয় কনানো, কনাগী মীনো, শুগাইনা তাকউ। মতুদা মখোয়চুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকখি—অ প্রভুসে লোইনমক্কীনী। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বা মিং তারিবদো মাগী মনাই ঙাক্লনী ঐখোয় লোইনমক। মখোয়গী প্রেম উদুনা দানীনা ঙক্লদুনা প্রভুগী খুয়াখাদা ভুবগা কপ্পা কপ্পা ঙাকৃপীয়ু হায়জরম্মী। মতম অদুদা প্রভুনা দানীবু কৃপা তৌবিবল্লগা সঙ্গীশিংগা লোইননা নীলাচলগী মায়কৈ পাংখি। (শ্রীচৈ, ভা, অন্ত্য, অনীশুবা অধ্যায়)।

## মূল ১৩

রেমুণাতে গোপীনাথ পরমমোহন।।
ভক্তি করি কৈল প্রভু তাঁর দরশন।। ১৩।।

## শব্দার্থ

রেমুণাতে—রেমুণাদা ; গোপীনাথ—ক্ষীরচোরা গোপীনাথ কৌবা শ্রীবিগ্রহ ; পরমমোহন—য়ৌনা ফজবা ; ভক্তি করিয়া—ভক্তি তৌদুনা ; কৈল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; তাঁর দরশন—মহাকপু থুকম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রেমুণাদা ক্ষীরচোরা গোপীনাথ কৌবা য়ৌনা ফজবা শ্রীবিগ্রহমূর্ত্তি লৈ। প্রভুনা ভক্তি তৌদুনা মহাকপু (গোপীনাথবু) দর্শন তৌখি।

## মূল ১৪

তাঁর পাদ-পদ্ম-নিকট প্রণাম করিতে।
তাঁর পুষ্পচূড়া পড়িল প্রভুর মাথাতে।। ১৪।।

## শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (গোপীনাথকী) ; পাদ-পদ্ম—খোঙথম্বানগী ; নিকট—নাক্তা ; প্রণাম করিতে—খুরুম্বদা ; তাঁর—মহাক্কী ( গোপীনাথকী ) ;

পুষ্পচুড়া—লৈবাংগী চূড়া ; পড়িল—তাবম্মী , প্রভুর—প্রভুগী ; মাথাতে—কোকথক্তা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথগী খোঙ্ত থম্লাল নাক্তা প্রভুনা থুরুম্বদা গোপীনাথগী পুষ্প-চূড়াদু প্রভুগী কোকুথক্তা তারকয়ি ।

**নৈনরোল**

**পুষ্পচূড়া**—রাধাভাবাবেশদা প্রভুনা লৈবম্বদু উম্বু যা শ্রীরাধানী খন্দুনা শ্রীরাধাগী প্রাণবন্ধু শ্রীগোপীনাথনা বহুঃকেলিগী ভাবতা মচামর্ক্তি পুষ্প-চূড়াদু প্রভুগী কোক্তা তাইহল্লম্নিবরা ?

## মূল ১৫

চূড়া পাইয়া প্রভু মনে আনন্দিত হঞা ।

বহু নৃত্যগীত কৈলা ভক্তগণ লঞা ॥ ১৫ ॥

**শব্দার্থ**

চূড়া পাইয়া—চূড়া ফংলদুনা , প্রভু—প্রভুনা ; মনে—পুক্নীংদা , আনন্দিত—নুংঙাইবা , হঞা – ওইবদুনা , বহু—যাম্না , নৃত্য—জগোই , গীত—ঈশৈ , কৈল—তৌখি . ভক্তগণ—ভক্তশিংগা ; লঞা—লোযননা ,

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চূড়া ফংলগা প্রভুনা নুংঙাইরদুনা ভক্তশিংগা লোযনন জগোই যাম্না শাখি অমসুং ঈশৈ যাম্না শকখি ।

## মূল ১৬

প্রভুর ত ভাব দেখি প্রেম রূপ গুণ ।

বিস্মিত হইলা গোপীনাথের দাসগণ ॥ ১৬ ॥

**শব্দার্থ**

প্রভুর ত—প্রভুগী , ভাব—ভাবাবেশ . দেখি—উবদা , প্রেম—প্রেম ( নুংশিবা ) . রূপ—শক . গুণ—গুণ . বিস্মিত—অঙকপা , হইলা—ওইখি , গোপীনাথের—গোপীনাথদেবগী ; দাসগণ—মনাইশিং ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুগী খ্বাইদগী হেনবা ভাবাবেশ, তেজ, রূপ, গুণ, অমসুং প্রেম উবদা গোপীনাথদেবগী মনাইশিংনা ভক্রম্মী।

## মূল ১৭

নানামতে প্রীতে কৈল প্রভুর সেবন।
সেই রাত্রি তাহাঁ প্রভু করিলা বঞ্চন ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

নানামতে—মথলমথাগী মতৌদা; প্রীতে—নুংশিনা; কৈল—তৌরম্মী; প্রভুর—প্রভুগী; সেবন—সেবা; সেই রাত্রি—অহিং অদু; তাহাঁ—মফমদুদা; প্রভু—প্রভুনা; করিলা—তৌখি; বঞ্চন—লেনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( গোপীনাথগী মনাইশিংনা ) মথল মথাগী মতৌদা প্রভুগী সেবা নুংশিনা লুনা তৌরম্মী। অহিংদুমা প্রভুনা মফমদুদা লেনখি।

## মূল ১৮

মহাপ্রসাদ ক্ষীর লোভে রহিলা প্রভু তথা।
পূর্ব্বে ঈশ্বরপুরী তাঁরে কহিয়াছেন কথা ॥ ১৮ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রসাদ—লাইদা কৎপা পোৎ; ক্ষীরলোভে—ক্ষীর পাম্বনা; রহিলা—লৈখি; প্রভু—প্রভুনা; তথা—মফমদুদা; পূর্ব্বে—মমাংঙৈদা; ঈশ্বরপুরী - ঈশ্বরপুরীনা; কহিয়াছেন—লীখি; কথা - ৱারী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোপীনাথদা কৎপা মহাপ্রসাদ ক্ষীর ফংনীঙবদগী মফমদুদা প্রভু লৈখি। মমাংঙৈদা ঈশ্বরপুরীনা প্রভুদা (গোপীনাথগী ক্ষীর লোৎখুবা থবগী) ৱারী লীখি।

## মূল ১৯

ক্ষীরচোরা গোপীনাথ প্রসিদ্ধ তার নাম।
ভক্তগণে কহে প্রভু সেই ত আখ্যান ॥ ১৯ ॥

## শব্দার্থ

ক্ষীরচোরা—ক্ষীরহূরান্‌বা ; গোপীনাথ—গোপীনাথ ; প্রসিদ্ধ—ফাওরব্মী ; তার—মহাক্কী ; নাম—মিং ; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা ; কহে—লীখি ; প্রভু—প্রভুনা ; সেইত—মহুমক ; আখ্যান—ৱারী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী (লাইহুগী) মিংদি ক্ষীরচোরা গোপীনাথ হায়না ফাওরিংবী। মহাপ্রভুনা ৱারীহুমক ভক্তশিংদা লীখি।

## মূল ২০

পূর্ব্বে মাধবপুরীর লাগি ক্ষীর কৈল চুরি।
অতএব নাম হৈল ক্ষীরচোরা করি ॥ ২০ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; মাধবপুরীর লাগি—মাধবেন্দ্রপুরীগীদমক ; ক্ষীর—ক্ষীর ; কৈল চুরি—হূরান্‌খি ; অতএব—মরমহুনা ; নাম—মিং ; হৈল—ওইখি ; ক্ষীরচোরা—ক্ষীর-হূবান্‌বা ; করি—হায়হুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগীদমক্ ক্ষীর হূরান্‌খি। মরমহুনা ক্ষীর-চোরা হায়বা মিংসি ওইখি।

## মূল ২১

পূর্ব্বে শ্রীমাধবপুরী আইলা বৃন্দাবন।
ভ্রমিতে ভ্রমিতে গেলা গিরি গোবর্দ্ধন ॥ ২১ ॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; শ্রীমাধবপুরী—শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীনা ; আইলা—লাকৃখি ; বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন-দা ; ভ্রমিতে ভ্রমিতে—কোয়চৎ চৎপদা ; গেলা—চৎখি ; গিরি—চীঙ ; গোবর্দ্ধন—শ্রীগোবর্দ্ধন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীনা বৃন্দাবন-দা লাকৃখি। অসুম কোয়চৎ চৎপদা গোবর্দ্ধন-চীঙদা চৎলম্মী।

## মূল ২২

প্রেমে মত্ত নাহি তাঁর দিবারাত্রি-জ্ঞান।
ক্ষণে উঠে ক্ষণে পড়ে নাহি স্থানাস্থান ॥ ২২ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেম্না ; মত্ত—ঙাওবা ( ওইরম্মী ) ; নাহি—লৈতে ; তাঁর—মাগী ; দিবারাত্রিজ্ঞান—নুংথিল্ল অহিংল হায়বনা চিংবা খঙবা ; ক্ষণে—ক্ষণ অমদা ; উঠে—হৌগৎলে ; ক্ষীণে— ক্ষণ অমদা ; পড়ে—তুই ; নাহি—লৈতে ; স্থানাস্থান ( স্থান-অস্থান )—মফম নৎপা নত্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমদা ঙাওরদুনা শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীদো অহিংল-নুংথিল্ল মশক খঙলমদে। ক্ষণ অমগী মনুঙদা অমূক হৌগৎলী অমূক তুরম্মী ; মফম চাবা চাদবগী রা লৈরমদে।

## মূল ২৩

শৈল পরিক্রমা করি গোবিন্দকুণ্ডে আসি।
স্নান করি বৃক্ষতলে আছে সন্ধ্যায় বসি ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

শৈল—চীঙ ; পরিক্রমা করি—পরিক্রমা তৌরগা. কোয়রগা ; গোবিন্দকুণ্ডে ; আসি—লাকুনা ; স্নান করি—স্নান তৌরগা ; বৃক্ষতলে—উখোঙদা ; আছে—লৈ ; সন্ধ্যায়—সান্ধ্যকৃত্য (লাইখুরুম্বা) তৌদুনা ; বসি—ফম্লগা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধন চীঙ পরিক্রমা তৌবদা গোবিন্দকুণ্ডদা লাকুনা স্নান তৌরগা উখোঙদা সান্ধ্যকৃতা ( লাইখুরুম্বা ) তৌবগী ফমদুনা লৈরম্মী।

## মূল ২৪

গোপাল বালক এক দুগ্ধভাণ্ড লঞা।
আসি আগে ধরি কিছু বলিলা হাসিয়া ॥ ২৪ ॥

## শব্দার্থ

গোপাল বালক—শনুজেন্নহা ; এক —অমা ; দুগ্ধভাণ্ড—শঙ্গোম চফু ; লঞা—পুদ্ভুনা ; আসি—লাকুনা ; আগে—মাঙদা ; ধরি—পায়দ্ভুনা ; কিছু—খরা ; বলিলা—হায়খি ; হাসিয়া—নোকুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শম্জেন্নহা অমনা শঙ্গোম চফু অমা পুরক্লগা পুরীগী মাঙদা লাকুনা পায়রগা নোক্লা নোক্লা হায়রমী।

## নৈনচরোল

শ্রীকৃষ্ণনা গোপ-বালক ওইনা শঙ্গোম পুরক্খি, মরমদি পুরীদো শঙ্গোমদমক থক্লম্বা তাই। 'যোগক্ষেম বহাম্যহং' (শেন-তানবা তুঙবা অনীমক কৃষ্ণ ঐনা তৌগনী) হায়বসে গীতাগী বাক্যনী।

## মূল ২৫

পুরী এই দুগ্ধ লৈয়া কর তুমি পান।
মাগি কেনে নাহি খাও কিবা কর ধ্যান ॥ ২৫ ॥

## শব্দার্থ

পুরী—হে পুরী ; এই—অসি ; দুগ্ধ—শঙ্গোম ; লৈয়া—লৌদ্ভুনা ; কর—তৌ ; তুমি—নঙ ; পান—থকপা ; মাগি—নিদ্ভুনা ; কেনে—করিগীনো ; নাহি খাও—চানবা ; কিবা—করিনো ; কর ধ্যান—ধ্যান তৌরিব্রা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পুরী মহাশয়! শঙ্গোমসি লৌরগা নঙ থকউসে। ভিক্ষা নিদ্ভুনা চাদবা করিগীনো? করিনো নঙনা ধ্যান তৌদ্ভুনা নীঙথি বদো।

## নৈনরোল

**মাগি কেনে নাহি খাও**—নিরগা চান্দ্রিবা করিগীনো? শ্রীমাধবেন্দ্র-পুরীদি অযাচক (নিরোই হায়না ব্রত লৌবা মী) অমনী। নিরুদবদা করিগুম্বা শঙ্গোমদমক ফংলদি মদু থকয়ি; মহাক শঙ্গোম নত্তনা করিমতা চাদে হায়বসি তুংদা লাকপা পয়ার ৯১-দুদগী থনবনী।

কিবা কর ধ্যান— করি ধ্যান তৌরিবনো ? রসিকশেখর শ্রীকৃষ্ণনা পুরীগোস্বামীনা তৌরিবা ধ্যানদো কনাবুনো হায়বন্থু খঙদবগুম তৌরি। গোপবালক শাকুনা লাক্লম্বনীনা অভাও ওইবগী হৌনশা খঙনীঙবন্থু ফোঙ-দোক্লি। শ্লেষার্থ—পুরী, মঙনা ধ্যান তৌরিবা মহাক্তো নমাংঙমন দা লেপ্লরে।

## মূল ২৬

বালকের সৌন্দর্য্যে পুরীর হইল সন্তোষ।
তাহার মধুর বাক্যে গেল ভোক-শোষ॥ ২৬॥

### শব্দার্থ

বালকের—মুপামচাহুগী ; সৌন্দর্য্যে—শক ফজবদুদ ; পুরীর—পুরীগী ; হইল—ওইরম্মী ; সন্তোষ—পেন্‌খা ; তাহার—মহাক্কী ; মধুর—অথুম্বা ; বাক্যে—ৱাহৈদুদা ; গেল—চৎখ্রে ; ভোক—অরাম্বা ; শোষ—খোৗরাংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুপামচাহুগী মশক ফজবন্থু উবদা পুরী পুঙপেন্ পেন্‌খি। অভাঙহুগী থুম্রবা ৱাহৈদুদা পুরীগী অরাম-খোৗরাংবা মাঙখরে।

## মূল ২৭

পুরী কহে কে তুমি কাহাঁ তোমার বাস।
কেমনে জানিলে আমি করি উপবাস॥ ২৭॥

### শব্দার্থ

পুরী—মাধবেন্দ্র পুরীদা ; কহে—হায় ; কে—কনানো ; তুমি—নঙ ; কাহাঁ—কদায়দা ; তোমার—নঙগী ; বাস—লৈবা ; কেমনে—করম্না ; জানিলে—খঙলিবা ; আমি—ঐ ; করি—তৌয়ি, উপবাস—চারা হেনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাধবেন্দ্র পুরীনা হংলম্মী—নহাক কনানো ? কদায়দা লৈবগে ? ঐহাক উপবাস তৌয়ি হায়বসি নহাক করম্না খঙঙী ?

## মূল ২৮

বালক কহে গোপ আমি এই গ্রামে বসি।
আমার গ্রামেতে কেহো না রহে উপবাসী॥ ২৮॥

### শব্দার্থ

বালক নুপামচাদুনা ; কহে—হায় ; গোপ আমি—ঐহাক গোপনী , এই গ্রামে খুলসিদা , বসি—লৈ ; আমার—(ঐগী) ঐখোয়গী ; গ্রামেতে —গ্রামসিদা ; কেহো—কনামতা ; না রহে—লৈতে ; উপবাসী—চারা-হেন্‌বা মী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুপামচাদুনা হায়রমী— ঐ গোপনী, গ্রামসিদা লৈ । ঐখোয়গী গ্রাম-সিদা কনামতা উপবাসী ওইদুনা লৈব, য়াদে ।

### মূল ২৯

কেহো মাগি খায় অন্ন কেহো দুগ্ধাহার ।
অযাচক জনে আমি দিয়েত আহার ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

কেহো কনামনা ; মাগি—নিদুনা , খায় চায় , অন্ন—চাক ; কেহো —কনামনা , দুগ্ধাহার শঙ্গোম্না শাবা নত্রগা ওইবা অচাপোং , অযাচক —নিদবা , জনে—মীদনা , আমি—ঐনা ; দিয়েত—পী , আহার—চীঙ্গাক ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা চাক নিরগা চায় ; কনামনা শঙ্গোম্না শাবা নত্রগা ওইনা চীঙ্গাক চায , নিকদবা মীতাবুনা ঐনা পীজে ।

### নৈনরোল

**অযাচক জনে**—নচিংবা—কনাদগীসু যাচনা তৌদবা (নিদবা) অমুগা তৌবোই হায়না ব্রত লৌরবা মখোয়দুগী চীঙ্গাক ঐনা হল্লী । নুপামচা শাবিবা শ্রীকৃষ্ণনা মকমসিদা ইঙ্গিতনা মহাক্ক কনানো হায়বা তাক্রে, তৌব শীদি লোৎশল্লা । শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছানা পুরী গোস্বামী পরমভাগবত ওইরবসু মতম অদু ফাওবদা অঙাঙদু শ্রীকৃষ্ণনী হায়বা খঙলমদে ।

### মূল ৩০

জল লৈতে স্ত্রীগণ তোমারে দেখি গেলা ।
স্ত্রীসব দুগ্ধ দিয়া আমারে পাঠাইলা ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

জল—ঈশীঙ ; লৈতে—শোকপা, লৌবা ; স্ত্রীগণ—নুপীশিংনা ; তোমারে—নঙবু ; দেখি—উরগা ; গেলা—চৎখি ; স্ত্রীসব—নুপী পুম্নমক্না ; দুগ্ধ—শঙ্গোম ; দিয়া—পীদুনা ; আমারে—ঐবু ; পাঠাইলা—থারকপনী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশীঙ শোকপদা নুপীশিংনা নঙবু উরগা চৎলী । নুপী লোইনমক অদুনা শঙ্গোম পীরগা ঐবু থারকপনী ।

## মৈনরোল

মহাপ্রভুনা চিংনরম্বা য়াই—"ঐদি অন্তর্য্যামীনী হায়বা রাসি পুরীগী মপুক্নীঙদা করিগুম্বা ফাওরবদি ঐহাক মাগী মফমদা লোৎপা য়াররোই। পুরীগুম্বা মহাপ্রেমিক পরমভাগবতশিংগী মফমদা ঐনা ইছাবু লোৎপসু ওইথোক্কে ।" মতৌ অসুম্না চিংনবগী রাখল্লা পুরীবু শেরান্নদা খল্হনগে হায়দুনা চতুর চূড়ামণি ওইবা মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—"ঐখোয় থুলগী নুপী গোপীশিংনা ঈশীঙ শোকপা গোবিন্দকুণ্ডদা লাক্লম্মী । মখোয়না নঙবু উথি—উরগা মখোয়না খঙঙী অদুদি—মতমদুদা নহাক করিমত্তা চাদে। মরমদুনা মখোয়না নঙগীদমক শঙ্গোম পীদুনা নঙোন্দা পীরকচা হায়দুনা ঐবু থারকপনী ।" গোপীশিংনা মাবু খঙহন্নগদা মানা খঙবা অদুগা মানা গোপীশিংগী য়াপং-ইনবনী হায়বসিমু ইঙ্গিতনা তাক্লম্বা ওইনা তৌরি। ভক্তবু মচাগুম লুনা তৌবা ভগবান্না মরম পুম্নমক্তা ভক্তগী মথা পোল্লী ; ভক্তগী কৈনো সেবা অমা তৌবা ওন্নবদি, ভক্তগী নীঙবা থুংহনবা ওন্নবদি মহাক্কী মহৈয়ানবা ওইনা তৌয়ি । মরমদুনা শ্রীমুখনা হায়রম্মী—"মদ্ভক্তানাং বিনোদার্থং করোমি বিবিধাঃ ক্রিয়াঃ ।।"

## মূল ৩১

গোদোহন করিতে চাহি শীঘ্র আমি যাব ।

আর বার আসি আমি এই ভাণ্ড লৈব ।। ৩১ ।।

## শব্দার্থ

গো—শল ; দোহন—শঙ্গোম থুম্বা ; করিতে—তৌবা ; চাহি—পাম্মী ; শীঘ্র—থুনমক ; আমি—ঐ ; যাব—চৎকনী ; আরবার—অমুক হন্না ; আসি লাক্লগা ; আমি—ঐ ; এই—অসি ; ভাণ্ড—চফু ; লৈব—লৌরগে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শলগী মখোম শুম্লীভলে, ঐহাক থুনমক চংলগে ; অমুক হন্না লাক্লগা ঐ চক্ষুসি লৌরগে।

## নৈনরোল

পুরীগী মমাংগদা মতম কুইনা লৈথরবদি মতুংদা মাগী প্রেম্না লংলবা চিত্তদুদা মাগী পরিচয় ফোংখিবা অাই হায়না চিংনহুনা তৌরিবা মারে — মুপামচাহনা শঙ্গোম শুম্লগে হায়শন্নহনা থুনা চংখিবদি। মাগী থন্নাইনা মুংশিজবা ভক্তগা কেকু-লোংপী কন্না শান্নবা হেদো মহাক্তি।

## মূল ৩২

এত বলি বালক গেলা না দেখিয়ে আর।
মাধবপুরীর চিত্তে হৈল চমৎকার ॥ ৩২ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়দুনা ; গেলা—চংখি ; না দেখিয়ে—উথিদ্রে ; আর—অমুক ; মাধবপুরীর মাধবপুরীগী ; চিত্তে—চিত্তদা ; হৈল—ওইখি ; চমৎকার—ঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মা অসিথক হায়রগা মুপামচাহ চংখি, অমুক হন্না মাবু উথিদরে। মাধবপুরী চিত্তদা ঙকখি।

## নৈনরোল

মুপামচাহনা পাক্ মাংখিবদুদা পুরীনা ঙক্লম্বনী।

## মূল ৩৩

দুগ্ধ পান করি ভাণ্ড ধুইয়া রাখিল।
বাট দেখে সেই বালক পুন না আইল ॥ ৩৩ ॥

## শব্দার্থ

দুগ্ধ—শঙ্গোম, পান—কান্‌বা ; করি—তৌদুনা ; ভাণ্ড—চফু ; ধুইয়া —চাম্‌থোক্লগা ; রাখিল—থনম্মী ; বাট—লম্বী ; দেখে—য়েংঙী ; সেই—অদু ; বালক—মুপামচা ; পুন—অমুক হন্না ; না আইল—লাক্‌খিদ্রে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শঙ্গোম কাপ্লগা পুরীনা চকুপ্তু চাম্থোকুনা থনম্মী। লম্বীরোমদা পুরীনা য়েংঙী ; মুপামচাত্তু অমূক হন্না লাকৃখিদ্রে।

## মূল ৩৪

বসি নাম লয় পুরী নিদ্রা নাহি হয়।

শেষ রাত্রে তন্দ্রা হৈল বাহ্যবৃত্তি লয়। ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

বসি—ফম্লগা ; নাম—হরিনাম ; লয়—লৌয়ি ; পুরী—মাধবেন্দ্রপুরী ; নিদ্রা—তুম্বা ; নাহি হয়—য়াদে ; শেষ—অরোইবা মতাংগী ; রাত্রে—অহিংদা ; তন্দ্রা—উইথবা, হৈল—ওইখি ; বাহ্যবৃত্তি ( ইন্দ্রিয়শিংগী ) মপাম্মোংগী থবক ; লয়—মাঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীনা ফম্লগা হরিনাম লোল্লী, তুম্বা য়ারমদে অহিং লোইরকপা মতাঙদা উইথরম্মী অদুগা ইন্দ্রিয়শিংগী মপাম্মোংগী থবক পুম্নমক মাঙখি।

## মূল ৩৫

স্বপ্ন দেখে—সেই বালক সম্মুখে আসিয়া।

এক কুঞ্জে লঞা গেলা হাতেতে ধরিয়া। ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

স্বপ্ন—মঙ ; দেখে—উই ; সেই বালক—মুপামচাহুনা ; সম্মুখে—মাঙদা ; আসিয়া—লাক্লগা ; এক কুঞ্জে—কুঞ্জ অমদা ; লঞা—পুহুনা ; গেলা—চৎলম্মী ; হাতেতে—খুৎতা ; ধরিয়া—পায়হুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীনা মঙ অমা উখি ; মহাক্না মুপামচাহুনা মমাঙদা লাক্লগা খুৎ পায়হুনা চিংলগা কুঞ্জ অমদা মাবু পুরম্মী।

## মূল ৩৬

কুঞ্জ দেখাইয়া কহে আমি এই কুঞ্জে রই।

শীত-বৃষ্টি-বাতাগ্নিতে দুঃখ বড় পাই ॥ ৩৬ ॥

শব্দার্থ

কুঞ্জ—কুঞ্জ ; দেখাইয়া—উৎলগা ; কহে—হায় ; আমি—ঐ ; এই কুঞ্জে—কুঞ্জসিদা ; বই লৈ ; শীত—ঈঙবা ; বৃষ্টি—নোংজু ; দাবাগ্নিতে—লমৈদা ; দুঃখ রাবা ; বড় য়াম্না ; পাই—ফংঙী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মুপামচাহুনা কুঞ্জ উৎলগা হায়রম্মী—"ঐহাক কুঞ্জসিদা লৈ । অঙঈবা, নোংচুবা অমদি লমৈ চাক্লকপদা ঐহাক রাবা য়াম্না নংঙী ।"

নৈনরোল

দাবাগ্নি— উমংদা উপাল পাম্বী মশেল তক্লবগা থোরকপা মৈ অদুবু দাবাগ্নি ( লমৈ ) কৌয়ি । নিংথম-কাম্বী নোংচুবদা অমদি লমৈ চাক্লবদা স্বয়ংভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা করিস্থ রানঙাই লৈতে ; মহাক আত্মারামনী অদুগা পূর্ণতম ( মপুং পুঙফাবা ) ভগবান্নী । অদুবু ভক্তদা কৃষ্ণনা কৃপা তৌবিগে হায়দুনা লীলাশক্তিগী ইঙ্গিতনা অরাম থৌরাংবগী অমদি অইং অশাদা রাবগী আবেশ মাগী ওই . আবেশ অসিগুম্বসি ওইবন ভক্তনা মাগী সেবা তৌবগী তাবজা ফংজে, মহাকস্তু লীলাগী মহাও তাঙী । আবেশ মতাসি মাগী লীলাশক্তিগী মথেল অমনী ।

মূল ৩৭

গ্রামের লোক আনি আমা কাঢ়কুঞ্জ হৈতে ।
পর্ব্বত উপরে লঞা রাখ ভালমতে ॥ ৩৭ ॥

শব্দার্থ

গ্রামের—খুলগী ; লোক—মীয়াম ; আনি—পুরক্তুনা ; আমা—ঐবু ; কাঢ়—মাপান্দা পুথোক্লো ; কুঞ্জ হৈতে—কুঞ্জদগী ; পর্ব্বত—গোবর্দ্ধন চীঙ ; উপরে—মথক্তা ; লঞা—পুদুনা ; রাখ—থম্মু ; ভালমতে—ফজনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গ্রামগী মীয়াম পুরক্তুনা ঐবু কুঞ্জদগী লৌথোক্লো ; অদুগা চীঙথক্তা নীঙথিনা থম্মু ।

মূল ৩৮

এক মঠ করি তাহা করহ স্থাপন ।
বহু শীতল-জলে আমা করাহ স্নপন ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

এক—অমা, মঠ—লাইশঙ, মন্দির; করি—শাদুনা; তাহা—মতুদা, কবহ তৌ, স্থাপন—থম্বা; বহু য়াম্বা, শীতল—অঙৈঙবা, জলে—ঈশীঙনা, আমা—ঐবু, কবাহ—তৌহল্লু; স্নপন—স্নান, অভিষেক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্দির অমা শাবগা মতুদা ঐবু থম্মু। অঙৈংবা ঈশীঙ য়াম্না তৌরগা ঐবু স্নান তৌহল্লু।

### মূল ৩৯

বহুদিন তোমার পথ করি নিরীক্ষণ।
কবে আসি মাধব আমা করিবে সেবন।। ৩৯।।

### শব্দার্থ

বহুদিন—নুমীৎ য়াম্না, তোমার—নঙগী, পথ—লম্বী, করি—তৌযি, নিরীক্ষণ—যেংবা, কবে—কদোম্বৈ, আসি—লাক্লুনা; মাধব—মাধবেন্দ্র পুরীনা, আমা—ঐবু, করিবে—তৌগনী, সেবন—সেবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঐনা নংগী লম্বী যেংলকপা নুমীৎ যাম্লে। কদোম্বৈ লাক্লুনা মাধবেন্দ্র পুরীনা ঐবু সেবা তৌবগদগে হায়না (ভাইবরকপা কুইরে)

### মূল ৪০

তোমার প্রেমবশে করি সেবা অঙ্গীকার
দর্শন দিয়া নিস্তারিবে সকল সংসার।। ৪০।।

### শব্দার্থ

তোমার—নঙাক্কী, প্রেমবশে—প্রেমগী মথা পোন্দুনা, করি—তৌযি, সেবা (নঙগী) সেবাবু; অঙ্গীকার—লৌবা, দর্শন দিয়া—দর্শন পীদুনা, নিস্তারিতে—লানবীগে, সকল—পুম্নমক, সংসার—জগৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নঙগী প্রেমগী মথা পোন্দুনা নঙগী সেবা লৌবনী। ঐবু দর্শন তৌহল্লগা জগৎসি লানবিগে।

## মূল ৪১

শ্রীগোপাল নাম মোর গোবর্দ্ধনধারী।
ব্রজের স্থাপিত আমি ইহাঁ অধিকারী ॥ ৪১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীগোপাল—শ্রীগোপাল ; নাম—মিং ; মোর—ঐগী ; গোবর্দ্ধনধারী—গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা ; বজ্রের—বজ্রনা ; স্থাপিত—শাহল্লগা থনম্বা ; আমি—ঐনী ; ইহাঁ—মফমসিদা ; অধিকারী—( ঐ ) মপুনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধনধারী শ্রীগোপাল হায়রকনী ঐগী মিং। বজ্রনা শাহনা থনম্বা মূর্ত্তিনী ঐহাক ; মফমসিদা ঐনা মপুনী।

### তৈন্নেনবা

বজ্র—শ্রীকৃষ্ণ প্রদ্যুম্ন পোকয়ি, প্রদ্যুম্ননা অনিরুদ্ধ পোকয়ি, অনিরুদ্ধনা বজ্র পোকয়ি। মৌষল লীলাদা যদু বংশ তুমখি ; লেমহৌরিবা হায়রবো কুপী খরা, অঙাঙ, অহলগা লোয়ননা বজ্রদনী। অর্জ্জুন মখোয়বু ইন্দ্রপ্রস্থদা পুরক্লগা থম্খি অদুগা বজ্রবু অভিষিক্ত তৌখি। বজ্রসিমক্না শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিসি শাহল্লগা সেবা চৎখি।

## মূল ৪২

শৈল-উপর হৈতে আমা কুঞ্জে লুকাইয়া।
ম্লেচ্ছভয়ে সেবক আমার গেল পলাইয়া ॥ ৪২ ॥

### শব্দার্থ

শৈল-উপর—গোবর্দ্ধন চীঙথক ; হৈতে—তগী ; আমা—ঐবু ; কুঞ্জে—কুঞ্জদা ; লুকাইয়া—লোৎতুনা ; ম্লেচ্ছভয়—ম্লেচ্ছবু কিবনা ; সেবক—পূজারিনা ; আমার—ঐগী ; গেল—চংখ্রে ; পলাইয়া—চেন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধন চীঙথক্তগী ঐবু কুঞ্জদা লোৎশল্লগা ম্লেচ্ছবু কিবদগী ঐগী সেবক অদুনা চেল্লগা চৎখ্রে।

## মূল ৪৩

সেই হৈতে রহি আমি এই কুঞ্জস্থানে ।
ভাল হৈল আইলা, আমা কাঢ় সাবধানে ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

সেই হৈতে—মতুদগী, মতম অতুদগী . রহি—লৈরিরবনী ; আমি—ঐ ; এই –মসি ; কুঞ্জস্থানে—কুঞ্জ মফমদা ; ভাল হৈল— ফরে ; আইলা — মহাক লাক্লে ; আমা—ঐবু ; কাঢ়—মাপান্দা পুথোক্লো , সাবধানে—— য়াম্না চেক্শন্না ।

### ৱৈনরোল

শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীগী প্রেমগী মতৌ অদুগা শ্রীকৃষ্ণ মছামক্কী ভক্তবাৎসল্য ( ভক্ত নুংশিবা ) অদুগা ভক্তগী মখাপোন্বগী মহিমা উগত্তা খঙহনগে হায়বগীদমক পুম্নমকসি শ্রীগোপালদেবনা শান্নবা লীলানী। নত্রগদবু ম্লেচ্ছদগী করি কিফম থোকপগে ? ম্লেচ্ছ কিবদগী সেবক-না মাবু কুঞ্জদা লোৎতুনা থনম্লবসু কিবা ফনজাই মত্তাও লাক্লবদা সেবকতুনা মহাকপু অমক কুঞ্জদগী লৌথোক্লক্তিবা করিগীনো ? ভগবানগী সেবা প্রেমী ভক্তনা তৌনীঙবগুম প্রেমা ভক্তগী সেবা লৌনীঙবসু ভক্তবৎসল ভগবানগী ওই ।

## মূল ৪৪

এত বলি সে বালক অন্তর্দ্ধান কৈল ।
জাগিয়া মাধবপুরী বিচার করিল — ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়দুনা ; সে বালক—নুপামচাদু ; অন্তর্দ্ধান—থুপ্পা, মাঙবা ; কৈল—তৌখি ; জাগিয়া—মীৎকপ থোক্লগা ; মাধবপুরী — মাধবেন্দ্র পুরীনা ; বিচার করিল—খল্লম্মী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাসি হায়রগা নুপামচাদু মাঙথোক্খরে । মাধবেন্দ্র পুরীনা মীৎকপ থোক্লগা বিচার তৌখি ।

### মূল ৪৫

কৃষ্ণকে দেখিনু মুঞি নারিনু চিনিতে।
এত বলি প্রেমাবেশে পড়িলা ভূমিতে ।। ৪৫ ।।

**শব্দার্থ**

কৃষ্ণকে কৃষ্ণবু ; দেখিনু—উৎরে ; মুঞি—ঐ ; নারিনু—ঙম্মুদ্রে ; চিনিতে—শকখঙবা ; এত বলি—অসি হায়দুনা ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; পড়িলা—তুথরম্মী ; ভূমিতে—লৈপাকথক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাধবেন্দ্রপুরীনা খল্লম্মী—কৃষ্ণবু উরুরে ঐ ; অদুবু খঙবদি ঙমহৌদ্রে। অসি হায়রগা প্রেমাবেশদা পুরীদু লৈমায়থক্তা হাইথুরম্মী।

### মূল ৪৬

ক্ষণেক রোদন করি মন কৈল ধীর।
আজ্ঞা পালন লাগি হইলা সুস্থির ।। ৪৬ ।।

**শব্দার্থ**

ক্ষণেক—ক্ষণ অমা ; রোদন—কপ্পা ; করি—তৌরগা ; মন—পূক্নীঙ ; কৈল—তৌরম্মী ; ধীর—তপ্‌থবা ; আজ্ঞা—য়াথং ; পালন—ঙাক্পা ; লাগি—দমক ; হইলা—ওইরম্মী ; সুস্থির—ফীভম-হন্থবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পুরীদু ) ক্ষণ অমা কপ্লগা পূক্নীঙ তপ্‌থরম্মী। শ্রীগোপালগী য়াথং ঙাক্লনবগীদমক ফীভম-হন্থরম্মী।

### মূল ৪৭

প্রাতঃ স্নান করি পুরী গ্রামমধ্যে গেলা।
সবলোকে একত্র করি কহিতে লাগিলা ।। ৪৭ ।।

**শব্দার্থ**

প্রাতঃস্নান—অয়ুক্নী স্নান ; করি—তৌরগা ; পুরী—মাধবেন্দ্র পুরীনা। গ্রামমধ্যে—খুন মনুঙদা ; গেলা—চংখি ; সবলোকে—মী পুম্নমকপু ; একত্র করি—পুল্লপ তিল্‌হল্লগা, কহিতে—হায়বা ; লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুক্কী ম্নান্ তৌরগা মাধবেন্দ্রপুরীনা খুন মনুংদা চংলম্মী। মী পুম্নমক তিল্হল্লগা ল্বা হায়রম্মী।

মূল ৪৮

গ্রামের ঈশ্বর তোমার গোবর্দ্ধনধারী।

কুঞ্জে আছেন চল তাঁরে বাহির যে করি॥ ৪৮॥

শব্দার্থ

গ্রামের -খুন্গী ; ঈশ্বর—লাই ; তোমার—নখোয়গী ; গোবর্দ্ধনধারী — গোবর্দ্ধন-থাঙ্গৎপা ; কুঞ্জে—কুঞ্জদা ; আছেন—লৈ ; চল— চৎলু, চৎসি ; তাঁরে—মহাকপু ( লাইবু ) , বাহির যে করি—মাপান্দা পুথোকসি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গ্রামগী গোবর্দ্ধনধারী ঈশ্বরসি কুঞ্জদা লৈ ; মাবু পুথোক্নবা চৎলু চৎসি।

মূল ৪৯

অত্যন্ত নিবিড় কুঞ্জ নারি প্রবেশিতে।

কুঠার কোদালি লহ দুয়ার করিতে॥ ৪৯॥

শব্দার্থ

অত্যন্ত- য়াম্না য়োনা ; নিবিড়—শোংবা ; কুঞ্জ—কংনী ; নারি— ঙমদে ; প্রবেশিতে—চংবা ; কুঠার—শীংজং ; কোদালি- য়োৎপাক ; লহ -পুশল্লু ; দুয়ার—চংফম ; করিতে—শেম্নবা, ফাৎনন ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মাধবেন্দ্র পুরীনা মখা তাথরম্মী )—য়াম্না শোংবা কুঞ্জনী, চংবা ঙম্দে। অদুনা চংফম ফাৎননবা শীংজংগা য়োৎপাক্কা পুশল্লু।

মূল ৫০

শুনি লোক তাঁর সঙ্গে চলিলা হরিষে।

কুঞ্জ কাটি দ্বার করি করিলা প্রবেশে॥ ৫০॥

### শব্দার্থ

শুনি—নাকোঙনা তারগা ; লোক—মীয়াম্মা ; তাঁর সঙ্গে—মাগা লোয়ননা ; চলিলা—চৎলম্মী ; হরিষে—হারওনা ; কুণ্ড—কুণ্ড ; কাটি—কক্লগা, য়াম্থৎলগা ; দ্বার—চঙকম ; করি—শেম্লগা ; করিলা—তৌরম্মী ; প্রবেশে—চঙবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীয়ামদুনা পুরীগী রা তারগা মহাক্কা লোয়ননা হরাও হরাও চৎলম্মী। কুণ্ডগী উশা-রাশা ককৃথৎলগা চঙকম শেমলগা চঙলম্মী।

### মূল ৫১

ঠাকুর দেখিল মাটি তৃণে আচ্ছাদিত।
দেখি সব লোক হইল আনন্দে বিস্মিতে।। ৫১।

### শব্দার্থ

ঠাকুর—লাইবু ; দেখিল—উরম্মী ; মাটি—লৈপাক ; তৃণে—নাপীনা ; আচ্ছাদিত—কুপ্লস্বা ; দেখি—উরগা ; সব—পুম্নমক ; লোক—মী ; হইল—ওইখি ; আনন্দে—মুংঙাইবনা ; বিস্মিত—ঙকপা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইবু লৈপাক্কা নাপীগনা কুপ্লস্বদু ময়াম্মা উরম্মী। মদু উবদা মী পুম্নমক মুংঙাইবনা ঙকখি।

### মূল ৫২

আবরণ দূর করি করিলা বিদিতে।
মহাভারি ঠাকুর কেহো নারে চালাইতে।। ৫২ ।।

### শব্দার্থ

আবরণ—কুপ্পা, মথক্তা লৈরম্বা লৈপাক্কা নাপীগা ; দূর করি—লৌথোক্লগা ; করিলা বিদিতে—খঙহল্লম্মী ; মহাভারি—য়াম্না লুম্মী ; ঠাকুর—লাইদু ; কেহো—কনামতনা ; নারে—ঙমদে ; চালাইতে—থাংবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইগী মথক্তা কুপ্লস্বা লৈপাক্কা নাপীগদো লৌথোক্লগা খঙহল্লম্মী। ঠাকুরদু য়াম্না লুম্মী, কনামতনা থাংগৎপা ঙমদে।

### তৈনচেরোল

করিলা বিদিতে—পুরীগোস্বামীদা খঙহল্লম্মী। নত্রগা, লৈপাক্কা নাপীগা লৌথোক্লগা শ্রীগোপালদেববু ময়ামদা উহল্লম্মী।

### মূল ৫৩

মহামহা বলিষ্ঠ লোক একত্র হইয়া।
পর্ব্বত-উপরে গেলা ঠাকুর লইয়া॥ ৫৩॥

### শব্দার্থ

মহামহা—যাম্মা যাম্মা ; বলিষ্ঠ—পাঙ্গন্‌লা, লোক—মী ময়াম, একত্র হইয়া—পুল্লগা, পর্ব্বত-উপরে— চীঙথক্তা, গেলা চংখি, ঠাকুর—লাইবু ; লইয়া—পুহনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যাম্মা য় ম্মা পাঙ্গন্‌বা মীভাশিং পুল্লগা ঠাকুরবু পুহনা চীঙথক্তা কাখি।

### মূল ৫৪

পাথরের সিংহাসনে ঠাকুর বসাইল।
বড এক পাথর পৃষ্ঠে অবলম্বন দিল॥ ৫৪॥

### শব্দার্থ

পাথরের—নুঙগী, সিংহাসনে—সিংহ সন-দা, ঠাকুর—লাইবু ; বসাইল—থমখি, বড অচৌবা ; এক—অমা, পাথর—নুঙ ; পৃষ্ঠে—নংগলগী মায়কৈদা ; অবলম্বন—ঙাক্কম, দিল—পীরম্মী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুঙপাক অমবু সিংহাসন শুইহল্লগা মতুংদা ঠাকুরবু থনম্মী। অচৌবা নুঙপাক অমনা নংগলগী মায়কৈদা থল্লম্মী।

### মূল ৫৫

গ্রামের ব্রাহ্মণসব নবঘট লঞা।
গোবিন্দকুণ্ডের জল আনিল ছানিঞা॥ ৫৫॥

**শব্দার্থ**

গ্রামের গ্রামগী ; ব্রাহ্মণসব—ব্রাহ্মণ পুম্নমক্না ; নবঘট—ঘট-চফূ অহনবা ; লঞা - পুত্থনা ; গোবিন্দকুণ্ডের — গোবিন্দকুণ্ডগী ; জল — ঈশীঙ , আনিল— পুবক্খি। ছানিঞা—ছানানা চুম্নগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গ্রামগী ব্রাহ্মণ পুম্নমক্না অহনবা চফু পুরগা গোবিন্দকুণ্ডগী ঈশীঙ ছানাদা চুমথোক্লগা পুবকয়ি। ( শ্রীগোপালদেববু অভিষেক তৌনবগী থৌরাঙনী )।

মূল ৫৬

নব শত ঘট জল কৈল উপনীত।

নানা বাদ্য ভেরী বাজে স্ত্রীগণে গায় গীত ॥ ৫৬ ॥

**শব্দার্থ**

নব— অহনবা ; শত—চামা ; ঘট—চফূ ; জল— ঈশীঙ ; কৈল— —তৌহনখি , উপনীত— থুংবা ; নানা—মখল মখাগী , বাদ্য—খোংনবা অমসুং য়েনবা ঈশৈগী থুৎলাই ; ভেরী— পুঙজাও ; বাজে—য়ৈ, খোংঙী . স্ত্রীগণে—নুপীশিংনা ; গায়—শকয়ি ; গীত ঈশৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহনবা চফূ চামগী ঈশীঙ থুংহল্লরে। বাদ্য মখল মখা অমসুং ভেরী য়ৈ-খোংলম্মী, নুপীশিংনা ঈশৈ শকল্মী।

মূল ৫৭

কেহো গায় কেহো নাচে মহোৎসব হৈল।

অনেক সামগ্রী যত্ন করি আনাইল ॥ ৫৭ ॥

**শব্দার্থ**

কেহো— কনামনা ; গায়—ঈশৈ শকয়ি ; কেহো—কনামনা ; নাচে —জগোই শাই ; মহোৎসব—অচৌবা উৎসব (হরাওবা) ; হৈল —ওইরম্মী . অনেক—য়াম্না ; সামগ্রী—পোৎ ; যত্ন করি—চেকশিন্না ; আনাইল— পুরক্হনখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা ঈশৈ শকয়ি কনামনা জগোই শাই, অচৌবা উৎসব ওইখবে। অচঙপোৎ য়াম্না থৌরাং তৌদুনা পুরক্হনখি।

## মূল ৫৮

দধি দুগ্ধ ঘৃত আইল যত গ্রাম হইতে

ভোগ সামগ্রী আইল সন্দেশাদি কতে ॥ ৫৮ ॥

### শব্দার্থ

দধি—শঙ্গোম অফম্বা ; দুগ্ধ—শঙ্গোম , ঘৃত—থী , আইল—লাক্‌খি , যত—অদুকথক , গ্রাম হইতে -খুন্দগী , ভোগ—লূক , সামগ্রী—পোৎ , ( ভোগ সামগ্রী ভোগ কৎনবা পোৎ ) , আইল—লাক্‌খি ; সন্দেশাদি —সন্দেশ নচিংবা , কতে -কয়া ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শঙ্গোম, শঙ্গোম অফম্বা, থী কযাদি খুলদগী লাক্‌খি । ভোগ কৎনবগী পোৎ সন্দেশনচিংবা কয় লাক্‌খি ।

## মূল ৫৯

তুলস্যাদি পুষ্প বস্ত্র আইল অনেক ।

আপনে মাধবপুরী করে অভিষেক ॥ ৫৯ ।

### শব্দার্থ

তুলসী আদি—তুলসীনচিংবা , পুষ্প—লৈবাং ; বস্ত্র—ফি , আইল —লাক্‌খি , অনেক যাম্না , আপনে—মছামক্না , মাধবপুরী—মাধবেন্দ্রপুরী , করে—তৌয়ি , অভিষেক—স্নান, চাইথবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তুলসীনচিংবা লৈ, ফি যাম্না পুবক্‌খি । মাধবেন্দ্রপুরী মছামক্না অভিষেক তৌবম্মী ।

## মূল ৬০

অঙ্গ-মলা দূর করি করাইল স্নপন ।

বহু তৈল দিয়া কৈল শ্রীঅঙ্গ চিক্কণ ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

অঙ্গ-মলা— হকচাঙগী অমোৎপা , দূর করিয়া—কোক্‌হল্লগা ; করাইল —তৌহল্লী ; স্নপন—স্নান , বহু— যাম্না ; তৈল—থাও ; দিয়া—তৈদুনা . কৈল—ওইহনখি , শ্রীঅঙ্গ—ঠাকুরগী হকচাঙ . চিক্কণ লংবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেবগী হবচাও অমোংপা কোকহল্লগা স্নান তৌরে ; অদুদগী থাও থাম্না তৈদুনা শ্রীঅঙ্গদু লংত্রিক লংহল্লম্মী।

## মূল ৬১

পঞ্চগব্য পঞ্চামৃতে স্নান করাইয়া।
মহাস্নান করাইল শত ঘট দিয়া ॥ ৬১ ॥

### শব্দার্থ

পঞ্চ—মঙা : গব্য - শন্দগী থোক্‌পা পোৎ ; পঞ্চামৃত—অমৃত মঙানা ; স্নান করাইয়া— চাইথবগা , মহাস্নান—মহাস্নান (স্নান অচৌবা) ; করাইল —তৌহন্‌খি ; শত—চামা ; ঘট দিয়া—চফুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শন্দগী থোকপা পোৎলম মঙা, অমৃত পোৎলম মঙাগী স্নান তৌহল্লগা ইশীঙ চফু চামগী ঈশীঙ হৈদুনা মহাস্নান তৌহন্‌খি।

## নৈনরোল

পঞ্চগব্য—শন্‌-য়ুং, শস্থী, শঙ্গোম অফম্বা, শঙ্গোম, ঘী।

পঞ্চামৃত— শঙ্গোম, শঙ্গোম অফম্বা, ঘী, থোইড়ী অমস্থং চিনি।

## মূল ৬২

পুন তৈল দিয়া কৈল শ্রীঅঙ্গ চিক্কণ।
শঙ্খ-গন্ধোদকে কৈল স্নান সমাপন ॥ ৬২ ।

### শব্দার্থ

পুন—অমুক হন্না ; তৈল দিয়া—থাও তৈদুনা ; কৈল—ওইহন্‌খি ; শ্রীঅঙ্গ—শ্রীগোপালগী শ্রীঅঙ্গ ; চিক্কণ—লংহনবা ; শঙ্খ-গন্ধোদকে— শঙ্খদা হাপ্পা মণম-তুংশিবা ঈশীঙনা ; কৈল—তৌখি ; স্নান—চাইথবা ; সমাপন—লোইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক হন্না থাও তৈদুনা শ্রীঅঙ্গবু লংত্রিক্ লংহন্‌খি। শঙ্খদা হাপ্পা মণম্ তুংশিহল্লবা ঈশীঙ হৈরগা স্নান লোইশন্‌খি।

### মৈনমক্লোক

গন্ধোদক—মপম্ মুংশিবা ঈশীঙ। শম্মদা হাপ্পা ঈশীঙদা চন্দন, কর্পূর, লৈ-নচিংবা হাপ্লগা ঈশীঙচুগী মপম্ মুংশিহন্‌নী।

### মুল ৬৩

শ্রীঅঙ্গ-মার্জ্জন করি বস্ত্র পরাইল।

চন্দন তুলসী পুষ্পমালা অঙ্গে দিল ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীঅঙ্গমার্জ্জন—শ্রীঅঙ্গতৈথোক্‌পা ; করি—তৌদুনা , বস্ত্র—ফি ; পরাইল—থোল্লে ; চন্দন— চন্দন ; তুলসী—তুলসী ; পুষ্পমালা—লৈ-পরেং ; অঙ্গে—শ্রীঅঙ্গদা ; দিল—থোনহল্লে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেবগী অঙ্গচু শেংনা তৈথোল্লগা ফম্‌থাং থোল্‌হল্লে। চন্দন, তুলসী, লৈ-পরেং শ্রীঅঙ্গদা থোনহল্লে।

### মুল ৬৪

ধূপ দীপ করি নানা ভোগ লাগাইল।

দধি-দুগ্ধ-সন্দেশাদি যত কিছু আইল ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

ধূপ—ধূপ , দীপ—থাওমৈ ; করি—কৎলগা ; নানা—মথলমথাগী ; ভোগ—লুক ; লাগাইল—থেল্লম্মী ; দধি—শঙ্গোমফম্বা ; দুগ্ধ—শঙ্গোম ; সন্দেশাদি—সন্দেশনচিংবা ; যত কিছু—কয়া কয়াদো ; আইল—লাক্লম্মী ;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ধূপ-দীপ কৎলবা তুংদা মথল মথাগী ভোগ থেল্লম্মী। শঙ্গোম, শঙ্গোম-ফম্বা, সন্দেশনচিংবা পুরক্লম্বা মথেল কয়াদো।

### মুল ৬৫

সুবাসিত জল নবাপাত্রে সমর্পিল।

আচমন দিয়া পুন তাম্বুল অর্পিল ॥ ৬৫ ॥

## শব্দার্থ

সুবাসিত মণমমুংশিবা ; জল—লাইজ ; নব্যপাত্রে পাত্র অহনবদা ; সমর্পিল—কৎলম্মী ; আচমন—আচমন (চীন-তেংনবা ঈশীঙ) ; দিয়া—পীরগা ; পুন—অমূক ; তাম্বুল—ক্বা-পান ; অর্পিল—কৎলম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মণম্ মুংশিবা ঈশীঙ পাত্র অহনবদা কৎলম্মী। আচমন তৌহল্লগা ক্বা-পান কৎলম্মী।

## মূল ৬৬

আরতি করিয়া কৈল বহুতে স্তবন।
দণ্ডবৎ করি কৈলা আত্মসমর্পণ ॥ ৬৬ ॥

## শব্দার্থ

আরতি করিয়া—আরতি তৌরগা ; কৈল—তৌরম্মী ; কৈল—তৌরম্মী ; বহুত—য়াম্না ; স্তবন—স্তব ; দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌরগা ; কৈলা—তৌরম্মী ; আত্মসমর্পণ—মছাবু কৎথোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আরতি তৌরগা স্তব য়াম্না তৌরম্মী। অদুদগী দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্লগা মছাবু কৎথোক্লম্মী।

## মূল ৬৭

গ্রামের যতেক তণ্ডুল দালি গোধূমচুর্ণ।
সকল আনিয়া দিল পর্ব্বত হৈল পূর্ণ॥ ৬৭ ॥

## শব্দার্থ

গ্রামের—খুলগী ; যতেক—কয়া ; তণ্ডুল—চেঙ ; দালি—হৱাই ; গোধূম—গেহু ; চূর্ণ—মকুপ ; [গোধূমচুর্ণ—য়াম (আটা, ময়দা, সুজি-নচিংবা)] ; সকল—লোইনমক ; আনিয়া—পুরক্লুনা ; দিল—পীরৈ ; পর্ব্বত—গোবর্দ্ধন চীঙ ; হৈল—ওইখি ; পূর্ণ—থনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুনগী চেঙ হরাই য়াম লৈরম্বা কয়াদো লোইনমক পুরকুনা কৎলরে। চীঙহু পুঙথল্ হেক থন্খি।

## মূল ৬৮

কুম্ভকারের ঘরে ছিল যত মৃদ্ভাজন।
সব আইল প্রাতে হৈতে চড়িল রন্ধন ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

কুম্ভকারের—চফুশবা মীগী ; ঘরে—য়ুমদা ; ছিল—লৈরম্মী ; যত—কয়া ; মৃদ্ভাজন—লৈপাক্কী ফু ; সব—লোইনমক ; আইল—লাকখি ; প্রাতে হৈতে—অয়ুক ঙন্তাদগী ; চড়িল রন্ধন—থোংবা হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চফু-শাবগী য়ুমদা লৈরম্বা লৈপাক্কী চফু পুম্নমক পুরকখি ; অয়ুক ঙন্তাদগী চাক থোংবা হৌগৎখি।

## মূল ৬৯

দশ বিপ্র অন্ন রান্ধি করে এক স্তূপ।
জন-চারি-পাঁচ রান্ধে ব্যঞ্জনাদি সূপ ॥ ৬৯ ॥

### শব্দার্থ

দশ—তরা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; অন্ন—চাক ; রান্ধি—থোংদুনা ; করে শারম্মী ; এক—অমা ; স্তূপ—মপৈ ; জন—মী ; চারি-পাচ—মরি মঙানা ; রান্ধে—থোংঙী ; ব্যঞ্জনাদি—য়েন্খাংনচিংবা ; সূপ—হরাই মহী লাংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বামোন তরানা চাক থোংলগা মপৈ চাওনা পৈরম্মী। বামোন মরি মঙা অমনা য়েন্খাংনচিংবা মহীলাংবা য়াওনা থোংঙী।

## মূল ৭০

বন্য শাক-ফল মূলে বিবিধ ব্যঞ্জন।
কেহো বড়া বড়ী কড়ি করে বিপ্রগণ ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

বস্ত্র—উমংগী ; শাক-মনামশীঙ ; ফল—উহৈ ; মূলে—পান-আলু-মঙ্গানচিংবা মরুনা ; বিবিধ—মখলমখাগী ; ব্যঞ্জন—য়েন্‌ঝাং ; কেহো—কনামনা ; বড়া—বোড়া ; বড়ী—বোড়ী ; কড়ি—চানবা মথেল (দহিগা বেসোনগা তিল্লগা শেঙ্গা অচাপোৎ) করে—থোংঙী, বিপ্রগণ—বামোনশিংনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উমংদা হৌবা মনা-মশীঙ উহৈ, পান-আলুনচিংবা মূলশী ব্যঞ্জন মথেল মথেন্নী। বামোনশিংদো কনামনা বোড়া বোড়ী থোংঙী, অদুগা কোড়িস্থু থোংঙম্মী।

### মূল ৭১

জল পাঁচ সাত রুটী করে রাশি রাশি।

অন্নব্যঞ্জন সব রহে ঘৃতে ভাসি॥ ৭১॥

### শব্দার্থ

জন—মী ; পাঁচ—মঙা ; সাত—তরেৎ ; রুটী—তল ; করে—হৌয়ি ; রাশি রাশি—মপৈ মপৈ ; অন্ন—চাক ; ব্যঞ্জন—য়েন্‌ঝাং ; সব—লোইনমক ; রহে—লৈ ; ঘৃতে—ঘীদা ; ভাসি—তাউডুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী মঙা তরুক্তা তল মপৈ মপৈ হৌরগা পৈরম্মী। চাক-য়েন্‌ঝাং লোইনমক ঘীদা তাউডুনা লৈরম্মী।

### মূল ৭২

নববস্ত্র পাতি তাতে পলাশের পাত।

রান্ধি রান্ধি তার উপর রাশি কৈল ভাত॥ ৭২॥

### শব্দার্থ

নববস্ত্র—ফি অহনবা ; পাতি—থারগা ; তাতে—মদুগী মথক্তা ; পলাশের—পাঙ্গোংগী ; পাত—মনা ; রান্ধি রান্ধি—থোংল থোংলগা ; তার—মদুগী ; উপর—মথক্তা ; রাশি কৈল—পৈরম্মী ; ভাত—চাক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফি অহনবা থারগা মহুদা পাঙ্গোংম্বনা থারম্মী। মহুগী মথক্তা চাক থোংল থোংলগা পৈরম্মী।

## মূল ৭৩

তার পাশে রুটী রাশি উপপর্ব্বত হৈল।
সূপ ব্যঞ্জন ভাণ্ড সব চৌদিকে ধরিল ॥ ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

তার—মহুগী (চাক্কী) ; পাশে—মনাক্তা ; রুটী রাশি—তল মপৈনা ; উপপর্ব্বত—চীঙমচা ; হৈল—এইরে ; সূপ-ব্যঞ্জন—হরাই-য়েনঝাংগী ; ভাণ্ড—ফু ; সব—পুম্বা ; চৌদিকে—মায়কৈ মরিদা ; ধরিল—থনম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাক পৈবহুগী নাক্কন্দা তলগী মপৈনা চীঙমচা অমগুম এইবম্মী। হরাই-বাঞ্জন-গী চফু পুম্বা মায়কৈ মরিদা থনম্মী।

## মূল ৭৪

তার পাশে দধি দুগ্ধ মাঠা শিখরিণী।
পায়স মথনী সর পাশে ধরি আনি ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

তার—মহুগী ; পাশে—নাক্তা : দধি—শঙ্গোমফম্বা ; দুগ্ধ—শঙ্গোম ; মাঠা—শঙ্গোম অফম্বা চিংলগা শেম্বা ঘোল ; শিখরিণী—দধি, শঙ্গোম, চিনি, কর্পুর অমসুং মোরোক—পোংলম মঙাসি তিল্লগা শেম্বা অচাপোং ; পায়স—শঙ্গোমক্ষীর ; মথনী—মাখন ; সর—শঙ্গোম মপান ; পাশে—নাকন্দা ; ধরি আনি—পুরক্লুনা থম্নগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ময়ামহুগী মনাক্তা শঙ্গোমফম্বা, শঙ্গোম, মাঠা, শিখরিণী, শঙ্গোমক্ষীর, মাখন, শঙ্গোম মপান থনম্মী।

## মূল ৭৫

হেনমতে অন্নকূট করিল সাজন।
পুরীগোসাঞি গোপালেরে কৈল সমর্পণ ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

হেনমতে মতৌ অম্নুম্না; অন্নকূট—চাকী চীঙছুম; করিল সাজন—শেম্নম্মী: পুরীগোসাঞি—পুরীগোস্বামীনা; গোপালেরে—শ্রীগোপাল-দা; কৈল—তৌরম্মী, সমর্পণ—কৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অম্নুম্না অন্নকূট শেম্নগা পুরীগোস্বামীনা শ্রীগোপাল দেবদা কৎখি।

## মূল ৭৬-৭৮

অনেক ঘট ভরি দিল সুশীতল জল।
বহুদিনের ক্ষুধায় গোপাল খাইল সকল ॥ ৭৬ ॥
যদ্যপি গোপাল সব অন্ন ব্যঞ্জন খাইল।
তাঁর হস্তস্পর্শে অন্ন পুন তৈছে হৈল ॥ ৭৭ ॥
ইহা অনুভব কৈল মাধব গোসাঞি।
তাঁর ঠাঞি গোপালের লুকা কিছু নাঞি ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

অনেক ঘট—ঘট যাম্না; ভরি দিল—থল্হল্লম্মী; সুশীতল—ফজনা ঈঙলবা; জল—ঈশীঙ; বহুদিনের—নুমীৎ য়াম্নগী; ক্ষুধায়—চাক্লাম্বনা; গোপাল—শ্রীগোপালদেবনা; খাইল—চাথোকলম্মী; সকল—লোইনমক; যদ্যপি—অদু ওইনমক; গোপাল—শ্রীগোপালদেবনা; সব—পুম্নমক; অন্ন—চাক; ব্যঞ্জন—য়েন্থাং; খাইল—চারম্মী; তাঁর—মহাক্কী; হস্ত—খুৎনা; স্পর্শে—শোকপদা; অন্ন—চাক; পুন—অমুক হন্না; তৈছে—অদুম্না; হৈল—ওইদুনা লৈরম্মী; ইহা—মসি; অনুভব—পুক্নুঙদা কাওবা; কৈল—তৌখি; মাধব গোসাঞি—মাধবেন্দ্র গোস্বামীনা; তাঁর—মাগী (মাধবেন্দ্রগী) ঠাঞি—মফমদা; গোপালের—শ্রীগোপাল দেবগী; লুকা—অরোৎপা; কিছু—কৈছু; নাঞি—লৈতে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফজনা ইগুলবা ঈশীগুনা ঘট য়াম্না থন্না হৈরে। মতম কুইনা চাক লাম্নকপনা শ্রীগোপালদেবনা লোইনমক হাদোকখি। শ্রীগোপালদেবনা চাক-য়েনঝাং লোইনমক হাদোকথরবস্তু মহাক্কী থুংনা শোক্পদা হান্নগীগুম অত্তুম ওইত্তুনা লৈরম্মী। ওইরিবসি মাধবগোস্বমীনা অনুভব তৌরম্মী। শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী মফমদা শ্রীগোপালদেবনা কৈছু লোৎলম্দে।

## লৈনরোল

ভক্ত-চান্বা শ্রীগোপালদেবনা পৈরম্নিবা অচাপোৎ পূম্নমক হাদোক্লম্মী; অদুবু মাগী অচিন্ত্য (মীওইবনা খনবদা থোক্কবা) শক্তিগী ময়াইনা মাগী থুংনা শোক্পদা চাক-য়েনঝাং হাপ্লম্বা পাত্রশিংদা হান্নগুম অমূক বিক থল্লম্মী, মদু কনামতনা অনুভব (খঙবা) তৌবা ঙমখিদে, মাধবেন্দ্রপুরী মথন্তনা মাগী ভক্তিগী ময়াইনা শ্রীগোপালগী ভোজন-লীলা (চাবগী লীলা) অসি শংশংনা উখি অমসুং শ্রীগোপালগী অচিন্ত্যশক্তি অনুভব তৌখি।

### মূল ৭৯

একদিনের উদ্‌যোগে ঐছে মহোৎসব হৈল।
গোপাল-প্রভাবে হয় অন্যে না জানিল॥ ৭৯॥

## শব্দার্থ

একদিনের—নোংমতগী; উদ্‌যোগে—থৌরাংনা; ঐছে—অদুম্না; মহোৎসব—উৎসব অচৌবা; হৈল—ওইখি; গোপাল-প্রভাবে—শ্রীগোপাল-দেবগী ইথিল্না; হয়—ওইবনী; অন্যে—অতৈনা; না জানিল—খঙদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমতগী থৌরাংনা মহোৎসবসি ওইখিবনী। মসি শ্রীগোপালগী প্রভাব-না ওইখি হায়বসি অতৈনা খঙলমদে।

### মূল ৮০

আচমন দিঞা দিল বিড়ার সঞ্চয়।
আরতি করিল লোকে করে জয় জয়॥ ৮০॥

### শব্দার্থ

আচমন—চীন-তেংবা ; দিঞা—পীরগা ; দিল—পীরম্মী ; বিড়ার—পানখিলিগী ; সঞ্চয়—মপৈহু ; আরতি করিল—আরতি তৌয়ি ; লোকে—মীয়াম্না ; করে—তৌয়ি ; জয় জয়—জয় জয়।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আচমন তৌহল্লগা পানখিলি পূম্নমক কৎলম্মী। অতুদগী আরতি কৎলে ; মীয়াম্না 'জয় জয়' হায়রম্মী।

## মূল ৮১

শয্যা করাইল নূতন খাট আনাইয়া।
নববস্ত্র আনি তার উপরে পাতিয়া ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

শয্যা—ফমুং ; করাইল—থাহনখি ; নূতন—অনৌবা, খাট—কাংথোন ; আনাইয়া—পূহল্লক্লগা ; নব—অহনবা ; বস্ত্র—ফি ; তার—মতুগী ; উপরে—মথক্তা ; পাতিয়া—থারগা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাংথোন অহনবা পূহল্লক্লগা মতুগী মথক্তা ফি অহনবা থাদুনা শেম্লগা ফমুং থাখি।

## মূল ৮২

তৃণটাটি দিয়া চারিদিগ আবরিল।
উপরেহ এক টাটি দিয়া আচ্ছাদিল ॥ ৮২ ॥

### শব্দার্থ

তৃণ—নাপী ; টাটি—ফক ; ( তৃণটাটি—নাপীনা শাবা ফক ) ; দিয়া—শীজন্নদুনা ; চারিদিগ—মায়কৈ মরি ; আবরিল—থারম্মী ; উপরেহ—মথক্তস্তু ; এক—অমা ; টাটি—ফক ; দিয়া—হাপ্তুনা ; আচ্ছাদিল—কুপ্লম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাপীনা শাবা ফক্তা মায়কৈ মরি (ফক্লাং ওইনা) থারম্মী। মতুগী মথক্তা নাপী ফক অমনা কুপ্লম্মী।

## মূল ৮৩

পুরীগোসাঞি আজ্ঞা দিল সকল ব্রাহ্মণে ।

আবাল বৃদ্ধ গ্রামের লোক করহ ভোজনে ।। ৮৩ ।।

**শব্দার্থ**

পুরীগোসাঞি —শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীনা ; আজ্ঞা—যাথং ; দিল—পীরম্মী , সকল ব্রাহ্মণে—ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তা ; আবাল বৃদ্ধ— অঙাঙ-অহল ; গ্রামের খুলগী ; লোক—মীয়াম ; করাহ - তৌহল্লে' ; ভোজনে—চাবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীনা ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তা যাথং তাউথরম্মী— গ্রামগী অঙাঙ-অহল পুম্নমকপু প্রসাদী ফংহল্লো ।

## মূল ৮৪

সব লোক বসি ক্রমে ভোজন করিল ।

ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী-গণে আগে খাওয়াইল ।। ৮৪ ।।

**শব্দার্থ**

সব—পুম্নমক ; লোক মী ; বসি—ফমতুনা , ক্রমে মথঙ মথঙ, পারেং শানা , ভোজন করিল চাবম্মী , ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মণী-গণে - ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মণীশিংবু ; আগে- মাঙদা ; খাওয়াইল পীজরম্মী

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপ

মী পুম্নমক পারেং শানা ফম্নগা চারম্মী । ব্রাহ্মণ অমসুং ব্রাহ্মণীশিংবু মাংোক্তা ফমহল্লম্মী ।

## মূল ৮৫

অন্য গ্রামের লোক যেই দেখিতে আইল ।

গোপাল দেখিয়া সঙ্গে প্রসাদ খাইল । ৮৫ ।।

**শব্দার্থ**

অন্য গ্রামের—অতোপ্পা খুনগী ; লোক— মী . যেই— মতু ; দেখিতে - যেংবা ; আইল- লাক্লম্মী ; গোপাল—শ্রীগোপালদেববু ; দেখিয়া — দর্শন তৌরগা , সঙ্গে - লোইনমক্না ; প্রসাদ— প্রসাদ ; খাইল—চাখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খুল অতৈগী মীশিং শ্রীগোপালদেববু দর্শন তৌবা লাক্লম্বদে। দর্শন তৌরগা মখোয় লোইনমক প্রসাদ ফংলম্মী।

## মূল ৮৬

দেখিয়া পুরীর প্রভাব লোকে চমৎকার।
পূর্ব্ব অন্নকূট যেন হৈল সাক্ষাৎকার ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

দেখিয়া - উবগা, পুরীর- পুরীগী; প্রভাব—মতীক মযাই; লোকে —মী মযাম্না, চমৎকার ঙক্লম্মী; পূর্ব্ব - মমাঙৈগী, অন্নকূট—চাকী চীঙদূম; যেন- গুম্না, হৈল--ওইখি, সাক্ষাৎকার—শংশংনা থেংনবা

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী প্রভাব ( মতীক ময়াই ) উবদা মীয়াম্না ঙক্লখি। থাযনা মমাঙৈগী ( শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট ওইবা মতমগী ) অন্নকূট অদু শংশংনা উবগুম্লম্মী।

### নৈনৱোল

**পূর্ব্ব অন্নকূট**- শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট ওইরম্বা মতমদা গোবর্দ্ধন-পূজাদা অন্নকূট ( চাকী চীঙদূম ) বৎখিবদো তৌজিক অদুমক ওইবগুম্লম্মী।

দুর্গা পূজাগী মতুং অমাবস্যা (থাশি) মতুঙগী প্রতিপদ তিথিদা (নোংমা পানবদা) অন্নকূট পর্ব্ব থোকযি তিথিসিদা মমাঙৈদা ব্রজবাসীশিংনা ইন্দ্র-পূজা তৌয়ি; অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা প্রকট ওইরগা ইন্দ্রপূজা থিংখি অমসুং মদুগী মহুত্তা গোবর্দ্ধন পূজাগা গোপূজাগা ( শন-পূজাগা ) হৌদোকখি। শ্রীকৃষ্ণগী যুক্তিদি অসুম তৌবনী—"শন পুম্নমক ব্রজবাসীগী লন্থুম্নী; মবমদুনা গোপূজা তৌদবা য়াদে! অদুগা গোবর্দ্ধন পর্ব্বতকী নাপীনা শনশিংগী চীঙ্গাক ওই; মরমদুনা গোবর্দ্ধনা ব্রজবাসীশিংগী মতেঙ অচৌবা অমা পাঙউ; অদুনা গোবর্দ্ধনবু পূজা তৌবা তৌনৈ।" মাগী যুক্তিদু য়ারদুনা ব্রজবাসীশিংনা হায়রিবা নোংমা পানবা অসিদা ইন্দ্রপূজাগী মহুত্তা গোবর্দ্ধন-পূজা তৌয়ি অমসুং পূজাসিগী পোৎচঙ ওইনা চাকচিংবা চীঙদূমগুম্না মপৈ ( অন্নগী কূট ) শারম্মী; মরমসিনা উৎসবসিবু অন্নকূট-উৎসব হায়নৈ।

## মূল ৮৭

সকল ব্রাহ্মণে পুরী বৈষ্ণব করিল।
সেই সেই সেবামধ্যে সভা নিয়োজিল ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

সকল ব্রাহ্মণে—ব্রাহ্মণ পুম্নমকপু; পুরী—মাধবেন্দ্র পুরীনা; বৈষ্ণব করিল—বৈষ্ণব ওইহন্‌খি; সেই সেই—মচু মচু; সেবামধ্যে—সেবা মরক্তা; সভা—লোইনমকপু; নিয়োজিল—হাপ্‌চল্লম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা ব্রাহ্মণ পুম্নমকপু বিষ্ণু মন্ত্রদা দীক্ষা পীরগা বৈষ্ণব ওইহন্‌খি; সেবা অমদা মানা মানা ওমগদোবা য়েংহৃন. মখোয় পুম্নমকপু হাপ্‌খি।

## মূল ৮৮

পুন দিনশেষে প্রভুর করাইল উত্থান।
কিছু ভোগ লাগাইয়া করাইল জলপান ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

পুন—অমুক হন্না; দিনশেষে—সন্ধ্যাদা; প্রভুর—প্রভুগী; করাইল—তৌহল্লী; উত্থান—লেওথংপা; কিছু—খরা; ভোগ—লূক; লাগাইয়া—কৎলগা; করাইল—তৌহল্লী; জলপান—চরা রান্‌বগুম্ন। চাননবা অচাপোং ( ইংরাজীদা—tiffin )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমুক নুমীৎতাবা মতমদা প্রভুবু লেওথংহল্লম্মী। বালভোগ খরা কৎলগা জলপান তৌহন্‌খি।

## মূল ৮৯

গোপাল প্রকট হইল দেশে শব্দ হৈল।
আশ-পাশ গ্রামের লোক দেখিতে আইল ॥ ৮৯ ॥

### শব্দার্থ

গোপাল—শ্রীগোপালদেব; প্রকট—ময়ামদা উহন্‌বা, নত্রগা ময়াম্না

উবা ; ফোঙবা, আবির্ভূত ; হইল—ওইরে ; দেশে—লৈবাক্তা ; শব্দ হৈল — নিল্লম্মী ; আশ-পাশ—নাক্‌য়েংতা লৈবা ; গ্রামের—খুনগী ; লোক—মীনা ; দেখিতে—য়েংবা ; আইল—লাকুখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেব প্রকট ওইরে হায়না লৈবাকপুম্বা পুম্নিল নিন্‌খি। নাকয়েত্তা লৈবা গ্রামগী মীশিংনা দর্শন তৌবা লাকখি।

## মূল ৯০

এৈকেক দিন এৈকেক গ্রামে লইল মাগিয়া।
অন্নকূট করে সভে হরষিত হঞা।। ৯০ ।।

### শব্দার্থ

এৈকেক ( এক-এক )—অমমম ; দিন— নুমীৎ ; এৈকেক—অমমম ; গ্রামে—খুন্না ; লইল—লৌয়ি ; মাগিয়া—নিহুনা ; অন্নকূট— চাক্কী চীঙ ; করে—তৌয়ি ; সভে—পুম্নমক্না ; হরষিত—হরাওবা ; হঞা—ওইহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংমা নোংমাগী পালি খুন অমমম্না নিহুনা লৌরম্মী। মখোয় লোইনমক্না হরাওরহুনা অন্নকূট তৌহুনা কৎলম্মী।

## মূল ৯১

রাত্রিকালে ঠাকুরেরে করাইয়া শয়ন।
পুরীগোসাঞি কৈল কিছু গব্যভোজন।। ৯১ ।।

### শব্দার্থ

রাত্রিকালে – নুংদাংদা ; ঠাকুরেরে – লাইবু ; করাইয়া—তৌহন্দুনা ; শয়ন—চেপ্পা ; পুরীগোসাঞি— মাধবেন্দ্র পুরী গোস্বামীনা ; কৈল—তৌখি ; গব্য—শঙ্গোম ; ভোজন—চাবা, থকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুংদাংদা ঠাকুরবু চেপ্‌হল্লগা পুরী গোসাঞিনা শঙ্গোম খরা ফাক্নী।

## মৈনরোল

গব্যভোজন—লাইদা কংলম্বা পোং মযামতুগী মনুংদা শঙ্গোমদমক অতুগা শঙ্গোমদগী থোক্পা পোংতমক খল্লগা হায়রম্মী। মসিনা তাক্পবু শঙ্গোম অতুগা শঙ্গোমদগী থোক্পা পোং নত্তনা মহাক হায়রমে হায়বসিনী।

### মূল ৯২

প্রাতঃকালে পুন তৈছে করিল সেবন।
অন্ন লঞা এক গ্রামের আইল লোকগণ ॥ ৯২ ॥

### শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা ; পুন—অমুক হন্না ; তৈছে—মতৌ অতুগুম্না ; করিল—তৌয়ি ; সেবন—সেবা ; অন্ন—চেং য়াম্নচিংবা ; লঞা—পুরক্লুনা ; এক গ্রামের—গ্রাম অমগী ; আইল—লাকৃখি ; লোকগণ—মীশিংনা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা অমুক হন্না অদুম্না সেবা তৌরে। চেং-য়াম্নচিংবা পুরক্লুনা খুল অমগী মীশিং লাকৃখি।

### মূল ৯৩

অন্ন ঘৃত দধি দুগ্ধ গ্রামে যত ছিল।
গোপালের আগে লোক আনিঞা ধরিল ॥ ৯৩ ॥

### শব্দার্থ

অন্ন—চেঙ-য়াম্নচিংবা ; ঘৃত—ঘী ; দধি—শঙ্গোম অফম্বা, দুগ্ধ—শঙ্গোম ; গ্রামে—খুন্দা ; যত—অতুক ; ছিল—লৈরম্মী ; গোপালের—শ্রীগোপালদেবগী ; আগে—মাঙদা ; লোক—মীনা ; আনিঞা—পুরক্লুনা ; ধরিল—পায়রম্মী, থনম্মী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চেঙ-য়াম, ঘী, শঙ্গোম অফম্বা, শঙ্গোম—গ্রামদা লৈরম্মখৈ মীনা পুরক্লুনা শ্রীগোপালদেবগী মাঙদা থম্খি।

## মূল ৯৪

পূর্ব্বদিন-প্রায় বিপ্র করিল রন্ধন।
তৈছে অন্নকূট গোপাল করিল ভোজন ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বদিন-প্রায় —হান্নগী নুমীৎকুম্না ; বিপ্র—ব্রাহ্মণনা ; করিল —তৌরম্মী ; রন্ধন - থোংবা . তৈছে—হান্নগী মতৌগুম্না ; অন্নকূট —চাক্কী চীঙ; গোপাল — শ্রীগোপালদেবনা ; করিল ভোজন—হাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হান্নগী নুমীৎকুম্ন বামোন্না লূক ক্লোরম্মী। হান্নগীগুম্না শ্রীগোপালদেবনা অন্নকুট হাখি।

## মূল ৯৫

ব্রজবাসিলোকের কৃষ্ণে সহজ পিরীতি।
গোপালের সহজ প্রীতি ব্রজবাসিপ্রতি ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

ব্রজবাসিলোকের ব্রজবাসীশিংগী ; কৃষ্ণে—কৃষ্ণদা ; সহজ—পোক-পদগী লোয়নবকপা ; পিরীতি নুংশিবা, প্রেম ; গোপালের শ্রীগোপাল-দেবগী ; সহজ —পোকপদগী য়াওরকপা ; প্রীতি -প্রেম ; ব্রজবাসি প্রতি—ব্রজবাসীগী মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজবাসীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু গৌনশা ওইনা নুংশিজৈ অদুগা শ্রীকৃষ্ণনস্থ ব্রজবাসীশিংবু চৌনশা ওইনা নুংশি।

## মূল ৯৬

মহাপ্রসাদ খাইল আসিয়া সব লোক।
গোপাল-দর্শনে খণ্ডে সভার দুঃখ-শোক ॥ ৯৬ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রসাদ— গোপালদেবদা কৎপা পোৎ ; খাইল—চারে ; আসিয়া লাকুনা ; সবলোক মীপুম্বা ; গোপাল-দর্শনে—শ্রীগোপালবু উবদা ; খণ্ডে—কোকয়ি ; সভার—পুম্নমক্কী ; দুঃখ-শোক—অবাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী পুম্নমক লাক্লুনা মহাপ্রসাদ থুগ্লম্মী। শ্রীগোপালদেববু দর্শন্ তৌবদা মখোয় পুম্নমক্কী অৱা-অনা কোকৃখি।

## মূল ৯৭

আশপাশ ব্রজভূমের যত গ্রাম সব।
একৈকদিন সভে করে মহোৎসব॥ ৯৭॥

### শব্দার্থ

আশপাশ—নাকয়েংতা ; ব্রজভূমের—**শ্রীবৃন্দাবনগী ; যত—অচুকখক ;** গ্রাম—খুল ; সব—লোইনমক ; একৈক দিন—নোংমা নোংমগী ; সভে—খুল পুম্নমক্না ; করে মহোৎসব—মহোৎসব তৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজভূমিগী নাক্ যেত্তা লৈরম্বা গ্রাম পুম্বনা নোংমা নোংমগী পালি পুদুনা মহোৎসব কৎলম্মী।

## মূল ৯৮

গোপাল প্রকট শুনি নানাদেশ হৈতে।
নানা দ্রব্য লঞা লোক লাগিলা আসিতে॥ ৯৮॥

### শব্দার্থ

গোপাল—শ্রীগোপালদেব ; প্রকট—ময়ামদা উৎলরে ; শুনি—নাকোঙনা তাদুনা ; নানা দেশ—দেশ ময়াম ; হৈতে—দগী ; নানা দ্রব্য—পোৎ মখল মখা ; লঞা—পুরক্লুনা ; লোক—মী ; লাগিলা—হৌখি ; আসিতে—লাক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেব প্রকট ওইরে হায়বা মনাকোঙনা তাদুনা দেশ দেশদগী পোৎ মখল মখাগা লোয়ননা মী লাকপা হৌখি।

## মূল ৯৯

মথুরার লোক সব বড় বড় ধনী।
ভক্তি করি নানা দ্রব্য ভেট ধরে আনি॥ ৯৯॥

## শব্দার্থ

মথুরার— মথুরাগী ; লোক—মী ; সব—পুম্বা ; বড় বড়—চাউর চাউরবা ; ধনী— লল্লেবা মী ; ভক্তি করি— ভক্তি তৌনা ; নানা—মখল-মথাগী ; দ্রব্য—পোৎ ; ভেট— কৎনবা পোৎ ; ধরে—কৎলৈ ; আনি—পুরক্তুনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মথুরাগী মী পুম্বা শেল-পায়বা অচৌবশিংনা ভক্তিগা লোয়নননা পোৎ মখল মথা ভেট ওইনা পুরক্তুনা কৎলৈ ।

## মূল ১০০

স্বর্ণ রৌপ্য বস্ত্র গন্ধ ভক্ষ্য উপহার ।

অসঙ্খ্য আইসে নিত্য বাঢ়িল ভাণ্ডার ॥ ১০০ ॥

## শব্দার্থ

স্বর্ণ— সনা ; রৌপ্য— লুপা ; বস্ত্র—ফি ; গন্ধ— মনমগী পোৎ , ভক্ষ্য — অচাপোৎ ; উপহার—খুদোল ; অসঙ্খ্য—শীঙনাইদবমখৈ ; আইসে— লাকখি ; নিত্য—মতম পুম্বদা ; বাঢ়িল— হেঙ্গৎলকখি । ভাণ্ডার— পুক্কৈ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সনা, লুপা, ফি, মনমগী পোৎ, অচাপোৎকী উপহার কয়া শীঙনাইদবমখৈ মতম পুম্বদা লাকখি অদুনা পুক্কৈ হেঙ্গৎলম্মী ।

## মূল ১০১

এক মহাধনী ক্ষত্রিয় করাইল মন্দির ।

কেহো পাকভাণ্ডার কৈল কেহো ত প্রাচীর ॥ ১০১ ॥

## শব্দার্থ

এক—অমা ; মহাধনী—শেল য়াম্না লৈবা ; ক্ষত্রিয়— ক্ষত্রিমচা ; করাইল — শাহনখি ; মন্দির—লাইশঙ ; কেহো— কনা অমনা ; পাকভাণ্ডার— চাকশঙ অমসুং পুক্কৈ ; কৈল - শারম্মী ; কেহো ত — কনামনা ; প্রাচীর —পন্ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শেল য়াম্না পায়বা ক্ষেত্রিমচা অমনা মন্দির শাহল্লী, কনাম্না চাকশঙ অমস্তুং পুকৈ শাখি অতুগা কনামনা পন্ নাখৎখি।

## নৈনরোল

পাকভাণ্ডার—পাক অমস্তুং ভাণ্ডার। পাক—চাকশঙ; ভাণ্ডার—পুকৈ, প্রাচীর—মাঙ্গোনগী নত্রগা যুমগী মায়কৈ মরিদা খাবা দেরাল।

### মূল ১০২

একৈক ব্রজবাসী একৈক গাবী দিল।

সহস্র সহস্র গাবী গোপালের হৈল। ১০২ ॥

### শব্দার্থ

একৈক—অমমম্; ব্রজবাসী—ব্রজবাসী, একৈক—অমমম্, গাবী শন্মোম, দিল—পীবখী, সহস্র—লীশীঙ, সহস্র লীশীঙ; গাবী—শন, গোপালের—শ্রীগোপালগী; হৈল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রজবাসী অমমম্না শন্মোম অমমম পীরম্মী। শ্রীগোপাল-দবগী শন্মোম লীশীঙ লীশীঙ লৈরক্লে।

### মূল ১০৩

গৌড় হৈতে আইল দুই বৈরাগী ব্রাহ্মণ।

পুরী গোসাঞি রাখিল তারে করিয়া যতন। ১০৩ ॥

### শব্দার্থ

গৌড় হৈতে—বাঙ্গাল দেশদগী (হৌজিকী বাংলাদেশ নত্তে, খায়দোক্লিবিঙৈগী বঙ্গদেশ অদুদগী); আইল—লাকখি, দুই—অনী; বৈরাগী—সংসার বিষয় পামদবা, ব্রাহ্মণ—বামোন, পুরী গোসাঞি—পুরী গোস্বামীনা; রাখিল—থমখী; তারে মখোয়বু, করিয়া যতন—লুনা তাদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌড়দেশদগী বিষয়-পামদবা ব্রাহ্মণ অনীশুক লাক্লম্মী। মখোয়বু মন্ত্র তৌনা পুরী গোস্বামীনা থম্‌খি।

## নৈনরোল

বৈরাগী সংসার-বিষয়-পামদ্রবা; সন্ন্যাসী ( লম্বোইবা ) নত্তে, মরমদি দীক্ষা লৌরবা মতুংদা সন্ন্যাস লৌবনী ; ব্রাহ্মণ অনীছু মতমদুদা দীক্ষা লৌরমদ্রি।

## মূল ১০৪

সেই দুই শিষ্য করি সেবা সমর্পিল।
রাজসেবা হয় পুরীর আনন্দ বাঢ়িল॥ ১০৪॥

## শব্দার্থ

সেই দুই—অনীদুবু; শিষ্য করি—কৃষ্ণমন্ত্র পীদুনা শিষ্য ওইহল্লগা; সেবা—লাইগী সেবা; সমর্পিল—মখুত্তা শিন্নখি; রাজসেবা—রাজাদা তৌবা হৌনবা পোৎচঙনা তৌবা সেবা; হয়—ওই; পুরীর—পুরীগী; আনন্দ—মুংঙাইবা; বাঢ়িল—হেন্‌গৎলক্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়নীদুবু কৃষ্ণমন্ত্র পীদুনা শিষ্য ওইহল্লগা লাই সেবাগী ভারদু মখোয়দা শিন্নখি। সেবাদু রাজসেবানি; পুরীগী মুংঙাইবা হেন্‌গৎলক্‌খি।

## নৈনরোল

ভক্তিরত্নাকরদগী খঙবা ডম্মী মদুদি, বাঙ্গালী ব্রাহ্মণ অনীসিনা থুপ প্রধা মতুংদা লাইবক-ফবা মী অমনা শ্রীগোপালদেবগী সেবা তৌখি; অদুদগী শ্রীবিট্‌ঠলেশ্বরবু সেবাগী অধিকারী ওইহন্‌খি। শ্রীবিট্‌ঠলেশ্বরগী পিতাদি শ্রীবল্লভ ভট্ট-নী। শ্রীবল্লভভট্টসি মহাপ্রভুদা প্রীতি-লৈবা অমনী। প্রভুনা বৃন্দাবন-দগী হল্লক্‌পদা প্রয়াগ-তা লেংশিনখিবা মতমদা অমসুং শ্রীরূপ-গোস্বামীগা উনখিবা মতমদুদা ভল্লভ-ভট্টনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌদুনা প্রয়াগকী মনাক্তা লৈবা আড়েল গ্রামদা ভট্টগী য়ুমদা পুখি অদুগা ভক্তি-শ্রদ্ধাগা লোয়ননা প্রভুবু ভিক্ষা তৌহন্‌খি; ( মধ্যলীলা ১৯-শুবা পরিচ্ছেদ )। চহি

কয়ামুক্কী মতুংডা বল্লভ-ভট্টনা শ্রীমদ্ভাগবতকী টীকা ইরগা মতু প্রভুদা য়েংহনগে হায়না নীলাচলদা চৎলী ; মফমতুদা মহাক শ্রীলগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীগী মফমদা কিশোর-গোপাল মন্ত্রদা দীক্ষা লৌয়ি, মতুগী মমাঙ-দদি মহাক বালগোপাল উপাসনা তৌরম্বনী। অতুগী তুংদা পরিবারগা লোয়ননা মথুরা মণ্ডলদা চৎলগা লৈখিবনী। শ্রীরূপ নচিংবা গোস্বামীশিংগা লোয়ননসু মহাক লুনা চান্নখি। মহাক্কী থুপ্ত্রবা মতুংডা মচানুপা বিট্‌ঠলে-শ্বরনা মথুরাদা চীকনা বাস তৌরম্মী। মহাক শ্রীচৈতন্য বিগ্রহবু সেবা তৌরম্মী। গোপালগী সেবারি বাঙ্গালী ব্রাহ্মণ অনীদু লৈখিদ্রবদা মী থরনা সেবা তৌরম্মী। অতুদগী শ্রীজীবগোস্বামীনচিংবা মতমতুগী বৃন্দাবন্দা লৈরম্বা বৈষ্ণবশিংগা রা তানরগা শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামীনা শ্রীগোপালদেবগী সেবাগী ভারদু শ্রীবিট্‌ঠলেশ্বরদা শিন্নখি।

বল্লভ ভট্ট অমসুং বিট্‌ঠলেশ্বর অনীমক গৌড়ীয় সম্প্রদায়দা য়াওরম্মী। বল্লভ ভট্টগী মিং অমনা বল্লভাচার্য্যনী। যদুনাথ দাসনা মাগী শাখা-নির্ণয়ামৃতদা বল্লভাচার্য্যবু গদাধর-শাখাদা য়াওবনী হায়রম্মী। শ্রীজীব-গোস্বামীগী **বৈষ্ণব বন্দনাদসু** বল্লভাচার্য্যবু তৌবা বন্দনা য়াওরি, কবিকর্ণপুরসু গৌরগণোদ্দেশ-দীপিকাদা বল্লভাচার্য্যবু গৌরপরিকরনী অমসুং পূর্ব্বলীলাদা শুকদেব মুনি ওইখিবনী হায়না পল্লী। মতুং কায়নথংদা বল্লভাচার্য্য অমসুং বিট্‌ঠলেশ্বরগী শিষ্য-প্রশিষ্যশিংদা তোঙানবা সম্প্রদায় অমা শেমদুনা বল্লভাচার্য্যনা সম্প্রদায়দুবু হৌদোক্লম্বনী হায়না প্রচার তৌয়ি। সম্প্রদায়সি হৌজিক বল্লভাচারী সম্প্রদায় হায়না খঙনৈ।

### মূল ১০৫

এই মত বৎসর-দুই করেন সেবন।
একদিন পুরী গোসাঞি দেখিল স্বপন ॥ ১০৫ ॥

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; বৎসর দুই—চহী অনী ; করেন—তৌয়ি ; সেবন—সেবা ; একদিন—নোংমা ; পুরী গোসাঞি—পুরী গোস্বামীনা ; দেখিল—উখি ; স্বপন—মঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না পুরী গোস্বামীনা চহী অনী সেবা তৌয়ি। নোংমদি পুরীনা মঙ অমা উখি।

## মূল ১০৬

গোপাল কহে—পুরী, আমার তাপ নাহি যায়।
মলয়জ-চন্দন লেপ,—তবে সে জুড়ায় ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

গোপাল—শ্রীগোপালদেবনা ; কহে—হায , পুরী—হে পুরী , আমার—ঐগী , তাপ—মৈশা ; নাহি যায—কোক্তবে , মলযজ—মলয চীঙদা পোক্‌পা , চন্দন—চন্দন ; লেপ—তৈযু ; তবে—অদু শুইববদি , সে—মদু ( মৈশাদু ), জুডায—ঈঙগনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মতমদা ) শ্রীগোপালদেবনা হায়বম্মী—"হে পুরী, ঐগী হকচাঙগী মৈশাসে কোক্‌পা নাইদ্রে। মলয-চীঙদা পোক্‌পা চন্দন অদু ( হক্‌চাঙদা ) তৈযু ; অদু শুইববদি মৈশাসে কোক্‌নী।

## নৈনরোল

তুংদা লাক্‌পা ১৮৬ পয়ারদা হাযরি "এই ভাব গাঢ় প্রেম লোকে দেখাইতে। গোপাল তাঁরে আজ্ঞা দিল চন্দন আনিতে ॥—মাগী প্রেম অযোবীসে মীনা উননবা হায়দুনা গোপালদেবনা চন্দন লৌরুনবা যাথংদো মঙোন্দা পীখিরনী " শ্রীপাদমাধবেন্দ্রনা শ্রীগোপালদেববু কয়ামূক কন্না প্রেম তৌরকপগে হায়রবু— শ্রীগোপালগী পেন্নবগীদমক মাযথোঙ মকা লাম্না অমম্মং অপেনব পুক্‌চেন্দা অবাবা কযা লৌবা ঙম্মী—শ্রীগোপালগী পেন্নবগীদমক অব ব খাঙলগা মহাপ্র। কযামূক নুংঙাইজবগে হাযববু মদুম্না সেবা তৌবা কংলপদি মাগী লাইবক যাম্না ফবনী হায়না থল্লী—অদুনা ভক্তগী মাহাত্ম্য জগত্তা থঙহনগে হায়বগীদমক শ্রীগোপালদেবনা মঙোন্দা চন্দন নিখি। অশেংবদি শ্রীগোপালদেবগী 'খাক্তকোটি তিল্লপা নীঙ্খিনা ইঙলবা শ্রীঅঙ্গদা—কোটিচন্দ্র সুশীতল শ্রীঅঙ্গে" করিগুম্বা মৈশা ( তাপ ) লৈতে। মাগী, ভক্তগী মহৈ মালহনগে হায়বগীদমক অদুগা মাবুম্ভ ভক্তগী প্রেমবস চূপ হনগে হায়বগীদমক লীলাশক্তিনা গোপালগী শ্রীঅঙ্গদা তাপ কংহনবনী।

### মূল ১০৭

মলয়জ আন যাই নীলাচল হৈতে।
অন্য হৈতে নহে তুমি চলহ ত্বরিতে ॥ ১০৭ ॥

### শব্দার্থ

মলয়জ—মলয়চিঙদা পোকপা চন্দন ; আন—পুবকউ যাই চৎতুনা ; নীলাচল হৈতে—নীলাচলদগী ; অন্য হৈতে—অতোপ্পনগী, নহে—নত্তে, তুমি—নঙ ; চলহ চৎলো, ত্বরিতে—থুনমক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মলয়-পর্ব্বতকী চন্দন নীলাচলদগী লৌরুচো। অতোপ্পা লমদগী নত্তে; নঙ থুনমক চৎলো।

### মুল ১০৮

স্বপ্ন দেখি পুরীগোসাঞি হৈলা প্রেমাবেশ।
প্রভু- আজ্ঞা পালিবারে চলিলা পূর্ব্বদেশ ॥ ১০৮ ॥

### শব্দার্থ

স্বপ্ন— মঙ ; দেখি উবগা ; পুরীগোসাঞি মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামী, হইল - ওইখি ; প্রেমাবেশ প্রেমগী আবেশ, প্রভু-আজ্ঞা—প্রভুগী ( শ্রীগোপালগী ) যাথং, পালিবারে- ঙাক্নবা, চলিল, চৎখি, পূর্ব্বদেশ নোংপোকলোমদা হায়বদি নীলাচলদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মঙ উবদা পুরীগোসাঞিগী প্রেমাবেশ ওইখি। শ্রীগোপালদেব প্রভুগী যাথং ঙাক্নবা নোংপোক্লমদা ( নীলাচলদা ) চৎখ্রী।

### মুল ১০৯

সেবার নির্ব্বন্ধ লোক করিল স্থাপন।
আজ্ঞা মাগি গৌড়দেশে করিল গমন ॥ ১০৯ ॥

### শব্দার্থ

সেবার—গোপালদেব-সেবাগী ; নির্ব্বন্ধ—থৌরাং ; লোক—মী ; করিল স্থাপন—থনম্লে ; আজ্ঞা—য়াথং ; মাগি -নিজুনা ; গৌড়দেশে—বঙ্গদেশদা ; করিল গমন—চৎখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেবগী সেবাগীদমক মী থোরাং তৌরম্লে। গোপালদেবগী য়াথং নিরগা পুরী গৌড়দেশ পাংখি।

মূল ১১০

শান্তিপুর আইলা অদ্বৈতাচার্য্যের ঘরে।
পুরীর প্রেম দেখি আচার্য্য আনন্দ অন্তরে ॥ ১১০ ॥

শব্দার্থ

শান্তিপুর—শান্তিপুরদা ; আইলা—লাকখি ; অদ্বৈতাচার্য্যের—অদ্বৈতাচার্য্যগী ; ঘরে—শঙগাইদা ; পুরীর—পুরীগী ; প্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিপা ; দেখি—উরগা ; আচার্য্য—অদ্বৈতাচার্য্য ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; অন্তরে—থম্মোইদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীদু শান্তিপুরদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী য়ুমদা থুংখি। পুরীগী কৃষ্ণপ্রেম উবদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য থম্মোইদা নুংঙাইখি।

মূল ১১১

তাঁর ঠাঁই মন্ত্র লৈল যতন করিয়া।
চলিল দক্ষিণে পুরী তাঁরে দীক্ষা দিয়া ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী ; ঠাঁই—মফমদা ; মন্ত্র—দীক্ষামন্ত্র (লাইমিংলৌবগী মন্ত্র) ; লৈল—লৌখি , যতন করিয়া—লুনা তৌদুনা ; চলিল—চৎলম্মী ; দক্ষিণে—খারোমদা লায়বদি নীলাচলদা ; পুরী—মাধবেন্দ্র পুরীনা ; তাঁরে—মাবু (অদ্বৈতাচার্য্যবু) ; দীক্ষা—লাইমিং ; দিয়া—পীদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাধবেন্দ্র পুরীগী মফমদা যতন তৌনা অদ্বৈতাচার্য্যনা দীক্ষা লৌখি। পুরীনা মাবু দীক্ষা পীরগা খা (নীলাচল) পাংনা লেঙখি।

## নৈনরোল

**দক্ষিণে**—নীলাচলদা। বঙ্গদেশগী থারোম্নদা লৈ হায়রছনা নীলাচল-বু দক্ষিণ হায়রম্বনী।

## মূল ১১২

রেমুণাতে কৈল গোপীনাথ-দরশন।
তার রূপ দেখি প্রেমাবেশ হৈল মন॥ ১১২॥

## শব্দার্থ

বেমুণাতে—রেমুণাদা ; কৈল—তৌখি ; গোপীনাথ-দরশন—গোপীনাথ দর্শন ( থুকম্বা ) ; তাঁর—মাগী ( গোপীনাথগী ) ; রূপ—শক্ ; দেখি—উরগা ; প্রেমাবেশ—কৃষ্ণপ্রেমদা লূপ্পা ; হৈল—ওইখি ; মন—পুক্নীঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রেমুণাদা শ্রীগোপীনাথ দর্শন তৌখি। শ্রীগোপীনাথকী রূপ উবদা পুরীগী মন অছ্ প্রেমাবিষ্ট ওইখি।

## মূল ১১৩

নৃত্যগীত করি জগমোহনে বসিলা।
কাহাঁ কাহাঁ ভোগ লাগে ব্রাহ্মণে পুছিলা॥ ১১৩॥

## শব্দার্থ

নৃত্য—জগোই ; গীত—ঈশৈ ; করি—তৌদুনা ; জগমোহনে—জগমোহনদা ; বসিলা—ফম্‌খি ; কাহাঁ কাহাঁ—করি করি পোৎনা ; ভোগ—লূক ; লাগে—কৎপগে ; ব্রাহ্মণে—সেবারি ব্রাহ্মণদা ; পুছিলা—হংখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগোই শাদুনা ঈশৈ শক্লগা জগমোহনদা ফম্লম্মী পুরীদো। করি করি পোৎনা ভোগ কৎপগে হায়না ব্রাহ্মণ-দা হংলম্মী।

## নৈনরোল

**জগমোহনে**—লাইশঙ মমাঙ-দা লৈবা শঙতপ্পা ; মসি মন্দিরগী শক্লকী অমনী। মনিপুরদদি জগমোহনসি মন্দিরগী মমাঙদা লৈরবস্নু মন্দিরগা শম্নদে ; মণ্ডপ অমস্নুং মন্দিরগী কারক্তা মণ্ডপকী অংশ অমা ওইনা শানৈ।

মূল ১১৪-১১৬

সেবার সৌষ্ঠব দেখি আনন্দিত মনে।
উত্তম ভোগ লাগে এথা বুঝি অনুমানে ॥ ১১৪ ॥
যৈছে ইহা ভোগ লাগে সকলি পুছিব।
তৈছে ভিয়ানে ভোগ গোপালে লাগাব ॥ ১১৫।
এই লাগি পুছিলেন ব্রাহ্মণের স্থান।
ব্রাহ্মণ কহিল সব ভোগবিবরণে ॥ ১১৬ ॥

শব্দার্থ

সেবার—সেবাগী ; সৌষ্ঠব—চঙখোনবা ; দেখি—উবদা ; আনন্দিত—নুংঙাইরম্মী ; মনে—পুক্রীঙদা ; উত্তম ভোগ—ফজবা ভোগ ; লাগে—কৎলী ; এথা—মফমসিদা ; বুঝি—খঙডী ; অনুমানে—ভাব-না শাহুনা ; যৈছে—মতৌগুম্না ; ইহা—মফমসিদা ; ভোগ লাগে—ভোগ কৎলী ; সকলি—( ব্রারোল ) পূম্বা ; পুছিব—হংগনী ; তৈছে ভেয়ানে—অদুগুম্বা চাক্ য়েনঝাংগী মথোংদা ( হায়বদি মওং অদুম্না থোংলগা ) ; ভোগ—লূক্ ; গোপালে—শ্রীগোপালদেবদা ; লাগাব—কৎকে ; এই লাগি মরম অসিগীদমক ; পুছিলেন—হংখি ; ব্রাহ্মণের স্থানে—ব্রাহ্মণগী মফমদা ; ব্রাহ্মণ—পুজারি-ব্রাহ্মণা ; কহিল—হায়রম্মী ; সব বিবরণে—ব্রারোল পূম্বা।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

সেবাগী চঙখোনবা মতৌ উবদা পুরী মপুক্রীঙদা নুংঙাইরম্মী। ভাব-না শাবদা লূক ফজনা মফমসিদা কৎলী হায়না খনখি। মফমসিদা ভোগ কৎপা মওংতুগী ব্রা লোইনা হংদোকে ; অসিদা কৎপা মওংদা শ্রীগোপালদেবদসু কৎকে। অদুনা পুজারি ব্রাহ্মণদা হংলম্মী, ব্রাহ্মণনসু ভোগ কৎপগী ব্রা লোইনা তাক্লম্মী।

মূল ১১৭

সন্ধ্যায় ভোগ লাগে ক্ষীর-অমৃতকেলি নাম।
দ্বাদশ মৃৎপাত্র ভরি অমৃতসমান ॥ ১১৭ ॥

শব্দার্থ

সন্ধ্যায়—ম্নাচঙবদা ; ভোগ লাগে—লূক কৎলী ; ক্ষীর—ক্ষীর ;

অমৃতকেলি নাম—অমৃতকেলি কৌবা ; দ্বাদশ—তরানীথোই ; মৃৎপাত্র—লৈপাক্কী ফু ; ভরি—থম্না ; অমৃতসমান—অমৃতগা মান্নবা ।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

সন্ধ্যাদা অমৃতকেলি কৌবা ক্ষীরগী ভোগ কৎলী । লৈপাক্কী পাত্র (চফু) তরানীথোই অমৃতগা মান্নবা ক্ষীর থম্না কৎলী ।

## নৈনরোল

**অমৃত কেলি নাম**—গোপীনাথদা কৎপা ক্ষীর অদু অমৃতমুক হাওবনী হায়বগীদমক অমৃতকেলি হায়না কৌবমাল্লে ।

### মূল ১১৮

গোপীনাথের ক্ষীর করি প্রসিদ্ধি যাহার ।

পৃথিবীতে ঐছে ভোগ কাহা নাহি আর । ১১৮ ॥

শব্দার্থ

গোপীনাথের—গোপীনাথকী ; ক্ষীর—ক্ষীর ; করি—হায়তুনা ; প্রসিদ্ধি—মিংচৎপা ; যাহার—মাগী ; পৃথিবীতে—পৃথিবীনা ; ঐছে—অদুগুম্বা ; ভোগ—লূক ; কাহাঁ—কদায়দসু ; নাহি—লৈতে ; আর—অতোপ্পা অমা ।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

গোপীনাথগী ক্ষীর হায়না মিংচৎলিবনী । অদুগুম্বা ভোগ-তি পৃথিবীগী মফম কৈদসু লৈতে ।

### মূল ১১৯

হেনকালে সেই ভোগ ঠাকুরে লাগিল ।

শুনি পুরীগোসাঞি কিছু মনে বিচারিল ॥ ১১৯ ॥

শব্দার্থ

হেনকালে—মতম অসিদা ; সেই ভোগ—লূক অদু ; ঠাকুরে—লাইদা ; লাগিল—কৎলম্মী ; শুনি—তাকোঙনা তারগা ; পুরী গোসাঞি—পুরী গোস্বামীনা ; কিছু—কৈনোমা ; মনে—পুক্কুংদা ; বিচারিল—খল্লম্মী ।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

মতম অসিরাইদা চায়বদি সেবাদি ব্রাহ্মণগী মফমদগী ক্ষীর ভোগগী

রা তারিঙৈদা লাইগী লূক কৎলম্মী। মত্তু নাকোঙনা তারগা পুরী গোস্বামীনা মপূক্কীঙদা খল্লম্মী।

## মূল ১২০

অযাচিত ক্ষীর প্রসাদ অল্প যদি পাই।
স্বাদ জানি তৈছে ক্ষীর গোপালে লাগাই ॥ ১২০ ॥

### শব্দার্থ

অযাচিত—নিরুবা নত্তবা ; ক্ষীর প্রসাদ—অকৎপা ক্ষীর ; অল্প—খজিক্কং ; যদি পাই—ফংলগদি ; স্বাদ—মহাও ; জানি—খঙগনী ; তৈছে—মত্তুঙম্বা মহাওগী ; ক্ষীর—ক্ষীর ; গোপালে—শ্রীগোপালদেবদা ; লাগাই—কৎকে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিরুবা নত্তবা ক্ষীর প্রেসাদ খজিক্কং ফংলগদি মহাওত্তু খঙগনী ; অত্তুঙম্বা ক্ষীর ভোগ শ্রীগোপালদেবদা কৎলুগনী।

## মূল ১২১

এই ইচ্ছায় লজ্জা পাঞা বিষ্ণু স্মরণ কৈল।
হেন কালে ভোগ সরি আরতি বাজিল ॥ ১২১ ॥

### শব্দার্থ

এই ইচ্ছায়—মসি নীঙলুবদা ; লজ্জা—ইকাইবা ; পাঞা—ফংদুনা ; বিষ্ণু—বিষ্ণুবু ; স্মরণ কৈল—নীঙশীঙখি ; হেন কালে—মতম অসিরাইদা ; ভোগ সরি—ভোগ লোইরদুনা ; আরতি বাজিল—আরতিগী শরীক-কাংসি য়ৈরম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীঙলুবসিদা ইকাইরদুনা বিষ্ণুবু নীঙশীঙখি। মতমসিরাইদা লুক কাইরদুনা আরতিগী শরীক-কাংসি য়ৈরক্খি।

### তৈনরোল

পুরী গোস্বামীদো কনাদগীসু করিগুম্বা অমতা নিরগা চারমদে ; হৌজিক ক্ষীর প্রসাদ ফংনীঙবা পোকপদুদা মহাক্কী অযাচকবৃত্তিগী (মীঙোন্দগী নিদবা শাজৎতুগী) মহাম এইরে হায়না খনখি। মরমদুনা মহাক্কী অপরাধ লৈরে খন্দুনা অপরাধ ডাকপীনবা বিষ্ণুবু নীঙশীঙখি।

যাচ্ঞা ( নিবা ) হায়বগি মখল অহুম্নী—কায়িক ( হকচাঙগী ), বাচনিক ( ৱাহৈগী ) অমসুং মানসিক ( পূক্নীঙগী )। অহান্বদা নিনীঙবা পোকপসি পূক্নুংদগী, মসিনা মানসিক যাচ্ঞানী। অতুগা ভিক্ষাগীদমক খুৎ তিংথোক্পা নত্রগা কনাগুম্বগী মনাক্তা চৎপা হায়বতুনা কায়িকী ( হক- চাঙগী ওইবা ) যাচ্ঞানী। অতুগা চীন্না— ভিক্ষা খিত্তা হাপ্‌বা হায়বতুনা বাচনিকী যাঞ্চানী। হায়রিবা মখল অহুমগী যাচ্ঞা তৌদবতু অযাচকবৃত্তি ( নিরুদবা মীগী শাক্তং ) কৌয়ি। পুরীগোস্বামীতু অসিগুম্বা অযাচক ওইরম্বনী। হৌজিক্তি ক্ষীর ফংনীঙরকপসিদা মহাক্কী মপূক্নুংদা যাচঞাগী বাসনা ( নিনীঙবা ) হায়বতু লোৎতুনা লৈরে হায়না মহাক্না খল্লম্মী। গোপাল সেবাগীনী হায়শন্নরগা মপূক্নীঙগী বাসনা ( অপাম্বদো ) ফোঙখরে। অযাচক-অমনী হায়তুনা নাপল তৌবা শারি, অদুগা লোন্না নিনীঙবা লৈরগদি মানা অযাচক ওই হায়বদো তৌশন্নবা নত্তনা করি ওইগনী? মশুম্না খন্বদগী পুরী ইকাইরম্মী অমসুং অশুম্না পূক্নুংদা লোৎপা বাসনাসি ভগবান্না কৃপা তৌরবদি কোক্পা য়াই হায়তুনা বিষ্ণুস্মরণ তৌরম্বনী।

## মূল ১২২

আরতি দেখিয়া পুরী কৈল নমস্কার।
বাহিরে আইলা কিছু না কহিলা আর ॥ ১২২ ॥

### শব্দার্থ

আরতি দেখিয়া আরতি য়েংলগা ; পুরী—পুরীনা ; কৈল—তৌরম্মী ; নমস্কার—খুরুম্বা ; বাহিরে—মপান্দা ; আইলা—লাক্‌খি ; কিছু—কৈছু ; না কহিলা—হায়রমদে ; আর—অতৈ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরী গোস্বামীনা আরতি দর্শন তৌরগা খুরুম্মম্মী। অদুদগী মপাল্লোমদা থোরক্লম্মী ; করিমত্তা হায়রমদে।

### লৈমরোল

কিছু না কহিল আর—ক্ষীরপ্রসাদগী মরমদা কনাদসু করিমত্তা হায়রমদে।

মূল ১২৩

অযাচিতবৃত্তি পুরী বিরক্ত উদাস।
অযাচিত পাইলে খান নহে উপবাস ॥ ১২৩ ॥

## শব্দার্থ

অযাচিতবৃত্তি—নিদবা শাজংকী ; পুরী—পুরীগোস্বামী ; বিরক্ত—সংসার থাদোক্লবা, পোৎ অমা পামদ্রবা ; উদাস—থৌশা-রাশাদবা ; অযাচিত—নিরুদবা পোৎ ; পাইলে—ফংলগদি ; খান—চায় ; নহে—নত্রগনা ; উপবাস—চরা হেন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিদবা-শাজংকী ওইবা পুরীগোস্বামীদি সংসারগী করিগুম্বা অমতা পামদবা (বিরক্ত) অমসুং থৌশা-রাশাদবা মীনী। নিরুদবা পোৎ ফংলগদি চায, নত্রগনা চরা হেল্লী।

মূল ১২৪

প্রেমামৃতে তৃপ্ত ক্ষুধা তৃষ্ণা নাহি বাধে।
ক্ষীরে ইচ্ছা হৈল তাহে মানে অপরাধে ॥ ১২৪ ॥

## শব্দার্থ

প্রেমামৃতে—কৃষ্ণপ্রেম হায়বা অমৃতনা ; তৃপ্ত—পেল্লম্মী ; ক্ষুধা—চাক্লাম ; তৃষ্ণা—খৌরাংবা ; নাহি বাধে—কায়রমদে ; তম্রাবা ফংলমদে ; ক্ষীর—ক্ষীর প্রসাদবু ; ইচ্ছা—অপাম্বা ; হৈল—ওইখি ; তাহে—মহুবু ; মানে—লৌয়ি ; অপরাধ—অয়োন্-অরাল্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমৃতগা মান্নবা কৃষ্ণপ্রেম্না মহাক পেল্লম্মী ; চাদবা-থক্তবগী অরাম-খৌরাংবনা ন্নারমদে। ক্ষীর পাম্‌বহুবু মানা মরাল্ অমনী হায়না লৌখি।

## নৈনরোল্

ক্ষীরে ইচ্ছা-নচিংবা—করিগুম্বা পোৎ ফংকনবগী ইচ্ছা পূরুংদা পোক্লবদি পূর্ণীওনা পোৎ অহুবু নিবা হায়বহু ওইরে। মপাস্থোক্লা নিবগী

রাদি থমগ্রতুনা, পুক্কংদসু নিবগদি, নত্রগা নিগে হায়না নীঙলবদি অযাচকবৃত্তি হায়বদো ওইদ্রে। মরমসিনা ক্ষীর পাম্লু বতুদা পুরীনা মহাক্কী অযাচকব্রত কায়বা মরম্মা অপরাধ ওইরে হায়তুনা চিংনবম্মী।

## মূল ১২৫

গ্রামের শূন্য হাটে বসি করেন কীর্তন।

এথা পূজারী করাইল ঠাকুরে শয়ন ॥ ১২৫ ॥

### শব্দার্থ

গ্রামের—খুনগী ; শূন্য—মীপোং-লৈত্রবা, হাট কৈথেল্দা, বসি - ফমতুনা ; করেন কীর্তন— নাম শোল্লী, এথা —অসেমদনা, পূজারী —পূজা তৌবা মী, লাই সেবা তৌবা মী, সেবাযি, করাইল—তৌহল্লী, ঠাকুরে—লাইবু ; শয়ন- চেপ্পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরী গোস্বামীদু আবতি দর্শন তৌবগা গ্রামগী অহাঙবা কৈথেল্দা ফমগা নাম শোল্লম্মী। মন্দিরসোমদনা পূজারীনা লাই চেপ্‌হল্লম্মী।

## মূল ১২৬

নিজকৃত্য করি পূজারী করিলা শয়ন।

স্বপনে ঠাকুর আসি বোলেন বচন ॥ ১২৬ ॥

### শব্দার্থ

নিজকৃত্য—মশাগী তৌগদবা থবক, করি লোয়গা, পূজারী—পূজারী ; করিলা শয়ন—তুমখ্রে ; স্বপনে—মঙদা, ঠাকুর - লাই, আসি - লাকুনা ; বোলেন—হায় ; বচন— ৱা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূজারীসু মাগী তৌগদবা পূম্বা তৌরগা তুমখ্রে। মমঙদা লাইনা লেঙলতুনা ৱা হায়রম্মী—।

## মূল ১২৭-১২৯

উঠহ পূজারী! দ্বার করহ মোচন।

ক্ষীর এক রাখিয়াছি সন্ন্যাসীকারণ ॥ ১২৭ ॥

ধড়ার অঞ্চলে ঢাকা এক ক্ষীর হয়।
তোমরা না জানিলে তাহা আমার মায়ায়॥ ১২৮।
মাধবপুরী সন্ন্যাসী আছে হাটেতে বসিয়া।
তাহাকে ত এই ক্ষীর শীঘ্র দেহ লঞা॥ ১২৯॥

**শব্দার্থ**

উঠহ– হৌগৎলো, পূজারী –পূজারী; দ্বার—থোঙ; কবহ—তৌবো; মোচন—হাংদোক্পা, ক্ষীব– ক্ষীর চফু, এক– অমা; রাখিয়াছি—থম্মি, সন্ন্যাসী কারণ– সন্ন্যাসীগীদমক; ধড়ার—ফৈজোমগী; অঞ্চলে—মচীন, ঢাকা -কূপ্পা; এক—অমা, ক্ষীর—ক্ষীর চফু; হয়—লৈ; তোমরা— নখোয়না; না জানিলে—খঙদ্রবনী; তাহা—মদু: আমার—ঐগী, মায়ায়—লীলাশক্তিগী মযাইনা; মাধবপুরী—মাধবেন্দ্রপুরী; সন্ন্যাসী— লম্বোইবা, আছে—লৈ, হাটেতে—কৈথেন্দা; বসিয়া—ফমদুনা, তাহাকে —মঙোন্দা, এই—অসি; ক্ষীর —ক্ষীর, শীঘ্র—থুনমক; দেহ —পীরু; লঞা—পুদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হে পূজারী, হৌগৎলো, ( মন্দিরগী ) থোঙহাংদোক্লু। ক্ষীর চফু অমা ঐনা সন্ন্যাসীগীদমক হাযদুনা থম্লিবনি। ফৈজোম-ফিজিনা কূপ্পা ক্ষীর চফু অমা লৈবনী। মদু ঐগী মায়ানা নখোয়না খঙদ্রবনী। শ্রীমাধবপুরী কৌবা সন্ন্যাসী অমা কৈথেন্দা ফমদুনা লৈবনী। মঙোন্দা ক্ষীরসি পুদুনা থুনা পীরু।

**তৈন্নরোল**

ভক্তর সেবা তৌবগীদমক, ভক্তর পেল্হন্নবগীদমক অমসুং ভক্তগী মাহাত্ম্য ( মতীক-ময়াই ) ফোঙদোক্লবগীদমক ভগবান্না কন্না তৌরম্বা বাসনাগী প্রমাণ অমনী ক্ষীর চুরাল্লিবসী। ভগবান্গী অধরামৃতর ভক্তনা ফংনীঙবদি হৌনশানী, ভগবান্সু ভক্তবৎসল ওইবনীনা ভক্তগী নীঙজবসী থুংহন্নবা তৌযি। শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা ক্ষীর ফংনীঙলম্বসী ভগবান্গী অধ-রামৃত ফংনীঙবগী রা ঙাক নত্তনা মদুদগী হেন্না রা অমা লৈবম্মী, মদুদি —গোবর্দ্ধনগী মরুঙো শ্রীগোপালদেবর মুংশিবগী রানী। মানা গোপাল-দেবর মুংশিন্নবসিনা শুমখিবদগী রেমুণাগী গোপীনাথ হায়না শক্লৌবা

শ্রীগোপালদেবনা থবক তৌরি মতুদি—মী খ্বাইনা তাথীরবা—হূরান্‌বা হায়বা থবক্তো। পূজারীগী মপুরু ংদা প্রেরণা অমা পোক্‌হল্লগা গোপীনাথনা মাধবেন্দ্রদা ক্ষীর পীহন্‌বা য়াবনী ; মতুদি তৌদতুনা মহাক্না ক্ষীর চক্ষু অমা হূরাল্লগা থম্মী। ভগবানবু ফাওবা হূরান্‌বগী থবক তৌহন্‌বা মাধবেন্দ্রগী প্রেম মতাঙ্গী মহিমা ফোঙদোক্লবগীদমক ক্ষীর হূরান্‌বনী। মসিনা তাক্লি ভক্তবাৎসল্যগী—ভক্তদা তৌবা কৃপাগী খমথেংবা মতৌ। মরমসিনা রায় রামানন্দনা হায়রম্মী—"তোমার কৃপায় তোমায় করায় নিন্দ্য কর্ম্ম"—নঙগী কৃপানা নঙাকপু নিন্দনীয় ( তাথীনঙাই ওইবা ) থবক তৌহল্লী ॥ ২। ৮। ৩৭॥" অতুদগী অমূক হূরান্‌বা কৌবা নিন্দ্য কর্ম্মগী রাসী মাগী পূজারীদা শ্রীমুখমক্না তাক্‌থোক্‌পদা অতুগা মাগী সেবক পূজারীনা মী অতৈদা হায়দোকপদা ভগবাল্লা করিমতা হঙ্গোয়বা নক্রগা ঈকাইবা তৌরমদে, মতুগী মতুঙ্গা মাগী পরমভক্ত মাধবেন্দ্রগী মহিমা ফোঙদোক্লে হায়তুনা থোইনা হরাওখি। শ্রীগোপীনাথগী ভক্ত-বাৎসল্যসিনা শুমথতুনা ভক্তশিংনসু হুংশিব-ফোঙবা 'ক্ষীর-চোরা' ( ক্ষীর -হূরান্‌বা ) হায়বা রাহৈগী উপাধিসিদা ভক্ত অমসুং ভগবান্ অনীমক খমথেংনা হুংঙাইজে—ভক্তনা হুংঙাই, ভগবান্‌গী ভক্তবাৎসলাবু অনুভব তৌতুনা ( খঙতুনা ) ; অতুগা ভগবাল্লা হুংঙাই, মহাক্না ভক্তগী সেবা মচেৎ অমা তৌবা ফংলে, ভক্তগী মহিমা খজিক্তং ফোঙদোকপা ঙমজরে হায়তুনা ; মতু মাগী উপাধিসিনা সাক্ষ্য-প্রমাণ তৌবি হায়বসি অনুভব তৌতুনা।

## মুল ১৩০

স্বপ্ন দেখি পূজারী করিল বিচার।
স্নান করি কপাট খুলি মুক্ত কৈল দ্বার ॥ ১৩০ ॥

## শব্দার্থ

স্বপ্ন—মঙ ; দেখি—উরগা ; পূজারী—পূজারীনা ; করিল—তৌরম্মী ; বিচার—রাখল ; স্নান করি—স্নান তৌরগা ; কপাট—থোঙনা ; খুলি—হাইদোক্লুনা ; মুক্ত কৈল—হাংদোক্লম্মী ; দ্বার—থোঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লপা

মঙ উরগা পূজারীনা বিচার ঙাইহাক তৌখি। অতুদগী স্নান তৌরগা থোঙনা হাইদোক্লুনা থোঙ হাংদোকখি।

## মূল ১৩১-১৩২

ধড়ার আঁচলতলে পাইল সেই ক্ষীর।
স্থান লেপি ক্ষীর লৈয়া হইলা বাহির।। ১৩১ ।।
দ্বার দিয়া গ্রামে গেলা সেই ক্ষীর লঞা।
হাটে হাটে বুলে মাধবপুরীরে চাহিয়া ।। ১৩২ ।।

### শব্দার্থ

ধড়ার—ফৈজোমগী ; আঁচলতলে—ফীজিগী মখাদা ; পাইল—ফংখি ; সেই ক্ষীর—ক্ষীরছু ; স্থান—মফম ; লেপি—তৈথোক্লগা ; ক্ষীর লৈয়া—ক্ষীর পুডুনা ; হইলা বাহির—মাপান থোক্খি ; দ্বার দিয়া—থোঙ থিংলগা ; গ্রামে—গ্রামদা ; গেলা—চংখি ; সেই ক্ষীর—ক্ষীরছু ; লঞা—পুডুনা ; হাটে হাটে—কৈথেল-কৈথেল খুদিংদা ; বুলে—কোয়চং চংলী ; মাধবপুরীরে—মাধবপুরীবু ; চাহিয়া—লৈবরা হায়না য়েংডুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূজারীনা ঠাকুরগী ফৈজোম ফীজিগী মখাদা ক্ষীরছু ফংখি। ক্ষীর লৈরম্বা মফমদু তৈথোক্লগা ক্ষীর পুডুনা থোক্খরে। থোঙ লোল্লগা পূজারীনা ক্ষীরছু পুরগা গ্রামদা চংলী ; কৈথেল খুদিংদা মাধবপুরী লৈবরা হায়না য়েংডুনা কোয়চং চংলম্মী।

## মূল ১৩৩

ক্ষীর লহ এই যার নাম মাধবপুরী।
তোমার লাগি গোপীনাথ ক্ষীর কৈল চুরি ।। ১৩৩ ।।

### শব্দার্থ

ক্ষীর লহ—ক্ষীর লৌরো ; এই—অসি ( লৈরে ) ; যার—মাগী ; নাম—মিং ; মাধবপুরী—মাধবপুরী ; তোমার লাগি—নঙগীদমক হায়ডুনা ; গোপীনাথ—গোপীনাথনা ; ক্ষীর—ক্ষীর ; কৈল চুরি—হুরাল্লে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পূজারীনা হায়রম্মী )—মাধবপুরী হায়না মিংকৌবা কনানো, ক্ষীর অসি লৌও। নঙগীদমক হায়ডুনা গোপীনাথনা ক্ষীর হুরাল্লম্লে।

মূল ১৩৪

ক্ষীর লঞা সুখে তুমি করহ ভক্ষণে।
তোমাসম ভাগ্যবান্ নাহি ত্রিভুবনে ।। ১৩৪ ।।

শব্দার্থ

ক্ষীর লঞা—ক্ষীর লৌরগা ; সুখে—নুংঙাইনা ; তুমি – নঙনা ; করহ —তৌও ; ভক্ষণে—চাবা ; তোমা সম – নঙগা মান্নবা , ভাগ্যবান্— লাইবক্ ফবা ; নাহি—লৈতে ; ত্রিভুবনে—মরোল অহুমসিদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পূজারীনা মধা তাথরম্মী) ক্ষীর লৌরগা নঙ নুংঙাইনা চারো ; নঙগা মান্নবা লাইবক-ফবা মী মরোল অহুমসিদা লৈতে।

মূল ১৩৫

এত শুনি পুরী গোসাঞি পরিচয় দিল।
ক্ষীর দিয়া পূজারী তাঁরে দণ্ডবৎ কৈল ।। ১৩৫ ।।

শব্দার্থ

এত—অসিথক ; শুনি—নাকোঙনা তারদুনা ; পুরীগোসাঞি— মাধবেন্দ্র পুরী গোস্বামীনা ; পরিচয় দিল—শক্ তাকখি ; ক্ষীর দিয়া— ক্ষীর পীরগা ; পূজারী— পূজারীনা ; তাঁরে - মঙোন্দা ( পুরীদা ) ; দণ্ডবৎ কৈল—দণ্ডবৎ তৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মা খিবিক্সি তারগা পুরীগোস্বামীনা মশক তাকখি। পূজারীনা ক্ষীর পীরগা পুরীদা দণ্ডবৎ তৌখি।

মূল ১৩৬

ক্ষীরের বৃত্তান্ত তাঁরে কহিল পূজারী।
শুনি প্রেমাবিষ্ট হৈলা শ্রীমাধবপুরী ।। ১৩৬ ।।

শব্দার্থ

ক্ষীরের বৃত্তান্ত—ক্ষীরগী ৱারী ; তাঁরে—মঙোন্দা ; কহিল—লীরম্মী ; পূজারী—পূজারীনা ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; প্রেমাবিষ্ট—কৃষ্ণপ্রেমদা চঙবা ; হৈল—ওইখি ; শ্রীমাধব পুরী—শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পূজারীনা ক্ষীরগী রারীচু লৌরম্মী। মচু তাবদা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীদো প্রেমাবিষ্ট ( কৃষ্ণবু মংশিবদা লুপ্লা ) ওইখি।

## মূল ১৩৭

প্রেম দেখি, সেবক কহে হইয়া বিস্মিত।

কৃষ্ণ যে ইহার বশ—হয় যথোচিত ॥ ১৩৭ ॥

### শব্দার্থ

প্রেম পুরীগী কৃষ্ণপ্রেম ; দেখি— উবগা ; সেবক—পূজারীনা ; কহে —হায় ; হইয়া—ওইদুনা ; বিস্মিত ঙকপা ; কৃষ্ণ যে—কৃষ্ণদি ; ইহার —মহাকসিগী ; বশ মখা পোন্‌বা ; হয়— ওই ; যথোচিত—ন্যাতৈ-চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাধবেন্দ্রপুরীগী কৃষ্ণপ্রেমচু উবগা ঙকুদুনা পূজারীনা হায়, কৃষ্ণদি মহাক্কী মখা পোল্লে, পোন্‌বদা নাতৈ চায় ( মতীক চায় )।

## মূল ১৩৮

এত বলি নমস্করি গেলা সে ব্রাহ্মণ।

আবেশে করিলা পুরী সে ক্ষীর ভক্ষণ ॥ ১৩৮ ॥

### শব্দার্থ

এত বলি—অসি হায়রগা ; নমস্করি— খুরুম্নগা ; গেলা—চৎখি , সে ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ অদু ; আবেশে—প্রেমাবেশদা ; করিলা—তৌয়ি ; পুরী —পুরীনা ; সে ক্ষীর—ক্ষীরদু ; ভক্ষণ—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসী হায়রগা ব্রাহ্মণ পূজারীনা পুরীদা খুরুম্নগা চৎখরে। প্রেমাবেশদা লৈনা লৈনা পুরীনা ক্ষীর অদু হাখি।

## মূল ১৩৯ ১৪০

পাত্র প্রক্ষালন করি খণ্ড খণ্ড কৈল।
বহির্ব্বাসে বান্ধি সেই ঠিকারী রাখিল ॥ ১৩৯ ॥
প্রতিদিন একখানি করেন ভক্ষণ।
খাইলে প্রেমাবেশ হয়—অদ্ভুত কথন ॥ ১৪০ ॥

### শব্দার্থ

পাত্র প্রক্ষালন—পাত্র চামথোকপা ; করি—তৌরগা ; খণ্ড খণ্ড—মচেৎ মচেৎ ; কৈল—থোক্‌হল্লে ; বহির্ব্বাসে—বহির্ব্বাসদা ; বান্ধি—পুন্সল্লগা ; সেই ঠিকারী—চেগায়শিংছু ; রাখিল—থন্নী ; প্রতিদিন—মুমীৎখুদিংগী ; একখানি—অমমম্ ; করেন—তৌয়ি ; ভক্ষণ—চাবা ; খাইলে—চারগা ; প্রেমাবেশ হয়—প্রেমাবেশ ওই ; অদ্ভুত—অঙকপা ; কথন—রানী ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা :

ক্ষীর হাপ্লা চফুছু চাম্থোক্লগা মচেৎ মচেৎ থোক্লা থুগায়রম্মী । অতগা চেগায়শিংছু বহির্ব্বাসদা পুন্শল্লম্মী । নুমীৎ খুদিংগী চেগায় অমমম্ চায় ; চাবদা প্রেমাবেশ ওই ; অঙকপা রানী ।

### মূল ১৪১

ঠাকুর মোরে ক্ষীর দিলা—সর্ব্বলোকে শুনি ।
দিনে লোকভিড় হবে—মোর প্রতিষ্ঠা জানি ॥ ১৪১ ॥

### শব্দার্থ

ঠাকুর—লাইনা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; ক্ষীর দিলা—ক্ষীর পীবে ; সর্ব্বলোকে—মী লোইনমক্না ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; দিনে—অয়ুক-নুংথিন্দা ; লোক—মী ; ভিড়—ময়াম তিন্‌বা ; হবে—ওইগনী ; মোর—ঐগী ; প্রতিষ্ঠা—মিংচৎ ( সুখ্যাতি ) ; জানি—খঙলগা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঠাকুবনা ঐঙোন্দা ক্ষীর পীরে, রাসী মী লোইনমক্না মনাকোঙনা তাবগা অয়ুক-নুংথিন্দা মীয়াম তিল্লরগনী ঐগী সুখ্যাতি ( মিংচৎ ) খঙহুনা ।

### নৈনরোল

প্রতিষ্ঠা—সুখ্যাতি ( মিংচৎ ফজবা ) । ঐগীদমক গোপীনাথনা ক্ষীর হুরাল্লে ; মরমহুনা ঐহাক প্রেমিক ( কৃষ্ণবু নুংশিবা ) ভক্ত অমনী হায়না অসুম্না ফংবা খ্যাতি ।

### মূল ১৪২

এই ভয়ে রাত্রিশেষে চলিলা শ্রীপুরী ।
সেইস্থানে গোপীনাথে দণ্ডবৎ করি ॥ ১৪২ ॥

### শব্দার্থ

এই—অসী ; ভয়ে—কিবনা ; রাত্রিশেষে—অহিং লোইরকপদা, চলিলা—চৎখরে ; শ্রীপুরী—শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী ; সেইস্থানে—মফমদুমক্তদা, গোপীনাথে—গোপীনাথদা ; দণ্ডবৎ করি—দণ্ডবৎ তৌরগা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মী তিল্লরনী হায়বা ) অসী কিবনা অহিং লোইরক্পগা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা মফম অদুমক্তদা শ্রীগোপীনাথবু দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্নগা চৎখরে।

### মূল ১৪৩

চলি চলি আইলা পুরী শ্রীনীলাচল।

জগন্নাথ দেখি প্রেমে হইল বিহ্বল ॥ ১৪৩ ॥

### শব্দার্থ

চলি চলি—চৎনা চৎনা ; আইলা—লাক্খি ; পুরী—শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী ; শ্রীনীলাচল - শ্রীক্ষেত্রদা ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথ দেব, দেখি—উবদা, প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেম্না, হইল- ওইখি ; বিহ্বল—বিভুল, জ্ঞান-মাঙবা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীদু চৎনা চৎনা শ্রীনীলাচল য়ৌখি। শ্রীজগন্নাথদেববু দর্শন তৌবদা প্রেম্না বিভুলনা চুখি।

### মূল ১৪৪

প্রেমাবেশে উঠে পড়ে হাসে নাচে গায়।

জগন্নাথ-দরশনে মহাসুখ পায় ॥ ১৪৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—প্রেমাবেশদা ; উঠে—হৌগৎলী, পড়ে—তুই ; হাসে—নোকয়ি ; নাচে—জগোই শাই ; গায়—ঈশৈ শকয়ি ; জগন্নাথ দরশনে—শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌবদা, মহাসুখ—য়াম্না নুংঙাইবা ; পায়—ফংঙী।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী প্রেমাবেশদা অমুক হৌগৎ অমুক তু তৌরম্মী অদুগা নোকয়ি, জগোই শাই অদুগা ঈশৈসু শকয়ি। শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌবদা য়াম্না নুংঙাইখি।

মূল ১৪৫

মাধবপুরী শ্রীপাদ আইলা লোকে হৈল খ্যাতি।
সবলোক আসি তাঁরে করে বহু ভক্তি ॥ ১৪৫ ॥

## শব্দার্থ

মাধবপুরী শ্রীপাদ—শ্রীপাদ মাধবপুরী; আইলা—লাক্লে; লোকে—মীয়ামদা; হৈল খ্যাতি—রা রা লাউখি; সবলোক—মী পুম্নমক; আসি—লাক্লুনা; তাঁরে—মঙোন্দা; করে—তৌয়ি; বহুভক্তি—ভক্তি য়াম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রপুরী লাক্লে হায়না মী ময়ামদা রা-রা লাউনখি। মীপুম্না লাক্লুনা মাবু ভক্তি য়াম্না তৌখি।

মূল ১৪৬

প্রতিষ্ঠার স্বভাব এই জগতে বিদিত।
যে না বাঞ্ছে তার হয় বিধাতা নির্ম্মিত। ১৪৬ ॥

## শব্দার্থ

প্রতিষ্ঠার স্বভাব—প্রতিষ্ঠাগী মৌনবী; এই জগতে—জগৎসিদা; বিদিত—খঙনরিবা (ওই); যে—মহাক্না; না বাঞ্ছে—পাম্মদে; তার—মহাক্কী; হয়—ওই; বিধাতা—বিধাতানা; নির্ম্মিত—শাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মিংচৎকী মৌনবী অসি জগৎনা খঙনরিবনী। মচানা পামদ্রবসু বিধাতানা মাগী প্রতিষ্ঠা অচু শাগৎলী হায়রবদি ময়ামদা লাউথোকয়ি।

## নৈনরোল

মমিংচৎপা মীনা মিংচৎপদু পামদ্রবসু মিং চৎনঙাই মবস্ নৈরবদি মানা হায়নরুববু নৈত্রবস্ অতুম পঙচৎতো চৎলী হায়বদি ময়াম্না পঙখঙদা খঙনৈ।

মূল ১৪৭

প্রতিষ্ঠার ভয়ে পুরী গেলা পলাইয়া।
কৃষ্ণপ্রেম-সঙ্গে প্রতিষ্ঠা চলে লাগ লৈয়া ॥ ১৪৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রতিষ্ঠার ভয়ে—প্রতিষ্ঠাবু কিবনা ; পুরী—পুরীহু ; গেলা—চৎপনী, পলাইয়া—চেন্দুনা ; কৃষ্ণপ্রেম সঙ্গে—কৃষ্ণপ্রেমগা লোয়ননা ; প্রতিষ্ঠা—সুখ্যাতি, মিংচৎ ; চলে—চৎলী ; লাগ-লৈয়া—নপ্‌তুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রতিষ্ঠাগী কিবনা পুরীহু ( রেমুণাদগী ) চেল্লকৃখিবনী। অদুবু কৃষ্ণ-প্রেমদদি প্রতিষ্ঠানা নপ্লগা চৎলী হায়রদি কৃষ্ণপ্রেম লৈবা মফমদা প্রতিষ্ঠাহু মহানা অদুম ওইরকয়ি।

## মূল ১৪৮

যদ্যপি উদ্বেগ হৈল পলাইতে মন।
ঠাকুরের চন্দন সাধন হইল বন্ধন ॥ ১৪৮ ॥

শব্দার্থ

যদ্যপি—নস্সু ; উদ্বেগ—লাঙতক্লবা ; হৈল—ওইরম্মী ; পলাইতে—চেন্নবা ; মন—পুক্নিং ; ঠাকুরের—ঠাকুরগী ; চন্দন সাধন—চন্দন লৌবা ; হইল—ওইখি ; বন্ধন—পুন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীক্ষেত্রদগী পুরীহু ) চেল্লগা চৎনীঙবনা লাংতক্লখি, অদু ওইরবসু ঠাকুরগী চন্দন লৌবা তাবনা শ্রীক্ষেত্রদা বন্ধন ওইরে ( পুল্লে ) হায়বদি শ্রীক্ষেত্র থাদোকপদা অপনবা ( বাধা ) ওইরম্মী।

## মূল ১৪৯

জগন্নাথের সেবক যত যতেক মহান্ত।
সভাকে কহিল পুরী গোপাল-বৃত্তান্ত ॥ ১৪৯ ॥

শব্দার্থ

জগন্নাথের—শ্রীজগন্নাথদেবগী ; সেবক—পূজারী ; যত—লৈরম্বা খিবিক ; যতেক—লৈরম্বা খিবিক ; মহান্ত—মহান্ত ; সভাকে—লোইন-মক্তা ; কহিল—লীখি ; পুরী—পুরীনা ; গোপাল-বৃত্তান্ত—শ্রীগোপাল-দেবগী থৌদোক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী লৈরম্বা পূজারী অমদি মহান্ত খিবিক পুম্নমক্তা পুরীনা শ্রীগোপালদেবগী থৌদোক তাহু হায়খি।

## নৈনরোল

গোপাল-বৃত্তান্ত—গোপালদেবনা করম্বা মুপামচা অমা ওইনা শঙ্গোম পীরম্বা, মওদা দর্শন পীরগা সেবা তৌহন্নীওবগী ম্না হায়রম্বা অতুগা মওদা চন্দন লৌরুনবগী য়াথং তাওথরম্বা য়ারোল পুম্নমক।

### মূল ১৫০

গোপাল চন্দন মাগে—শুনি ভক্তগণ।

আনন্দে চন্দন লাগি করিলা যতন ॥ ১৫০ ॥

### শব্দার্থ

গোপাল—শ্রীগোপালদেবনা ; চন্দন মাগে—চন্দন পাম্মী নত্রগা নিরি : শুনি—তারগা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; আনন্দে—নুংঙাইনা; চন্দন লাগি—চন্দনগীদমক ; করিলা যতন—হোৎনখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালদেবনা চন্দন পাম্মী হায়বসি তাবদা ভক্তশিংনা মথরাই নুংঙাইনা চন্দন ফংনবা হোৎনখি।

### মূল ১৫১

রাজপাত্রসনে যার যার পরিচয়।

তারে মাগি কর্পূর-চন্দন করিলা সঞ্চয় ॥ ১৫১ ॥

### শব্দার্থ

রাজপাত্র—নিংথৌগী থবক-তৌবা অওম্বা ; সনে—লোয়নননা; যার যার—মা মাগা ; পরিচয়—খঙনরম্বা ; তারে—মঙোন্দা ; মাগি—নিজুনা ; কর্পূর-চন্দন—কর্পূর অমসুং চন্দন ; করিলা—তৌখি ; সঞ্চয়—খোম্জন্বা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংজুগী মরক্তগী রাজপাত্রগা খঙনবা মীশিংনা রাজপাত্রদগী য়াথং লৌরগা চন্দন অমসুং কর্পূর খোম্জল্লম্মী।

### নৈনরোল

মতম অতুদা চন্দনজু নিংথৌগী সম্পত্তি ওইনা লৈরম্মী, মরমজুনা রাজ-পাত্রশিংগী য়াথং নত্তনদি কনামতনা চন্দন লৌবা য়ারমদে। রাজপাত্রশিংগা

খুডনরম্বা মীশিংনা পুরী গোস্বামীগীদমক রাজপাত্রশিংদা হায়জরগা চন্দন খোল্লগা পীরম্মী অহুগা কর্পূর থরস্থ থৌরাং তৌহুনা পীরম্মী।

## মূল ১৫২

এক বিপ্র এক সেবক চন্দন বহিতে।
পুরী গোসাঞির সঙ্গে দিল সম্বল সহিতে॥ ১৫২॥

## শব্দার্থ

এক—অমা ; বিপ্র—ব্রাহ্মণ ; এক—অমা ; সেবক—থৌগনচা : চন্দন বহিতে—চন্দন পুননবা ; পুরী গোসাঞির সঙ্গে—পুরী গোস্বামীগা লোয়নবা ; দিল—পীরম্মী ; সম্বল—লুপা-পৈশা অমদি চান-থক্লবা পোৎনচিংবা ; সহিতে—লোয়ননা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চন্দন পুহুনা চৎননবগীদমক (ক্ষেত্রগী ভক্তশিংনা) পুরী গোস্বামীদা ব্রাহ্মণ অমগা মনাই সেবক অমগা অমস্থং সম্বল (পৈশাম্থংশানচিংবা) থরগা পীরম্মী।

## মূল ১৫৩

ঘাটী দানী ছাড়াইতে রাজপাত্রদ্বারে।
রাজলেখা করি দিল পুরীগোসাঞির করে॥ ১৫৩॥

## শব্দার্থ

ঘাটী—রাজকর্মচারীশিংনা লম্বী চৎপা মীদগী কাঙ্গৎ লৌফম (দান-কাঙ্গৎ) : দানী—কাঙ্গৎ-খোম্বা মী ; ছাড়াইতে—থাদোক্হন্নবা ; রাজপাত্রদ্বারে—রাজকর্মচারীনা ; রাজলেখা—নিংথৌগী য়াথং চে ; করি—তৌহুনা ; দিল—পীরে : পুরীগোসাঞির—পুরীগোস্বামীগী ; করে—খুত্তা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঘাটীগী দানীশিংনা থিংদনবা রাজকর্মচারীশিংনা নিংথৌগী য়াথং-চে অমা লৌরগা পুরী গোস্বামীগী খুত্তা পীরম্মী।

## মূল ১৫৪

চলিলা মাধবপুরী চন্দন লইয়া।
কথোদিনে রেমুণায় উত্তরিলা গিয়া॥ ১৫৪॥

শব্দার্থ

চলিলা—চৎলে . মাধবপুরী—মাধবপুরী ; চন্দন লইয়া - চন্দন পুত্নুনা , কথোদিনে—কয়ানীরোমদগী মনুঙদা ; রেমুণায়—রেমুণাদা ; উত্তরিলাসিয়া —লাক্লুনা থুংলখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী চন্দন পুত্নুনা চৎলে । তুমীৎ খরগী মতূঙদা রেমুণাদা থুংলখি ।

মূল ১৫৫

গোপীনাথচরণে কৈল বহু নমস্কার ।

প্রেমাবেশে নৃত্যগীত করিলা অপার ॥ ১৫৫ ॥

শব্দার্থ

গোপীনাথচরণে—শ্রীগোপীনাথগী খোঙদা ; কৈল—তৌখি ; বহু—যাম্না ; নমস্কার—খুরুম্না ; প্রেমাবেশে —প্রেমাবেশদ . নৃত্যগীত —জগোই অমসুং ঈশৈ ; করিলা—তৌরম্মী ; অপার—ঙমখৈ লৈতনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীনা গোপীনাথগী খুযাখাদা যাম্না খুরুমজরি । প্রেমাবেশ ওইবনা ঙমখৈ লৈতনা জগোই শাই অদুগা ঈশৈ শকরি

মূল ১৫৬

পুরী দেখি সেবক সব সম্মান করিল ।

ক্ষীরপ্রসাদ দিয়া তাঁরে ভিক্ষা করাইল ॥ ১৫৬ ॥

শব্দার্থ

পুরী—মাধবেন্দ্র পুরী ; দেখি—উবদুনা , সেবক—সেবাকি ; সব—পুম্বনা ; সম্মান করিল- ইকাই খুম্নখি ; ক্ষীর প্রসাদ- ক্ষীর প্রসাদ ; দিয়া—পীদুনা ; তাঁরে- মহাক্তা ; ভিক্ষা করাইল—ভিক্ষা তৌহল্লী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীবু উবগা লাইগী সেবারিশিং পুম্নমক্না মাবু সম্মান তৌখি । ক্ষীর প্রসাদ পীদুনা মহাকপু খুলহনখি ।

## মূল ১৫৭

সেইরাত্র্যে দেবালয়ে করিল শয়ন ।
শেষরাত্রি হৈলে পুরী দেখিল স্বপন ॥ ১৫৭ ॥

## শব্দার্থ

সেইরাত্র্যে—অহিং অদুদা ; দেবালয়ে—লাইশঙদা ; করিল—তৌখি ; শয়ন– তুম্বা ; শেষরাত্রি—অরোয়বা মতাঙগী অহিং ; হৈলে—ওইরগা ; পুরী—পুরীনা ; দেখিল—উখি ; স্বপন—মঙ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং অদুমা দেবালয়দা পুরী তুম্লম্মী । অহিং লোইবকপদা পুরী অমা উখি ।

## মূল ১৫৮-১৬১

গোপাল আসিয়া কহে মাধব ।
কর্পূর চন্দন আমি পাইলাম সব ॥ ১৫৮ ॥
কর্পূর সহিত ঘষি এ সব চন্দন ॥
গোপীনাথের অঙ্গে নিত্য করহ লেপন ॥ ১৫৯ ॥
গোপীনাথ আমার সে এক অঙ্গ হয় ।
ইহাকে চন্দন দিলে হবে তাপক্ষয় ॥ ১৬০ ॥
দ্বিধা না ভাবিহ না করিহ কিছু মনে ।
বিশ্বাস করি চন্দন দেহ আমার বচনে ॥ ১৬১ ॥

## শব্দার্থ

গোপাল—গোবর্দ্ধনগী শ্রীগোপালদেব ; আসিয়া- লেঙলকুনা ; কহে—হায় ; শুন—মাকোঙনা তাও ; হে মাধব—হে মাধব ; কর্পূরচন্দন—কর্পূরগা চন্দনগা ; আমি—ঐ ; পাইলাম—ফংলে ; সব—লোইনমক ; কর্পূর সহিত—কর্পূরগা লোয়ননা ; ঘষি—ভক্লগা ; এ সব— পূম্বসি ; চন্দন—চন্দন ; গোপীনাথের—গোপীনাথকী ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; নিত্য—তত্তনা ; করহ—তৌ ; লেপন—থৈবা ; গোপীনাথ—গোপীনাথ ; আমার—ঐগী ; সে—মা ; এক—অমা ; অঙ্গ—হকচাঙ ; হয়—ওই ; ইহাকে

—মঙোন্দা; চন্দন দিলে—চন্দন তৈরবদি ; হবে—ওইগনী ; মোর—ঐগী ; তাপ—মৈশা ; ক্ষয়—মাঙবা, কোকৃপা ; দ্বিধা—চিংনরা ; না ভাবিহ—খনগনু ; না করিহ—তোগনু ; কিছু—করিস্বু ; মনে—পুক্লীঙদা ; বিশ্বাস —থাজবা ; করি—তোঠুনা ; চন্দন দেহ—চন্দন পীয়ু হায়বদি তৈয়ু ; আমার—ঐগী , বচনে—ৱাহৈনা ।

**মৈতৈলোন্দা ৱাল্লোকপা**

(মঙদা) গোপালদেব লেঙলক্লুনা হায়রম্মী—হে মাধব পুরী : ঐগাক কর্পূর-চন্দন লোইনমক ফংলে । কর্পূরগা লোয়ননা চন্দন তক্লগা নিত্তিগী গোপীনাথগী অঙ্গদা তৈয়ু । গোপীনাথগা ঐগা হকচাঙ অমতনী, মঙোন্দা চন্দন তৈবগদি ঐগী মৈশা কোকনী । ( ঐখোয়নী অঙ্গ অমতনী ) হায়বসি করিমতা চিংনগনু, করিমতা নপুক্লীঙদা খঙগনু । ঐনা হায়রবা ৱাহৈ ইন্না থাজতুনা চন্দনমু গোপীনাথদা তৈবিয়ু ।

## নৈনরোল

শ্রীকৃষ্ণদি মূর্ত্তি যাম্না থোক্লবসু মূর্ত্তি অমতনী—বহুমূর্ত্ত্যেকমূর্ত্তিকঃ—হায়বা ৱাহৈসিনা পযাব অসিদা হায়বিবসি চুম্বগী প্রমাণনী । মূর্ত্তিদি অমতমক ওইবগা শ্রীকৃষ্ণদি শীঙনাইদবা মূর্ত্তিদা ( প্রকাশদা ) ভাগ্লোইবিবনী ; শীঙনাইদবা প্রকাশগী অনন্ত ( শীঙনাইদবা ) মূর্ত্তিদসু মহাক একমূর্ত্তি ( মূর্ত্তি অমথক্কনী ) একমেবাদ্বিতীয়ম্ । পৃথ্বী অমগী মনুঙদা মঙং মথলমথাঙ্গী ঘট ময়াম লৈববদি ঘট খুদিংগী মনুঙদা ঈশীঙ চঙলগা ঘটকী মঙংমু লৌয়ি । মতৌ অসিগুম্না পৃথ্বীগী ঈশীঙমু মঙং ময়াম ওইনা লৈরবসু মঙং ময়ামমুদা পৃথ্বী অমমুগী ঈশীঙতমক লৈরিবনী ।

## মূল ১৬২

এত বলি গোপাল গেলা গোসাঞি জাগিলা ।
গোপীনাথের সেবকগণে ডাকিয়া আনিলা ॥ ১৬২ ॥

## শব্দার্থ

এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; গোপাল—গোপালদেব ; গেলা—চংখি , গোসাঞি—পুরী গোসাঞি ; জাগিলা—মীংকপ থোক্লুনা হৌগংলে , গোপীনাথের—গোপীনাথগী ; সেবকগণে—মনাইশিংবু ; ডাকিয়া—কৌরগা ; আনিলা—পুরকখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্পা

বা খবসি হায়রগা গোপালদেব লেঙখ্রে ; পুরী গোসাঞিস্ব হৌগথলে। অতুগা গোপীনাথগী সেবাবিশিংবু কৌশল্লমী।

মূল ১৬৩-১৬৪

প্রভুর আজ্ঞা হৈল 'এই কর্পূর-চন্দন'।
গোপীনাথের অঙ্গে নিত্য করহ লেপন ॥ ১৬৩ ।
ইঁহাকে চন্দন দিলে গোপাল হইবে শীতল।
স্বতন্ত্র ঈশ্বর তাঁর আজ্ঞা যে প্রবল ॥ ১৬৪ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; আজ্ঞা—যাথং ; হৈল—ওইখি , এই—অসি , কর্পূর-চন্দন—কর্পূর-চন্দন , গোপীনাথের—গোপীনাথগী , অঙ্গে—হকচাংদা , নিত্য—মতম চুপ্পা , করহ—তৌ ; লেপন—হৈবা , ইঁহাকে—মঙোন্দা ( গোপীনাথদা) , চন্দন দিলে—চন্দন থল্লবদি ; গোপাল—গোপালদেবনা , হইবে—ওইগনী , শীতল—ঙঙবা , স্বতন্ত্র—নীঙতম্বা ; ঈশ্বর—মপুনী , তাঁর—মাগী , আজ্ঞা—যাথং , যে—অদু , প্রবল—কনবা ( ওই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীনা গোপীনাথগী সেবকশিংদা হাযবশী—গোপালদেব প্রভুনা যাথং তাওখিবে— কর্পূর চন্দন অসি গোপীনাথগী অঙ্গদা নিতিগী তৈতুনা থল্লো। মঙোন্দা চন্দন থল্লগা গোপালগী অঙ্গগী মৈশা কোকনী। মনীঙ-তম্বা মপুনী মযাথংদি কল্লী।

তাৎপর্য

স্বতন্ত্র ঈশ্বর নচিংবা শ্রীগোপালদি মূর্ত্ত-তম্বা মপুনী (ঈশ্বরনী), মহাক কনামতগী মথা পোন্দে। মাগী যাথং ডাকপনা ঐশ্বর্যগী উথোমক্নী, কবি নীঙতম্না শানা করম্বা মতমদা কবি মংং পীরিবা হায়বনচিংবা বিচার তৌনবগী অধিকার ঐশ্বর্যগী লেত্তে।

মূল ১৬৫

গ্রীষ্মকালে গোপীনাথ পরিবে চন্দন।
শুনি আনন্দিত হৈল সেবকের মন ॥ ১৬৫ ॥

## শব্দার্থ

গ্রীষ্মকালে—কালেম্বাদা, ঙলাঙথাদা ; গোপীনাথ—শ্রীগোপীনাথন পরিবে চন্দন—চন্দন তৈগনী ; শুনি—নাকোঙনা তাবদা ; আনন্দিত—মুংঙাইবা ; হৈল—ওইখি ; সেবকের—সেবারিগী ; মন—পূক্নীঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কালেন্দা গোপীনাথগী অঙ্গদা চন্দন থৌগমগনী তাবদা মাগী সেবারিশিংগী পূক্নীঙ মুংঙাইজখি।

### নৈনরোল

চন্দন হায়বসিদি অঙ্গঙবা পোৎনী ; কর্পূর য়ানশল্লবদি ঈঙবত্থ অমূক হেন্দৎলী। কালেম্বাদদি কর্পূর-চন্দন হায়বসে হকচাঙদা মুংঙাইবা পী। শ্রীগোপীনাথগী কালেন্দা চাকপত্থ কোল্লগনী খনবদা ভক্তশিংনা মুংঙাইজরম্মী।

## মূল ১৬৬

পুরী কহে এই দুই ঘষিবে চন্দন।

আর জনা-দুই দেহ—দিব যে বেতন। ১৬৬ ॥

## শব্দার্থ

পুরী—মাধবপুরীনা ; কহে—হায় ; এই দুই—অনীসিনা ; ঘষিবে—তক্নী ; চন্দন—চন্দন ; আর—অতৈ ; জনা-দুই—মী অনীনা ; দেহ—( চন্দন ) খল্লু ; দিব—পীগনী ; যে বেতন—ওইগদবা অশূমল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীনা হায়রম্মী—অনীসিনা চন্দন তক্নী, অতৈ মী অনীনা ( গোপীনাথগী অঙ্গদা ) চন্দন খল্লু ; ওইগদবা অশূমল এনা পীগনী।

### নৈনরোল

এই দুই—নীলাচল ( শ্রীক্ষেত্র ) দগী পুরীগোসাঞিগা লোয়ননা লাক্লগা ব্রাহ্মণগা সেবক অত্থগা মখোয় অনী হায়বনী।

বেতন—শ্রীক্ষেত্রদগী পুরীদা পীরকপ সম্বল অত্থদগী মহাক্না বেতন পীসে হায়রম্বা য়াই।

## মূল ১৬৭

এইমত প্রত্যহ দেয় চন্দন ঘষিয়া।

পরায় সেবক সব আনন্দ করিয়া ॥ ১৬৭ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না, প্রত্যহ—নুমীৎ খূদিং ; দৈর—শী ; চন্দন ঘষিযা—চন্দন তক্লুনা ; পরায়—তৈ ; সেবক—পূজারী, সর্ব—পুম্নমক্না ; আনন্দ করিযা—নুংঙাইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না নুমীৎ খূদিংগী চন্দন তক্লুপা শ্রী অমুপা গোপীনাথকী পূজারীশিংনা নুংঙাইনা চন্দন থোৗগল্লী।

### মূল ১৬৮

প্রত্যহ চন্দন পরায় যাবৎ হৈল অন্ত।
তথায় রহিলা পুরী তাবৎ পর্য্যন্ত ॥ ১৬৮ ॥

প্রত্যহ—নুমীৎ খূদিং ; চন্দন পরায—চন্দন থোৗগল্লী, যাবৎ—মতমদু ফাওবা, হৈল—ওইবে, অন্ত—লোইবা, তথায—মফমদুদা ; রহিলা—লৈখি ; পুরী—মাধব পুরীনা ; তাবৎ পর্য্যন্ত—মতম অদু ফাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নুমীৎ খূদিংগী চন্দন থোৗগল্লী, পুবক্লুপা চন্দন লোইদ্রিবা মতম অদু ফাওবা মফমদুদা (রেমুণাদা) মাধবেন্দ্র পুরী লৈরম্মী।

### মূল ১৬৯

গ্রীষ্মকাল-অন্তে পুন নীলাচলে গেলা।
নীলাচলে চাতুর্ম্মাস্য আনন্দে রহিলা ॥ ১৬৯ ॥

### শব্দার্থ

গ্রীষ্মকালে—কালেন্থাদা ; অন্তে—লোইরবদা, পুন—অমুক হন্না ; নীলাচলে—নীলাচলদা, গেলা—চৎখি, নীলাচলে—নীলাচলদা, চাতুর্ম্মাস্য—শযন একাদশীদগী উত্থান-একাদশী ফাওবগী থা মরি ; আনন্দে—নুংঙাইনা ; রহিলা—লৈখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কালেস্থা লোইরবদা অমুক হন্না পুরী নীলাচলদা লেংখি। নীলাচলদা মহাক্ন চাতুর্মাস্যগী মতমত্থু লৈরম্মী।

মূল ১৭০

শ্রীমুখে মাধবপুরীর অমৃতচরিত।

ভক্তগণে শুনাঞা প্রভু করে আস্বাদিতে ॥ ১৭০ ॥

শব্দার্থ

শ্রীমুখে—মহাপ্রভুগী শ্রীমুখদা; মাধবপুরীর—মাধবপুরীগী; অমৃত-চরিত—অমৃতগা মান্নবা থুম্বা লীলা; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা; শুনাঞা—তাহন্মুনা; প্রভু—মহাপ্রভুনা; করে—তৌখি; আস্বাদিতে—মহাউতংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীমুখদা মাধবপুরীগী অমৃতগা মান্নবা চরিতকথা ভক্তশিংদা তাহল্লগা প্রভুনা আস্বাদন তৌখি।

মূল ১৭১

প্রভু কহে, নিত্যানন্দ করহ বিচার।

পুরীসম ভাগ্যবান্ জগতে নাহি আর ॥ ১৭১ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; নিত্যানন্দ—ওহে নিত্যানন্দ; করহ বিচার—খন্থো; পুরীসম—পুরীগা মান্নবা; ভাগ্যবান্—লাইবক ফবা; জগতে—জগতা; নাহি—লৈতে; আর—অতৈম্মা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ওহে নিত্যানন্দ; বিচার তৌ। মাধবেন্দ্র পুরীগা মান্নবা লাইবক ফবা অতৈমা জগতা লৈতে।

মূল ১৭২

দুগ্ধদান-ছলে কৃষ্ণ যাঁরে দেখা দিল।

তিনবার স্বপ্নে আসি যাঁরে আজ্ঞা দিল ॥ ১৭২ ॥

### শব্দার্থ

দুগ্ধদান ছলে—শঙ্গোম পীবনী হায়শমহনা ; কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা ; যাঁবে —মঙোন্দা ; দেখা দিল—উহনখি ; তিনবার—অহুমক ; স্বপ্নে—মঙদা ; আসি—লাকুনা ; যাঁরে—মঙোন্দা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিল—পীখি।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গোম পীবনী হায়শমহনা মঙোন্দা দর্শন পীখি ; অহুগা অহুমক মঙদা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙলকপা মঙোন্দা য়াথং তাওথখি। ( অহুনা মা লাইবক-ফকনী )।

### মৈনতোল

তিনবার স্বপ্নে—অহানবদমা, কুঞ্জদগী লৌথোকুমা গোবর্দ্ধন-দা থম্নবগীদমক ; অনীশুবদনা, মৈশা চাকুপা কোকবা মলয় চাওদগী চন্দন পুরক্নবগীদমক ; অহুমশুবদনা, গোপীনাথগী অঙ্গদা চন্দন তৈনবগীদমক, অহুমকসি শ্রীগোপালদেবনা পুরীগোস্বামীদা মঙদা দর্শন ফংহনখি।

### মূল ১৭৩

যাঁর প্রেমে বশ হঞা প্রকট হইলা।
সেবা-অঙ্গীকার করি জগৎ তারিলা॥ ১৭৩॥

### শব্দার্থ

যাঁর—মাগী (পুরীগী) ; প্রেমে—প্রেমা , বশ—মথাপোনবা , হঞা—ওইহনা , প্রকট—শকফোঙবা ; হইলা—ওইখি ; সেবা-অঙ্গীকার—সেবা লৌবিবা, সেবা তৌহনবা , করি—তৌহনা ; জগৎ—জগৎপু ; তারিলা—লানবিখি।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মাগী প্রেমা শুমথিহনা শ্রীগোপালদেবনা (গোবর্দ্ধনদা) প্রকট ওইহবিখি অহুগা মাগী সেবা লৌবিহনা জগৎ লানবিখি।

### মূল ১৭৪

যাঁর লাগি গোপীনাথ ক্ষীর চুরি কৈলা।
কর্পূর চন্দন যাঁর অঙ্গে চড়াইলা॥ ১৭৪॥

### শব্দার্থ

যাঁর লাগি—মাগীদমক (পুরীগীদমক), গোপীনাথ—শ্রীগোপীনাথনা; ক্ষীর—ক্ষীর; চুরি কৈলা—চুরানখি; কর্পূর চন্দন—কর্পূর চন্দনগা; যাঁর—মাগী (পুরীগী); অঙ্গে—(গোপীনাথকী) অঙ্গদা; চঢ়াইলা—থোমখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগীদমক তায়দুনা গোপীনাথনা ক্ষীর চুরানখি, মাগী কর্পূর-চন্দন গোপীনাথনা অঙ্গদা থোমখি।

## মূল ১৭৫-১৭৬

ম্লেচ্ছ দেশে কর্পূর-চন্দন আনিতে জঞ্জাল।
পুরী দুঃখ পাবে—ইহা জানিঞা গোপাল ॥ ১৭৫ ॥
মহাদয়াময় প্রভু ভক্তবৎসল।
চন্দন পরি ভক্তশ্রম করিল সফল ॥ ১৭৬ ॥

### শব্দার্থ

ম্লেচ্ছদেশে—মুসলমানগী লৈবাক্তা; কর্পূর-চন্দন—চন্দনগা কর্পূরগা; আনিতে—পুরকপদা; জঞ্জাল—শুদোং-থীবা (ওই); পুরী—পুরীনা; দুঃখ—অরাবা; পাবে—ফংগনী, ইহা—মসি, জানিঞা—খঙদুনা; গোপাল—শ্রীগোপালদেব; মহাদয়াময়—য়াম্না থৌজাল-হৈবা; প্রভু—গোপীনাথনা; ভক্তবৎসল—মনাই-চানবা; চন্দন পরি—চন্দন থোন্দুনা; ভক্তশ্রম—ভক্তগী নোম্বা; করিল—ওইহনখি; সফল—মহৈ-য়ানবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম্লেচ্ছ-লৈবাক্তা চন্দন পুরকপদি খুদোংথীবনী। পুরী ৱাগনী; মসি শ্রীগোপালদেবনা খঙবিরদুনা, য়াম্না থৌজান-হৈবা ভক্তচানবা মহাক্না গোপীনাথ ওইনা চন্দন থোনবিরগা ভক্তগী নোমজবদো মহৈ য়ানহনখি।

## মূল ১৭৭

পুরীর প্রেম পরাকাষ্ঠা করহ বিচার।
অলৌকিক প্রেম চিত্তে লাগে চমৎকার ॥ ১৭৭ ॥

### শব্দার্থ

পুরী—মাধবপুরী ; প্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা ; পরাকাষ্ঠা—থময়োবা মতাঙ ; করহ বিচার—থল্লু ; অলৌকিক—মীরম্লেন্দা লৈতবা ; প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম ; চিত্তে—থম্মোইদা ; লাগে চমৎকার—ঙকয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী কৃষ্ণপ্রেমগী অয়োবী থাক বিচার তৌ । মাগী কৃষ্ণপ্রেমদি মীরম্লেন্দা লৈতবা প্রেমনী ; থম্মোইদা ঙকয়ি ।

### মূল ১৭৮

পরম বিরক্ত মৌনী সর্বত্র উদাসীন ।
গ্রাম্যবার্ত্তা ভয়ে দ্বিতীয়-সঙ্গহীন ॥ ১৭৮ ॥

### শব্দার্থ

পরম—য়োনা ; বিরক্ত—বিষয়-সম্পত্তি পাম্দবা ; মৌনী—ৱাংলম ঙাঙদবগী ব্রত লৌবা মী ; সর্বত্র—মফম পুম্নমক্তা ; উদাসীন—থৌশা দবা, মরী-লৈনদবা ; গ্রাম্যবার্ত্তা—খুঙ্গানবগী লন্থমগী ৱা ; ভয়ে—কিনা ; দ্বিতীয়—অনীশুবা ; সঙ্গহীন—সঙ্গ-লৈতবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মাধবেন্দ্র পুরীসি) অয়োবী থাক্তা লৈবা বিরক্ত (অপাম্বা লৈতবা, ত্যাগী) মৌনীনী ; মফম পুম্বদা মতাক মরী থমদবা অমনী । খুঙ্গাল্লোনগী ৱা ঙাঙনরক্কনী হায়নগী কিবনা অনীশুবা সঙ্গ লৈত্রবা মীনী ।

### নৈনরোল

দ্বিতীয়সঙ্গহীন—মনাক্তা মী লৈরগদি বিষয় সম্পত্তিগী ৱা ঙাঙনগনী হায়না কিবদগী ভক্তজন নত্তনা কনামত্তগী মনাক্তা চত্তে ।

### মূল ১৭৯

হেনজন গোপালের আজ্ঞামৃত পাঞা ।
সহস্র ক্রোশ আসি বুলে চন্দন মাগিয়া ॥ ১৭৯ ॥

### শব্দার্থ

হেনজন— অসিগুম্বা মীসে ; গোপালের— শ্রীগোপালদেবগী ; আজ্ঞামৃত —য়াথংগী মশক ওইবা অমৃত ; পাঞা—ফংদুনা ; সহস্র— লীশীঙ ; ক্রোশ —মাইল অনী ; আসি—লাক্তুনা ; বুলে—কোয় ; চন্দন মাগিয়া—চন্দন নিদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিগুম্বা মীসে শ্রীগোপালগী য়াথংগী মশক ওইবা অমৃত ফংলদুনা ক্রোশ লীশীঙ লাক্লগা চন্দন নিদুনা কোয়চং চৎলী ।

### নৈনরোল

আজ্ঞামৃত—য়াথংগী মশক ওইবা অমৃত। অমৃত শব্দগী ধ্বনিদি অসিনী— অমৃত থকপদা য়াম্না হাউয়ি, মদুগুম্না শ্রীগোপালগী য়াথংসু ঊাক্পগী মায়কৈদা য়েংলগদি যাম্না নুংঙাইবা অমনী। শ্রীগোপালগী য়াথং ঊাকপদা কবিংগুম্বা অরাবা নত্রগা নৈনীঙদবা পোক্তে, অহোইনতুম য়াম্না নুংঙাইবা ফংঙী— অমৃত থকপদা থরাই পেনবগুম্না শ্রীগোপালগী য়াথং ঊাকপদসু পুক্নীঙ থরাইবু ঈঙহনবা ঙম্বা অপেনবা হায়বদু ওই ।

মূল ১৮০

ভোকে রহে তবু অন্ন মাগিয়া না খায় ।
হেন ( জন ) চন্দনভার বহি লঞা যায় ॥ ১৮০ ॥

### শব্দার্থ

ভোকে রহে—উপবাসী ( চাক্-চাদবা ) ওইদুনা লৈ ; তবু—অদুবু ; অন্ন—চাক ; মাগিয়া—নিদুনা ; না খায়—চাদে ; হেন—অসিগুম্বা ; (জন) —মীনা ; চন্দনভার—চন্দন মপোৎ ; বহি—কোকথোঙ নাদুনা ; লঞা —পুদুনা ; যায়—চৎলী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চাক চানঙাই নৈত্রবসু চাক নিব্রগা চাদে। অসিগুম্বা মীসিনা চন্দন মপোৎ অমা কোকথোঙ নাদুনা পুদুনা চৎলী ।

## নৈনরোল

মমাঙদা পয়ার ১৫২-দা হায়রি, চন্দন পুননবগীদমক ব্রাহ্মণ অমগা পুরী গোস্বামীগা লোয়ননা লাকৃখি, অতুগা নৈনরিবা পয়ারসিদনা পুরী গোস্বামী মছামক্না চন্দন কোকথোঙ নায় হায়রি। মখোয় মী অহুম চঙতুনা চন্দন পুরস্বা য়াই; পুরী গোস্বামীনা য়াদবমক্না লোইনরিবা ব্রাহ্মণগা সেবক অতুগা চন্দন মপোতু খাইতুনা পুহল্লস্বা য়াই।

### মূল ১৮১

মোণেক চন্দন তোলা বিশেক কর্পূর।

গোপালে পরাইব—এই আনন্দ প্রচুর ॥ ১৮১ ॥

**শব্দার্থ**

মোণেক—মোণ অমা; চন্দন—চন্দন; তোলা-বিশেক—তোলা কুন; কর্পূর—কর্পূর; গোপালে—শ্রীগোপালদা; পরাইব—থোলহনগনী; এই—মসি; আনন্দ—নুংঙাইবা; প্রচুর মরাং-কায়বা।

**মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা**

চন্দন মোণ অমা অতুগা কর্পূর তোলা কুন গোপালদেববু থোল্হন্গনী; রাসি য়াম্না নুংঙাইনীঙঙাইনী।

### মূল ১৮২

উৎকলের দানী রাখে চন্দন দেখিয়া।

তাহা এড়াইল রাজপত্র দেখাইয়া ॥ ১৮২ ॥

**শব্দার্থ**

উৎকলের—উড়িষ্যাদেশগী; দানী—লম্বীচৎপগী কাঙৎ খোম্বা মী; রাখে—খাম্মী; চন্দন দেখিয়া—চন্দন উতুনা; তাহা—মতু; এড়াইল—নাম্বোকয়ি; রাজপত্র—নিংথৌগী য়াথং চে; দেখাইয়া—উৎলগা।

**মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা**

উৎকলদেশগী দানীনা চন্দন উরতুনা ( কাঙৎ পীত্রবদি ) পুম্বা রাদে হায়না থিংলম্মী। থিংলমতু রাজপত্র উৎলগা নাম্বোক্লম্মী।

## মূল ১৮৩-১৮৪

ম্লেচ্ছদেশ—দূরপথ—জগাতি অপার।
কেমনে চন্দন নিব—নাহি এ বিচার॥ ১৮৩॥
সঙ্গে এক বট নাহি ঘাটীদান দিতে।
তথাপি চন্দন লৈয়া উৎসাহ যাইতে॥ ১৮৪॥

### শব্দার্থ

ম্লেচ্ছদেশ—মুসলমানশিংনা পানবা লম্মী. দূরপথ—অরাপ্পা লম্বেল; জগাতি—চুঙ্গী, পোৎপুবগী কাঙ্গৎ লৌফম নম্রগা খুদোংথীবা; অপার—চমথৈ নাইদবা. কেমনে—করম্না; চন্দন নিব—চন্দন পুগনী; নাহি—লৈতে; এ বিচার—হাথন অসি: সঙ্গে—লোয়ননা; এক—অমা; বট—লিক্কোন; নাহি—লৈতে: ঘাটীদান—লম্মী চৎপগী কাঙ্গৎ; দিতে—পীনবা; তথাপি—অদুম ওইনমক; চন্দন লৈয়া—চন্দন পুদুনা; উৎসাহ—থৌনা, যাইতে—চৎপদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম্লেচ্ছ লৈপাক্কী, লম্বেলসু লাপ্পী, চুঙ্গীনা যাম্লিবা নম্রগা খুদোং থীফম্বা কোঙ্গয়মা; করম্না চন্দন পুগনী হায়রগী বিচার লৈতে। লিক্কোন অমফাওবা ঘাটিদান পীনবা লৈরম্দে। অদুমকপু চন্দন পুদুনা চৎপগী থৌনা ফরম্মী।

### লৈনবোল

পুরীগোস্বামীদু ম্লেচ্ছদেশগী মনুঙদা চৎপা তারম্মী, অদুদগী অমুক হিন্দু সন্ন্যাসীশিংগীদি অমুক হেন্না খুদোং থীনডাইনী: লম্বীসু যাম্না শাংডী, অদুগী মথক্তা মফম মফমদা ঘাটী, শেলসু মনামতা যাংরগদে: অদুনা চন্দন পুদুনা লাক্পা হায়বসি য়েৌনা হাপ্পাদোবা থবক্নী। অদুবু মদুগীদমক চিন্তা করিমত্তা পুরীগোস্বামীনা তৌরম্দে। গোপালগীদমক চন্দন পুরবনী হায়বগী হরাওবনা অতৈ চিন্তা অমত্তা লৈরম্দে।

## মূল ১৮৫

প্রগাঢ় প্রেমের এই স্বভাব আচার।
নিজদুঃখ-বিঘ্নাদিক না করে বিচার॥ ১৮৫॥

### শব্দার্থ

প্রগাঢ় থম্থেংনা কুণ্ডলবা ( য়োৎনবা ) ; প্রেমের—কৃষ্ণবু নুংশিবগী এই—অসি , স্বভাব—ধর্ম্ম ; আচার—ব্যবহার, মতৌ ; নিজ—মছাগী দুঃখ—অৱাব। , বিঘ্ন-আদিক—অকায়বনচিংবা ; না করে—তৌদে ; বিচার—খন্‌বা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থম্থেংনা য়োৎবা কৃষ্ণবু নুংশিবগী মতৌ-মরাং হায়বদু সিনী। মছাগী অৱাবা অমদি অকাক্সবনচিংবা করি নৈংগে হায়বা খন্দে ।

## মূল ১৮৬

এই তার গাঢ়প্রেম লোকে দেখাইতে ।

গোপাল তাঁরে আজ্ঞা দিল চন্দন আনিতে ॥ ১৮৬ ॥

### শব্দার্থ

এই—অসি ; তার—মহাক্কী ( পুরীগী ) ; গাঢ়প্রেম—অয়েৌবী প্রেম ; লোকে—জগৎতা, মীওোন্দা ; দেখাইতে—উৎকে হায়দুনা ; গোপাল—শ্রীগোপালদেবনা ; তাঁরে—মওোন্দা (পুরীদা) ; আজ্ঞা দিল—য়াথং পীখি , চন্দন আনিতে—চন্দন পুরক্কবা হায়দুনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুরীগী নঙ-নঙ লাউবা প্রেম অসি মীওোন্দা উহনগে হায়বগীদমক গোপালদেবনা মওোন্দা চন্দন লৌক্কনবা য়াথং তাউথখিবনী ।

## মূল ১৮৭

বহু পরিশ্রমে চন্দন রেমুণা আনিল ।

আনন্দ বাঢ়য়ে মনে দুঃখ না গণিল ॥ ১৮৭ ।

### শব্দার্থ

বহু—য়াম্না ; পরিশ্রমে—নোমদুনা, হোৎনদুনা ; চন্দন—চন্দন ; রেমুণা—রেমুণাদা ; আনিল—পুরকখি ; আনন্দ—নুংঙাইবা ; বাঢ়য়ে—হেক্লৎলী ; মনে—পুক্কীওদা ; দুঃখ—অৱাবা ; না গণিল—মীওথাখিদে ; খন্‌খিদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াম্না য়ানা হোৎনজুনা চন্দন অদু য়েমুণা তাম্মা পুরীনা পুম্নকখি। মপুক্নীঙ তুংঙাইবদা হেঙ্গৎলম্মী, কবিগুম্বা অরাবা মচেৎ অমম্বাওবা থৌশাজে।

## মূল ১৮৮

পরীক্ষা করিতে গোপাল কৈল আজ্ঞাদান।

পরীক্ষা করিয়া শেষে হৈল দয়াবান্ ॥ ১৮৮ ॥

### শব্দার্থ

পরীক্ষা করিতে—( পুরীগী কৃষ্ণপ্রেম ) চাংয়েংনবা ; গোপাল—শ্রীগোপালদেবনা ; কৈল—তৌখি ; আজ্ঞাদান—য়াথং পীবা ; পরীক্ষা করিয়া— প্রেম চাং তৌরগা , শেষে—মমৈদা ; হৈল—ওইখি ; দযাবান—চানবিহৈবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পুরীগী কৃষ্ণপ্রেম) চাংযেংগে হায়জুনা গোপালদেবনা (চন্দন লৌকনবা) য়াথং তাউধখিবনী। চাংযেংলগা মমৈদা গোপালদেবনা থৌজান্‌বিখি।

## মূল ১৮৯

এই ভক্তি—ভক্তপ্রিয়-কৃষ্ণ-ব্যবহার।

বুঝিতেহো আমাসভার নাহি অধিকার ॥ ১৮৯ ॥

### শব্দার্থ

এই ভক্তি—( পুরীগী ) ভক্তিসি ; ভক্তপ্রিয় কৃষ্ণব্যবহার—ভক্তগী তুংশিজবা কৃষ্ণ মহাক্কী ব্যবহার ( মতৌ ) ; বুঝিতে হো—খঙবা ; আমা সভার—ঐখোয় পুম্নগী ; নাহি—লৈতে ; অধিকার—হক, শক্তি মতীক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পুরীগী) ভক্তিসি অদুগা ভক্তগী তুংশিজবা কৃষ্ণগী মতৌ অসি খঙনবা ঐখোয় খুদিংগী ইতীক লৈতে।

### নৈনরোল

এই ভক্তি— অসিগুম্বা ভক্তি, হায়বদি ভক্তিসিদু লৈবমা পুরীনা অযাচক

( পোৎ-নিদবা মী ) ওইনমক চন্দন-পুৰা স্নাননবা নিংথৌদগী য়াথং-চে লিব, অদুগী শ্রীকৃষ্ণনবা লম্বা নচিংবা লৌৱা, অদুগা রাইরবদি গোপাল-দেবগী ভোগ কৎলুগে হায়দুনা মহাও তংলনবগীদমক গোপীনাথগী প্রসাদী-ক্ষীর ফংবগী আশা তৌখিবনী ; ভক্তি লৈরমদ্রবদি অসি পুন্নমক তৌদুনা মহাক্কী অযাচক-বৃত্তি থুগায়রম্লোইদবনী ।

ভক্তপ্রিয় কৃষ্ণ ব্যবহার — ভক্তনা নুংশিজবা কৃষ্ণগী বাবহার । ভক্তব চান্বা শ্রীকৃষ্ণগী ব্যবহার । ভক্তবু চান্বা (ভক্তবৎসল) ওইন-ওইনমক শ্রীকৃষ্ণনা মাগী পরমভক্ত অকিঞ্চনব্রতধারী ( করিগুম্বা লন মচেৎ অমতগী মপু ওইররোই হায়বা ব্রত লৌরবা ) পুরী গোস্বামীবু অসুক লাপ থবা দেশদা চন্দন লৌরুচো হায়না থারম্লিবসিগী মরম খঙননবা শক্তি ঐখোয় কনামতগী লৈদ্রে ।

মূল ১৯০

এত কহি পড়ে প্রভু তাঁর কৃত শ্লোক ।
যেই শ্লোকচন্দ্রে জগৎ করয়াছে আলোক ॥ ১৯০ ॥

শব্দার্থ

এত — অসিথক ; কহি — হায়রগা ; পড়ে — পাই, থীরম্মী ; প্রভু — মহাপ্রভুনা ; তাঁর কৃত — মহাক্না ( পুরীনা ) লেংবা ; শ্লোক — শ্লোক ; যেই — মদু ; শ্লোকচন্দ্রে — শ্লোক-কী মশক ওইবা থা হায়বদুনা ; জগৎ — টাইবংপাল ; করয়াছে আলোক — ঙালহল্লী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পুরীগী রারী ) অসি হীরগা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা পুরীনা লেংবা শ্লোক অমা থীরম্মী । শ্লোক কী মশক্ক ওইবা থাজ অদুনা জগৎপুম্বা ঙালহল্লী ।

চৈনবোক

নোংদোন-থাজ থোক্লগা জগৎ পুম্বা ঙানবগুম পুরীগোস্বামীগী শ্লোক অসিনা জগৎকী অজ্ঞান ( খঙদবা ) হায়বা অমম্বদো কোকহল্লী, জগত্তা প্রেমগী মঙাল শন্দোকখি ।

মূল ১৯১

ঘষিতে ঘষিতে যৈছে মলয়জসার ।

গন্ধ বাঢ়ে তৈছে এই শ্লোকের বিচার ॥ ১৯১ ॥

শব্দার্থ

ঘষিতে ঘষিতে—তক্ল তক্লগা ; যৈছে—গুম্না ; মলয়জ—চন্দন ; সার—মচি ; ( মলয়জসার—চন্দনগী মচি ওইবা শব্লক ) ; গন্ধ—মনম্ ; বাঢ়ে—হেঙ্গৎলী ; তৈছে—মতুগুম্না ; এই শ্লোকের—শ্লোক অসিগী ; বিচার—নৈনবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চন্দনগী মচিবু তক্ল-তক্লগা মনম্ হেঙ্গৎলকপগুম্না ( পুরীগী ) শ্লোকসিসু নৈন নৈনরগা মাগী মাধুর্য্যচু হেঙ্গৎলকয়ি ।

মূল ১৯২

রত্নগণমধ্যে যৈছে কৌস্তুভমণি ।

রসকাব্য-মধ্যে তৈছে এই শ্লোক গণি ॥ ১৯২ ॥

শব্দার্থ

রত্নগণ মধ্যে—রত্নশিংগী মরক্তা ; যৈছে—অদুগুম্না ; কৌস্তুভমণি—কৌস্তুভমণি ; রসকাব্য-মধ্যে—রসনা থরাই ওইবা কাব্য মরক্তা ; তৈছে—অদুগুম্না ; এই শ্লোক—শ্লোকসিবু ; গণি—শীঙথায় ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রত্নশিংগী মরক্তা কৌস্তুভমণিনা খ্বাইদগী থোইবা ওইবগুম্না পুরীগী শ্লোকসিসু রস কাব্যলক্তা খ্বাইদগী থোইবনী ।

মূল ১৯৩

এই শ্লোক কহিয়াছেন রাধা ঠাকুরাণী ।

তাঁর কৃপায় স্ফুরিয়াছে মাধবেন্দ্র-বাণী ॥ ১৯৩ ॥

শব্দার্থ

এই শ্লোক—শ্লোক অসি ; কহিয়াছেন—হায়খিবনী ; রাধা ঠাকুরাণী—রাধা ঠাকুরাণীনা ; তাঁর—মাগী ( রাধাগী ) ; কৃপায়—থৌজাল্না ; স্ফুরিয়াছে—ফাওরকপনী ; মাধবেন্দ্রবাণী—মাধবেন্দ্রগী ৱা ওইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্লোকসি শ্রীমতী রাধা ঠাকুরাণীনা (ইবেম্মনা) হায়খিবনী। মাগী থৌজাল্লা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী রা ওইনা থোরক্খিবনী।

## নৈনরোল

অয়ি দীনদয়াদ্র-নচিংবা—শ্লোকসি স্বয়ং শ্রীরাধামক্কী রাহৈনী। শ্রীরাধাগী কৃপানা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীগী চীন্দা থোক্খিবনী। মতৌ অম্সুম ওইবনা শ্রীপাদ মাধবেন্দ্র পুরীগী মরমদগী মীওইবন। মসিবু ইহান-হান্বা ওইনা খঙনখিবনী হায়তুনা শ্লোকসিবু পুরীনা লেংবনী হায়না হায়খিবনী।

## মূল ১৯৪

কিবা গৌরচন্দ্র ইহা করে আস্বাদন।
ইহা আস্বাদিতে আর নাহি চৌঠজন ॥ ১৯৪ ॥

## শব্দার্থ

কিবা—নত্রগা ; অতৈ অমা হায়রগা ; গৌরচন্দ্র- শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ; ইহা—মসি (শ্লোকসি) ; করে আস্বাদন—মহাও তংঙী ; ইহা—মসি ; আস্বাদিতে—আস্বাদন তৌননবা ; আর—অতৈ ; নাহি—লৈতে ; চৌঠজন—মরিশুবা মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরাধাঠাকুরাণী অমসুং পুরীগোস্বামী অনী নত্তনা শ্লোকসিগী মহাও তংবা হায়ববু শ্রীমন্মহাপ্রভুনী। অহুমসি নত্তনা শ্লোকসিগী মহাও তংবা মী মরি শুনবা অতৈ অমা লৈত্রে।

## নৈনরোল

নাহি চৌঠ জন—শ্রীরাধা, শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী অদুগা শ্রীমন্মহাপ্রভু, অহুম অসি নত্তনা মরিশুবা মী লৈত্রে। অহুম অসি নত্তনা কনামতনা শ্লোকসিগী রস চুপ্পা ঙমদে। করিগীনো? পাউথুম :— মহাভাবকী মখল অনীতনী—রূঢ় অদুগা অধিরূঢ়। অধিরূঢ় মহাভাবকী মখল অনীনী—মোদন অমসুং মাদন। অধিরূঢ় মহাভাব হায়বসিদা উদ্দীপ্ত সাত্ত্বিক ভাব পুম্নমক থোইদোকপা ওইনা ফোঙলবদি অদুবু মোদন কৌয়ি। মোদন

অসি শ্রীরাধিকাগী যূথ নত্তনা অতৈদা ওইথোক্তে। ( উঃ নীঃ স্থাঃ ১২৮ )। প্রবিশ্লেষ-দশাদা মোদনসিবু মোহন কৌয়ি। মসি শ্রীরাধিকাদদা ওই ( উঃ নীঃ স্থাঃ ১৩২ )। মোহনসিনা উৎকর্ষ-অবস্থা ( থমথেংনা কাথংলবদা ) ভ্রমময়ী ( অকাউ-লাইচুবগী ) চেষ্টা ( থবক ), প্রলাপ (চোইরোল)-নচিংবা লক্ষণ থোকৃয়ি। মতমতুদা মত্থবু দিব্যোন্মাদ ( দিব্য-ওইবা হায়বদি প্রাকৃত-নত্তবা মঙাও ) কৌয়ি। দিব্যোন্মাদ অসি শ্রীরাধা নত্তনা অতৈদা ওইদে। অয়ি দীন-নচিংবা শ্লোকসি দিব্যোন্মাদগী অবস্থাদা ঙাঙবা বানী ; মরমত্থনা মসি শ্রীরাধা নত্তবা অতৈ কনা অমগী নত্তে ; শ্রীরাধা নত্তনা কনামতনা মসিগী রস-স্থ আস্বাদন তৌবা ঙমদে ; শ্রীরাধাগী কৃপানা মাধবেন্দ্রপুরীনা মসি আস্বাদন তৌবা ঙম্লিবনী ; অমুগা শ্রীচৈতন্য প্রভুস্থ রাধাগী ভাব লৌরে হায়ত্থনা মসি আস্বাদন তৌবা ঙম্মী ; অত্থবু জন অহুমসি নত্তনা অতৈ কনামতনা আস্বাদন তৌবা ঙমদে।

## মূল ১৯৫

শেষকালে এই শ্লোক পড়িতে পড়িতে।
সিদ্ধি-প্রাপ্তি হৈল পুরীর শ্লোকের সহিতে ॥ ১৯৫ ॥

## শব্দার্থ

শেষকালে—শিরম্‌দাইদা, থুপ্লম্‌দাইদা ; এই শ্লোক—শ্লোকসি ; পড়িতে পড়িতে—থীর থীরগা ; সিদ্ধিপ্রাপ্তি—থুপ্পা ; হৈল—ওইখি ; পুরীর—মাধবেন্দ্র পুরীগী ; শ্লোকের সহিতে—শ্লোকসিগা লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা থুপ্লম্‌দাইগী মতমদা শ্লোক অসি থীর-থীরগা শ্লোক থীবা লোইবগা লোয়ননা পুরীস্থ থুপ্‌খি।

## মূল ১৯৬

তথাহি পদ্যাবল্যাম্‌। ( ৩৩৪ )
অয়ি দীনদয়ার্দ্র নাথ হে
মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদলোককাতরং
দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোম্যহম্‌ ॥ ১৯৬ ॥

### শব্দার্থ

অয়ি দীনদয়ার্দ্র— হে তোল্লা তারবদা থৌজান্দুনা চোৎলবা হায়বদি য়েৌনা থৌজাল্ হৈবা ; নাথ— ইবুংঙো, মপু-ও ; মথুরানাথ—হে মথুরাগী মবুংঙো ; কদা— কদৌঙৈ ; অবলোকাসে—ঐনা নঙবু উগনি ; হৃদয়ং— থম্মোই ; ত্বদলোককাতরং—নঙবু উদবদা ব্রারবা ; দয়িত—হে নুংশিবা ; ভ্রাম্যতি—লৈফম খঙদরে , কিং—করি ; করোমি—তৌগনি।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তোল্লববু থৌজানবা হে নাথ ( ইপুরোইবা, ইবুংঙো ), হে মথুরাগী মবুংঙো, ঐনা নঙবু কদৌঙৈ উবা ফংগদগে ? হে নুংশিবা ; নঙবু উদবদা ঐগী থম্মোই ব্রারদুনা লৈফম খঙদরে ; ঐ করম তৌগনী হায়বিয়ু।

## নৈনরোল

**ত্বৎ-অলোককাতরং**—নঙবু উদবদা ব্রারবা, নঙবু উদবদা ব্রারবা মী। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈবা মতমদা মাগা কায়নবদা দিব্যোন্মাদ-ওইরবী শ্রীরাধানা হায়খিবা ব্রানী শ্লোকসিনা হায়রিবসি। মহাক্না মাগী অন্তরঙ্গা সখীশিংদা হায়রম্মী—"সখি। শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙথ্রবা মতমদা ঐখোয়গী ফীভম উরদুনা দূত থারকুনা মহাক থুনা লাক্কনী হায়না হায়রল্লে। অসুম্না থেম্জল্লম্লগা মহাক্তি ঙসিফাওবা লেঙলক্তে। ঙসি নত্রস্ব হয়েং মহাক লাক্কনীনা'—অসুম হায়দুনা নখোয়না ঐবু থেম্জল্লী। শ্রীরাধানা অসি- ফাওবা হায়রগা খঙহৌদবমখৈ উখি -শ্রীকৃষ্ণনা মমাঙমক্তদা চোংথোরকয়ি হায়না। মতমদুদা মহাক্না শ্রীকৃষ্ণদা হঙংলম্মী- হে দীনদয়ার্দ্র ! নঙদি য়েৌনা থৌজাল-হৈবনী, তোল্লবা মীগী অবাবা উবদা নঙগী থম্মোইদো দয়ানা পেথবিবনী। ঐসিবু য়াম্না দীন ওইরে হায়দুনা, ঐগী লাঙতক্কবা পুক্নীঙসি খঙদুনা, অতোপ্পা মফমদা লৈবা ঙমদ্রদুনা থৌজানবিদুনা ঐগী থবাই কনবিগে হায়না হোৎনবিরে।" ব্রাসি হেক হায়রগা শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা হায়বগুম্না শ্রীরাধানা খনখি মতুদি —"থব্রাইগী নুংশিবী, করিগুম্বা মতমদা থবক লৈদুনা ঐনা মফম অমদা চৎপদা নঙগী ফীভম অসিগুম্বসি ওইগনী ; অসুম তৌরবদি ঐদি করম তৌগনী ? নঙগী অবাবসি উবদা ঐগী থম্মোই কায়রে।" ব্রাসি তারগা শ্রীরাধানা খুমখি—"হে নাথ ! নঙদি ঐখোয়গী অনীঙবা থুংহনবা ঙম্বনী, করিনা নঙদি ঐখোয়গী নাথনী (ঐখোয়বু ঙাক্পিবা অমদি চঙজকম্ ওইবা মী)। ঐখোয়না পাম্জদবা নঙগা কায়নবা ( বিরহ )

হায়বত্থ থোকহন্দুনা নঙ কদায়দসু চৎলোই হায়না চেৎনা থাজে।" অতুদগী অমূক শ্রীকৃষ্ণ মাঙত্রে হায়না শ্রীরাধানা খনখি। মতুদগীদি কলক-থম্বন্বা (অপূয়া) পোক্খি : শ্রীকৃষ্ণদো মথুরাদা হন্খরে হায়বসি মানা খনখি : অতু খল্লগা কলক্ থম্বনবগী ৱাহৈদা হায়রক্খি— হে মথুরানাথ ( মথুরাগী মপু )! হায়দি নগাক ব্রজনাথ ( ব্রজগী মপু ) ওইরম্মী, হৌজিক মথুরানা-গবীশিংগী শক ফজবগী ৱা তারদুনা মখোয়গা সঙ্গ তৌনীঙবদগী মথুরাদা চৎখ্রদো। নঙগী স্বভাবতি মফম-নাইদনী। মফমসিদা ঐখোয়গী নাক্তদি কবম লাক্কনি ?" মন্মতুদা শ্রীরাধানা মাগী সখী অমদা ওনসল্লগা হায়রক্খি - "সখি, মগাক য়াম্না নুংশি হৈতনী : মথুরা থাদোক্তুনা কদৌঙৈদসু লাক্লোই। ওন্থে কৃপনিদা! কদৌঙৈ মাবু উবা ফংগদগে ?" মতম অতুমক্তদা শ্রীরাধানা অমূক শ্রীকৃষ্ণনা ৱা হায়রি হায়না খল্লম্মী—"ফরে ফরে, ঐসি নুংশি-থঙনবা তম্থীবনী হায়রবদি অতুনা নখোয়বু থাদোক্তুনা মথুরাদা লৈখ্রলদি ঐব অমূক হন্না ফংগে হায়বগী আশা থাদোক্লগা য়ুমদা লৈতুনা নখোয়-নখোয়গী নপুরোইবশিংগী সেবা তৌদিব্রদি করিগীনো ?" অস্তুম্না শ্রীকৃষ্ণনা হায়রে হায়না খল্লগা শ্রীরাধানা হায়রম্মী—"হে নুংশিবা! হে থম্মোই-মপু! নঙদি ঐখোয়গী থম্মোই থঙনী। থঙলগা করিগী অস্তুম্না ভাঙলিননো ? করিগীদমক ঐখোয়বু থৌশাবিদবনো ?" "ঐনা নখোয়বু থৌশাবিদে হায়রগদি নপূক নপুক্তো থেমজনবদি য়াদ্রা ?" "অতুবু বঁধু! নঙবু উদনা। ঐখোয়গী থম্মোইনি য়াম্না কাতর ওইরে ( য়ারে )। কাতর ওইনা মীগীদি অফ-ফত্তো কনিনো হায়বা থঙদে। মসি থঙতুনা তৌকম থোকপতু তৌরে। নঙবু উদ্রগদি থরাই পুনা য়াম্নরোই।" "হায়ন-তানতুনা থরাইতু খামুজল্লু।" "করম্না খামুম্নী বঁধু। থম্মোই-মিতুন্দি চোইরে ? হীভম মতমসিদা ঐ কবি তৌগদগে ? থরাই থানিরা নত্রগা য়ানা-য়ানা থরাইসী পুতুনা লৈনিরা ঐ হায়ফম থঙদরে।'

নিরমদাইদা শ্রীপাদ মাধবেন্দ্রনা মবুক্লীঙদা খল্লম্মী - মহাক অন্তশ্চিন্তিত দেহদা বৃন্দাবন্দা শ্রীরাধাগী মনাক্তা লৈ হায়না ; অতুগা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী মৈচাক্লা দিব্যোন্মাদ-গী অবস্থাদা লৈতুনা অয়ি দীনদয়াদ্র-নচিংবা শ্লোকসি থীতুনা মহাক্কী থম্মোইগী অৱাবতু ফোঙদোক্লি। শ্রীরাধাগী থম্মোই-শোকপগী লৈনাতু পুক্লীনী থম্মোইদসু চঙলম্মী। শ্রীরাধাগী অন্তরঙ্গা মঞ্জরী ওইনা শ্রীরাধানা ৱাবদা ৱারতুনা শ্রীমাধবেন্দ্রসু অন্তশ্চিন্তিত দেহদা

শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা চৈনাখোন কন্না ফংল্বা মতাগুম্বা শ্রীরাধাগী খোন্‌গা তিন্নতুনা শ্রীরাধানা হায়রম্বা অয়ি দীনদয়ার্দ্র-শ্লোকসি থীখি ; অদুগা মাগী তাইবঙগী ওইরিবা দেহেগী চীন্দম্বু শ্লোকসি থীরকপদা মাগী অন্তিম-শয্যা-নাক্তা লৈরম্বা মীশিংগী মনাকোঙদা তাখি। শ্লোক মপূমম্ভু থীবম্বু লোইরে, অদুগা পুরীগোস্বামীবু মাগী টাইবঙগী দেহ থদোক্লগা অন্তশ্চিন্তিত সিদ্ধিদেহেদা মানা পাম্জবা লীলাদা চঙখি।

মূল ১৯৭

এই শ্লোক পঢ়িতে প্রভু হইলা মূর্চ্ছিত।
প্রেমেতে বিবশ হঞা পড়িলা ভূমিত ।। ১৯৭ ।।

শব্দার্থ

এই শ্লোক—শ্লোক অসি ; পঢ়িতে—থীবদা ; প্রভু—মহাপ্রভু ; হইলা—ওইখি ; মূর্চ্ছিত—রাম্থবা ; প্রেমেতে—কৃষ্ণপ্রেম্না ; বিবশ—লেঙ-খোৎপা-য়াদবা ; হঞা—ওইদুনা ; পড়িলা—তুখি ; ভূমিত—লৈবাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য প্রভুনা শ্লোকসি থীবগা রাম্থখি। কৃষ্ণপ্রেম্না দেহে পূঙমদ্রদুনা লৈপাক্থক্তা তাদুনা লৈখি।

মূল ১৯৮

আস্তেব্যস্তে কোলে করি নিল নিত্যানন্দ।
ক্রন্দন করিয়া তবে উঠে গৌরচন্দ্র ।। ১৯৮ ।।

শব্দার্থ

আস্তেব্যস্তে—হাথু হাথু ; কোলে করি—তম্পাক্তা কোল্লগা ; নিল—লৌরম্মী ; নিত্যানন্দ—শ্রীমন্নিত্যানন্দনা ; ক্রন্দন—কপ্পা ; করিয়া—তৌদুনা ; তবে—অদুদগী ; উঠে—হৌগৎলী ; গৌরচন্দ্র—শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্নিত্যানন্দনা হাথু-হাথুনা প্রভুবু তম্পাক্তা কোন্থৎলম্মী। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা কপ্লদুনা হৌগৎলম্মী।

মূল ১৯৯

প্রেমোন্মাদ হৈল উঠি ইতি-উতি ধায়।
হুঙ্কার করয়ে ক্রোশে হাসে নাচে গায়।। ১৯৯ ।।

**শব্দার্থ**

প্রেমোন্মাদ— কৃষ্ণপ্রেম্না ঙাওবা, হৈল — ওইখি ; উঠি — হৌগৎলগা ; ইতি-উতি — অমদমূক অমদমূক : ধায় — চেল্লী : হুঙ্কার করয়ে — হুঙ্কার ঙংঙী ; ক্রোশে - খংলাউ লাউয়ি ; হাসে — নোকয়ি ; নাচে— জগোই শাই , গায় — ঈশৈ শকয়ি ;

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী প্রেম্না ঙাওবা হায়বদু ওইখি ; হৌগৎলগা অমদমূক অমদমূক কোয়চেন্ চেল্লী । হুঙ্কার ঙংঙী ; খংলাউ লাউয়ি ; নোকয়ি, জগোই শাই ; অমসুং ঈশৈ শকয়ি ।

মূল ২০০

'অয়ি দীন অয়ি দীন' বোলে বারেবার।
কণ্ঠে না নিঃস্বরে বাণী বহে অশ্রুধার ।। ২০০ ।।

**শব্দার্থ**

অয়ি দীন — মথক্তা পন্‌খিবা শ্লোক অদুগী ময়েক মরি ; বোলে— হায় ; বারেবারে — হন্না হন্না ; কণ্ঠে - খনাওদা ; না — নত্তে ; নিঃস্বরে— থোকয়ি ; বাণী — ৱা ; বহে — চেপ্পৈ ; অশ্রুধার — পিরাং-ঈচেল ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'অয়ি দীন অয়ি দীন' হায়বসি হন্তন্ হন্তন্ হায়রম্মী । খনাওদগী ৱাহৈ অমতা থোক্লমদে ( ৱা ঙাঙলমদে ) ; মিৎলুদগী পিরাং শিন্থরম্মী ।

মূল ২০১

কম্প, স্বেদ পুলকাশ্রু স্তম্ভ বৈবর্ণ্য।
নির্ব্বেদ বিষাদ জাড্য গর্ব্ব হর্ষ দৈন্য ।। ২০১ ।।

শব্দার্থ

কম্প নীকপা ; স্বেদ হুনাং ; পুলকাঙ্গ —তুজুংবা ; স্তম্ভ — চপ-তিংনা লেপ্পা ; বৈবর্ণ্য —কুচু তাইবা ; নির্বেদ — মছাবু হন্থনা য়েংবা ; বিষাদ —রাবা ; জাড্য — পঙথবা, লেঙ-খোত্তবা ; গর্ব্ব - নাপল ; হর্ষ - হরাওবা ; দৈন্য —তোল্হবা।

মৌতৈলোনগী ছন্দোবন্দ

হকচাঙ নীকপা, হুমাঙ থোকপা, তুজুংবা, চপ-তিংনা লেপ্পা, কুচু-তাইবনচিংবা সাত্ত্বিক ভাবশিং অমগা মছাবু হন্থনা য়েংবা, পঙথবা, নাপল, হরাওবা অমসুং দৈন্য-নচিংদা ব্যভিচারী ভাবশিং থোরক্‌খ।

মূল ২০২

এই শ্লোকে উঘাড়িল প্রেমের কপাট।
গোপীনাথ সেবক দেখে প্রভুর প্রেমনাট ॥ ২০২ ॥

শব্দার্থ

এই শ্লোকে - শ্লোক অসিদা ; উঘাড়িল হাংদোক্লম্মী ; প্রেমের — কৃষ্ণপ্রেমগী ; কপাট —থোঙনা ; গোপীনাথ-সেবক —গোপীনাথগী সেবা-রিনা ; দেখে —য়েংঙী ; প্রভুর প্রভুগী ; প্রেমনাট— কৃষ্ণপ্রেম চেনবগী লীলা।

মৌতৈলোনগী ছন্দোবন্দ

শ্লোকসিনা কৃষ্ণপ্রেমগী থোঙনা হাইদোক্লে। প্রভুগী প্রেম বিকার অমু গোপীনাথগী পুজারীনা য়েংলম্মী।

মূল ২০৩

লোকের সংঘট্ট দেখি প্রভুর বাহ্য হৈল।
ঠাকুরের ভোগ সরি আরতি বাজিল ॥ ২০৩ ॥

শব্দার্থ

লোকের —মীয়ামগী , সংঘট্ট —তিল্লম্বদু ; দেখি —উরদুনা ; প্রভুর —প্রভুগী ; বাহ্য-হৈল—জ্ঞান হন্থরম্মী ; ঠাকুরের —গোপীনাথদেবগী ; ভোগ — লুক ; সরি—লৌথোক্লগা ; আরতি বাজিল—আরতি তৌদুনা কাংসিনচিংবা য়েরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীয়াম তিল্লকপত্থু ভরণা প্রভুগী জ্ঞান হন্থরকখি। গোপীনাথ ঠাকুরগী লুক কৎপত্থ লোইরবদা আরতি তৌবগী কাংশিনচিংবা ঐরম্মী।

মূল ২০৪

ঠাকুরে শয়ন করাই পূজারী হইলা বাহির।
প্রভু আগে আনি দিল প্রসাদ বারো ক্ষীর ॥ ২০৪ ॥

শব্দার্থ

ঠাকুরে—গোপীনাথ ঠাকুরবু; শয়ন করাই—চেপ হল্লগা; পূজারী হইলা বাহির—পূজারী মন্দিরদগী থোরকখি; প্রভু আগে—প্রভুগী মাঙদা; আনি—পুরক্লনা; দিল—পীখি; প্রসাদ—লাইদা কৎপা; বারো—তরানীথোই; ক্ষীর—ক্ষীর চফু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঠাকুরবু চেপ হল্লগা পূজারীনা থোরকখি। প্রভুগী মাঙদা প্রসাদ ক্ষীর চফু তরানীথোইদু পুরক্লনা পীখি।

মূল ২০৫

ক্ষীর দেখি মহাপ্রভুর আনন্দ বাঢ়িল।
ভক্তগণে খাওয়াইতে পঞ্চক্ষীর লৈল ॥ ২০৫ ॥

শব্দার্থ

ক্ষীর দেখি—ক্ষীর উবদা, মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী; আনন্দ—নুংঙাইবা; বাঢ়িল—হেন্দ্গৎলম্মী; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা; খাওয়াইতে—পীজনবা; পঞ্চ—মঙা; ক্ষীর—ক্ষীর চফু; লৈল—লৌরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষীর উবদা মহাপ্রভুগী নুংঙাইবা হেন্দ্গৎলম্মী। ভক্তশিংদা পীজনবা ক্ষীর চফু মঙা লৌরম্মী।

মূল ২০৬

সাত ক্ষীর পূজারীকে বাহুড়িয়া দিল।
পঞ্চ ক্ষীর পঞ্চজনে বাঁটিয়া খাইল ॥ ২০৬ ॥

### শব্দার্থ

সাত—তরেৎ ; ক্ষীর—ক্ষীর চফু ; পূজারীকে—পূজারীদা ; বাহুড়িয়া—হন্দোকুনা ; দিল—পীখি ; পঞ্চ ক্ষীর—ক্ষীর চফু মঙা ; পঞ্চজনে—মী মঙানা ; বাঁটিয়া—য়েন্নদুনা ; খাইল—চাখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ক্ষীর চফু তরেৎখক পূজারিদা হন্দোকখি। চফু মঙানা মখোয় মী-মঙা য়েন্নদুনা চাখি।

### নৈনরোল

পঞ্চজনে—শ্রীনিত্যানন্দ, পণ্ডিত জগদানন্দ, দামোদর পণ্ডিত অমসুং মুকুন্দ দত্ত হায়বা লোয়নবকুপা ভক্ত মরিসিগা প্রভুগা মী মঙা।

### মূল ২০৭

গোপীনাথরূপে যদি করিয়াছেন ভোজন।
ভক্তি দেখাইতে কৈল প্রসাদ ভক্ষণ ॥ ২০৭ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথরূপে—গোপীনাথ ওইনা ; যদি—বসু ; করিয়াছেন—তোরে ; ভোজন—চাবা ; ভক্তি দেখাইতে—ভক্তি উৎননবা ; কৈল—তৌখি ; প্রসাদ—প্রসাদী ; ভক্ষণ—চাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথ ওইনা হারবসু ভক্তি উৎননবা (হায়বদি ভক্ত ওইনগী আচরণ ময়ামদা তাক্পীনবা) হায়দুনা প্রসাদী ক্ষীর হারম্মী।

### নৈনরোল

মহাপ্রভু গোপীনাথ ওইনা ক্ষীর অদু অমুক হারে ; অদুমক্তদা প্রসাদী ক্ষীরদু অমুক হারম্মী ; করিগীনো ? প্রভুদি ভক্তভাব লৌরি ; মরমদুনা ক্ষীর প্রসাদ লৌরগা ভক্তনা চৎকদবা শাজৎ ময়ামদা তম্বিখি।

### মূল ২০৮

নাম সঙ্কীর্ত্তনে সেই রাত্রি গোঙাইয়া।
প্রভাতে চলিলা মঙ্গল-আরতি দেখিয়া ॥ ২০৮ ॥

শব্দার্থ

নাম সঙ্কীর্ত্তনে— হরিনাম শোনবদা ; সেইরাত্রি —অহিংদোও গোঙাইয়া —লেল্লগা ; প্রভাতে—অয়ুক্তা ; চলিলা —লেঙখি ; মঙ্গল- আরতি — মঙ্গলারতি ; দেখিয়া - য়েংলগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং অদু হরিনাম শোন্দুনা লেল্লগা অয়ুক উত্নাদা মঙ্গল—আরতি দর্শন তৌরগা লেঙখি ।

মূল ২০৯

গোপাল গোপীনাথ পুরীগোসাঞির গুণ ।

ভক্তসঙ্গে শ্রীমুখে প্রভু করে আস্বাদন ॥ ২০৯ ॥

শব্দার্থ

গোপাল—গোবর্দ্ধন্দা লৈবা শ্রীগোপাল বিগ্রহ ; গোপীনাথ—রেমুণাদা লৈবা গোপীনাথ বিগ্রহ ; পুরীগোসাঞির - মাধবেন্দ্রপুরীগী ; গুণ—গুণ ; ভক্তসঙ্গে - ভক্তশিংগা লোয়নননা ; শ্রীমুখে—শ্রীমুখদা ; প্রভু—মহাপ্রভুনা ; করে আস্বাদন - চপ্পী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গোবর্দ্ধন্দা লৈবা গোপাল বিগ্রহ, রেমুণাগী ক্ষীর-হুরানবা গোপীনাথ বিগ্রহ অমসুং মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীগী গুণ ভক্তশিংগা লোয়নননা প্রভুনা শ্রীমুখদা লৌদুনা আস্বাদন তৌখি ।

মূল ২১০

এই ত আখ্যানে কহি দোঁহার মহিমা ।

প্রভুর ভক্তবাৎসল্য আর ভক্তের প্রেমসীমা ॥ ২১০ ॥

শব্দার্থ

এই ত - অসি ; আখ্যানে—ৱারীদা ; কহি—লৗরি ; দোঁহার—অনীগী ( প্রভুনা ভক্তবু চানবা, কৃষ্ণবু হুংশিবগী ওমথৈ—অনীসিগী ) ; মহিমা— মতীক ময়াই ; প্রভুর—প্রভুগী ; ভক্তবাৎসল্য—ভক্তবু চানবা ; আর— অদুগা ; ভক্তের - ভক্তগী ; প্রেম-সীমা—হুংশিবগী ওমথৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অনীগী ( ভক্তবাৎসল্যগা ভক্তি মহিমাগা ) মহিমাদু ৱারীসিদা লীরি। মহিমা অনীদুদি অসিনী মদুদি—ভক্তবু প্রভুনা চানবীবা অমসুং ভক্তনা নুংশিবগী ওমথৈ।

## মূল ২১১

শ্রদ্ধাযুক্ত হৈয়া ইহা শুনে যেইজন।
শ্রীকৃষ্ণচরণে সেই পায় প্রেমধন॥ ২১১॥

### শব্দার্থ

শ্রদ্ধা—থাজবা; যুক্ত—য়াওবা; হৈয়া—ওইদুনা; ইহা—মসি; শুনে—নাকোওনা তায়; যেই জন—মীদুনা; শ্রীকৃষ্ণচরণে—শ্রীকৃষ্ণগী খুয়াখাদা; সেই—মানা; পায়—ফংঙী; প্রেমধন—কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বা লন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বা মীনা থাজবগা লোয়ননা ৱারীসিবু মনাকোওনা তারবদি শ্রীকৃষ্ণচরণবু নুংশিবা কৌবা লন অদু মহাক্না ফংঙে।

## মূল ২১১

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস॥ ২১২॥

### শব্দার্থ

শ্রীরূপ রঘুনাথ পদে—শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী খুয়াবু; যার—মহাকী; আশ—আশা; চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্যচরিতকী মশক ওইবা অমৃত; কহে—লীরি; কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথগী চরণখাদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী চরিতকী মশক ওইবা অমৃতসি লীজরি।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীচরিতামৃতাস্বাদনং নাম চতুর্থপরিচ্ছেদঃ॥

# শীতলজিৎকী লাইরিকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, লুংশিরাখৈবা।

রারী-মচা—লৈকোরংদা, লৈলুংশি।

শৈরেং - কেতুকী, বাল্মীকি, ইখৌলাংবা, শকুন্তলা,
শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোনগী অনুবাদকা লোয়নবা ) মমল লুপা ২০,

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শরোন শৈথন

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary.
( English to Manipuri )

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদীলীলা) খণ্ড অহানবা লুপা ১০

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা — লুপা ১৮,

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা — লুপা ১৫,

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা— লুপা ৩১,

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা — লুপা ২০,

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা— লুপা ১৮,

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা— লুপা ২৫,

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ২০,

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০,

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫,

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা— লুপা ৪৮,